# মণিপুরদা ঐগী চহি অহুম

ইথল সেইন্ট ক্লেইয়র গ্রীমউদ

১৮৯১



মণিপুরিদা হন্দোকচবা

খুরাইজম নিমাইচরন সিংহ

*Manipurda eigi chahi ahum:*
**A translation work by Kh. Nimaicharan Singh from Mrs. Grimwood's "My three years in Manipur."**



ফোঙজবা : অইবা মশা অমদি রতনকুমার সিংহ, খুরাইজম



অহানবা নম্বা অমসুং কোপী মশিং - ১৯৯৯ কোপী ৫০০
অনিশুবা নম্বা অমসুং কোপী মশিং - ২০০৭ কোপী ১০০০

নম্ফম : ক্রিএতিভ কম্পু প্রিন্ট,
খুয়াথোং রোড, ইম্ফাল।

ফোঙজবা : অইবা মশা অমদি রতনকুমার সিংহ, খুরাইজম
লাইরিক ফংফম : অইবা মশাগী য়ুম
(খুরাই লমলোং বজার, এ. পি. রোড ইম্ফাল )
অমসুং ইম্ফালগী মরুওইবা লাইরিক য়োনফমশিং।

মমল : লুপা ১৩০/-



মতম অমগী কোনুংগী সনথোঙদা

খিল্লম্বা কংলা শা

# কৎথোকচবা

ঐনা পিক্রিঙৈ

লৌশিং মপুঙ ফাদ্রিঙৈ

ইংরাজি লোলগী

অহানবা মঙাল উহনবিখিবা

ঐবু পোকপিরম্বা পম্বৌ

নুংশিজবা

খুরাইজম ৺অঙৌ সিংহ

ইপা ইবুঙোগী মফমদা

কচ্চরি লুরক্লনা

নচানা মৈতৈলোন্দা হন্দোকচবা

"মণিপুরদা ঐগী চহি অহুম"

মিংথোল্লবা লাইরিকসে —।

তোল্লবা নচা

খুরাইজম নিমাইচরন সিংহ

# ব্লারোল খরদং

"মাই থ্রী ইয়ারস ইন মণিপুর" হায়বা লাইরিক অসি ইংরাজি লোলদা ইথল সেইন্ট ক্লেইয়র গ্রীমউদনা খৃষ্টব্দ ১৮৯১ দা ইহান হানবা ওইনা ইরগা ইংলেন্দগী ফোঙলকখিবনি। মহাক অসি, ঙসিদগী চহি চাম্ম হেল্লবগী মমাঙ, ভারতকি নিংথৌপানবা লৈবাক অয়াম্বদা বৃটিশ রাজ্য শন্দোরকপা মতমগা মরী লৈননা ১৮৯১ গী মার্চ থাদ মণিপুরদা থোকখিবা নিংতমলালগী ইমু নাইমু তানখ্রবা থৌদোক অদুদা শিখিবা সাহেব মঙা অদুগী মরক্তা য়াওখ্রবা, মতম অদুগী পোলিতিকেল এজেন্ট ওইনা মণিপুরদা লৈরম্বা মিষ্টর ফ্রাঙ্ক গ্রীমউদ হায়বদুগী নুপীনি। মহাক্না মপুরোয়বগা লোয়ননা লমদম অসিদা ইহান হান্না লাকখিবা খোঙচৎ অদুগী ৱারী অমসুং চহি অহুম চুপ্পা মনিপুরদা লৈরকপা মতমগী মনুংদা মহাক্না খঙখি - উখিবা, হকথেঙনখিবা অৱা নুঙাইগী থৌদোক কয়াবু লাইরিক অসিদা পাওদম্লি। মহাক্না ইরম্বা লাইরিক অদু ঐহাক্না ১৯৬০ গী মতমদা অহানবা ওইনা পাজখিবদা কুইরবা মতম অদুগী মরমদা থোইদোক্না নুংশিবা পোকখি অমসুং মতম অদুগী লৈবাক ঙাকলোন, লম্বী থোং, সমাজগী ফিভম, হরাও কুম্মৈনচিংবা পুম্নমক অদু ৱাখলদা শং-শংনা উহল্লি। মরু ওইনা ১৮৯১ গী মার্চ থাদা থোকখিবা খুদোংথিবা, অৱাবগী থৌদোকশিং অদু করম তৌনা ওইখিবনো হায়বদুসু ময়েক শেংনা পাওদম্লি। মহাক্না ইরম্বদা কনাবুসু শাওদে, কনাগী মফমদা ৱারৌদে, পুম্নমক ঈশ্বরগী মফমদা তাইনজে। চঙখোল্লবী য়ুম পুবি নুপী অমা ওইনা, মহাক পুকচেল চাউবিনি, মিনুংশি খঙবীনি, অখাঙকনবীনি

অমসুং নুপী ওইবিশিংগী মরক্তা থৌনাফবী অমনি। অমরোমদা, মশাগী ওইনা ইথোরকপদা য়াওরিবা মগুন অমনা শ্রীমতি গ্রীমউদ অসি সাহিত্যকার অমসুনি। চুম্লগী থৌদোক অমগী পাউদম পীবতা নত্তনা লাইরিক অসিগী মতাও কয়াদা য়াওরিবা প্রকৃতি অমসুং মীওইবগী পুন্সি, অনিসিগী খেন্নবা অমসুং লৈনরিবা মরীবু মহাক্কী ফজরবা ৱাহৈ কয়ানা ময়েক শেংনা ফোঙদোক্লম্বা, শৈথারম্বা কয়া অসি পারুবদা, মহাক অৱাংবা থাক্কী অইবী অমগী মগুন চেন্লবী নুপীনি হায়বদসু করিসু চিংনবা পোকহনদে। অসিগা লোয়নননা, য়েক খোংপদসু; মহাক অসি থোইদোক্লা হৈথোই শিংথোইরবা চিত্রকার অমনি হায়বগী প্রমানসু লাইরিক অসিগী পন্দুপ খরদা উবা ফংই। খুদোংথীরবা কয়া মায়য়োক্লনা মহাক্লা কথোকপগা লোয়নননা পাওথোকচখিবা অৱাবগী থবক কয়া অদুবু ইংলেন্দগী মহারানি ভিক্তোরিয়ানা শকখঙবীবগা লোয়নননা, অৱাংবা থাক্তা থৌনা ফবশিংগী মনা "ভিক্তোরিয়া ক্রোস" হায়বদু মহাক্কী মফমদসু লাম্থোকপিখি।

মহাক্লা ফোঙদোক্লম্বা ৱাহৈশিংদা লমদম অসিবু নুংশিবগী অশেংবা মমি তাবা উই, অমসুং ৱারী অদু পাবদা, চহি চাম্ম হেনম্রবা কুইম্রবা মতমগী মহাক অদু ঙসিসু হিংলিবগুম খলহল্লি। অসিগুম্বা ৱাখলশিং অসিদগী, ঐনা লাইরিক অসিবু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা ইনিংবগী ইথিল অমা লাকখ্রিবনি; মদুগা লোয়নননা খনজখি মদুদি:- মহাক্লা ইরম্লিবা পুম্লমকশিং অসি মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লবদি পাক - শন্না খঙনবগা লোয়নননা ইতিহাসকী নৈননিংঙাই ওইবতা নত্তনা লমদম অসিগী সাহিত্যগী মচাক অমসু ওইহনজবা ঙমগদ্রা হায়বগী ৱাখল অসিমসুনি। ৱাখলশিং অসিনা লমজিংখিবদগী করিসু খঙজ হৈজদ্রবা ঐহাক্লা ঙসি শ্রীমতি গ্রীমউদনা ইরম্বা "মাই থ্রী ইয়ারস ইন মণিপুর" হায়বা লাইরিক অদুবু মৈতৈলোন্দা অমুকহন্না "মণিপুরদা ঐগী চহি অহুম, হায়না ইথোকচবনি। লাইরিক অসিদা ফোতোনচিংবা য়াওরিবা পুম্লমক অসি হান্নগী

মশাগী লাইরিক্তা য়াওরম্লশিংদু ঙাক্তনি। য়ারীরবমখৈ লান্দনবসু হোংনজৈ। চপচানা হন্দোকপদা পক্লদবা কয়াসু, মনুংগী বাখল্লোন অদুগী মতুংইন্না ঐখোয়গী চানবা লোন্দা, বাহৈদা হন্দোকচৈ। অশাঙবা বাহৈ পরেং খরসু তেনশিন্না মৈতৈলোন্দা (সিনথেসিজ) অমত্তা ওইনা পুনশিল্লগা শেমদোকচবসু য়াওই। অসি নত্তবদা করিগুম্বা ইংরাজি কন্সট্রক্সন খরগী মহুৎ ওইনা মৈতৈলোনগী বাহৈনা ফোঙদোরকপদা মপাঙ্গল শোন্না উবা, অমদি বাখল অদুগী অর্থদা থৈদোক-থৈজিন খরা খেন্নবা উবা য়াওরম্লবসু মপুঙফাদ্রবা মীওইবগী বুদ্ধিনি খনদোকপিদুনা পাবীরিবশিংনা ঙাকপীগনি।

অকোনবদা, ঐহাক্কী নিংজবা, অপাম্বদি, লাইরিক অসিবু মীপুম খুদিংমক্না নুংশিনা পাবিদুনা নৈনবীবদি ঐগী হোৎনজমন মহৈ য়াল্লে খনজবগা লোয়নননা, পীক্রবসু চাওববসু মৈতৈ সাহিত্যগী পুক্কৈদা লাইবিক অসিনা অচম্বা মফম অমতংদি কনজবা ফংলে খনজবনা অপঙবা ঐগী বাখলনি।

অরোয়বদা, লাইরিক অসিগী অনিশুবা খুৎনম অসিদা হান্নদগী অবাংপা খরসু মেনখৎচদুনা, ক্রিয়েটিভ কম্প্যু প্রিন্ট (খুয়াথোং), থঙ্গাল বাজারদা লৈবা প্রিন্টিং ফার্ম অসিগী পূকচেল চাউরবা ইচা ইবুঙো শ্রীয়ুম্নাম অনিলকুমার সিংহনা মাগী প্রেস স্তাফকী ইচা ইনাও কয়াগা লোয়নননা তেল্লবা মতমগী মনুংদা ঐগী ইতেং পাংবিদুনা অমুক হন্না পুথোকচবা ঙমহনবীরিবা অসিগীদমক ঐনা পূম্নমকপু থাগচ্চরী অমসুং মখোয়গী লন্মন তোনশিঞ্জরী।

শ্রী খুরাইজম নিমাইচরন সিংহ

ইম্ফাল

১০/৭/২০০৭

# লাইরিক অসিদা য়াওরীবা

## মঙাশুবা পন্দুপ

লোকতাক খোঙচৎশিং - পাত অদুদা ফজবা দৃশ্য -ইথৎ অমদা তম্বুর খনবা - পাকাসনাগা চৎমিন্নবা - মীয়াম্না য়েংবা লাকপা - হনুবীশিংগী জগোয় ঐনা শগোল তোংবদা মীশিং অদুনা নোকপা - মুম্বী - অঙম্বদা কাখৎলকপা, খুল্লাকপা অদুনা কিহল্লকপা - নুঙাইফম খঙদবা মফম - নোংনা চোৎপা অমসুং য়েক্রুবা ওইনা খনবিবা। - ঐগী নুপানা নিংথৌমচা নুপাশিংদুবু ইংলিস তম্বীবা। ৩৯ - ৪৭

## তরুকশুবা পন্দুপ

মণিপুরদা মীয়াম তিন্নবা - গুর্খাশিংগী বেন্দ - বেন্দ মাষ্টর অদুগী ফিজেত - সিফায় রেজিমেন্ট চৎখিবগী হুকুম অদুদা ঐখোয়না নুঙাইজদবা - ঐখোয় চৎখিনবগী অব্রাবা পাও - কায়নবগী ব্রাখল - মিষ্টর হীথপু হাপলকপা - থাঙ্গাল জেনরেলগী মচানুপা - মাগী অফবা, ফত্তবা গুনশিং - য়েংথোকখিবদা ফজবনা থল্লবা - আংগামীশিং অমসুং মখোয়গী খৎনগনবা। ৪৮ - ৫৮

## তরেৎশুবা পন্দুপ

জোরহাৎতা মতম খরা - গৌহাতিদা অমুক ঐগী ইপুরোয়বা - ভারত্তা থৌগল্লাইগী কান্নবা - মাগী ব্রাখলগা ঐগীগা চানদবা - গৌহাতি য়ৌবগা মিষ্টর হীথ শিবগী পাও - ফত্তবা থোকলকপা য়াবগী নুঙাইতবা ব্রাখল - ইপুরোয়বনা মণিপুরদা হনবা, ঐনা শিলোংদা লৈহৌবা - মফম অদুগী অফবা হৱা নুংশিং। ৬১ - ৬৬

## নিপালশুবা পন্দুপ

থেংনরকখিবা অব্রাবা অকিবশিং - থোপাদা চৎপা অমসুং মদুগী অব্রাবশিং - লুসাই - সিলেট য়ৌবা অমসুং কুলি পুম্নমক চেল্লম্রবা - শগোলমচা অমদা অব্রাবা ফংনা লাকপা অহিংদা লাকপা, মিষ্টর এ-দা খুদোংথিবা - চা-শেমফম য়ুম অমদা হাউরবা চাকলেন। ৬৭ - ৭৪

মাপনশুবা পন্দুপ



তরাশুবা পন্দুপ



তরামথোইশুবা পন্দুপ



তরানিথোইশুবা পন্দুপ



তরাহুমদোইশুবা পন্দুপ

তরামরীশুবা পন্দুপ



তরামঙাশুবা পন্দুপ



তরাতরুকশুবা পন্দুপ

তরাতরেংশুবা পন্দুপ



তরানিপালশুবা পন্দুপ



তরামপলশুবা পন্দুপ



কুনশুবা পন্দুপ

# মণিপুরদা ঐগী চহি অহুম

## ১শুবা পন্দুপ

মনিপুর !! মিং অসিবু ঐনা ইহান হান্না তাজবা ফংখিবা নুমিৎ অদু কয়াম ফজনা নিংশিংলিবা ......! মিং অসিমক্তি, তেল্লবা চহি অহুম অসিগী মমাংদদি করিমত্তা খঙনখিদবনি; মরমদি - থোইদোক্লা লাপত্রবা লমগী শরুক অমদা, লমদম অসিনা লৈখিবা অমদি চাওখৎলবা ভারতকী লম অতৈদেগীসু লাপ্না চীঙলোন কয়াগী মরক্তা, চঙলুবদসু লুরবা, খোঙলম্বী কয়াগী ম্রাংমদা লৈখিবা মরম্না .....। হায়জরিবা অসি, লম্মিৎ-তুম্মিৎ (জিওগ্রাফি) গী ম্রাফমদি নচ্চদে, অদুনা - হান্নসু কয়ারক হায়নখ্রবা লম অসিগী চপচাবা লৈফমশিং অদু অমুক থারুবগী করিসু তঙাইফদবা মরমদি লৈতরে। মরম অসিদগী, ঐনা অমুক্তা শাংথনা ফোংদোক্লবা হোৎনজররোই - চম্না মশিদং হায়জবা নত্তনা, মদুদি মনিপুর তম্পাক অসে কাছার, কবো ভেল্লি অমসুং কোহিমাগী মরক্তা লৈরগা, চীঙশাং পরেং তরুক্লা কোয়শিন্দুনা থম্মী অমসুং পঞ্জরিবা লমদমশিং অদুদগী তোঙান্না খাইদোক্নুনা লৈ। য়াম্না ফজবা মফমনি, পৃথিবীদা লৈবা য়েংনরিবা মফম কয়াদগীসু হেন্না ফজবনি। মীওইবা কয়ানা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈনরিবা মফমশিংদুসু ফজে -- অদুবু অমুক্তা হেন্না ফজবদি, মীওইবগী খোঙ্গুল তারুদ্রবা উমং-ম্রামংনা কুপশিল্লবা জঙ্গলগী লমদম, অমসুং মফমশিং অদুদা খংপ্রেক খংপ্রেক খংনা খোংলকপা য়োংমুশিংগী খোঞ্জেল অমদি অহিং চাকতাবা উচেকশিংনা মচিঞ্জাক থিবদা অচীকপবু থুগাইরিবা মফমশিং অদুনি।

মনিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইবগী ফম অসি ঐগী ইপুরোয়বদা পীবিরকপা মতম অদুম্রাইদদি, ঐখোয় ভারতকী মফম অতৈদা কয়া চৎলুদ্রবা মতমনি। হন্থবা থাক্কী ফম অমা পায়দুনা মতম অদুদদি ঐখোয় সিলেটতা লৈরম্মী। মফম অদুমক্তি ঐখোয় অনীমক্তা থোইদোক্লা খোয়দাবা মফম হায়বদু ওইখিদে, অদুবু হন্থবা থাক্কী ওফিসার অমা ওইবা মরমদগী ম্রাকৎচরুবসু

ঙমখিদে। অসুম্না লৈরম্বদগী, নোংমগী অয়ুক্তা মণিপুরবু মঙোন্দা পীরকপগী চিঠি অমা ফংলবদা ঐখোয় কয়াদা পূক্লিং মকা লামখিবা .....। উবদি ফংদ্রিবা, তাদ্রবা মতিক-মঙাল অমগী মঙলান্না ঐখোয় অনীমক্কী ঝাখলগী মিংয়েংদা তাউখিবনি। বৃটিশ রেসিদেন্সি অমগী মবেন্মা অমা ওইজবগী ঝাখল অদু ইশা ইথন্তা খঙ্খিবনি। ঐগী ঝাখলদা উরকখি - অঙাংবা অমসুং সনা মচুগী ফিজোল শেংপা অমসুং মখোয় মখোয়গী কুদামদা 'V.R.' থাবা মীনাই কয়ানা ঐনা চংপা চংপা খুদিংদা ঐবু সম্মান তৌনা ঙাক-শেন্না চংমিন্নবা ....। ঐখোয়গী লৈকম, অচৌবা য়ুম অমগী শক্তম, অচৌবা লম্পাক অমসুং মফম অদুদা Old England গী ফিরালনা পূম্নমকপু ঙম্না পাইদুনা লৈবদু ঐগী পূক্লিংগী মিংয়েংদা উজরম্মী। মতৌ অসিগুম ঐগী ইপুরোয়বা ফ্রাঙ্ক (Frank) সু মাগী ঝাখল মঙলান্দা উখিবনি - নুমিৎ খুদিংগী পোলো শান্নবদা খোয়জঙলবা শগোল মচাশিং, কাপ্লুবা য়ারবা কৈ কয়া অমসুং ঐখোয়গী মাঙ্গোন্দা তোংলগদবা চেক্লাউবি উচেক কয়া .....।

হোয় ..... মীওই খরনদি ঙকপসু য়াই, করিগীদমক্তা অসিগুম্নবা নুংঙাইরবা মঙ অসি ঐখোয়না মঙলিবনো অমসুং করিগী মালংদা ফুরা শারিবনো হায়না ...। ঐনা ইজরিবা মতম অসিদগী চহি খরগী মমাংদা ঐগী ইপুরোয়বনা অমুক্তংদি মানা ইংলেণ্ড চংপদা মণিপুর অসি ফাওদুনা লাকখিবনি। নুমিৎ নিনিরোম মহাক লমদম অদুদা লৈরকখিবদা চাউরবা কম্পাউন্দ অদুগী মনুংদা লৈবা লমঙানুনা থল্লবা পাৎ অদু উরকখি। লমঙানুশিং অদু ঐখোয়গা খঙনবা উচেক্তা চপ মান্নন তেরবা ঙাক্তনি হায়না অমসুং বসন্তগী মতমদা হৱাই থরাক অশংবা উবগুম্বনি হায়না তম্মী। কাউবা ঙমলোইদবা পোলো (শগোল কাঙজৈ) সু নিংথৌগী মচানুপা অহুমগা মহাক্তা শান্নরকখি। কাঙজৈ শান্নফম লম্পাক অদুসু ইংলেণ্ডদা লৈবা হার্লিংহাম (Hurligham) নি হায়বদা মতিক চারবা মফমনি হায়না মহাক্তা তম্বনি। অসুম্না নোংমগী অয়ুক্তা মহাক চেক্লাউবি উচেক ফাওবা কাউথোক্তুনা নিংথৌমচাশিং অদুগা পোলো শান্নরকখি। করিসু ঙক্লিংঙাই লৈতে; হায়রিবা নুমিৎ নিনি অদু মহাক্কী পূক্লিংদা অদুম নিংশিংদুনা লৈখি। অমসুং অদুগুম্বা কয়া অদু পামজদুনা লৈখি অদুবু মহাক্কী মরাইবক্তা মহাক্তা চান্নদবা

মফম, সিলেট (Sylhet) তা লৈহনখি। মফম অদুদদি পোলো হায়বা অসি খৃষ্টমাসকুম্না চহি অমগী মনুংদা অমুক্তমক শান্নবা ফংবা অমসুং অমরোমদা হায়রুরগা চেক্রোউবি উচেক্লফাও লৈবিদনা, থাদোক্লবা মফমনি। মরম অসিনা থোইদোক্লা মিয়ৌনরবা ফম অমা মঙোন্দা লাম্ভোকপীরকপগী চিঠি অদু হেক ফংবমক্তদা কয়াম হরাওনা মহাক্লা লৌশিঙ্খিবা হায়বদুদি করিসু ঙক্লিংঙাই ওইদ্রে। ঐখোয়, কয়াগী মতিক হরাওজখিবা অমসুং অনৌবা আশানা থল্লবা মফম অদুদা খোঙশান্নবগীদমক্তা কয়াম থুনা ঐখোয়গী ইপোৎ-ইচৈ য়োমখিবা।

অসিগুম্লবা মতম অসিদা, নোংমগী অহিংদা কন্না শিংখিবা নুংশিৎ অমনা ঐখোয়গী চাকশং অদু পুল্লপ্না হুমদোকখিবতা নত্তনা ঐখোয়গী অনৌবা কোল-লিক পূম্নমক মাঙহনখি, অদুবু ঐখোয়না মখোয়শিংদু করিসু নাচুংখিদ্রে। অমরোমদা, ঐখোয়গী য়াম্না নুংঙাইজদবা অমদি - ঐখোয়গী হৈ-শিংবা, মমল য়াম্লবা চাকথোংবা পুজারী অদু খুদক্তা থবক তোকচরগে হায়না ঐখোয়দা খঙহনখি, অদুবু য়াম্না নুংঙাইজে - মহাক্কী ব্রাফম অদু অমুক হন্না খন্থজরবদা, ঐহাক্লসু অহেনবা তলব পীগনি অমসুং অনৌবা কোল-লিক লোইনা লৈগনি হায়না ব্রাশক্লবা মতুংদদি হবাও-হরাও মতম অমুক শাংথনা মাগী মরাইবক্তা, ব্রারে-নুংঙাইরে ঐখোয়গা অমুক হন্না লৈমিন্নবা য়াখি। পোলোইবু ফরবদি পূম্নমক ফৈ হায়বদুনি, অদুবু নুমিৎ অদুদা ঐগী পূক্লিংনা মকা লাম্না নুংঙাইজখিবা অদুগী ফলদি মমৈদা করিসু অফবা ওইখিদরে। শাংলবা খোঙচৎ (মণিপুর চৎপা) অসিগীদমক খোঙশান্দ্রিঙৈগী মমাঙদা ঐখোয়না তৌখিবা থবক্তি, অসামগী হিল ষ্টেসনসু ওইবিবা অমসুং জিলা অদুগী হেদ ক্বার্টরসু ওইরিবা শিলোংদা য়াম্না থুনা অমুক্তং কোয়থোক্লবা অদুগা অমুক পরপ পরপ সিলেটতা অমুক হল্লক্লগা মফম অদুদা লৈবা য়ুরোপিয়ান খরদুগা বিদায় তৌনবা, ঐখোয়গী পুগদবা পোৎ-চৈ য়োমশিন-খোৎচিনবা অসিনি।

ঐখোয়গী ইংলেণ্ড-দদি খোঙচৎ অমা হায়রগা খঙনরিবসি নোংমগী নুমিৎ নৎত্রগা নোংমা অমগা তঙ্খাইখক্তা ওইনা লৌনবনি, অদুবু কনাগুম্বা ভারতকী অরাপ্পা লমশিংদা, মরুওইনা অসামগী লমদা চৎবা মীওইশিংগী মফমদদি নুমিৎ

নিনিগী খোঙচৎ ফাওবা করিসু ওইনা লৌরোয়। ঐখোয়না মণিপুর য়ৌরকপগী খোঙচৎ অসিদি নুমিৎ তরাতরুক্লি চঙখিবনি, য়াম্নাসু ৱানা-য়ৌরকনবা হোৎনবদা। অয়ুক ঙন্তা পূং তরুক হেক তাবদগীঐখোয় শগোল মথক্তা লাকই, মাইল তরামঙা ফাওবদি চৎকদৌরিবনি নোংমদুগী ওইনা, লেন তারবসু নুংশা শারবসু, নোং চুরবসু। লম চৎপগী অৱাবা করিনো হায়বসি ইংলেণ্ডদা লৈবা মীশিংনদি খঙবা ঙম্ৰরোই। অসামদদি ঐখোয়গী পোৎয়োম পূম্নমক কুপ্লিনা পুই, মখোয় অঙকপা ফংনা মশা কনবা মীওইশিংনি, মখোয়না হয়াওরবদি য়াম্না লূম্বা পোৎলূম ফাওবা পুবা ঙম্মী হায়বা য়াই। অদুবু ঙাংনবা য়াদবা কুপ্লিশিংদি থাঙ্জেশেংনা হেক্তা ঙাংনবা য়াদবা হায়বদু ওই, অসিগুম্ৰবা মীওই কয়া ঐখোয় মায়োক্লবা তাখি - করি অমুক হায়গনি, ঐখোয়গী খোঙচৎ অসিগী অহানবা নুমিৎমক্তদা হায়ন-তান্ন য়াদবা অদুগুম্বা মীওই অমদগী হেন্না ঐখোয়গা লোয়নবা তাখিবম্মী।

নুমিদাংগী চাক চারগা ঐখোয়, অহিং অমদি হি তোংদুনা থেঙনা চৎপা হৌবম্মী, তূম্বসু অদুম হিদা তুমলে। হি হোনবশিংদুনা ঐখোয়বু ঈচেল অদুগী মথক্রোমদা মাইল কুন লাপ্পা লৈবা মফম য়ৌননবা হোনকৎপীরম্মী। মফম অদুদা ঐখোয়গী শগোলশিংনা ঐখোয়বু ঙাইরমগদৌরিবনি। অহিংদা হি তোংদুনা চৎপসিদি হায়রপ নুংঙাইবা খোঙচৎ অমা ওইনা থোকই। শৃৎ নাল্লবা অচৌবা ঈপাক অদুগী মথক্তা, ভারতকীদা ওইজবা থা অমা থোকপগুম কোকথক অসিদা থাবলনা পুমঙান ঙাল্লিবা! অদুবু ঐখোয়না তোংলিবা হি অদুগী মওং মতৌ অদু মী অতৈনা খঙবা ঙম্ৰবদি, পুক্লিংদা নুংশিবা, নুংঙাইবা ওইগদবা পূম্নমক্কু অদুম মাঙখিগনি। হিশিং অদু শীকই, মওং মরিল নাইদনা শাবা ঙাক্তনি, করি হায়গনি Noah গী হি মখল অদুনি। অপৌবা ৱাচেৎকী ফক শারগা হিগী মথকশিংদু কুপশীল্লি। য়াম্না নেম্না কুপ্লি, মদুদি ঐখোয়না নুমিদাংদা হিপনিঙলকপা, পোখ্রানিঙলকপা মতমদা তঙাইফদনা শন শারগা পাকথদুনা চঙবা তাই। হকচাং অসি চুম্না লেম্নগী ৱাখল অদুদি শুকতৌ তৌবা য়াদ্রে। মনুং হেক চঙবগা, ফিরোল শেমদোক শেমজিন তৌবা তাই অদুগা হি মনুং অদুদা থারিবা ঐখোয়গী কম্বল মথক অদুদা অদুম ওনবা তারে। মতম পূম্নমক্তা হিমায় চুম্বগী থবক তৌরিবা নৌ

অদুনা নীকপা, হাইবগী মরম ওইহনবনা তুন্নবসু অদুম মিংকপ থোকই। খ্বাইদগী হেন্না শাথিবা অমনা হি অদুগী মফম পুম্নমক্তা তোংলিবা তিন-কাঙশিং অদু অসুক্কী মতিক য়ামগ্রে অমসুং হি অদুদা য়াওরিবা নুংঙাইফম খঙদ্রবা ঐখোয়বু মখোয়শিংদুনা য়াম্না অঁহে অপা শানা লেপ্লা লৈতনা পুক্লিং চঙবীবগী মওংদা তৌরিবা অদুনি।

লাইবক থীবদগী অহিং অদুদা ঐখোয়গী হি হোল্লিবা মীশক অনি অদু করিসু নত্তবা মরমদা খরা নিংঙাই শাংদানরম্মী। মখোয় অনিবু তাইশিন্নবগীদমক মরক্তা লেপ্লা য়াবা মফমসু হি অদুগী মতোম্দা ফুট মরীগী মফমদমক লৈরম্মী। অকনবা হিহোনবা অদুনা অশোনবা মাগী মপাং অদুবু য়াম্না লাঙনা, ব্রাহৈ-ব্রাতা করি করিনো হায়দুনা তুরেল অদুদা ইথ্বখিরম্মী। খংনবগী মরম অদুসু খঙলে, খুদোংথীবদগী মতম চানা শিরম্নগদবা অশোনবা হিহোনবদুসু ঈশিংদগী অমুক মথ্বাই কলহনবীরে; ঐখোয়সু নোংঙানবা ফাওবা ইংনা তুমজবা ঙমলে। ঐখোয়গী অহানবা পনফম মফম অদু য়ৌবদদি ঐখোয় য়াম্না ইংলম্মী, চাকসু য়াম্না লাম্লম্মী অদুবু মফম অদু য়ৌরকপদদি ঐখোয়গী ব্রেকফাষ্ট (অয়ুক্কী চারা) অমসুং শগোলশিংনা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরম্লে।

ঐখোয়গী পোৎ পুননবগীদমক অইংবা অদুদা নিক্তুনা লৈরম্বা কুলিশিং অদুগা ঐখোয়গী ওইজবা ইপোৎ ইঁচৈ কয়া অদুগী মরমদা অমুক য়েৎনবা, মৃক্লবা হৌরে। মখোয়না খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা হায়খি - "মেম সাহেবকী উপুশিংশিদি পুবা ঙম্বগী ব্রা লৈতে য়াম্মল্লী"। অচুম্বনি, হান্নদগী অসিগুম্বা উপুশিংসি ঐখোয়গী খক লৈখিদ্রি অদুনা ঐখোয়গী উপু অমমম খুদিংগী য়ামদ্রবদা কুলি অহুম অহুমদি শোয়দনা পৈশা পীবা তাবনি। ঐগী নুপানা কুলিশিং অদুগী মওং য়েংলুরগা মখোয়না য়াবা ঙম্লরোইদবা মওংদা ব্রাফম খরা য়ানরে। ব্রাফমশিং অদুগী মতুংইন্না (Trunk) তরং উপু অমমমগী কুলি অনি অনি থাদোকখ্রে। মখোয় য়াম্না ব্রাবগুম লাউ-খোংনা ঐখোয়গী পোৎশিং অদু পুখ্রে। হৌজিক ব্রারী মখা চথদ্রিঙৈদা ঐনা য়াম্না পঞ্জনিংবা অমগা লৈরি, ব্রাফম অসিদি কনাগুম্বা ভারত্তা চৎলুরবশিং অদুগী পূক্লিংদদি হেক্তা ফাওগনি। মদুদি গাড়ি অমনবা থৌবদা মখোন য়াম্না থোকপা মানবা ঐখোয়গী গ্রোং গ্রোং লাউবা

পোংয়োমশিং অদুনা কুলিগী নঙ্গন্দা হেক হাপখিবগা থোইদোক্লা লেমজদবা পোংলক ওইনা উবা অদুনি। খংদে, রাখল য়াম্না হৈহে, পোংচাওশিং অদুগী মনুংদা মোম্পাক্লচিংবা ময়োম কয়াসু য়াওরিবা অদুগা ঐখোয়না য়ৌদ্রিবা ফাওবদি ঐখোয়গী ব্রেকফাষ্ট অমসুং চরা ওইনরগদবা উচেক অমসুং ঙানুশিংগী থুমোক থুমোকসু য়াল্লিবা ..... অদুগা মদু কনাগুম্বগীদি খ্বাইদগী ফজবা, লেমজবা তরং উপু ওইরবসু ফি তঞ্জাই শেংপা কুলিগী মনঙ্গন্দা হেক য়ৌখিবদা অদুম লেমজদবা পোংশক ওইনা উরে। অমরোমদা তরং উপু অদুদা ময়েক অঙৌবনা থারিবা মিং অদুবু করিগুম্বা শেরান্ননা উরুরবদি উপুশিংদু পাক মশক খণ্ডবা ঙস্রোই অদুগা শগোলশিংদুনা কা হেন্না শিংবা ওইরবদি (উপুদা থারিবা) রাহৈশিং অদুদগী কিদুনা মমায়দি লৈথোক্লোই।

ঐখোয়গী পোংশিংদু চৎপ্রবগী মতুং চাউরাক্লা পূং অনিরোম লৈবগা ঐখোয়সু খোঙশাল্লম্মী। ঐখোয় ইরাপ লাপ্পা চৎত্রিঁঙৈদা ঐনা খঙবা মানবা পোং, ঐগী খ্বাইদগী চাউবা তুপী হাপ্পবা উপু অদু মানবা অমা লম্বীগী নাকন্দা তাদুনা লৈবা উরে। মখা তানা ঐগী পোংয়োম অয়াম্বসু উরম্মী। অমসুং ঐখোয়গী পুজারী (চাকথোংবা) নুপা অদুনা সন্ত্রি নুপা অদুদা পোংশিংদুগী মনাক্তা চংলু হায়দুনা লাউরম্মী। থিজিল্লবা মতুংদদি ঐখোয়গী কুলিশিংদু লোইনা চেনখ্রে হায়বা খঙলে। মখোয়শিং অদু কদায়দা চেনখ্রবনো হায়বদুদি ঐখোয় কনাসু খঙলমদে অদুবু মখোয়বু অমুক হন্না ফংবসু ওইথোক্রমদে। মতুং তারকপা ওইনা মথংদদি পুলিস থানা লৈফমদুদগী অনৌবা খরা হেন্না অমুক খোমজিল্লে। হন্দকমুক্তি মখোয়শিংদু চেনখিদনবা হায়দুনা ঐখোয়গী মাঙদা হোইদুনা লোইনা পুরে। অসুম তৌবা মরমশিং অসিদগী ঐখোয়গী মথং পম্বুংফম অদু য়ৌবদা পূং কয়ামরুম চঙখ্রে অমসুং নুমিদাং পুং মাপন তাবা ফাওবা ঐখোয় চাক চাবা ফংলমদে। কাছার য়ৌদ্রিফাওবদি ঐখোয়গী খোঙচৎসে নুমিৎ খুদিংগী চপ মান্ননা অদুম তৌরম্মী করিগুম্বদা খুদোং চাবা খরদং ফংবা য়াওরবসু। কাছার হায়বা মফম অসিদি মণিপুরগা তাইনবা মফমদা লৈবা অপীকপা ষ্টেসন অমনি।

## ২শুবা পন্দুপ

কাছার, অমরোমদা হায়রগা সিলচর হায়বা অসিগী মরমদদি খরদং শন্দোক্লা হায়ফম থোক্লে, মরমদি; হন্দক্তা মণিপুরদা থোকখিবা অৱা-অনা অদুগী মতাংদা লমদম অসিদি য়াম্না মরু ওইবা মফম অমা ওইখিবনা। মণিপুর ময়োলদগী হায়রীবা সহর অসি চাউরাক্লা মাইল চাম্মা কুন্থ্রারোম লাপ্লদা লৈ। মণিপুরগী অরোইবা পঙ্খেদগীদি মাইল কুনমরিখক্তনি। কাছার জিলাদগী মণিপুর ষ্টেট অসি ঝীরী কৌবা তুরেল অমনা খায়দোকই অমসুং মফম অদুদা ঐখোয়গী সিফায়শিংসু লৈ। সিলচর হায়বা অসিদা চুম্নগী প্রজা ঙাকপগী মীওইশিং লৈবতা নত্তনা মতম পূম্নমক্তা সিফায়গী রেজিমেন্ট লৈজরবসু অমসুং অসামগী জিলা অযাম্বদগী হেন্না য়ুরোপকী মীশিং য়াম্না লৈজরবসু হায়রীবা মফম অসিমক্তি যাম্না চাউবা ষ্টেসনদি নত্তে। মফম অসিদা চা থাবা মীগী কাঙলুপ য়াম্না লৈ অমসুং চা থাফম লম্পাক মরাং কায়না লৈ। চা থাবগী থবক তৌবা মীওইশিংদি য়াম্না তোয়না লাকপা অমসুং চৎখিবা তৌই - মরুওইনা নিংথমথাগী মতমদদি মখোয়গী নুংঙাইজবা মতমনি, মরমদি, মতম অসিদা হাপ্তা অমমম চূপ্না শগোল লমজেল অনি-অহুমলক্তি তৌই, অনকপা অমসুং অরাপ্পদগী মী কয়াসু লাক্লে।

সিলচর হায়বা লম অসিদি হৌখিবা চহি অদুগী মনুংদা অৱা-অনা কয়া উজপ্রবনি। শোক ১৮৯০ গী সেপ্তেম্বর থাদা মী পূম্নমক্কী ৱাখলসে লুসাইশিংনা থোকহনখিবা অমাং-অতা, অৱাবা কয়া অদুদা অদুম লৈরুরবনি। আইজলগী লানবল অদোমদা সিফায় কাঙবুনা চীঙ অদু য়ৌনবা অমসুং লুসাইশিংগী মীনুংশি খঙদবা থবক্তুগী লমন খুম্নবা লাকখিবসু কয়ানি। মমল য়াম্রবা মীওই অনিগী পুন্সিসু মাঙখি, মখোয়না (লুসাই কাঙবুনা) ওৎ-নৈবা অদুদা। হাপ্তা খরগী মতুংদদি, অমরোমদা ময়ামগী পূক্লিংসে মণিপুবগী হান্না মহারাজা ওইরম্বা নিপা অদুবুসু য়াম্না উননিংলমই। মহাক্তি, মাগী মনাওনিপা সেনাপতি অদুনা

তাঙ্খোকপিরক্লবদা, বৃন্দাবনগী শেংলবা মফমদা চৎচরনি হায়দুনা মনাওনিপা অহুমগা লোয়ননা লমদম অসি ফাওদুনা লাকখিবা ওইরবমানে। হান্নগী মতৌগুম খৃষ্টমাস মতম য়ৌরকপদা, শগোল লমজেল, জগোই, চাকচা-হৈজানবা কয়া পাঙথোকখি, অদুবু খৃষ্টমাসকী শরিখ খীংবা হেক লোইখিবগা, অনৌবা চহি হৌরকপদা শাথীনা মাঙ-তাকপগী পাউ পুরকখি। পাউ অদুনা মীপুম খুদিংমক্কী মায়থোং লাংশিনহনখি, অদুবু লালহৌ অদুগী অকিবা কয়া অদুগী মায়োক্তা ঐখোয়না হেন্না ফবা মওংদা নমথবগী থবক পাঙথোকখি। ঐহাক্কী ৱারীসে থৌদোক কয়া অমা হান্না ফোঙদোক্লক্কদৌরে, ঐখোয় ইশাগী ৱারীদা অমসুং চহী অহুম অদুগী মনুংদা খঙখি-উখিবা, থেংনখিবা থৌদোকশিং অদুদা অমুক হন্জিঞ্জরগে।

সিলচরদা হেক থুংবগা, নুমিৎ নিনি হুম্নিরোমদি ঐখোয় মফম অদুদা লৈরে। অনৌবা মরুপ মপাঙ খরসু খঙনরে। ভারত্তা লৈবা ষ্টেশন অমদা অনৌবা মী অমা থুংলরবদি চৎনবী অমা ওইনা পাঙথোক্লবা হরাও কুম্মে কয়া অমসু ঐখোয়গীদমক্তা পাঙথোকপীরমই। য়ুমদা লাকপা মীবু হরাও হরাও তৌবা হায়বসিদি আইনগুম্বা চৎনবী মখল অমনি। ঐখোয়গী লমগী মীওইশিংদগী অসিগুম্লবা হরাওনা ওকপগী থবক অসি ফংজবা পান্নবদি শোয়দনমক ইংলিসকী মীওই অমা ওইবা তাবনি। নঙগী পেন্ননবগীদমক্তা, মখোয়গী য়ুম, লৈজ লৈজবা মাল-চাং পূম্নমক নঙগীদমক থৌরাং তৌগনি। হোয় ..... থেংনগদবা খুদোংচাদবা কয়াবুদি লৈ ভারত্তা লৈবা মতমদা অমসুং কয়া অমসু মাঙজে হায়না খন্নে; অদুবু ভারতকী অতৈ মফমদদি অসিগুম্লবা পুকচেল শেংনা থৌজাল হৈবগী থবক অসিদি করিগুম্বদসু ফংবা ঙম্লোই। নহাক কনানো, পুন্সিগী শিনফম করিনো হায়বগী চিংনবা ৱাহং-পাক চাউদবা অখূবা মীৎয়েং কয়া অসিদি, নংনা চঙজফম পামলকপা মতমদা, মফম অসিদা লৈতে। পৈশা ফংলিবা নিংথৌগী শাগৈ কাঙবু নৎত্রগা সিফায়গী অচৌবা ফম পায়বা ক্কাঙবুশিংগীদি মা-মাগী ফম অমদি ফংনরিবা শেল কয়ানো হায়বদু অদুম খঙবা ঙমই। অদু নত্তবা মী অতৈশিংগী মতাংদদি - নহাক্না ইংলিসপু ওইরবা, কুইরবা লমদম ইংলেণ্ডদগীবু লাকপা ওইরবদি পূম্নমক্না হরাওনৈ, নঙোন্দা থৌজাল হৈ।

ঐসু মফম অদুদা লৈরিঁঙৈদা তিন্নখিবা মরুপ-মপাংশিংদু নিংশিংলুবদা নুংঙাইঁজে। মখোয়শিং অদুনা মখোয়-মখোয়গী নুংঙাইবা পূম্নমক ঐহাক্না শরুক য়ামিন্নজবা পাম্বা অমসুং ঐনা ৱারক্লবা অমদি মিনুংশি পামজরক্লবা মতমদা হেন্নদুম ঐগী ইতেং পাংবীনবগী থৌরাং তৌবীখিবা মরুপ মপাও ঙাক্তনি। মখোয়গী মমিং পূম্নমক মতম চুপ্পদা ঐগী থম্মোয়দা লৈহৌরগনি। লাইবক ফবা পূম্নমক ঈশ্বরনা মখোয়গী মফমদা পীনবিনবা নিজরি।

অতেনবা মতমদা, মতম খরা সিলচরদা লৈবদু লোইরদুনা থুনমক ঐখোয় হুম্নি শুরকপগী অরোইবা নুমিত্তা মণিপুরগীদমক খোঙশাল্লক্লে। অহানবদা, ঝীরী য়ৌবফাওবা লাকপগী খোঙচৎ অদুদি করিগুম্বা থৌদোক ৱাথোক অমত্তা য়াওদরে। তুরেল অদুগী মপান য়ৌরকপা মতমদা ঐখোয়না উখি মদুদি পাকচাউনা শন্দোকখ্রবা জঙ্গলগী লমদম অদু মথংগী নুমিত্তদি ফাওদোক্তুনা চৎকদবনি হায়বসি। লাইবক থীবনা অহিংচুপ্পদু নোং চুখি, অমসুং অয়ুক ওইরক্লবা ফাওবদসু অদুম চোৎলি, নোং মরিক মরিক চুরি। মফম অসিদদি ঐখোয়গী কুলিশিংদু ওম্থোক্লরে। ঐখোয়গী পোৎ পুবিনবা চীঙগী মী, নাগাশিং ফংলে। মখোয়শিং অসে মশা মউ ফজবা মণিপুরদা লৈবা মখল মখা অয়াম্বা চীঙগী মীওই ঙাক্তনি। মখোয়শিং অদুদি কুকি, তাংখুল অমসুং কুপোয় (কবুই) নচিংবনি। ঐগী করিমত্তা হায়নিংদবগী মীৎয়েংনা য়েংবা মতমদদি মখোয় য়াম্না পাখৎকনবা মীদাসু মাল্লি। মখোয়গী মশাদা ফি-রোল ইশেৎ শেৎতে, মখোয়গী মঙকশিংদা গ্লাসকী অরঙ-অরঙবা ফজবা লিক পরেং শি। মখোয়গী মনাশিংদু য়েংবদা অকিবা পোক্লা তঙ্খাই খায়দোক্লগা কোরোক কোয়না থম্বা মখুল অদুদা মখল খুদিংগী পোৎ নমশিল্লি - মখোয়না পামজবদি চে মকোল অমদি ৱাদগী কক্লগা শেম্বা খূজিগুম্বশিং অদুনা ফন্দোকহল্লবা মনাশিং অদু য়াম্না চাউনা, মগুন লৈনা উহনবনি।

মখোয়গী শমদি তোঙান তোঙানবা মওংদা ককই। তাংখুলশিংগী মকোকতি ময়ায়দা, মাঙলোমদগী তুংলোমদা ইশাং শাংবা শমগী নাপোম অমা খাক্লগা নাকন নাকন্দা শৃৎ নান্না ঙকশম ফাওবা কোকথোকই। হায়রীবা শকফম অসিদা মখোয় মতোক পানবা তেনৱা মাল্লি। কুকিশিংগী মশমদি শাংই অদুগা মচু তাদনা মাঙলোমদা থগোম থগোম পুনশিন্দুনা থমই। কবুইশিংগীনা মশম

অদু ইকোয় কোয়না ককথংলগা মকোক অদু শামতুগী তুপী উপ্লগুম উই। মখোয়দি (নাগাশিং) মেম সাহেবকী তরং উপুগী মরমদা খক চরাংনদে। মখোয়না ইরুজবগী চেনশিন্নবদো য়েংবদা ওহ্নোক্লা নুংঙাইগ্রে। মখোয়গী ইরুজবদুদা অপাকপা মনঙ্গদা কুপশীনবা য়াবা অমসুং ইরায় লায়না মনঙ্গদা ইংহন্দুনা পুবা য়াবা পোৎ অমসু য়াওই। মতম অদু এপ্রিল থাগী থাবায়রাইগী ওমচাক্লবা মতম অমসুং মখল মখলগী কাও হয়িং লিশিং লিশিংনা ঐখোয় অমদি শগোলশিংবু য়াম্না নুংঙাইহন্দবা মতমনি। নুংঙাইতবা হায়ববু খমথেংনা রাহনখিবনি ঐখোয়বু। মখোয় পরেং পরেং তুপীগী অকোয়বা মপান্দা তোংশিল্লি, মায়দা চীকই। ঐখোয়গী শগোলশিংদসু শঙ্গু শঙ্গু তোংশিনবী, চীকপি অদুগা লম্বীনি হায়রিবা অদুগী ফিভমসু করি অমুক হায়গনি - ঐখোয় অকীবা ফংনা রাখি, হয়িং অমসুং শারবা নুংশাগী মৈশা অদুদা। ঐখোয়গা লোয়নননা মণিপুরী সিফায়গী শত্রীশিংসু য়াওরম্মী। মখোয়না লৈখোম হেন্নবা লম্বী অদুদা ঐখোয়গী শগোলবু মতেং পাংদুনা লমজিংই। মাইল তরেৎলোমদি মতৌ অসুম্না ঐখোয় লৈখোম হেন্নবা লম্বীদা চৎলবা মতুংদা ইহান হান্না অৱাংবা চীঙশাং অমা য়ৌরক্লে, ঐখোয় লৈখোমদগী কাখৎলে। হায়রীবা চীঙশিং অসি অসাম অমসুং মণিপুরগী মরুওইবা য়াংলেন শরুগুম্বনি, মখোয়শিং অসিদগী মখাতানা নাগা হিল্স হায়না খঙনবশিংদু শন্দোকখিবনি। মণিপুর য়ৌরকপগী লম্বীদা লৈবা খ্বাইদগী রাংবা চীঙশাংদি চাউরাক্লা ফুট ৬০০০ রোম রাংই, ঙম্বসু য়াম্না ঙমই অমসুং চীঙথক অদুদা লৈবা লম্বীশিং অদু য়াম্না অতোঙ অকুৎ নাইবা মরম্না শগোল তোংবদসু, করি করিগুম্ব মফমদদি য়াম্না লুনা থোকই। মফমশিং অদু রা ঙাক্তা হৌরবা জঙ্গলনা কুপশিল্লি। অরাপ্পা অমসুং অনকপা মফমশিংদা খুঙ্গং খরসু থেংনবা য়াওই অদুবু মশিংদি য়ামদে।

চীঙগী লম অসিদা মাইল মঙা মঙা খুদিংগী মণিপুরীশিংগী থানা অমমম থন্নগা য়েক্লবশিংবু কুপ্না য়েংশিনবগী অমসুং (দাক) চিঠি পুদুনা লাকপা মীশিংনা তাংকক অমমমগী ওইনা থুংঙবগী মফম ওইনা শীজিন্নে। মতম পুম্নমক্তা থানাশিং অসিগী অকোয়বদা লানবন শাদুনা খাজিন্দে, অদুবু অচৌবা খরদি খাজিল্লম্বসু য়াওই অদুম ওইনমক লুসাইশিংনা মী মকোক কক্লগা লুখা থাননবগীদমক অমুক্তং নত্তনা হন্না হন্না লান্দাখিবা ওইরমানে। থানা পুম্নমক্তা

ঐখোয়না হেক হেক থুংঙবদা ময়াম পুম্নমক ইরাং লাংনৈ, অমসুং মফম অদুদা লৈরম্বা শগ্রী পুবা সিফায়শিংনা ফজবা মওংদা খোরক্লগা মতিকচানা ইকাইখুম্নবদু উৎপী। মখোয়দি তোপ তোপ্না ব্যাগল (বেংগুল) খোংবসি য়াম্না পামজৈ অদুনা ওইথোকপা য়াবা মফম মতম খুদিংদা বেংগুল খোংবসি শিজিন্নৈ অদুবু নুমিৎ অদুদি ঐখোয় লৈখোম্নসু পুমতৈ তৈরবা, চাকসু লাম্লবা, য়াম্নসু চোকথরবা মরমনরা করিনো ঐখোয় লাকপদা মখোয় করিসু থোইদোক্লমদে।

নুমিদাংবাইরমগী অথেঙবা ফাওবা ঐখোয়গী খোঙচৎ অদুগী অরোয়বা অদুদি য়ৌদ্রি। ঐখোয়না থুংগদবা মফমদু তুরেলগী ওইথংবা নাকন্দা লৈবা মরমনা, তুরেল অদু ঐখোয় লাগ্লোকপা তাখি। ঐখোয়গী শগোলশিংদি তুরেলগী বাংমা অদুদা অদুম থনম্বা তারে।

ঐখোয় তুরেল অদু লাগ্লোক্লে, বা-না শাবা থোং অহায়বী অমদা। থোং অদুসু, য়েংবদা পাখৎপগী মশক্লি। অসিগুম্লবা থোংশিং অসিদি তশেংনমক পুক্লিংদা লাংতক্লহল্লি। তারা অকুপ্পা ময়াম পুল্লপ য়েংশীন্নরগা অচৌবা থৌরি ওইনা শারে অদুগা উশিংদগী তুরেলগী অতোপ্পা নাকলদু য়ৌনবা য়াম্না বাংনা তিংই। তারানা শাবা থৌরি অদুদগী য়াম্না কুঙনা বা ময়াম নাকন নাকন্দা ঙাকথোক্লবা ওইনা য়াম্বুরে অমসুং মখোয় অদু থোংগী মপাক অদুদা লী-না ফাজিন্দুনা থম্মী। থোংগী মপাক অদুসু বানা ফক্কী মতৌগুম শাবনি। ইরন ইরন লন্না, করিসু লৈতবা অচম্বা পোৎ ওইনা উরবসু, থোংশিং অদু তশেংনা মপাঙ্গল কল্লি, মী শা কয়া তঙাইফদ্রবদি অদুম পুবা লাগ্লোকপা য়াই। থোংশিং অদু ঈশিংগী ঈমায়দগী য়াম্না বাংনা লৈ, ঐখোয়না লানবা মতমদা ফক কারক কারক্কী অহোবা অদুদা মখাগী ঈশিং উবা ঙম্মী। অমরোমদা থোং অদুগী ময়ায় য়ৌরকপা মতমদা য়াম্না নুংঙাইতবা মওং অমনা, কন্না হাইমনবদগী ঐখোয়গী খোঙ থাংবদা য়াম্না লুবা অদুনি। ঐদি মসিদা শুকলান লানজনিংদে, য়াম্না মওং চাদনা অমুক্তা নত্তনা তুসু তুশিনখিবনি অমসুং মতাং অদুদা মণিপুরিশিংনা খবাই তানা নোকচখি।

ঐখোয়গী পোখাফম শঙ অদু য়ৌরবা মতুংদা নোং কন্না চুবা হৌরম্মী। মহৈমরোং থম্ফম মানবা, অচৌবা বা-না শাবা মফম্নি মদো, থোকফম চঙফম

অমত্তমক য়াওরগা থোংনাওগা অমত্তা পান্দে অমসুং লৈমায় অদুসু লৈপাক্লীনি।

লৈফম্নি হায়রিবা মফম অসিদা করিগুম্বা মখলগী ফাল, চৌকিনচিংবা ফম্ফম লাকফমগী পোৎ অমত্তা লৈতে। ঐখোয়গী পোৎয়োমশিংদু লাক্লিবা ফাওবদি লৈবাক্তা ফমথদুনা ঙাইবা নত্তনা করিসু তৌনিংঙাই লৈরমদে। ঐখোয় লোয়নমক হকচাংসু ঙমদ্রে, চাকসু য়াম্না লাম্নরম্মী। নুংদাংগী পূঙ মাপন তারবা ফাওবা করিসু লাক্রবগী তুংদা, ঐখোয়গী চাকখুমগী পোৎকুপ পোৎচৈগা লোয়ননা, চাকথোংবা ঐখোয়গী পুজারি অদু লাক্লে। ঐখোয় চাকলেন মখল অমা লৈমায়দা অদুম চারগা ঐখোয়গী অরাম অরাম্বা পোৎ মোমপাক্লচিংবা শামুদা পুরক্কদবশিংদু লাক্লিবফাওবদি অয়ুক পূং ২ তাবা ফাওবা ঙাইবা তারম্মী।

পূং মরিগী মতমদুদি অরাবগী মশক্লি, মরমদি কাং, তুম্মিৎ শঙ্গু-শঙ্গু পাইশিল্লকুনা ঐখোয়গী খুৎ মায়নচিংবা - চুম্না হায়রবদা হকচাংগী কুপশিন্দবা মফম পূম্নমক্তা চিকলম্মী। ঐখোয়গী পোৎ-চৈ লাক্তদুনা পম্ববগী মরমদি লম্বীশিং অদু য়াম্না ঙম্বা অদুগা য়াম্না নানবা মরমদগী শামুশিংগী মখোঙনা চৎপদসু নুংঙাইতবা অমসুং মঙা-তরুক্লকসু শামুদগী পোৎ লৌথবদা মতম চঙখিবগী থবক অদুননি।

অয়ুক পূং অহুমরাইদদি ঐখোয় তূম্নিংলক্লদুনা ফমুং শেম্নরে অদুবু ঐদি নোং অদুদা পূং অমরোমদি তূম্বা য়াদ্রে। নোং অদুদি ঐখোয়না চাক চাবা মতমদগী হৌনা হৈথরক্লবনি, য়ূমথক অদুদগী য়ুরক্লদুনা কোক্তসু লোয়না তারে। ঐখোয় হৌগৎনদুনা পোৎ পুম্নমক হোংদোক হোংজিন তৌরগা লেমহৌরিবা অহিংগী শরুক অদু নুংঙাইনা তূমথরম্মী। মথং নোংঙাল্লগা অমুক চৎপগী রাফম অদুদি খন্নবগী রাংমদা লৈদ্রে মরমদি মতম অসিদা ঐখোয়গী মীনাইশিং, কুলিশিং অমদি শামুনচিংবা পুম্নমক কা হেন্না চোকথরম্মী অমসুং নোংসু লেপ্পা নাইখিদে।

মরম অসিদগী, ঐদি খ্বাইদগী লাইবক ফবা ওইনা নুমিৎ অদুমদি ফমুঙদা অদুম লৈরে। মতম অসিদা ঐগী কুলিশিংনা ঐগীদমক রাগী দোলাই অমা শাবীরমই, মরমদি ঐগী শগোল অদু হৌখিবা নুমিৎশিং অদু লেপ্তুনা লমশাং

চৎলকপা অমসুং অগুম্বা কয়া কারকপদা মাগী নঙ্গল অদু চাথৎলে। মতৌ অসুম্না, ব্রাৎলিবা, চৎকদবা লমশাং অদুগীদমক্তি ঐবু দোলাইদা পুহনবসি ঐগী ইপুরোইবনসু লেপ্পবনি। ঐখোয়না পম্থরিঁগে মতম অসিদা ঐখোয়গা লোয়নরিবা মণিপুরী সিফাইশিং অদুগসু ফজনা খগুনবগী মতম অমা ফংজখি। ঐখোয় পুল্লপ্পা মী মশিং কুন্থ্রাদি শুফম থোকপ্রা খঞ্জবনি অদুবু মী তরানিথোইদগী হেন্না ঐনা খক উখিদে। খোঙশাল্লকপা মতমদা মাঙদা অনীরক চেনখত্তুনা মখোয় মশাবু মশিং থীজরম্মী অমসুং ঐখোয়বু ইকাই খুম্নবা উৎপগী ওইনা নোংমৈশিং অদু মথক ওনখত্তুনা পায়রগা চৎলি। অসুম্না চীঙলম্বীগী থেকচিল্লকপা মফমদু লাল্লকপদসু মখোয়না উৎলিবা অদু অদুম চৎথরমই অমসুং মখোয়গী মীশিং শরুক অনি হেন্না য়াওরি হায়বগুম ঐখোয়গী পুক্লিংদা খলহল্লি। মখোয়গী ওইনা সিফাইগী খগুনবী ফিজেত্তি খরদমক ওই। মখোয়গী মরক্তা মপুংফানা শেৎপা মী অহুমদমক য়াওই, অতৈশিং অদুনা মশানা পামজবা মওংদা লৈতেংজৈ। ঐখোয়না মফম খুদিংগী পনবা মতমদা, ঐখোয়বু নুমিৎচুপ্পা ঙাক শেনবীনবা শক্তি অমমম পীবদু পুং অহুম অহুম খুদিংগী শিন্নবনি অমসুং মদুদা য়াম্না নোক্লিংবা শক্তম মওং অমমমদি য়াওই। য়াম্না মোৎনা উরবা মীশক অমা মথৌ পুরিবা সিফায় অদুগী মনাক্তা লাকই, মখোয়গী চৎনবী মওংদা সিফায় অদুদা খুরুম্মী। শক্তি অদুনা মানা শেৎলিবা ফিজেৎ,কোট, পেটিনচিংবা লৌথোকপা হৌই অদুগা রাইফল অদুনা লৈপাক্তা থম্মী। মতাং অসিদা, মোৎনা উরবা নিপা অদুনা পুম্নমক অসি খুনগত্তুনা মশাগী নিপাথোকপা মওংদা অমুক শেৎচিল্লি, অদুগা ঐখোয়না ফমলিবা মফম অদুদা চংলক্লগা ফজবা মওংদা সলাম তৌরে। অতোপ্পা মী অদুদি, মতাং অসিদা কদায়দনো অমা শৎ মাঙখ্রে। নুংদাংদদি ঐখোয়গী শক্তি অনি থম্বনি। য়াম্না তোয়না মখোয় মপান - মাঙ্গোম্দা শক্তি তৌজগে হেক হেক হায়বনি। মসিনা তাকপদি, মপান্দা মখোয়না হেক লৈখিবগা মখোয় অনিমক লৈপাক মথক্তা কন্না নাখোক্তুনা তুমখি অমসুং মখোয়গী নাখোকপদুনা ঐখোয়বুসু মীকপ থোকহল্লি।

ঐখোয় চৎমিন্নবা মতমদা, মানা মানা নিংলকপা মতুংইন্না পংচৎতা চৎনখি। ঐখোয়গী পুক্লিংদা ইতন তল্লকপা, হৈনিংদবা উরবদি, অশম্বা লম্বীশিংদা হেক্তা শমজীন্দুনা চৎখি, অদুবু ঐখোয়গী ইমাঙদদি মখোয় অমা অনিদি মহৌশাগী

ওইনা অদুম চৎলি। মখোয় অনিগী মরক্তা, অমদি অহোংবা লৈতনা অদুম ব্যুগল (বেংগুন) অমা পায়বনি, মদুদা মাগী ব্লাখলনা অপাম্বা কয়া খোংদুনা ঐখোয়বুসু কয়া অমা অপাম্বা খলহল্লি। মানা তৌরিবদু, ঐদি অফবনি খঙ্গে। রাইফলশিংদু মখোয়গী লেংজুমদা পুই অদুগা মখোয়না চেকশীঙ্গবা মপোং মঁচে কয়া, ফি অমদা য়োমদুনা কিশিল্লগা মখোয়গী নোংমৈ মতোন্দুদা য়াল্লি। মণিপুরি সিফায়শিংসে য়াম্না নোক্লিংবা মশক অমনি হায়বদা করিসু চিংননিংঙাই লৈতে।

মথংগী নুমিত্তদি মকরু তুরেল মপান্দা ঐখোয়না থুংলম্বা অচোংপা মফম অইংবা মফম অদু থাদোক্লমই। মফম অদুদগী লাকপদা ঐখোয় লোইনা হুরাওনৈ মরমদি হৌজিক মণিপুর পাংনা লাক্লবনিনা। নুমিৎ খুদিং চপ মান্নে, নুমিৎ চুপ্পা চীং অমুক কাবা অমুক কুমথবা অদুগা নুমিদাংগী মতমদনা ব্লানা শাবা খাংপোকশঙ অমদা, অদুবু অহানবা নুমিত্তা থেংনখিবা ব্লাখলশিং অদুনদি ঐখোয়দা লৌশিং খরা তাকপীরে।

ঐখোয়দা য়াম্না দরকার লৈবা পোৎ অয়াম্বদি কুলিশিংবু পুহল্লে, অদুগা শামুশিংদুদা অতৈ পোৎশিং হাপলমই মরমদি মখোয় তপ্পা চৎপনিনা। ঐখোয়না অসুম লাকপদা, ঐখোয়বু য়েংননবগীদমক নাগা মীওইশিংনা মখোয়গী খুঙ্গংদগী শঙ্গু শঙ্গু থোরকই। মখোয় অয়াম্বনা হান্নদি ইংলিসকী নুপী অমত্তা উদ্রিবনিনা, মরুওইনা মখোয়না য়েংনিংলিবসি ঐঙোন্দা ওইবম্মী। চীংথক্তা নুমিৎ তরেৎনি চৎলবা মতুংদা, নিপান্নিশুবা নুমিত্তদি ঐখোয় ইকোন কোনবা চীংশাং অদুগী খ্বাইদগী ব্লাংবা নাপোমদা লাক্লে অমসুং ঐখোয়না চৎলিবা চীং অদুগী মখাদা লৈখ্রবা মণিপুর তম্পাক্কী শকফম অদু ঐনা ইহান হান্না উজবনি। নুমিৎয়ুংবা মতুংগী নুংশা মঙাল অদুদা কয়াদা ফজনা ইংনা চীক্লা উখ্রবা ! হৌখিবা নুমিৎ তরেৎনি চুপ্পা চীংদা লাক্লবা মতুংদা, মিৎনা য়েংবদা তাম্না শন্দোকখ্রিবা মফমশিং অদু য়েংবদা অসুক্কী মতীক ফজরম্মী। মতম ঙাইহাক্তি ঐখোয় চীংথক অদুদা লেপ্তুনা মফমশিং অদু হবাওনা য়েংখিবনি। তম্পাক অদুদা লাপ্পা লৈখ্রবা অঙৌবা মচু তৈবা মহারাজগী কোনুং অমসুং মহাক্না চেৎনা লুনা নিংজবা লাইগী, সনানা কুপ্পা লাইশং অদুগী মওংসু উবা ফংলম্মী। ঐখোয়না লেপ্লিবা অদুগী মখাদা অমুক শংবান্নদা শন্দোকখ্রি লোক্তাক পাৎকী ঈশিংনা, অমসুং ঈশিং অদুগী মথক্তা চীংদুম মচাগী ইথৎশিংনা অমুক কয়াম ফজনা থাল্লিবা ! চবুল চবুল হৌবা ব্লাপল

অমদি লফু পাম্বীশিংগী মরক্তা খুঙ্গং কয়া কয়ানা তম্পাক অসিগী মরক্তা তুম্বক তুম্বক লৈরিবা ! অসুম্না খুঙ্গং খুঙ্গংশিংগী মরক্তা ফৌগী লৌবুক অমদি অতৈ মহৈ মরোং থাফমশিংনসু লমতুকপ লমতুপ শন্দোক্লি। তম্পাকী লমদম পুম্নমকসে য়েংবদা অৱাংপা লৈতবা অমসুং চেকশিন্না থল্লবা মফম মানবনি। অসুম্না, ঐখোয়গী খোঙচংকী অরোইবা ওইগদবা মথংগী নুমিৎ অদুবুসু ঐখোয়না অমুক য়াম্না খৌরাংনা ঙাইজখিবনি। কোলনেল শামু কৌবা নিপা অমনা লমজিংদুনা শামু তরা অমসুং সিফায় য়াম্খৈগা লোয়ননা ঐখোয়বু চীংখোঙ অদুদা ঙাইদুনা লৈরম্বা অদুসু উনরে। কোলনেল শামু হায়বা মীশক অদুদি ঐনা উরকপা মীশিংগী মরক্তা অকিবা পোকপা অমদি য়াম্নসু লেমজবা অহল অমনি। ব্যবহার ফজবা অমসুং নোল্লুকপা হায়বদু মঙোন্দা লোয়না য়াওই। অচৌবা থুমোক কয়াদা পাংকী উচেক অমদি চাননবা মনামশিং কয়া হাপ্লগা ঐখোদা খুদোলপোং ওইনা পীরম্মী। অদুগা পোত্থাশঙ অদুফাওবা ঐখোয়বু থিন্দোক্তুনা চৎমিন্নৈ। অঙাংবা মচুগী ফিনা ফজনা কুপ্লবা শামুগী মথক্তা ঐখোয় লোয়না তোংই। অহানবদা ঐদি ইপুরোইবগা লোয়ননা শামু অমত্তদা তোংজনিংবনি, অদুবু ঐখোয় লোল খঙনদবগী মরক্তা ব্রা-ফাওদোক্লহল্লিবা মীশক অদুনা হায় - "কোলনেল সাহেব (শামু) না য়ারোই, মরমদি ঐখোয়গীসু ইতিক ইগুন ঙাকচবা ওইনা শামু পুম্নমকসে নখোয়গী শিজিন্ননবা পুরক্লিবনি।" অসুম্না ঐহাকসু লেমজনা অতোপ্পা শামু অমদা তোংদুনা ইপুরোইবগী মতুংদা চৎলম্মী। অহল ওইরবা কোলনেল অদুনা ইকাই-খুম্নবগী মওংদা ঐখোয়বু ঙাকশেন্না পোৎথাশঙ অদু ফাওবা লাকমিন্নরে অদুগা অরোইবা সালাম পীরম্নবা মতুংদা মতুংদা লোয়না খোংশানখ্রে, ঐখোয়গীসু ইশাগী হৈনজবী মওংদা লৈহৌরে।

মাইল তরাতরেৎ লাপ্না মণিপুরগী লমদম অসিদা চঙশিন্নবগীদমক ঐখোয মথংগী অয়ুক্তদি ঙস্তা হৌগৎতুনা থৌরাং তৌরম্মী। য়েংবদা মওং তানা অমসুং মচু তাবা মীশক ওইনা উননবা হেক য়ারিবমখৈ ঐখোয় ইশাবু শেম-শারম্মী, মরমদি ঐখোয়গী খোঙচংকী অরোইবা মফমদু য়ৌদ্রিঙৈদা ঐখোয়, নিংথৌগী মচা নুপাশিংগা উনগদবনি।

ওঙ্গোকপনি অদুবু- ফত্তবা থবক্তা হৈনজবা, অকায়বা তৌবা উচি অমনা হৌখিবা অহিং অদুদা মথৌচিনবা শা-না ঐগী নুপানা উপকদবা তুপী অদু

য়াম্না লাওনা চিকথৎপীরম্লে অদুগা ঐগী য়েৎথংবা খুৎমোজাগী খুৎশা থিংজিনফম অদুসু লোয়না হোহল্লম্লে। ঐখোয়গী উপুশিংদা অতৈ অতোপ্পা অমুক হাইদোক্নুনা থিরুবসু ঙমদবনা ঐখোয়না ওইরিবা ফিভম অদুদা অদুম চৎপা তাখি।

অহল ওইরবা কোলনেল অদুসু ঐখোয়গা লোয়ননা শগোল তোংদুনা চৎলি। মণিপুর ময়োল য়ৌগদবা মাইল তরেৎ ব্রাৎলিঙৈদা নিংথৌগী মচানুপা মরিনা ঐখোয়বু ঙাইরম্মী। মখোয়না শাহল্লম্বা য়ুম মচা অদুদা ফক অমসুং চৌকি থাদুনা নিংথিজনা শীল্লম্মী। বাঝায় বেঙ্গুল খোংদুনা অমসুং মখোয়বু ইকাই খুম্ননা ঙাক-শেল্লিবা কাংবুশিংদুনা ঐখোয়বু ইকাইখুম্নবীবগী মওংদা নোংমৈশিং অদু চৎনবী মওংদা পুরগা,ঐখোয়না শগোল তোংদুনা চঙশিল্লকপা মতমদা নিংথৌমচা মরি অদুনা মাঙলোমদা ঐখোয়বু উনবা লাকখি। মণিপুরগী সেনাপতিদা ইহান-হান্না ঐনা শক তাকচবদি নুমিৎ অসিদনি, অদুবু ঐখোয়গী তুংদা ওইরক্কদবা মতম অমদা অকিবগী মশক ওইরবা ব্রাখল অমা থল্লকপগী, মরাইবক্তা অস্ত্রমগনি হায়বসি ঐখোয়দি করিমত্তা হান্না উজবা ঙমখিদে। মহাক, য়েংবদা চুং ফিরান চানা ফজবা মীশক অমদি নত্তে। ঐনা খঞ্জবদা, মহাক্কী মরেপ ফুট মঙা ইঞ্চি নিপাল্লোম ওইগনি, লমদম অদুগী মীওইশিংদগী খজিক্তং কুচু পানবা অমসুং হাইরপ য়েংবা নুংঙাইবা মায়থোঙনি। মিত্তা ফজবা অমসুং মোমোন নোকপদা য়েংবা নুংঙাইবা মীশক্লি। অদুবু মাগী য়ামাঙগী য়া খরা তেকপা মরম্না, মাইথোংগী ফজবা মওং মতৌ অদু খরমখৈদি শোয়হল্লে। নুমিৎ অদুদা ঐখোয়না উজবা মাগী মতৌদু ঐখোয়না পামজে, অমসুং খনখি - মহাক শোয়দনা অফবা মী মাল্লি। মচিন-মনাও অতৈ অদুদি করিসু থোইদোকপা ব্রাখল লৈখিদে ঐখোয়দা। নুমিত্তো মফম অদুদা মী য়াম্না তিল্লি, লৈবাক অদুগী অচৌবা ফম্নাইবা কয়া য়াওনা। ঐদি চমম্নবদগী, ময়ামগা খুৎ শোক্লবদু সিফায় অমগসু শোক্লরগা লোইশিল্লুরে। মসিদা থৌনাফবা সেনাপতি অদুদি ঙকখিবনি।

যুবরাজশিং অদুনা - ঐখোয়বু ওকপগী থৌরম শীল্লিবা মফম অদুদা ঐখোয়বু পুশিল্লম্মী। ময়াম অদুগী মরক্তগী হিন্দুস্থানি ঙাংবা ঙম্বদি সেনাপতি

অদুখক্তনি। ঐগী নুপাদি মাগা বারী শাবা গুম্নমই, অতৈদি মণিপুরী লোন্দমক খণ্ডবনা ঙাইহাক লৈতনা মোমোন্দমক নোক্লগা অদুম পেঞ্জরে, অমরোমদা ঐহাকসু মখোয়গুম্না মোমোন্দমক নোক্লে, অসুম্না ঐখোয় কনাসু বানদ্রে। পোৎ কয়ামরুম মখোয়না ঐখোয়দা খুদোল পীরম্মী, পাৎকী উচেক য়াওবা থুমোক, ঙানুশিংগী অমসুং মনামশিংগী, মখোয়না পীরমদবা করিনো হায়বা ঐ খঙদ্রে, মরমদি লোইবা খম্না নাইরমদবনা। ঐগী খুৎশা য়াওদ্রবা খুৎমোজা অদু খুৎ শোক্লমনবদগী তৎশিল্লক্লবা মতুংদা অমসুং ঐগী ইপুরোইবনা নোল্লুক বাহৈ খরসু হায়রবা, ঐনসু মরুপ-মপাং ওইবগী মীনোক্লা খর য়েংন-নোক্ল তৌরবা মতুংদা মমৈথংদদি ঐখোয় শগোল অমুক তোংখংলে অদুগা নিংথৌ অমসুং মাগী কোনুংগী মরুপ-মপাংশিং, মখোয়গী ফম্নাইবা, মীনাই মীশেলশিং অদুগা লোয়ননা মণিপুর ময়োলদা চঙশিল্লমই। ঐখোয়না থুংবগা সালামি নোংমৈ তরানিথোইরক কাপ্তনা ইকাইখুম্নবা উৎপিখি। অদুগী মতুংদা, কোনুংগী থোঙ্গালদা যুবরাজশিং অদুগা বিদায় তৌনরে, ঐখোয়সু ঐখোয়গী লৈফম রেসিদেন্সীগী থোঙ্গালদা মায় ওল্লক্লে অমসুং ঐখোয়গী খোঙচৎ অদু তশেংনমক লোইশিল্লে হায়না পুক্লিংদা ফাওখি।

## ৩ শুবা পন্দুপ

মফমবু ওইরে নত্রগা মীবু ওইরে করিগুম্বা পোৎ অমগী মরমদা পুক্লিংদা লাকপা ব্রাখলসে ঐখোয়না ইহান হান্না উবদা ফাওখিবা ব্রাখল অদুগী মপাল তাংবা ঙাক্তনি হায়বা ঐদি মতম পুম্নমক্তা খঞ্জে। যুম নত্রগা লৈকোল অমা ইহান হান্না উবমক্তদা কনাগুম্বগী পুক্লিংদা নুংঙাইবা ব্রাখলদি পোকপা য়াই, করি অমুক হায়গনি হেন্না নকশিন্না খঙলক্কবা মতমদা নিংবা কায়নিংঙাই মচাক ওইরবসু। অসিগুম্না মতাং অসিদা, ঐখোয়গী যুম অমসুং অকোয়বদা লৈরিবশিং অদুগী মরমদা ঐগী পুক্লিংদা ইহান হান্না ফাওজখিবশিং অদুদি নিংথিনা ফোংদোকচনিংই। চঙফম থোঙ্গাল অদুদগী যুম অদুফাওবা শাংনা শগোল গারীগুম্বা থৌজিল্লকপা য়াবগী লম্বী অমা লৈ। লম্বীগী নাকল অনিমক্তা উ পাম্বীশিংনা লৈতেংই। য়েংথোকখিবদা পুক্লিংদা নুংঙাইবা পোক্লা শন্দোকখ্রিবা অশংবা নাপীগী লম্পাক অদুদা দেবদারু অমসুং লৈ শাৎপা নেম নেম্বা পাম্বী কয়ানা মরক মরক্তা হৌরি, অদুগা য়েৎথংবা নাকন্দা লৈবা লম্পাক অদুগী ময়ায়দা টেনিস শান্নফম অমসু লৈ। চবুল চবুল শাৎলিবা আতরগুলাপকী শম্বল অদুনা মপালথংবা লম্পাক অদুবু যুমগী অকোয়বদা লৈরিবা লৈকোল অদুদগী তোঙান্না খায়দোকই, অমসুং মদুগী অকোয়বদা লৈরিবা পাৎ মচা অদুগী ময়ায়দা অপিকপা ইথৎ মচা অমসু লৈ, অমসুং পাৎ অদুদদি থেঙলবসু থেঙনা (মতম ওইবা ওইদবা) লমঙানু খরদি অদুম ইরোয়দুনা লৈবনি। ঐখোযগী যুম চঙফম অদুফাওবা শগোল তোংদুনা থৌজিল্লি অমসুং যুম অদুদগী কাপথোক্তুনা খন্দোক্লিবা অদুগী মখাদা য়াম্না শাংনা কাবা শিরিগী পরেং অমসু লৈ অদুগা ঙাংলৈননা চুম্না শাৎলিবা ফজরবা বৌগেনভিলিয়া পাম্বী অদুনা ই-না কুপ্লবা ঐখোয়গী মাঙ্গোনগী শরুক অদুবু লোৎশিন্দুনা থম্বগুম নিংথিজনা খঞ্জিল্লি। ঐখোয়গী লৈফম রেসিদেন্সি অদু অশাংবা নেমতক তৌবা যুম্নি ই-না কুপ্লনি। ফক্লাংশিং অদু অঙৌবা শুনু হাইরগা উগী শরুক অদুনা অমুবা মচু তৈবনিনা

ময়েক শেংনা চোংথোকপনি। অকোয়বদা লৈবা মাঙোনগী শরুক অদুদা চৎপা ফম্বদা নুংঙাইনবা ফক থারগা, য়ুবী মশিংনা শাবা খোঙনেৎফম অমসুং শউন কয়া মফম অদুদা লৈবনি। য়ুম অদুগী মমাঙ ওইনা নিংথিজনা নাপী হৌবা লম্পাক মচা অমসু লৈ, অমসুং মফম অদুদা লৈবা লৈশিংগী হৌফম অদুদা মচু মচুগী লৈরাং কয়ানা মরাং কায়না শাৎলি। লম্পাক মচা অদুগী অরোইবা শরুক্তদি, ঐনা মণ্ডলান্দা উজখিবা কুইরবা ইংলেণ্ডগী ফিরালনা, য়ুংলিবা চৈখোক অদুগী মথক্তা চাউথোকচনা পাইরি নামিবা নুংশিংকী ইপোমদা। ঐখোয়গী ইফমদদি হৌখিবা নুমিৎ মাপন্নি জঙ্গলদা চৎলুবদগী হল্লকপদা ঙাইরিবনিনা মফম অদু য়াম্না ফজবা ওইনা থোক্লম্মী অমসুং নোংমা নোংমগী অসুম অসুম হৈনরকপনা থবক ইংখাং কয়া চৎলুরবসু হরাও নুংঙাই ৱাখলগা লোয়ননা ঐখোয়, মফম অদুদা হঞ্জিনজরকই। য়ুমগী মনুং অদুসু চপ মান্নবা শুমহৎপা, নুংঙাইবা মফমনি হায়বা য়াই, অমসুং ঐখোয়না সিলেটতা লৈরুবা য়ুম মচা অদুদগীদি মফম অসি চাউরবা, চীং লেন্নবা য়ুম অমা ওইরে ঐখোয়দা। অঙাংবা মচুগী কোট লিংপা মীনাই কয়ানা ঐখোয়গী থবক তৌবীদুনা, ঐখোয়গী য়াথংতবু ঙাইদুনা লৈরিবা, অমসুং গুর্খা নিপা অনিনা ঐখোয়গী পাউখোল্লোই ওইদুনা লৈরিবা অসিনচিংবা অসিদি ঐনা মায়কৈ অসোমদা খঞ্জরুবা ৱাখলদো চপচানা থুংহনবিরে হায়বসু য়ারে।

নুমিৎ খরনিগী মনুংদদি ঐখোয়না লৈরিবা মফম অসিদা য়াম্না নুংঙাইনা হৈনরকপা হায়বদু ওইরে। ঐখোয়গী লৈজবা পোৎ পূম্নমক ঐখোয়না লাকপদা পুরকখি, অমসুং হৌজিকসু অমুক কনাগুম্বা অমনা হেক্তো পামগদবা, থোইদোক্লা ফজরবা মী লাক্লগা ফমফম ওইগদবা কা অমসু শেমহল্লে। মথংদা ঐগী ইপুরোইবনা তৌখিবা থবক্তি - মহারাজ অদুগা মরুপ শান্নবা অসিনি। মরম অসিগীদমক্তা দরবার অমা ঐখোয়না নুমিৎ নিনিরোমগী মতুংদা থৌরাং তৌজখি নোংমগী অয়ুক পুং নিপান তাবা মতমদা। মদু তশেংনা মচু তাবা মশক থোকপা থবক অমদি ওইখি। মাঙোনগী মফম পুম্বদু অমসুং মাঙগী কাখৎফম শিরিনচিংবদু অঙাংবা মচুগী ফিদানা কুপখি অদুগা ঐখোয়বু ঙাকপা গুর্খা হুম্ফুনা লম্পাক অদুগী মমাঙদা পরেং লেপ্লুনা লৈখি। মহারাজ অদু মাগী মচিন-মনাওশিংগা

লাকপনি, সিফায়শিং, মীনাইশিং অমসুং লৈবাক অদুগী মন্ত্রি কয়াগা লোয়ননা বাঝাই বেংগুনগী মরক্তা। মন্ত্রিশিং অদুগীসু মশা মশাগী মীওই কয়া লোয়নরকই। মহারাজ অদু মথীক নেমই - নোয় অমসুং পীক্লা মশক থীবনি। মহাক্কী শক্তমদি বম্মাগী মী অমসুং চীনা নুপাগী শকওই চওবা মাইথোংনি। বেঙ্গোলদা লৈবা মীশিংদগী মানা কুচু খরা পাল্লি অদুগা লাই থোকখিবা মরমদগী মমায়দি খরা চান্মী। মহাক য়াম্না চম্না অঙৌবা ফি ঙাক্তা শেৎলি, সনামচুগী কুদাম পানবা অঙৌবা কোটকা লোয়ননা লশিংগী য়াম্না পাবা ফৈজোম শেৎলি। মাগী কোক্তা অঙৌবা কোয়েৎ অমা য়েৎলগা নাপু মচুগী খোঙ্গুনমেলৈ চরোং অমসু থেৎলি। ৱাওথাংনবা শামতুগী মোজা অশাংবা অমা মখোঙদা উপ্পগা মাগী খুকউদা চিংথোক চিংশিন য়াবা হিগোক মচুগী মরী অমনা লাকশিল্লি অমসুং মবী অদুদা অপাবা পিথ্রাইগী কুদামগুম্বশিংসু য়াওরগা, পিক্তক্লা থুপকি কিশিল্লি। মহাক য়াম্না চাউবা, কয়া মচু তাদনা শাবা মরী লোনবা অচৌবা খোঙউপ তোংই, অমসুং খোঙউপ অদু তোংবদা মহাক য়াম্না চাওথোকচনা উই।

মাগী মনাওশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হনবা যুবরাজ অদুসু মাগা চপ মান্নবা অনিশুবা মাগী মশক্কি, তৌবতবু খরা হেন্না মঙোন্দগী মশা তুপ তুপ লাউবা অমসুং মশক থীজিনবনি। মথংদা শগোল তোংদুনা লাকই সেনাপতি অদুসু। মাগী মবমদা ঐনসু হান্না হায়জখ্রবনি। মহাক মনাওনুপা মঙানা ইল্লকই। শ্রীযুট মহারাজ অদু ওক্লবগীদমক ঐগী ইপুরোইবনা মাগী তুপী লৌথোক্তুনা মপালগী থোঙ্গাল তান্না চৎলম্মী অমসুং মফম অদুদা নিংথৌমচাশিং অদুগা খুৎ শোক্লববা মতুংদা মহারাজগা লোয়ননা য়ুম অদুদা অমুক হঞ্জিল্লক্লগা ঐখোয়গী লৈফম রেসিদেন্সি অদুগী ময়ায়দা লৈবা দরবার হোল অদুদা চঙর্মিন্নে। তৌরিবা দরবার অদুমক্তি চুম্নগী থাগৎনবা ফোঙদোক্লবগীতা ওইবা মরম্না য়াম্না তেন্না মিনিট তরারোমগী মতমদমক ওইখি। মহারাজ অদুনা চৎলমদাইদা ঐবু উনিংবগী ৱাফম অমা ফোঙদোরকপদগী ঐসু মপান্দা থোরক্তুনা মখোয় পুম্নমক্কা খুৎ শোক্লখি। ঐদি হরাও হরাও নোকচবা অদু নত্তনা করিসু হায়জবা ঙমখিদে মরমদি মতম অদুদা ঐনা হায়নিংবা পুম্নমকতু হায়দোক্লবা মখোয়গী লোল অদু চপচানা খ ঙজদবা মরম্না। ঐসে করিগুম্বা মখলগী মীশক অমা ওইবগুম্না, মখোয় পুম্নমক য়াম্না চীঙ লেম্না ঐঙোন্দা মুন্না য়েংখি অমসুং মসিগী মতুংদা মখোয অমুক হনখ্রে।

ঐখোয়না মণিপুরদা লৈরকপা পুন্সি অসিগী য়াম্না কুপথবা মরমশিংদি ইনবা হোৎনজররোই মরমদি মতমশিং অদো অতোপ্পা থৌদোক কয়া য়াওদবা য়াম্না হৈনিং খোৎনিংদবা মতম গুক্তা ওইবনা। নিংথৌমচা যুবরাজশিংগদি ঐখোয়গা ফজনা অসুম অসুম খঙনরক্নে। ঐগী ইপুরোইবসু মখোয়গা শগোল কাঙজৈ শান্নমিন্নরে, ঐহাকসু মখোয়গা শগোল তোংদুনা ত্রেয়না ত্রেয়না কোয়মিন্নরে। অথন্ননা সেনাপতি অদুদি ঐখোয়গী য়াম্না ফবা মরুপনি। লমদম অসিগী মীওইশিংগী লমচত্তা য়াওদবা করিগুম্বা খরদি মাগী মফমদা লৈবনি।

মহাক্তিঙ নুপা থোকপা মীশক্নি, লাল্লবা মীগী মফমদসু পুকচেল চাউথোকপনি। মরুপ ওইরগদি য়াম্না ফবা, য়েক্নবা ওইরগনা য়াম্না শাথিবা মীশক্নি। ঐখোয়না মাবু পামজরুবগী মরমদি মহাক অসি অতৈ অতোপ্পশিংদগী হেন্না পুকচেল চাউই। করিগুম্বা অমা মহাক্নবু ব্রাশকপ্রবদি ব্রাশক অদু শোয়দনা পাঙথোক্কনি অমসুং মঙোন্দা অব্রাবা নুংঙাইতবা ওইরবসু থবক অদু পাঙথোকই পাঙথোক্কে হায়বদু মশানা য়েংশিনগনি, ইচম চম্না য়াথং অদু তৌরগা লৈথোক্লোই। মতম চুপ্পদা ঐখোয়বু পেন্ননবগীদমক্তা করিগুম্বা খরদি অদুম তৌদুনা লাকপনি। থৌদোক অমদা ঐনা মঙোন্দা হায়খি, মদুদি - কৈথেন্দা লৈবা অকিবগী ফিভমদা মশক মতৌ ফিভম চাদ্রবা, করিসুবুদি তৌদবা অঙাওবা মীশক অমনা ঐঙোন্দা য়াম্না কিহল্লি হায়না। মহাক অদুনা, মমায় মমিৎ শুগত্তুনা খিগৎতুনা ঐখোয়দা হেক হেক চোংশিনবনি, মদুদনি ঐখোয়না য়াম্না নুংঙাইজদবা। অসুম্না কিহনবসি ঐঙোন্দদি কয়ারক থোকপ্রবনি। সেনাপতিগী মফমদা ঐনা ব্রাফম অসি হায়দোকপ্রবগী মতুংদা খঙলকই - মদুদি অঙাওবা নুপা অদু মতম কুইনা কৈথেন্দা লৈখিদ্রে হায়বসি অমসুং মীনা ঐঙোন্দা হায়রকপদগী খঙলে মদুদি সেনাপতি অদুনা হুকুম তৌবদগী ঐখোয়না মহৌশাগী ওইনা নুমিদাংব্রাইরম কৈথেল চৎপা মতমদা, মহাক (অঙাওবা) অদু ফাজিন্দুনা ময়ুমদা লৈহনখ্রে হায়বসি।

অতোপ্পা মতম অমদনা ঐ অমুকখক খর কন্না নাখি। ঐনা খর খর ফরক্রবা মতমদা নুমিৎ খুদিংগী ঐগী হুকচাংগী মরমদা সেনাপতিনা থৌজাল হৈনা হংবিরকখি অমসুং ঐখোয়না চাগনি খনবা উচেক তরুকলোমসু থাবিরকখি।

উচেক পীরকপগী মরমদি ঐগী ইপুরোইবনা চেকলাউবি উচেক পুর পুরগা য়ুমদা লাকপদো মানা কয়ারক হুন্না উথ্রবনি। উচেকশিংদুবুদি করিস্রু কান্নখিদ্রে অদুবু মখোয়শিং অদুবু ঐঙোন্দা থারকপিনিংবগী, মহাক্কী থৌজালগী ব্রাখল অদুবুদি মমল য়াম্রবা মশক অমা ওইনা ঐনা লৌজে। ঐগী নুপানা শগোল কাংজে শান্নবদা তোংগদবা শগোলশিংগী মরক্তা করিগুম্বা অশোয়বা খর য়াওরবসু সেনাপতি অদুনা মাগী শগোলশিংদগী ঐগী নুপানা হেক পাম্রিবর্মখে থাবিরক্কবা থৌরাং তৌই, অমসুং ঐখোয়গী য়ুমদা কনাগুম্বশিং কোয়রক্কুনা লৈরবসু মহাক্না (সেনাপতি) শগোল পীদুনা তোংহল্লি, পোলো শান্নমিন্ননিংবগী অপাম্বদু কোংদোকচৈ। মহাক্তি শান্ন খোংনবদা য়াম্না পুক্লিং চঙবা মীশক্লি, মখুৎসু য়াম্না চুমই। অইংবা মতমদা চয়োল অমরোম চুপ্পা ঐগী ইপুরোইবগীদমক্তা মহাক্না মরক মরক্তা শজি কাপ্পগী থবক পায়খৎলি, ঐসু মতম পুম্নমক্তা য়াম্না নুংঙাইবা কুম্মৈ অমা ওইনা মদুদা য়াওজে, মখোয়গা চৎমিন্নে। শামু ময়ামগা লোয়ননা ঐখোয়বু মফম অদুদা ঙাইদুনা লৈরমগনি সেনাপতি অদুনা। অয়ুক অয়ুক ঙন্না ঐখোয় চৎপা হৌই, অদুগা নিতিগী ওইনা ঐখোয়গী খাউজাউ অদু পিক পিক থন্না হল্লকই। অচৌবা শাদানবগী থবকসে, তম্পাক্কী লমদমদদি পাক পাক খঙনদবনি। মরক মরক্তা লম হাইদোরকপা কৈ-না তম্পাক্তা চঙশিল্লক্কুনা শল লাবা অমা অনি হাংখিবগী পাউ খুদক্তা মহারাজনা ফংবদগী শা কাপ্পগী কাঙবু অমদি হেক্তা থৌরাং তৌই অমসুং অসিগীদমক থমখ্রবা মীওই কাঙবু অমনা কৈ অদু লৈরমগদবা মফম অদু তান্না লাং অমসুং তা ময়াম পুদুনা চৎলি। অহানবদা মখোয়না জঙ্গলগী শরুক খরদি লাং থাক্কুনা খাজিল্লগা কোন্না, অকোনবা ব্রাগী শম্বল অমসু চেৎনা খাজিল্লগা লাং অদু লৌথোকই। অদুগী মতুংদা নিংথৌগী কাংবুশিংগা লোয়ননা ঐখোয়সু থুংলরে অদুগা লৈমাইদগী য়াম্না ব্রাংনা শারিবা অপিকপা শগাই অদুদা কাখৎলী। শগাই অদুদি করিগুম্বা কৈ অদুনা নাম্বোরকপা থোক্রবসু চেকশিন্না, য়ৌরকপা ঙমদনবা শাখ্রবনি। অদুগী মতুংদা য়াম্না লাঙই, লাওই, মখোল অহৌবা য়াম্না খোংদুনা কুম্মৈ অদু হৌরম্মী। শম্বল মনুংদা লৈবা জঙ্গলগী শরুক অদু ককথৎপা য়ানথৎপা হৌরে। জঙ্গল য়ানথৎলিবা মী অদুবু অতোপ্পা অচৌবা তা পায়বা মী অমনা ঙাক শেল্লি। অসুম মথং মথং য়ানথৎলবদা কৈ অদু নমদুনা মপান থোরকহল্লি।

মতম অদুদা শগাই মথক্তগী মীশিং অদুনা কৈ অদু তম্না কাপশিনবদা মহাক অদুম শিরে। করি করিগুম্বা মতমদা মীয়ামশিং অদুনা শম্বল অদুগী মনুংদা কৈ অদুবু তানা থিন্দুনা হাংপসু য়াওই। ঐখোয়না য়েংবা মতমদা তোল্লবা জিব অদুগী মশাদা শোকফম তরাদগী তরানিথোই ফাওবা মতম লৈবা খিবিক্তা য়াওই। পাখংপা চরাংনবগী মশক্তি, শান্নবগী কুম্মৈ অমদি নত্তে, মতম পুম্নমক্তা কৈ অদুগীদমক নুংঙাইতবা ফাওই। ঐনা য়াওবা য়াওবা খুদিংগী মহারাজ অদুনা কৈগী মউন অমসুং খুজিলশিংদু ঐঙোন্দা খুদোল ওইনা পীবনি। অমসুং ঐনা মণিপুরদা লৈরকপা চহি অহুমগী মনুংদা অসিগুম্নবা পোং কয়া অমা ফংজখি।

নিংথৌগী মচানুপাশিং অদুনা মখোয়গী ওইবা হিরমশিংদা ঐখোয়নসু থব্নায় য়াওশিনবা, পুক্লিং চঙবশে মতম লৈবা খিবিক্তা পামজবগুম তৌরম্মী। মখোয় তোয়না তোয়না ঐখোয়গীদা কোয়রকই, করি অমুক হায়গনি - নোংমাইজিং নুমিত্তা ফাওবা মী খরসু লোয়নদুনা ইচম চম্না মখোয় লাকপগী তৌফম থোকপা থবক্তা অমত্তা য়াওদনা হেক্তা লাকই। মখোয়গা লাকমিন্নবা মীশিং অদুনা মপান্দা লৈহৌরগা মখোয়না ঐখোয়গী ফমফম কাদা চঙলক্তুনা হেক হেক ব্নরী শারে, ঐগী নুপাগী নোংমৈশিং অমসুং ঐখোয়গী ফোটোগ্রাফশিং অদু য়েংই। মখোয়না য়েংবদা য়াম্না নুংঙাইজবদি নোংমৈগী অনৌবা পুথোরকপা মখলশিং অদুনি। খুৎলাইশিং অদু কদাইদা শাবনো, করম তৌবনো হায়বদুগী মরমদা মখোয় খুদক্তা খঙজনিংবা পোকখি। অসিগুম্বা মতাংদা মখোয় মহৌশাগী ওইনা ঐখোয়গী ইনাক্তা মতম কুইথনা লৈবসু য়াওই। নুমিৎ নিনি হুম্নিগী মতুংদদি ঐগী নুপাসু শগোল তোংদুনা মখোয়গা চৎমিন্নরগা নোংমৈ কাপমিন্নরুনবা মখোয়না হায়রক্কনি অমসুং অদুগুম্বা চয়োল অমগী মনুংদা ঐখোয়সু মখোয়না তৌবা খরদি অদুম উবা ফংখি। থৌদোক অমদা ঐনা মখোয়দা হায়খি - "ঐদি তোপ অচৌবদগী মরু কাপথোকপসি অমুক্তা উজদ্রি" মখোয়না মহারাজদা হায়জদুনা লম্পাক্তা পাঙথোক্কদবা নোংমৈগী কুম্মৈ অমা শীলহল্লে। ঐখোয় শগোল তোংদুনা মখোয়গী রাইফল কাপ্পা তম্ফম অদুদা চৎলম্মী। মরু মখল কয়াগা লোয়ননা অচৌবা তোপশিংদু পুথোরকপা অমসুং সেনাপতি মশামক্না তোপ কাপ্পদু ঐখোয়না উরম্মী।

হৌখিবা থা খরগী মনুংদা ওইখিবা থৌদোকশিং অদু নিংশিংলুবা মতমদা মণিপুরগী লোয়শঙগা ঐখোয়গা মরুপ-মপাঙগী মওংদা চান্ননা লৈমিন্নখিবগী ৱাখল অদু খল্লুবদা লুনা থোকপগুম তৌই। তুংদা ইকুই কুইদনা ঐখোয়গী ইংনা নুংঙাইনা লৈবা য়ুম অদুবু হায়রিবা নোংমৈশিং অদুমক্তা অকিবা ফংনা মাঙ-তাকহনগনি হায়বদু কয়াগী মতিক খঙজবা ঙমখিদবা খজিক্তং ফাওবা হান্না ! মখোয়না কাপশিল্লিবা চীঙ অদুদা নোংমৈগী মকনা মফম চানা পানবদু উবদা ঐহাক অসুক্কী মতিক নুংঙাইজখিবনি অদুগা মণিপুরিশিংসু য়াম্না চুম্না কাপ্পা ঙম্মি, মখোয়গী খুৎকাপ পুম্নমক পানফম চানা পাল্লি। পুং মরি মঙা চুপ্পা অয়ুক অদুমা চৎলুরবা মতুংদা ঐখোয় শগোল তোংদুনা হল্লক্লে। মহারাজ অদুদি সনাগী সাবল হাপ্পা ফজববা শগোল মচা অমা তোংই। নাকন অনিমক্তা য়াল্লিবা মখোঙ ঙাকথোক্লবা হাপ্লিবা অপাকপা অনি অদুসু সনা-না শাবনি। শগোল অদুগী খুর্জি অদুসু সনাগীনি অমসুং শগোলগী মমায় অমসুং মনঙ্গন অদু ঙৌবোক ঙৌনা থোৎলবা লশিংগী মতুম মতুমশিংনা কুপশিল্লি। শগোল সাবলশিং অদুদি থাঙ্গৈশেংনা পুক্লিং চঙনিংঙাইগী মশক ওইরবা, অমদি মণিপুরগী ওইনা চুনবা পোৎশক অমনি। পোলো শান্নবা মতমদা শগোল নাকন অনিদুদা ফুদনবা, পান্দনবা হায়দুনা লশিংগী মতুমশিং অদুনা ঙাকথোক্লবা থৌবাংনি। ওইরিবা পোৎশক্কী মওং অদু য়াম্না নিংথিজনা শেম্মী শগোলমচা অদুদা হায়রপ লুমতক্লা উরবসু। সেনাপতিনা পোলো শান্নবা অদু য়েংবদি য়াম্না ফজবগী মশক্লি। চুম্না হায়রবদা মহাক্তি পাঙ্গলসু যাম্না কল্লি; লমদম অদুদা মহাক্লা খ্বাইদগী হেন্না কনবা মীনি হাযবসি মণিপুরগী মীশিংনসু ঐখোয়দা হায়বনি। মহাক য়াম্না লুম্বা পোৎ থাঙ্গৎপা অমসুং য়াম্না লাপ্পা লংবসু ঙম্মী। মানা অমুক্তং য়ৈরকপা কাংদ্রুম্না লম্পাক অদুগী তহ্মাই হেন্না লাকপদুদি য়েংবদা য়াম্না ফজবনি। মণিপুরগী শগোল কাংজৈ শান্নবশিংনা খঙবা-হৈবা ইঙম ঙমদবা কাংজৈ য়ৈবগী মওংশিং মহাক্লা য়ৈবা ঙম্বনি। য়াম্নসু হায়নৈ মদুদি চাংচৎ অমদা শান্নবা মণিপুরগী শান্নরোয় অমনা অয়াম্বা ইংলিসকী নুপাশিংবু মায়থীবা পীবা ঙম্মী হাযনা। সেনাপতি অসি শগোল তোংবদা মমিং চৎলি। মাদি মতম পুম্নমক্তা ফজ ফজবা শগোল মচাশিং তোংবনি। পোলো শান্নবা মতমদা ফজববা ফিজোল শেৎলি - অশংবা রেশমগী তপ নপশিনবা খ্বাংদা ককপা ফুবিৎ, মপান্দা সনাগী কুদাম পানবা

অমসুং মুগানা শাবা ঙাংশিনবা কমলা মচুগী কৈজোম লোয়নননা, অঙৌবা শউন্না খুকউ ফাওবা মোজা উপ্পকুম্না লাকশিনবা অমসুং তাইরপ তৌনা ঙাংশিল্লবা মুগাগী কোয়েৎ। শাংনা খাক্লবা মশম অদু মহাক্কী তুং থংবা শরুক্তা লৈশিল্লগা শম্বুল অমা ওইনা কিশিল্লি অমসুং অসিগুম্লবা থৌদোকশিং (পোলো শান্নবা) অসিদা মহাক অসি য়েংবদা য়াম্না ফজে। নিংথৌগীমচা যুবরাজ পুম্লমক পোলো শান্নে। ঐখোয়না Poem(শৈরেং) হায়না হেক হেক কৌবা, চহি তরাতরেৎলোম শুরবা জিল্লা সিংহ কৌবা নুপামচা অমসু য়াওই। মহাক্তি হায়রপ চীঙ-লেম্না উবা নুপা অমনি - মহাক্তি মরক মরক্তা য়াম্না নুংশিবা শগোল মচা অমা তোংই অমসুং মশাবু কাহেনবা ফিজোল শেৎচিন্দুনা ব্রাহন্দে। মতম পুম্লমক্তা মহাক্কী কোয়েৎতি হেক্তা নাম্থোরকুনা তাই, অমসুং মতম অদুদা লম্পাক অদুগী মফম শীন্না, মাগী অমুবা অশাংবা মশম অদুগা লোয়নননা নুংশিৎ মরক্তা পাইবগুম্না শগোল থৌই। করি অমুক হায়গনি - মহাবাজগী পীক্লিবা মচানুপা অদুফাওবা হেক হেক শান্নবা য়াওবনি। মহাক চহি নিপাল্লোম শুরবা য়াম্না নুংশিবা অঙাংনি। হাপ্তা অমগী মনুংদা অমুক মুক্তি অঙাংশিংগী ওইবা কুম্মৈ তৌবনি। কুম্মৈশিং অদুদা নিংথৌকোলগী অঙাংশিং লোয়না য়াওরম্মী, মখোয় কয়াদা অঙাং ওইরিবনো হায়বদু খল্লুবদা ........ মখোয়না শান্নরিবদু যাম্নসু নুংশি। ঐহাক্কী নুপাদি চহিচুপ্পা চয়োল অমগী মনুংদা অনিরক-অনিরক পোলো শান্নখিবনি। সেনাপতি অদুদি পোৎ থানদুনা শান্নবসু য়াম্না পামজৈ - পোৎশিং অদুদি অয়াম্বনা লশিংগী অপাবা ফি-রোল অমসুং কোয়েৎনচিংবনি। হায়রিবশিং অসে লম্পাক অদুগী অরোয়বা মতাইদা য়ানশিন্দুনা থম্লগা, শান্নবা লোইবা মতমদা, পাঞ্জল থোইরবা কাংবু অদুদা পীরম্মী অমসুং মায়থীরবা (পোববা) শিংদু পোৎশিং অদুগী মমল পীবা তারম্মী। অসুম তৌবা অসিনা, শান্নবা অদুদা পুক্লিং চঙবা হেল্লি অমসুং নাকল অনিমক পাঙ্গল থোক্লা শান্নে।

ঐনা অতৈ যুবরাজশিং অদুদগী সেনাপতি অসিগী মরমদনা খর হেন্না হায়জরে, মরমদি মখোয়শিং অদুগী মরক্তগী ঐখোয়গা নুংশি চান্না খঙনবসে মহাক অসিনি। মহাক্তি হিন্দুস্থানিসু ফজনা ঙাংবা ঙম্বনি, অদুগা অতৈ যুবরাজশিং

অদুদি মখোয়গী মরোল নত্তনা করি অমত্তা ঙাংবা ঙমদে। ঐখোয়না মণিপুরদা ইহান হান্না লাকপা মতমদা তশেংনমক ঐগী ইপুরোইবদি মণিপুরী লোলগী বাহৈ অমা ফাওবা খঙদবনা মখোয়দা ৱা ঙাংবসে অতোপ্পা অর্থ হন্দোকপা মীওই অমা য়াওবা তাখি। লোল অসি তম্নবা থবক পায়খৎপদা মতম শাংথনা লৈখিদে। মহাক্কী অহল ওইরবা পণ্ডিত অমা ফংলম্মী অমসুং মহাক্না নুমিৎ খুদিংগী লাকপিদুনা ঐগী ইপুরোয়বদা পারা তম্বীখি। হায়রিবা লেমজরবা অহল অসি মীশক অমগী মখলনি। মাগী মমিং প্রনধ সিংহ কৌই, মহাক্না সরকারবু চহি খুদিংগী লুপা য়াঙ্খে য়াঙ্খে ফংহন্দবা (মঙোন্দা পীবা) অসিদি মহাক মশাবু পোলিটিকেল এজেন্টকী ওইনা বর্ম্মা (কবো) মরোন্দগী অর্থ হন্দোকপা মীশক্কি হায়জবদগীনি। মহাক্কী ফম অসিগী মমিংসি পিথ্রায় মপাক অমদা হজুনা ইরগা মহাক্না লাক্লিবা পেটি অদুগী মমাঙদা হাপ্লি। মহাক কবো মরোল খঙব্রা খঙদব্রা হায়বা অদুদি অতোপ্পা ৱাফম অমা ওইব্রে, তৌইগুম্বসুং মহাক বর্ম্মাদদি থাঙ্গেশেংনা লৈরুরে, মহাক মশামকসু লাম্বেংনরক্কবা অমদি শোকউরবা মীশক্কি। মহাক্তি নোং মঙবা অইংবা নুমিত্তদি খক লাক্তে, মরমদি মাগী হকচাংদা লৈখিবা নোংমৈ মরু অদু লৌথোকখিদবা মরম্না, অইংবা মতমদদি কোহ্লিং কাশিল্লকপগুম্না মশাদা অনাবা ফাওরকপা অমসুং ফম্বা য়াদবা মরম্না।

ঐসু মণিপুরী (মৈতৈলোন) তম্লিংবগী ৱাখল অমা লৈখিদবা নত্তে, অদুবু পণ্ডিত অহল অদুনা, ঐদি য়াম্না থুনা লোল অসি খঙবা, তাবা ঙম্মী হায়বগী কা হেন্না থাগৎপীবা, অদুগা ঐগী নুপানসু মানা খঙদ্রিঙৈদা ঐনা হান্না খঙলগনি হায়বদগী ঐখোয় অনি তোঙান তোঙানবা মতমদা তম্নবা তারকপদগী অসুম তম্বরক্কুনা তোকপ্রবনি। পণ্ডিত অহল অদু ৱারেমসু য়াম্না ঙাংই। ঐখোয়গী ইমাঙদা (হৌপ্রবা মতম) লৈখিবা সাহেবশিংগী অফবা ফত্তবগী ৱারিদি মঙোন্দা লিশিং লিশিং লৈখ্রে - অদুবু ঐনা পুকচেল শেংনা হায়জনিংই মদুদি হায়রিবশিং অদু মরুওইনা ফত্তবা ৱাখল ঙাক্তনি। নুমিৎ খুদিংগী অহোংবা নাইদনা মসিমসু হায়, মদুদি - "হৌজিক্কী অসিগুম্নবা অসুক ফবা সাহেবতি হান্নসু অমুক্তা লৈখিদ্রি, লৈসু লৈররোয়।" অসিগুম্বা চীরোন-খারোন অসিদগী মঙোন্দা শেল-থুমগী কান্নবা য়াম্না ফংগনি হায়না মহাক্না আশা তৌজখি।



মণিপুরদা লৈরম্বা ঐখোয়গী যুম অদুগী শক্তম

## ৪শুবা পন্দুপ

অসিগুম্রবশিংসি ঙাক্তনি ঐখোয়গী পুন্সিদি মণিপুরদা। নোংম নোংমগী থেম্নবা ইরে লৈখিদে। অয়ুক চরা ব্রাল্লবা মতুংদা নুমিৎ খুদিংগী শগোল তোংদুনা হেক হেক অকোয়বদা চৎলম্মী। ঐখোয়গী ইম্খোল মচা অমদি শগোল থম্ফমনচিংবদু য়েংশিল্লি অমসুং শা পূম্নমক্কী মচিঞ্জাক হনবী, করি অমুক হায়গনি - শগোলদগী হৌদুনা ঐখোয়দা লৈবা শনম্বা মচা অনিদু ফাওবা। মখোয় অনিদু য়ামনা তেবনি অমসুং হুইগী মতৌগুম্মা ঐখোয়গী ইতুং কোয়ইন ইনবনি। ঐ খল্লুবদা ঙকই, ভারত্তা লেনবা পুন্সিসে, মা-মানা য়োকচবা শাশিংদু য়াওদনদি করি ওইরমগদগে খনবদা। ঐখোয়দি, জিব মখল পূম্নমক ঐখোয়গী নাক্তা খোমজিন্দুনা থম্বদা খক হনবা নাইখিদে। ঐখোয়গী অপাম্বসি লমদম অসিগী মীনা খঙবদগী, মখোয়না ফারু-ফারুবা অমা হেক্তা ঐখোয়গী লৈফমদা পুরকই। ঐখোয়গী ঙৌরপ তৌনা ঙাংবা অপীকপা য়োং অহুম লৈখি। মখোয়শিং অদুবু য়েংবদা ঐগী নুংঙাইজবা ওইখিবনি। নুংথিলগী মতমদা মখোয়, য়ুম্নীদা য়োৎপী থাজিল্লগা থম্বা উপু অমদা লৈ, অমসুং মখোয়বু চেম্ছোক চেনশিন য়াহনবা অশাংবা থৌরী অমনসু পুল্লি। করিগুম্বা মতমদা মখোয় নাম্ছোক্লুনা চেনখিবসু য়াওই, মখোয়বু অমুক ফংননবা হোৎনবদা য়াম্মা শাংনা হেক হেক তাম্নে, করিগী হায়ববু ঐখোয়গী ইম্খোল অদুদা মখোয়না নুংঙাইজবা মওংদা থাদোকপা য়াদবা মরমনা। অহুমঅদুগী মরক্তা, অমদি য়াম্মা শিংই, অদুনা মাবু পুন্নবগীদমক্তা য়োংলি অমা থৌরাং তৌবা তাখি, মরমদি কিশিগী জাংশিদি মহাক্না হেক্তা হন্দোকপা ঙম্মী, অমসুং য়াম্মা থুনা থৌরী অমা হেক্তা অনি থোক্না চিকথংপা ঙম্মী।

তোয়না তোয়না মহাক, থৌরীদগী কিশি হন্দোক্লগা চেকশিন্না অকোয়বদুদা য়েংদুনা লৈরিঙৈদা কনাগুম্বনা মাবু য়েংলি হায়বা খঙলবদি, মানা হন্দোকখিবা কিশি অদুগী মথক্তা ফমজিল্লগা মখোঙ হাম্লিংবগী মওংদা লৈশিন্নে। কনাগুম্বা

অমনা উৠ্রবদি, ঐখোয়গী মমাঙদা লৈবা নুমিৎলৈ থাফম অচৌবা ফৈদোম'দুদা চেহ্লোকখ্রনি, লৈশিং অদু তাপ তাপ পায়দুনা মচেৎ মচেৎ থদৎলগা লৈনাশিংদো মফম অদুদা কোয়চায় চায়থোক্কনি। অদুগী মতুংদা মহাক, য়ুমলোমদা চেনশিল্লক্কনি অমসুং কনা অমত্তনা উৠ্রবদি, থোঙ খঙদে, থোঙনাও খঙদে হাংদোক্রম্বা অদুদা চোংশিন্দুনা মানা থবায় তারুবা পোৎ পূম্নমক্তা অমাঙ-অতা থোকহল্লি। মাবু হেক উবা থেক্লবদি ময়াম চঙদুনা অদুম কন্না তান্নরে। মতম অদুদা মহাক মশাবু ইখোল অদুদা হৌবা অচৌবা পাম্বী অমগী মনাক য়ৌনবা হোৎনরম্মী অমসুং মথক্কী মশা অপিকপা, মী অমত্তনা কারকপা ঙম্ররোইদবা মফম অদু তান্না কারগা মখাদা লৈবা ঐখোয়বু য়েংদুনা মমায় মমিৎ খিগৎলম্মী। মরম অসিদগী মহাকপু শেন্নদুনা লৈনবা মী থম্বা তাখি - মরমদি কনাগুম্বা অমত্তা মফম অদুদা লৈত্রবদি মহাক কুমথরক্লগা অমাঙ-অতা অমুক থোকহনগনি। করি করিগুম্বা মতমদা ঐখোয়গী নহা ওইরিবা দাকুমচা অদু ফানবা লাক্লবদা নোংমা নুমিৎচুপ্পা অমা চঙবসু য়াওবনি, অদুবু মহৌশানা মহাক্কী নুমিদাংৱাইরমগী চাক চাবা কান্দদি কুমথরকই অমসুং মতম অদুদা মাবু অমুক ফাজিল্লি। য়োং অহুম্মক্তো,ঐগী তুম্ফম কাগী মপান্দা লৈবা খাঙেন অদুদা পুল্লপ পুল্লপ তুমই। মখোয় য়ুমশঙবা হুইগী মতৌগুম্না ওহ্লোক্না কান্নগ্রে। নুমিৎ তাখিদুনা মমশিল্লক্লবা মতমদা, করিগুম্বা অমা মাঙ্গোন্দা হেক চঙলকপদা মখোয়গী খোঞ্জেলদা করি করিনো ঙাংলকপা হৌগনি য়াম্না চরাংননা। ওহ্! তোল্লবা য়োং মচাশিংদো ওহ্লোকপনি। মখোয়গী মরাইবক্তা করি থেক্লমগদগে হায়বদু খনবদা ঐ খাঙবা ঙমজদে।

য়োংশিং অদুতা নত্তনা, ঐখোয়গী শওম অমা, শনম্বা অনি, অতেবা শজি অমা অমসুং ঙাঙলগা ৱাওথাংনবা অচৌবা ৱাইনু অনিসু লৈখি। শওম অদুনা ঐখোয়দা লাকপা মতমদদি, অপিকপা, মোন মোন লাওবা শামতুগী বোল মতুম অমগুম্বনি। মহাকপু ঐখোয়না শঙ্গোম অমসুং চাক পীজদুনা য়োক্লকপদগী চাউরবা শা অমা ওইনা চাউখৎলকপা মতমদদি, ঐহাক খরদি কিবা পোকই মহাকপু। মতম অয়াম্বদা মহাক্তি নাহ্লোকলম্মী অমসুং জাক্নোগুম্না (অতোপ্পা অয়োকপা শা অমা) ফাবদা য়াম্না লুই। মহাকপু ফাবা মতমদা, মহাকপু পুনশিল্লিবা মীনায় অদুগা কেকু লোৎপী শান্নবগী মওংদা মাগী তুংগী মখোঙনা লেপ্পগা, য়ুম্নী অদুগী মরুমদা মানা তৌবা মওং অদু য়েংবদা য়াম্না নুংঙাইবগী মশক্লি।

মহাক্কী খুবাঙশিং অদুনা য়ুম্বী অদুবু কোনশিল্লি অদুগা নুপা অদুগী অকোকপা মখোঙ অদুদা মরুপ-মপাঙ ওইবগী মওংদা নানবী। মদু শোয়দনমক য়াম্না নারমগনি অদুবু মাদি মতম অদুদা অদুম মনিংগী খুদুংনা লেপ্তুনা লৈ। মহাক অহুল ওইরক্লগা অসুম শাথীবা হেল্লকখি। নোংমদি ঐনা ইখোলদা লৈ হেকপা চৎলিঙৈদা ইখং খংহৌদনা ঐখোয়গী চপ্রাসি অমসুং পাউখোল্লোয় অনি অদু ঐখোয়গী য়ুমলোমদা কন্না চেনশিল্লকই। মদু শওম্না মনিং-মখা তম্না নাহোক্তুনা লৈরবা মতমদা হেক হেক তৌবা থবক্নি। ঐনা য়েংখোকখিবদা,মহাক ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলম্মী। ঐঙোল্লোমদা কন্না চেনশিল্লক্রবদা ঐসু চেনবা হৌরে, অদুবু ঐনা য়ুম য়ৌদ্রিঙৈদা মহাক্না তানখল্লক্তুনা ইনাক য়ৌরকখি। ঐনা হেক্লকপা লৈশিংদো তুংলোমদা হুন্দোক্লম্মী। মরমদি লৈ অদু উবদা মহাক ঙাইহাক পনগদ্রা খন্দুনা .....। অদুবু মহাক্তি লৈশিং অদুদা মনমদমক নম্লগা ঐঙোল্লোমদা চঙশিল্লক্তুনা ঐবু মিকুপ অমগী মনুংদা ফাদুনা নঙ্গন্দা মখুজিন্না খোংলম্মী অদুগা ঐগী ফুরিৎ জেকেট অদু তথ্নাই তানা শেগায়বিরম্মী।

লাইবক ফবনা, নুমিৎ অদুদি য়াম্না ইঙবা, নিংথম্বা নুমিৎ ওইখিবদুনি, ঐহাকসু নিংথমথাগী অথাবা কোট অমা লিংখি, অমসুং শওমগী খুজিন্না শাথিনা খোগায়বা য়ারম্বদু ফুরিৎ অদুনা ঙাকথোকহৌরে। ময়ি ময়ি খরবুদি অদুম খোংলে। লাইবক ফবনা ঐখোয়গী গুর্খা পাউখোল্লোই অদুনা, তৌরিবা অদু য়ুম অদুদগী উরদুনা চেনশিল্লকখি অদুগা মহাকপু ফুদুনা তাহোক্লম্মী। মতুংদদি অতোপ্পা মীনায়শিং লাক্তুনা মহাকপু ফাজিল্লে অদুগা য়োংলিনা পুনশিল্লম্মী। অসুম তৌবদগী ঐগী ইপুরোয়বনসু মহাক অসি থাদোকখ্রগা মঙোন্দগী কোমথোক্না লৈবনা হেন্না ফরে হায়বদগী,মথংগী নুমিত্তদি শওম অদু মাইল তরামঙা লাপ্পা লৈবা অশোঙবা চীঙ অমদা নাগা মরি অমসুং গুর্খা অনিনা পুথ্রগা থাদোকপিরুরে। মহাক্না চাজনবগীদমক্তা চেং মপৈ অমগা, লফোয় কয়া মরুম অমগসু থম্বীরম্বনি মহাকপু থাদোকপা মফম অদুদা।

মথংগী নুমিত্তা ঐখোয়না তাখি, মদুদি চীঙ অদুমক্কী মথক্তা মণিপুরীশিংনা ধম্মগী ওইবা কুম্মৈ অমা পাঙথোকখি হায়বসি, অদুবু ঐখোয়গী তোল্লবা শওম অদুবু কনাগুম্বশিংনা থেংনরকখিব্রা হায়বদুদি খক হংখিদ্রে অদুগা মতুংদসু

মহাক্কী করিগুম্বা পাউ অমত্তা তাখিদ্রে। ঐখোয়গী লম্পাক অদু মণিপুরদদি নুংঙাইরবা মফম অমা ওইখিবনি। ফজরবা মফম অমসু লৈরম্মী মনিংথংবদা, অমসুং মফম অদুদা অচৌবা উ-পাম্বীশিং, নাপু অমসুং অঙৌবা মচুগী, মনম নুংশিবা লৈ শাংপা পাম্বী কয়া, আতরগুলাপ অমসুং কর্বিরৈনচিংবা চবুল চবুল হৌই। ঐখোয়গী চাকশঙ-ইখোল মচা অদুদি লম্পাক অচৌবা অদুগী অকোয়বদা থারিবা চেকপল অদুনা জোঙাম্না থাইদোক্তুনা লৈ।

মফম অসিনা ঐখু মতম লৈবা খিবিক্তা উহৈ-বাহৈ অমদি মনা-মশিংনা থন্না চহি চুম্না হৌরবা ইংলিসকী হৈকোল লৈকোল অমবু নিংশিংহনবনি। ইখোল কোইবা ঐখোয়গী মীওই মাপন থমখি - মখোয় অদু ভারত্তদি মালি হায়না খঙনৈ। মখোয়বু পন্দুনা হায়জরকপা মতাং অসিদা, নোক্লিংবা থৌদোক অমসু মখোয়গা মরি লৈননা ঐঙোন্দা নিংশিংহল্লি। মখোয় অদু ঐখোয়না লৈরিবা মফম অসিগী মনিংথংবদা লৈবা খুঙ্গং অমসুং তুরেল অদুগী মনাক্তা লৈবা নাগাশিংনি। নাগাশিংদি অদুক হাক্লা ফি কা-হেন্না শেত্তে। লিক অমা-অনিদি শি মখোয়গী ঙকশমদা - নোংমা থৌদোক অমদা, ঐগী মরুপ ময়ুম পান্দ্রবী নুপী অমদা হায়রিবা রাফম অসি অম্রুরে, অদুদগীদি মহাক অদুনা নুংঙাইজদবগা লোয়ননা, মখোয়দা পীবিয়ু হায়দুনা, ইরুজবদা উপ্পবা খোংগ্রাও মকক্কী জোরা মাপনথক পীরম্মী। মখোয়শিং অদু য়াম্না ফজবা ফিজোলনি। থরনা অঙাংবগা অঙৌবগা লাংই থর অমনা হিংোক মচুপীনি য়াম্নসু লু-হেল্লি।

নোংমগী অয়ুক অমদা, য়াম্না চীঙ-লেম্না হায়রিবা পোৎশিংদু ঐগী মালি মাপনদুদা পীপ্রবা মতুং নুমিৎ থরনি লৈরগা নোংমা ঐনা ইখোল অদুদা নুমিদাংবাইরম, অসুম চৎলুবদা মখোয় অনিদি থবক শুদুনা লৈরম্বা থেংনরুই। অমনা, হায়রিবা উপ্পবা ফিজোল অদুদা মখুল অমা হুত্তোক্লগা মকোক্তা হুকচিল্লে অদুগা খোঙ থিংজিনগদবা মফমশিং অদুদা মখুৎ অনি লিংথোকহল্লগা য়াম্না চাউথোকচনা ফুরীৎ শাইগকপা (Jacket) অমগুম লিত্তুনা লৈরম্লে। অতোপ্পা মালি অমদুনা মহাক্কী বাখল ফজরিবনি হায়দুনা কোয়েৎ অমগুম্না মকোক্তা য়েৎশিল্লমই।

মতুংদদি ঐনা, চাওখত্ত্রিবা য়াখল য়াংপশিং অসিগী মফমদা চাওখৎপা মচু তাবগী য়াখল পীনবা হোৎনবসে অদুম থাদোক্রে। অফবা মীনায়, নাগাগী মীওই কয়া অমদি ঐখোয়গী ওইনা লৈজরম্মী। ঐখোয়গী অনিশুবা মীনায় নুপাগী মকোক (খিতমুটগর) অদুসু নাগানি, অদুগা ঐনা য়াহে অসি পনবদি নুংঙাইজদে মদুদি মহাক য়ু ঙাওবা মতমদা নত্রবদি থোইদোক হেন্দোক্লা ফরবা মীওই অমসুনি মহাক্তি। ঐখোয়না করিগুম্বা কেম্প অমদা চৎপা তারবা নত্রগা চৎলুবদগী হল্লকপদা ঙাইরিবা মতমশিং অদুদদি থোইদোক-হেন্দোকপা মতম অমনি হায়না লৌজবনি মাগী পুক্নিংদা অমসুং অদুগুম্বা মতমশিং অদুদদি ময়ায়কাবা মহি মনায় য়াম্না থক্কুনা নুংঙাইবসু ফোংদোকচৈ। হায়রিবা নুপা অসিগী মমিং মেকনদাই কৌই। মতম অমদা মহাক য়াম্না কন্না নাখি, শিবা য়াই হায়না খুল অদুদগী পাউসু থারকই। অসিগুম্লবা মতাংদা ঐগী মিনুংশিদি হেক্তা লাকই মাগী মরমদা, অদুবু খরদং খষ্টরবা মতুংদদি মাগী অনাবগী মরমদু খঙলক্কুনা মাবু ঐখোয়গী য়ুমদা পুরকহল্লি। মতম অদুদা লম অদুগী মাইবা অমা কৌহল্লগা য়েংহনবদা মহাক নারে হায়রবদি, ঐখোয়না মাবু লায়েংশঙ (হোসপিতাল) অমদা থম্বী। নারমদবা থোকলবদি সিফায়শিংনা মহাকপু লাম্মীগী মরাল লৈবা মী শেন্নরিবা মফম অদুদা থারম্মী।

নাগাগী মীসে, থকপদি পংথক্তা থকই। ময়াক হেন্না কনবসু মখোয়দা য়াম্না পেঞ্জবনি, হেন্না ফবনি। চাক্তগী থোরকপা মশক ওল্লবা, মখোয়না শেমজবা মহি মখল অমসু থকই। অহানবদা করিসু ফত্তবা ফল অমত্তা ফাওদনা মখোয়দি মদুগী চাং য়াম্না থকচিনবা ঙমই, অদুবু চাং অমদগী অসুম হেঞ্জিল্লক্লবদি মখোয় চপ চানা ঙাওবা হায়বদু ওইরকই। হায়রিবা পোৎ অসি মখোয়গী লোন্দা য়ু হায়না খঙনৈ। ঐগী নুপানা হায়বদা, নুংশাদা লম শাংনা চৎলুরবা মতুংদা মদু থকপদি হকচাংদা য়াম্না তেকখৎলি অসিনি, অদুবু ঐদি মদু থকচবা ঙম্বগী থৌনা লৈখিদে। মখোয়না অমুক্তসু শেংদোক্রবা লিক্রি, মী পূম্নমকসু মদুদা থক্লবদুবু কনাগুম্বা অমদসু থকউ হায়না হেক্তা লাল্লি।

হায়রিবা য়ু অসিগী গেলোন অমগী শরুক মরি থোকপগী অমগুম্বদা তাউথোক্লবা হুই অমা চামথোক্লগা চাবগী মহাও অদুদি অতৈ অমনসু

য়ৌররোইকো হায়না ঐনা নাগা অমদা ভাবনা শাদুনা হায়রম্মী। তোল্লবা হুইশিং ঙাক্তনি ! মখোয়দি চাননবগীদমক্তা থম্বনি। মশা চাওখৎলকপা মতমদা মখোয়বু ফজনা মচিঙাক পীজে। চাথোক্কদবা মতম য়ৌরবদি নোংমগী মতম অমদি মখোয়বু চরা হেলহল্লি। চরা হেলহনবা লোইরবা নুমিত্তুদদি চাক য়াম্না পীজে লোয়ননা হান্না চিঙাক ওনথ্রবা অতোপ্পা হুইগী শাসু। অসুম তৌরগা, মখোয়না হুই অদু চাবদা য়াম্না হাউবা চানিংবসু হেনবা ওইরম্বা য়াই। হুই অমা হাৎপদা খুলগী লুচিংবা অদুনা হুই অদু মকোক্তা ফুরগা হাৎলি, মদুগী মতুংদদি হুই অদু চাক ইনশাংদা ওনখ্রে।

নোংমদি ঐখোয়, চীঙদা লৈবা ঐখোয়গী বাঙ্গলো অদুদা চৎখি। খুঙ্গং অদুদা লৈবা নাগাশিংদুনা ঐখোয় লাকপদা ইকাইখুম্নবা উৎচনিংবগী মওংদা ইখোল অদুগী চঙফম থোঙ্গাল মথক অদুদা মখোয়না মায় পাকপা মঙ্গল ওইবা ফোংদোকপগী মশক্তা থা মচেৎ শানা কোনবা গুমতি অমনা কুপলম্মী। ঐনা থোঙ্গাল অদুগী মখাদা ফাওদোক্নুনা চৎত্রিঙৈদা মথক্তা হেক য়েংখৎলুরে অদুবু ঐনা কিজখিবদি ককপদা ঙাইরিবা হুইগী মকোক অমা কুপ্লিবা অদুগী ময়ায়দা য়াল্লম্বা অদুনি। হুই অদুগী খুবাঙ মরি অমসুং মমৈ অদুনা থোঙ্গালগী নাকল অনিদুদা য়াল্লম্মী। মথক কুপ্লিবা অদু অসুক্কী মতীক নেমখ্রে মদুদি ঐনা শগোল তোংনা তোংনা চঙবা তারবদি শোয়দনা থেংলগদবা মরমদগী ঐহাক শগোলদগী কুমথরগা খোঙনা চঙলম্মী।

ঐনা পঙ্খ্রিবা চীঙদা লৈবা বাঙ্গলো অদু মণিপুর ময়োলদগী চাউরাক্লা মাইল তরামঙারোম লাপ্লদা লৈবনি। মফম অদু সমুদ্রগী ইমায়দগী চাউরাক্লা ফুট লিশিং তরুকলোম খ্রাংবদা লৈবা, চহি চুপ্পা নুংশিৎ-নুংশা য়াম্না নুংঙাইরবা মফমনি। নোংজু পাম্বাদদি নোং কা হেন্না চুবা মরম্না মখাদা লৈবা তম্পাক্কী লমদমদগী অচোৎপা লৈচিল নোংফাই কয়া থাগৎলকই অমসুং য়াম্নসু ইঙনা ঐখোয়গী য়ুম অদুগী অকোয়বদা লৈবা ইখোলগী শরুক অদু উবা ফংদে। অদুম ওইনমক, মণিপুর তম্পাক্কী মৈশাদগী মতম খরগীদমক হব্রা-নুংশিৎ ওনবগী ওইনা মফম অদুদা কাখত্নুনা লৈরুবদি য়াম্না নুংঙাই। অসুম্না ঐখোয়, হাপ্তা খুদিংগী থাংজা নুমিত্তগী লৈবাকপোকপা ফাওবদি মফম অদুদা চৎলগা লৈরুই। ঐখোয়গী য়ুম

বাঙ্গলো অদুগী মখাদা লৈপ্রিবা খুল অদুসু ঐখোয়গীনি, খুল অদুদি খানজুপ খুল (কাংচুপ) হায়না খঙনবনি। মহারাজনা ঐখোয়দা পীথোকপা খুল মঙা-তরুক ঐখোয়গী ওইনা লৈখিবনি অমসুং খুলশিং অদুগী মীনা ঐখোয়গী থবক শুবিবনি। খুঙ্গংশিং অদু মণিপুরগী তোঙান তোঙানবা মফমদা লৈবা ঙাক্তনি অমসুং ঐখোয়দসু য়াম্না খুদোংচাবা ওইজখি। নাগাশিংনা মহারাজগী থবক শুবগী মহুত্তা ঐখোয়গী থবক শুবনা হেন্না পামজখি মরমদি ঐখোয়না মখোয়গী খুৎশুমল পীবদগী ........অদুগা মহারাজগী থবক শুবা তারবদি দরবারনা মদুবু খাজনা (লোইপোৎ) ওইনা লৌই, মখোয়দা করিমত্তা পীরমদে। অমরোমদা, মণিপুরীশিংনা চীঙগী মীওইশিংগা লোয়নবগী মওং অসিদি য়াম্না থাগৎনিংঙাইনি। চহি অমগী মনুংদা থা মরিগুম্বদি খুল খুদিংনা নিংথৌগী থবক শুবা তাখি। খরা অমনা শীং য়ানবা, শীং মপুল কয়া কয়া কোনুংদা পুখৎলকপা অদুগা অতৈনা ফৌ চেঙ য়াম্না কারকপা অসিনি। খরা অমনা কাছার নত্রগা কোহিমাদা চৎপা তাই লল্লোনবগীদমক্তা, অসুম্না কাংবু কাংবু খুদিংমক্বা মাগী মাগী মথৌ পাঙথোক্লবনি। হায়রিবা চৎনবী মখল অসি মণিপুরগী মফম খুদিংমক্তা চৎনরম্বনি, চীঙগী মীওই মরক্তদা নত্তনা মরিপুরীশিংগী মরক্তসু লাল্লুপ হায়না খঙনরম্মী। মখোয় মখোয়না শুরিবা থবকশিং অমসুং নিংথৌগী লাল্লুপ অদু পাঙথোকপ্রবা মতুংদদি মানা মানা পাম্বা মতুংইন্না লল্লোন ইতিক তৌবদা অথিংবা লৈরমদে। চৎনবী অসিমক্তি য়াম্না ফনা কান্নবা ফংবা মাল্লি, প্রজাশিংসু নুংঙাই য়াইফনা, পেঞ্জনা লৈবা উই।

চৎনবী অমা ওইনা নুপী ওইবী পূম্নমক্বা অকনবা থবক শুই। মখোয় মশাগী ফি-রোলতা নত্তনা মাগী মাগী নুপাশিংগী ফি-রোলশিংসু মখোয়না অদুম শাজে, চাক থোংই, লৌবুক্তা ইংখোলদা থবক শুবা অমসুং নুমিদাংৱাইরম খুদিংগী ললোনপোৎ পুদুনা বজার (কৈথেল) কারকপা, অদুতা নত্তনা ইমুং-মনুং য়েংশিনবগী থবকসু তৌই। বাঙ্গালি লল্লোনবা নুপা খর নত্তনা মণিপুরি নুপাদি কৈথেলদা পোৎ য়োনবা য়ারমদে। বাঙ্গালি নুপাশিং অদুদি কৈথেল অদুগী তোঙানবা মফম অমদা ফি য়োন্দুনা ফম্বনি। নুমিদাংৱাইরমগী মতমদা নুপীওইবীশিংনা মনঙ্গন্দা মচা পোরগা পোৎ কোকথোং কোকথোং পুদুনা পরূপ পরূপ চৎনবশিংদু য়েংবদা নুংশিবা ফজরবা শক্তম অমা ওই। নুপী

পোংয়োনবীশিংদু নিয়ম চুম্না, কৈথেল অদুগী নিংথিজনা খাইদোক্লরবা পরেংদা মখোয় পরেং পরেং শানা ফমই। অতোপ্পা নাকল অমদা, মনা মশিং অমসুং ঙা য়োনফম লৈ, ফি-রোল অমসুং সনা-লুপা লৈতেংনচিংবা পোংনা অতোপ্পা নাকল অমদা। নুপীগী মীশিং লোয়না থোরকই হায়বা য়াই, নিংথৌগী মচানুপীশিং ফাওবা মরক মরক্তা পোং য়োল্লবা য়াওই। নিংথৌমচা নুপাশিংদগী মচানুপীশিংগী মশিংনা য়াম্বসু হেল্লি - মরমদি নুপাশিং অদুগী নুপী কয়ামরুম লৈনবনি। সেনাপতি অদুমকসু নুপী মাপনগী নুংঙাইজরবা মপু (নুপা) ওইনা থন্নে, অতৈ অতোপ্পশিং (নিংথৌমচা) কয়াদুসু য়াম্না লৈনবা মাল্লি।

মহারাজগী মচানুপী ইহন হনবী অদুদি চহি তরামঙারোম শুরে। মহাক্কী য়াম্না তোয়না মমান্নবী মাপন তরাগা লোয়ননা ঐবু উনবা হেক হেক লাকখিবনি। লাকমিন্নরিবীশিং অদুগী তঙ্খাই অমরোমদি নিংথৌকোলগী ঙাক্তনি। সেনাপতি অদুনসু ঐগীদা মখোয়বু মরক মরক্তা পুবিরকই। লৈশাবীশিং অদুনা নুংঙাইজবদি, ঐগী য়ুমগী মফম খুদিংদা কোইচেন চেন, কোইচঙ চঙদুনা য়েংজবা অসিনি। মখোয়না খ্বাইদগী হেন্না পামজবনা ঐগী তুমফম কাদা চঙলগা ঐগী ফি-রোলশিংদু শেৎচিন-ইনশিন্দুনা শান্নবা, তুপী উপশিনবা অদুগা ঐগী অশাঙবা শকয়েং মিংশেলগী মমাঙদা লেপ্লগা ঐগী ব্রশনা মশম মনা হাত্তুনা মশাবু য়েংজরগা নুংঙাইজবা অসিনি। মতৌ অসুম্না লৈশাবী কাঙবু অদুনা ঐগী কাদা নুংঙাইজরবগী মতুংদা, ঐখোয় অমুক পুল্লপ পুন্না ঐখোয়গী লৈকোল লৈরিবা অদোমদা চৎলি। মখোয়বু লৈশিং হেকহল্লি, চিন্নিং চিন্নিংবা চিলহল্লি অদুগা ঐগী নুপানা মখোয়শিংগী ফোটো কাপ্লি।

মখোয়দি য়োং অমসুং থেব উবদসু য়াম্না হরাওজে, মরুওইনা থেব অসিদি মণিপুরদা কনা অমত্তনসু খঙনদে। অনৌ অনৌবা পোং উবা মতমদা নুংঙাইজবা অসিদি, অতৈ অতোপ্পা অঙাংশিংগুম্না মণিপুরগী অঙাংশিং অসিসুনি। ঐখোয়গী চাক চাফম কাদা চঙবা অমসুং চান-থক্রবশিং ঐখোয়গী টেবলদা পুথোক্তুনা লৈবশিংদু মখোয় য়াম্না য়েংজবা পাম্মী। ঐখোয়গী থাঙমচাশিং, থিন্দুনা চিঞ্জাক লৌখৎনবা মচিন লোঙবা খৈরোয় অমসুং চুম্নগী খৈরোয়নচিংবদু করি করি তৌনবনো হায়দুনা হংই; ঐখোয়গী সোফা অমদি খুৎপায়ফম য়াওবা চৌকিশিংদুদা ফম্বদুসু মখোয় য়াম্না নুংঙাইজে অদুগা হায়নৈ "অস! মেমসাহিব মতৌগুম্রে"।

অমুকসু ঐখোয়গী ইংখোলদা লৈবা পাং অদুদা ঐখোয় ময়াম পুন্না নুংঙাইমিন্নখি। অচৌবা, অঙাংবা থরোশিংনা মরাঙ কায়না শাৎপা মতমনি। ঐখোয়গী হি মঙাদা অঙাংশিং অদুনা পিক থন্না তোংখি অমসুং নৌরিবা নিংথৌমচাশিং অদুগা ঐখোয়গা ঈশিংদগী থরো হেক্লগা অমগা অমগা লংশিন্নবদা হকচাং পুন্না চোংনখিবদো ঐখোয় কয়াম নুংঙাইখিবা। মতম লৈবখিবিক্তা অৱাংপা, নুংঙাইতবা অমা ওইনা লৈখিবদি, তশেংনমক মখোয়গী মফমদা করিগুম্বা অমত্তং চাও থকউ হায়দুনা পিজবা ঙমখিদবা অদুনি, মরমদি মখোয়গী জাতিগী চৎনবীনা অসিগুম্বা করিগুম্বা অমা চাবা থকপদা অথিঙবা লৈখিবনা ...... অদুনা, ঐখোয়না মখোয়গী মফমদা পীজবা ঙমজখিবদি, লৈ-শু, জাপান্না শাবা হুমাই, লিক পরেং অমসুং মখোয়না পামজবা পোৎ মখলশিং অসিনি। মণিপুরি লৈশাবী মচা খরদি মশক য়াম্না ফজে। মখোয়গী শমদি অয়াম্বনা শৃং নানবা অমুবা অমসুং অশাঙবা ওই। কুচু ফজে, মমিৎশিংদু ঙৌরপ তৌরগা য়েংবদা হরাও নুংঙাই মানবা মিৎতানি। মশমদি মাঙলোমদা লাইবক্কী অকোয়বদা মপাল চপ মান্ননা ফজনা ককই অদুগা তুংথংবা শরুক্তা শাংথনা থম্মী। শকফম অদুদা মখোয়গী মায়থোং অদু ফজনা অমসুং অঙাং মান্না উই। মখোয়দি পেতিকোংকী মওংদা ফজবা মচুনা য়ুংনা য়ুংনা লাংবা, য়েংবদা ফজরবা ফি অমা পান্বোমগী মখাদগী খুমিৎফাওবা শেৎলি। অসিগী মথক্তা পিক্তক তৌবা রেশমগী অশংবা ফুরিৎ অমা লিংলি অমসুং মখোয়না চখোকপা মতমদা য়াম্না অপাবা, লশিংনা শাবা ইন্নফিনা লেংজুমদা কুপথদুনা ইল্লি। লৈতেংগী ওইনা সনাগী লিকপরেং পান্বোমফাবীনচিংবসু শি। পিক্তক পিক্তক তৌবা নুপীমচাশিংসে, মখোয় অনি অহুম জগোয় তম্বা চৎলম্বা, কৈথেলদা নৎত্রগা মন্দিরদা লাই খুরুম্বা থেংনরুবা মতমদা মশক য়াম্না ফজবনি। মণিপুরদদি অঙাং পুম্নমক জগোয় শাবা তম্বী। লুহোংগ্রবা মতুংদদি জগোয় তম্বা লেপস্রে, অদুবু মতম অদু ফাওবদি (লুহোংদ্রিঙৈ) মানা মানা হৈজবা জগোয়শিং অদুগী মরমদা য়াম্না চাউখোকচবনি।

ভারতকী অতৈ মফমদা তৌবগুম্না, মণিপুরিশিংনা নুপীশিংবু ফাজিন্দুনা থমদে। মখোয়বু য়াম্না হেন্না ৱাখল চাউথোকহল্লি, অসিগী মতুংইন্না শিংবসু শিংই। নুপী অমনা হেক লুহোংবগা, মাগী লাইবক্তা কক্লিবা অকোয়বা মশমশিংদু

তুংলোমদা খোমগৎলি, অতে অতোপ্পা মশি তৌদবা য়াদে হায়বদি লৈতে। মখোয় চহি তরামণ্ডা শুদ্রিফাওবদি লুহোংদে, অদুবু চহি তরাতরেৎ শুরবী লুহোংদ্রিবী লৈশাবীশিং ঐনা অদুম উবা ফংই। নুমিদাংবাইরমদা কৈথেল তোয়না চৎপদগী অয়াম্বা নুপীশিং ঐগা ফজনা খণ্ডনবা ওইরকই অমসুং মখোয়নসু ঐনা কৈথেল্দা লাক্লগা মখোয়গা ৱারী ৱাতাই শানবদু পামজৈ। মখোয়গী অৱা-নুংঙাই কয়া, পুক্লিং লাওবনচিংবগী হীরম কয়াদু ঐহাকসু অসুম অসুম খণ্ডলকই; করি করি ময়াম্মা হায়নবা - অঙাং ময়া হৌবা মতমদা মশা ঙমদবনচিংবা, কনাগুম্বগী মচানা চাউবা খর হেল্লকপা, অমসুং কনা কনা লুহোংগদৌরিবা, কনানা শিখিবা য়াওবা অসিনচিংবা। মখোয়গা ৱারী শানবসে ঐদি য়াম্মা পামজৈ, নুংঙাইজৈ, মতৌ অসুম্মা ঐহাক্তি, মখোয়গী লোল অদু ফনা য়াম্মা খণ্ডলকখি।

## ৫শুবা শন্দুপ

মণিপুরদদি নোং চুবগী মতমসে এপ্রিল থাদগী ওক্টোবরগী অরোয়বা ফাওবনি। ওক্টোবরদগী মার্চ লোইবা ফাওবদি নুংশিৎ-নুংশাসে য়াম্না নুংঙাইরে, য়াম্নসু ইংনা নোং মরিক অমফাওবা চুদনা য়াম্না নুংঙাইনা নুংশা মঙাল ফংবা মতমনি। নিংথমথাগী মতম চুপ্পদি ঐখোয় কেম্প অমদা (মতম খরগী ওইনা লৈরুবা মফম) চৎলগা অদুম হৌহনখিবনি। ঐখোয়না থা অমমম চুপ্পা হেক হেক চৎলি, অদুগা অতোপ্পা মফম অমদা চৎত্রিঙৈদা ঐখোয়গী লৈফম রেসিদেন্সিদসু মতম খরগী ওইনা হেক হেক হল্লকই। মহৌশানা ঐখোয় লোক্তাক পাৎতা অনিরককুম্বদি চৎননবা থৌরাং তৌই। পাৎ অসি লমদম অদুগী মখাথংবা শরুক্তা লৈবনি, হি-না চৎপদা নোংমগী লম্বীনি, নৎত্রগা নিনিসু চঙই শগোল তোংদুনা চৎলবদি। ঐখোয়দি হি-দা চৎপদুনা হেন্না নুংঙাইজে। অয়ুক ঙন্তা ঙন্তা খোঙশাল্লগা মাইল তরামঙাদি চৎলি শগোল তোংদুনা, মদুগী মতুংদদি, ঐখোয়গী পোৎচৈ য়োমশিল্লগা হাপ্লবা হি অমনা ঐখোয়বু ঙাইরমগনি। হি অদুদা, নুমিৎশিং অদুগী চাবা ওক্লবা ঐখোয়গী চয়োম উপুসু য়াওরে। হি-শিং অসিগী মওংদি শাংই, মরাক চপ্পী "খোত্তোকপা" হায়না খঙনৈ মরমদি অচৌবা উপুম অমদগী মনুংদা হোত্তোক্লগা শাবনি। হি অদুগী মনুংদা ঐখোয় চরু থাজিল্লগা ফি অথাবনা কুপশিল্লি মোন্নচিংবা থাজিল্লগা হিপ্পসু য়াম্না নুংঙাই।

চাওরাক্লা য়াচঙলকপগী পুং মঙারোম তাবা মতমদা ঐখোয়গী তুরেলগী ইচীল অদু য়ৌরকই। মফম অদুদা মতম খরদি, নুমিদাংবাইরমদা মহৌশানা হৌরকপা নুংশিৎ অদুনা হম্বিবা ফাওবদি ঐখোয় ঙাইদুনা লৈবা তারম্মী। মরমদি পাৎকী ইথক অদু কন্না হৌবনিনা, ইপাক অদু শমজিন্না হি হোনবদা অরুবা ওই। পুং অনিরোমগী মতুংদা ঐখোয়না হি তোংদুনা লাক্লবা ফাওবা, ঈথক্কী ঈশিংনা হিনুং অদুদা হেক হেক য়ৌশিল্লকই, ঐখোয়না মদুবু ঙাকথোক্লবগীদমক

হোৎনবা তাখি। পাৎ অদুবু ঐনা ইহান হান্না উজখিবা মতম অদুবু কাউবা ঙমগনি হায়বসি ঐ খন্দে। থেঙলবা মতম ফাওবা ঐখোয়না য়ৌগদৌরিবা মফম অদু য়ৌরম্মদে। থা-না কোকথক্তা ইরং লংনা, অমসুং লুপা মচু মাল্লবা মঙালনা পাক্লা শন্দোক্লিবা ঈপাক অদুদা য়েদুনা ঙাল্লম্মী। মঙাল অসিদা অমুকসু অরাপ্পদা লৈরিবা অপিকপা চীংজাও মাল্লবা ঈথৎ অনি অদুসু মমি শামি উহল্লি। ঐখোয়গী কোকথক্তা ৱাংনা, লম ঙানু পরেং পরেংনা মচিঞ্জাক থিবগী পাইখৎনখ্রি অমসুং পাইনা পাইনা খোংলকপা মখোয়গী খোঞ্জেলশিংদু ঐখোয়দা ইঙক ঙক্লা, ইনৌ নৌনা তাখি। মফম মফমদা লৈরম্বা, মী কনানসু খঙদ্রবা অপিকপা ফুম মচা কয়াবু হেন্দোক্লা হি অদুনা হোল্লকপদা, অকিবা পোকপা মাল্লবা ঙানু অনি অহুম করি করিগুম্বদা পরপ পরপ্পা থোরকই, অমসুং মমিৎ-মনা শিংলবা ঈশিংগী উচেক কয়াসু মখোয়না লৈরিবা অচোৎপা মফমশিং অদুদগী থোরক্লগা অরাপ্পদা হেক্তা মাঙখি। ঐখোয়গী অকোয়বদা ওইরিবা অচিকপা, নিংথিজরবা পাৎ অমসুং ঈমায় অদুবু নেমথরক্লবা নুংশিৎকী ঈপোমনা তপ্পা তপ্পা শোক্লিবা অদুগুম্বা কয়া অদুগী ৱাখলদি শোইদনমক কনশিন্না কনাগুম্বগী থম্মোয়দসু ফাওগনি। অদুবু মখোয়শিং অদুবু থনম্লগা কংফালগী লমদম য়ৌরক্লদুনা অখূবা ঈশিংগী লম্বী অমা ফাওরকপা অমসুং ইখং খংহৌদনা ঐখোয়গী থুংফম অদু য়ৌরকপদা ঐদি ইনুং নুংঙাইজদে। মফম অদুদা লৈরম্বা খ্বাইদগী চাউবা ফজরবা ইথৎ অমগী উখাদা ঐখোয়গী থুংফম তম্বুর অদু খল্লম্মী। মসি, পাৎ অদুগী মপান্দা ফজনা তাবা খুল অদুগীসু মতাইনি। মৈনমশিং পুদুনা খুলগী মীওই অমসুং ঐখোয়গী মীনায়শিংদো, হিদগী ঐখোয়না কংফান্দা কাখৎলকপনচিংবগী থবক্তা ইতেং পাংবিবা লাকখি। অসিগুম্লবা মতমদা বেঙ্গুন খোংবা অদুমদি শোয়দ্রে। য়াম্না ফজবা মওংদা, ঐখোয়না তম্বুর তান্না লাকপগী লম্বীদা বেঙ্গুন খোংবা নুপা অদুনা মাগী বেঙ্গুন খোংখিবনি। ঐখোয়না থুংফম অদুদা চঙলকপা, ঐখোয়গী চাকলেন্না ফোং ফোং শানা ঙাইরম্বা অদু কয়াদা নুংঙাইজগ্রবা অমসুং হেন্‌না নুংঙাইজবদি ফমুংদা চঙদুনা পোখ্বাজবা অদুনি।

নুমিৎ খুদিংগী লৈচিল থাবা লোইদ্রিঙৈ অয়ুক পুং তরুক তারকপদা ঐখোয় হেক হেক খোঙশাল্লি, ঐনা হি অমদা, ঐগী ইপুরোইবনা অতোপ্পা অমদা। অপিকপা ইথৎ অদুগী অকোয়বদা পাকথ পাকথনা ঙানু থিবা চৎলি অমসুং

অয়াম্বা মতমদা অচৌবা খাউ অমা পীক পীক থন্না হল্লকই। অমুকথক ঐগী নুপানা নুমিৎ নিনিগী মনুংদা ঙানু মরিফুনিথোই অমসুং কাংঙা কুম্লা ফংবা ঙমখি। মাগী চারা নোংমৈ মখুল নিপাল হুৎপা অমা লৈখি, মদুদা মহাক্তি য়াম্না হৈবনি। নোংমৈ অদুনা অমুমুক কাপ্পদা উচেক দজন মখায় অমরোমদি হেক্তা পাল্লি। ঙানু কাপ্পসিদি য়াম্না নুংঙাই অদুবু মরুনা পান্দুনা শোকপ্রবা উচেক কোয়থি থিবসিদি মতম য়াম্না চঙই। মখোয়না ঐখোয়বু মনাক য়ৌনা চঙশিলহল্লি, লায়না ফারনি খলহল্লি, অদুদগীদি হিগী মখাদা চুপ লুপথ্রগা গজ কয়া লাপ্পা অমুক ফাওগৎলকই। হি অদু মমায় চুম্লগা মখোয়বু অমুক হন্না তান্নবা মতমদদি মখোয় হেন্না হেন্না লাপথোকখি। মখোয় অদুবু ফাবিরগা ঐগী নুপাগী হি-দা হাপচিল্লকপা মতমদো ঐদি শুকপাম পামজদে মরমদি মখোয়বু হাৎপিবা উবদা ঐ খাঙবা ঙমজদে। করিগুম্বা মতমদা মখোয় য়াম্লসু তে অমসুং মখোয়বু নোংমৈনা কাপ্পিবা অদু শা ঙা হাৎপগুম খল্লুবদগী থাদোকপিবসু য়াওই।

চহি অমদি ঐখোয়না লোক্তাক চৎপা মতমদা মহারাজগী অহুমশুবা মচানিপা পাকাসনা অদুসু ঐখোয়গা লোয়ননা চৎকে হায়জখি। মহাক য়াওরবদি ঐখোয় য়াম্না নুংঙাই। মহাকসু থুংঙরে, ঐখোয়গা লোয়ননা নুমিৎ খুদিংগী উচেক কাপ্পা চৎমিন্নরে। মহাক মখুৎ য়াম্না চুম্বনিনা ঐখোয়গী কাঙবুদা নুংঙাইনা হাপচিনবা মীশক অমসু ওইরে। তশেংনা উচেক কাপ্পগী থবক ওইরবসু; ওইদ্রবসু মাদি অউবা অমা হেক্তা কাপ্পনি, মখুত্তি ওহোক্লা চুমখ্রে। ঐখোয়না চাথোকপা ঙমদবা উচেক পুম্নমক, ঐখোয়বু শেন্নবীরিবা সিফায়শিংগীদমক্তা হি অমদা হাপ্লগা মণিপুর (ইম্ফাল) য়ৌনবা থাবিখি অমসুং সিফায়শিংসু য়াম্না হরাওজখিবনি।

পাকাসন্যাগা ঐখোয়গা চৎমিন্নবা মতমদুদি, ঐখোয় চয়োল অমা লৈরকই অমসুং মতুংদদি মহাক্লা অসুম কোইথোকপগী ওইনা থোইদোক্লা পুক্লিংদা হৈনিংবা পোকপা মফম অমা তান্না, তম্পাক অদুগী খা-থংবা মতাইদা অসুম লাক্লম্মী। মফম অদুদা লৈরম্বা মীশিংনা ইংলিসকী নুপীসে হান্না অমুক্তা উখিদবনা, ঐনা অহানবা ওইনা লাকপদুদা য়াম্না লাঙনা, নুংঙাইনা মখোয় মখোয়না খঙজ-হৈজবা কয়া উৎখি। ঐখোয়না লমশাং অদুগী মফম খুদিংদা মীয়াম পুল্লপ-পুল্লপ তোঙান তোঙানবা মফমদা লৈরম্বা থেংনখি। মখোয়দি ঐবু য়েংনিংবনা মাইল

কয়া লাপ্পা মফমদগী লাক্লরবা ঙাক্তনি। য়েরুম অমসুং পাৎকী উচেক্লচিংবা খর ঐখোয়দা খুদোলপোৎ ওইনা পীরে মরমদি ঐখোয়বু মুন্না য়েংজবা য়ানবা অমসুং মতম খর পঙ্হন্নবগীদমক্তা ওইনা। করিগুম্বা মতমদনা ঐখোয়দা করিগুম্বশিং পীবগী মহুত্তা, ঐখোয়না চীংগোল অমা হেক লাছোরকপগা মখোয় কাংবু অমনা হনুবী মরী পুথোরক্লুনা ঐখোয়গী মাঙদা জগোই শাহল্লি অমসুং ঐখোয়গী পুক্লিং নুংঙাইহনবগী ওইনা য়োং হনুবশিংনা তৌবগুম্মা নাকল অমদা পংচোঙদা চোংই। তশেংনা হায়রবদা ঐখোয় লেপ্পা তাখি অমসুং মখোয়না তৌরিবশিংদু য়েংবা তাই, অদুগা মখোয়না তৌরিবা অদু লোইরবদা ঐখোয়না লুপা খরসু পীরমই। মতম পুন্নমক্তা মখোয়না ঐগী অকোয়বদা য়োমশিল্লি অদুগা ঐগী ফি-রোল অমদি খুৎ-তা শোকই। ঐগী ফুরিৎকী খুদাং হাইগৎলগা, ঐগী খুৎকুম্না পাম্বোমসু ঙৌই হায়বসি মখোয়দা উৎপদা য়াম্নসু ঙকপা মাল্লি। ঐগী শেৎলিবা ফি-রোলশিংদনি মখোয়না য়াম্না পুক্লিং চঙখিবদো ....... । মতম অদুমক্তি ফিজেৎকী মতাংদা অনৌবা কয়া কয়া হৌদোক্লরকপা মতমসুনি, অসুম্না ঐখোয়না পল্লীবা মফম অদুদগী নোংমা চখোকপদা, ঐনা মতম অদুগী অকে-অমৌগী ফিজোল মখল অমা ওইবা, য়োৎকী অরঙবা লৈতেং অহুম য়াওবা ফিজোল অমা শেৎপদু মখোয়না উখি। মথংগী নুমিৎ অদুদা ঐহাক ঐগী শগোল মচাদু তোংলগা অসুম কোইথোক্লম্মী, হান্নগী মীয়ামশিং অদুসু ঐগী ইতুং ইন্দুনা চৎলি। ঐখোয় মিনিট খর ঙাইহাক্তং পনবা মতমদা ঐখোয়গী লোল খঙনদবগী মরক্তা লোল হন্দোক্লিবা নুপা অদুনা করিগুম্বা অমগী মরমদা য়াম্না থব্বায় তানা নোকপদু ঐনা উরক্লম্মী। ঐগী নুপাদা ঐনা হংখি, "করিনো মানা নোকইসিবো ?" লোল হন্দোক্লিবা নুপা অদুদা হায়দোকউ হায়না ঙাইহাক থেম্নরবা মতুংদা মানা হায়রকখি, "খুঙ্গংগী মীশিং অসিনা মেম সাহেবকী মমৈ অমা পাল্লিবসি করিগীনো হায়বদু খঙনিংই হায়রিবা .......।" অহানবদদি ঐ মখোয়না হায়রিবদু করিনো হায়বা খঙলমদে অদুবু মখোয়না অমুক ঙাইহাক লৈরগা শন্দোক্লা হায়রকপদা, ঐহাক খঙবা ঙম্রে মদুদি ঐগী ফিজোল অদুগী মনিংদা য়াওরিবা মপুংফাবা ফিজেৎকী মওং অদুদা ঐগী ই-মৈ অমা লোৎশিল্লি হায়না মখোয়না খল্লুবননি হায়বসি। ঐখোয়গী চৎনবীশিং অসি করিগী খেন্নলা উরিবনো হায়বদু মখোয়না ভাব তাবা ঙমখিদবনি। ঐখোয় য়াম্না হরাও নুংঙাইবা

ওইখি নুমিত্তো; ঐখোয়গী থুংফমদা অমুক হল্লক্লবা মতমদা, মখোয় খরগী মফমদা ঐনা ঐগী ফিজেত্তা য়াওবা মমৈ মাল্লি হায়রিবা Steel গী মরীশিংদু উহনখিবনি। মখোয়নদি মদুবু য়াম্না নোক্লিংবা চংনবীগী মওংনি হায়না খনজখি।

মখোয়দা য়াম্না নিংবা কায়হৌনা, মথংগী নুমিত্তুদদি ঐখোয় চীঙ অদুদগী য়াম্না থাপতোক্লা লৈবা মফম অমা য়ৌননবা অমুক লাক্লে। খোঙচৎ অদুমক্তি, য়াম্না চিংননিংঙাই ওইবা মতাং কয়া য়াওখিবনি। ঐখোয় য়াম্না ঙম্না খোঙশাল্লকখি মরমদি মণিপুরিশিংনা ঐখোয়দা মুম্বী হায়রিবা মফমদু মাইল তরানিপাল্লোম লাম্লী হায়বদগী। ঐদি শগোল তোংদুনা লাকপা হৌবনি অদুবু ঐখোয় ইরাপ লাপ্পা চৎত্রিঙৈদা; চীঙশিং অদু অসুক্কী মতিক ঙমলম্বনা, ঐগী চৌকি অশাঙবা অদুদা ফল্লগা নাগাশিংনা ঐবু পুবা তারম্মী। ঐগী নুপাদি অদুম খোঙনা চৎপা তাখি, পাকাসনাসু য়াম্না হৈনিংদনা চৎখিবনি, মহাক্তি তনসু য়াম্না তনজবা খোঙনসু অমুক্তা লাপ্পা চৎচদ্রিবনি। অদুবু করি তৌগনি, মতম অদুদা করিসু উপাই লৈখিদে। মহাক শ্বর থবেৎ থবেৎ হোন্না চীঙ অদু কারকপদা ঐখোয়দা হায়, "ঐদি হকচাং ঙমদ্রে, তশেংনা ঐ নারে"। ঐখোয়না চৎলিবা অদু মাইল তরানিপানগী ব্রাগ নত্তে, মাইল কুম্ল্লা শোয়দনা লাপ্লমগনি; চোকথবসু য়াম্না চোকথবা। ঐদি চৌকিগী খুৎপায়ফমদা চেৎনা পায়খি, লম্বী অদু ফৎচিল্লক্তবনা কোন্নথংদদি ঐসু খুৎকা খুকউগনা শৌদুনা চৎপা তাখি। হায়রিবা মতম অসিদদি ঐখোয়গী কাঙবু পুম্নমক চীঙমায় অদুদা ককচেং পরেং চৎপদৌনা শন শানা, উপ্রাক্লা শিৎনা চৎলবনি। মমৈথংদা চীঙথক অদু য়ৌরদুনা ঐখোয় খুল অদু তান্না চৎলম্মী। গজ খরদমক চৎলকপা মতমদা খুল্লাকপা অদুগী পাউ পুদুনা মাগী মীনাই অমা কুথরক্লম্মী। হায়রিবা পাউ অদুদি - করিগুম্বা ঐখোয়না নকশিন্না চঙশিল্লকপা তারবদি, মহাক্লা ঐখোয় তম্না নোংমৈ কাপলক্কনি - অসিনি। য়াম্না শাংনা চোকথনা লাক্লবা মতুংদা পাউ অদুমক্তি হায়রপ্পা নুংঙাইহন্দবা, অকীবা পীবা মখল অমা ওইখি। পাউ পুবা নুপা অদুনা অমুক্কসু মখা তাখি - মদুদি "মফম অদুদগী মখা হাইথনা ঐখোয়গীদমক অপিকপা ই-গী শঙমচা অমা শারিবনি অমসুং ঐখোয়না মফম অদুদা লৈবদা কনাগুম্বা মী অমত্তনা ঐখোয়দা ফত্তবা তৌরকলোয়, অমসুং খুল অদুদদি ঐখোয় চঙবা য়াদে হায়না"। "ঐখোয়গী মতিক চাবা সিফায় য়াওরম্রবদিকো" হায়না ঐনা খল্লকই অদু ওইরবদি ঐগী

ইপুরোইবদি চঙশিনবা য়ারমগদবনি অদুবু ঐখোয়গা লোয়ননা মণিপুরি খরদমক চৎমিন্নরবনিনা অমরোমদা মখোয়সু কাখৎপগী মহুত্তা চীঙখাদা চেষ্টনিংলকপা ঙাক্তা ওইরকপনা ঐখোয় - মখোয়না শাই হায়রিবা শঙমচা অদুদা লৈরুবদু য়ারে অমসুং মফম অদুদা অদুম চৎলে। খাংপোকশঙ অদু নাপী ঙাক্তনা শাবনি হায়বদা করিসু অয়ানবা ওইদে, অশঙবা, মতোন্দা মপাল শাৎপা শিঙুত কুম্বা অশাঙবা নাপী মখল অমনা শেম্বনি, মতোলশিংদু ককথত্তনা ঐখোয়গী কোকথক্তা কোল্লপ কোল্লপ তৌনা হুয়া হুয়া লৈ। য়ুমথক অদুসু ইহাঙ হাঙবা, নুংশিৎ হুরু হুরু চঙবা, অমসুং করিগুম্বা নোং নুংশিৎ লাক্লবদি অচৌবা মথক্কী অহোবশিং অদুদগী নোং য়ুরক্কদবা, লেন ফাওজিল্লক্কদবা ঙাক্তনি। লৈমায় অদুসু মচু তাদবা উপাক কয়া'মা চরন-চরন মওং তাদনা থারি, করিগুম্বা উপাক অদুগী মতোন্দা নেৎলুবা তারবদি, অতোপ্পা নাকন অদু খঙথাং থাংগৎলক্কনা হাইগৎ হাইথ শান্নবগী মওংগুম্বনি । লাইবক ফবনা ঐখোয়গী তম্বুর মচা অমা য়াওরকই করিগুম্বা খুজিল থৌরাংশিং অদু শোয়রকপা তারবদি ঐখোয়গী চঙজফম ওইনবা হায়দুনা। হায়রিবা অসিমক থোক্লে মতাং অসিদদি। থুনমক তম্বুর অদু লৌথোক্লে, চীঙগী নাকনদা লৈবা মফম অমা শেংদোকহল্লগা য়াম্না থুনা খনগৎপা হৌরে, মরমদি মফম অদুগী অকোয়বদা নোং মঙশিল্লক্লম্মী, শোয়দনা নোং তারগনি হায়বা খঙলম্মী। খন্না খন্না, ঐখোয়না তম্বুর খনবা লোইদ্রিঁঙৈদা থুনমক নোং নুংশিত্তি হৌরক্লে। অদুগুম্বা নোং নুংশিত্তি ঐ অমুক্তসু উজখিদ্রি। নুংশিৎ কন্না শিৎমনবনা, তম্বুরগী থৌরিশিংদু ঐখোয়গী কাঙবুশিংনা চিংদুনা খাঙবনি, অদু নৎত্রবদি পোৎ পুম্নমক্তু হুমদোকখিদুনা চিঙখাদা লৈরিবা মরাইবক থীরবা য়ুবরাজ অদুগী মথক্তা নল্লুবা তাবনা - মাগীসু ঐখোয়গী অদুগুম্না ফিভম চাদ্রবা নাপীগী শঙ অমদা চীঙখাদা লৈরিবনি য়াম্নসু হেন্না পিক্লা .....। অকীবা ফংনা খাক লাউরম্মী, অমসুং নোংথাঙ কুপলম্মী, ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা চীঙমায় অদুদা খোঙ্গাঙ য়ৈনা খাকলম্মী অমসুং মমশীল্লক্লবা মতমদা নোংথাঙনা পুমঙান পুমঙান ঙাল্লম্মী। মমৈথংদদি নুংশিৎ অদু হাইরপ নেমথখ্রে, ঐখোয়সু শঙ অদুদা চাকলেন চানবা চঙশীল্লে। ছাটিন অচৌবা অমা খাল্লগা, মফম অদুদা লৈরম্বা ইরুজফম খুদেং অমা মথক মখা ওঙ্খোক্লনা ঐগী খোঙ থম্ফম ওইরগা ঐখোয় ফম্লে, পুখমমচা, প্রেটশিং অদু ঐখোয়গী তম্পাক্তা থমদুনা। মতাং

অসিৱাইদা নোং অমুক হৈথরকপা হৌরে, ঐখোয়না লৈরিবা অদুগী য়ুমথকনি হায়রিবা অদুদগী ওরো-ওরো য়ুরূম্মী অমসুং নোংমা চোংলবা শিংউত শিঙনাং মতোললশিং অদুদগী নোংলিক্লা ঐখোয়গী কোকথক্তা তপ তপ তাশিল্লম্মী। পুমশেং শেংলবা মতম; নোংয়াই মতুং পুং অনিয়োম তারকপদদি ঐখোয় ফমুংদা চঙলে। লোইনা চোংলি মারিরবা ঐখোয়গী ইশা, পোং-চৈ পুম্নমক অদুবু য়েংলগা লক্লবগী মওংদা থৱানমিচাকসু পুমঙান ঙাল্লা থোরক্লে। য়ুবরাজ অদুগী অৱা নুংঙাইগা করিমত্তা হংলুবা ঙমখিদে; চীঙমায় অদুদগী ঈচেল কয়া লেপ্লা লৈতনা চেন্থরকপদু অদুক্কী মতিক কনখ্রে, মহাক্লা লৈরিবা শঙমচা অদু তাউথখিগদবা মানবনি।

মথংগী অয়ুক অঙনবদা, মাগী তুংইনবা নুপা অমনা কাখৎলক্লগা পাউ অসি তম্নরে মদুদি মাগী (য়ুবরাজগী) শঙ অদু তাউথখিবতা নত্তনা মাগী মরুওইবা পোৎ কয়াসু মাঙখিবনা অহিং চুপ্পা মহাক্তি শুকতুম তুমখিদ্রে হায়না। মহাক্লা সাহেব অমসুং মেম সাহেবতা সলাম তৌজরকই হায়না পাউ তম্বগা লোয়ননা, ঐখোয়না তমথীরবা মফম অদুদা লৈবদু পামদ্রে হায়না য়ুবরাজনা হায়রকপদু তমখি। ঐগী অহানবা ৱাখলদি মুম্বী হায়বা খুল অদুদা নুমিৎ হুম্নি লৈরুবা অসিনি, অদুবু ঐখোয়গী নোং নংলিবা ফিভম অমসুং ঐখোয়দা উৎলিবা খুল্লাকপা অদুগী য়েক্লবগী মওং, পুম্নমক অসিদগী ঐখোয় অমুক হন্না চীঙখাদা কুমথনবা লেপ্পরে। অহানবদা ঐগী ইপুরোইবগী পুক্লিংদা থনখিবদি খুল্লাকপা অদু ঐখোয়গী ইফমদা লাক্তুনা মাগী ইকাইখুম্নবা উৎলফম থোকপনি হায়বসিনি। হায়গুম্মদনা য়াম্না ঙক্লা মহাক, মাগী নুপী অহুম পুরগা মাগী তুংইনবা মী ময়ামগা লোয়ননা লাকখি। মখোয় লোয়না নোংমৈনচিংবা খুৎলাই য়াওরকই। নোংমৈশিংদু থাইনগী ঙাক্তনি। মখোয়, ফি খজিক্তমক শেংলি, য়েংবদা নুংঙাইতবা মীতা ঙাক্তনি। নুপীশিং অদুদি লোয়না নেম্মী; ফুম্বাক্লে, অস! য়াম্নসু মোৎলি। মখোয়না ঐখোয়দা য়েক্লমগা তরবুজগা পীখি, অমসুং মাগী নুপীশিং অদুনা ঐঙোন্দা অঙকপা তা মখল অমগা চেঙ থুমোক খরগা পী। হৌখিবা অহিং অদুগী মমাঙদা করিগীদমক ঐখোয়দা অকীবা পাউ পীখিবনো হায়না ইপুরোইবনা হংবদা মখোয় লানখিবনি; ঐখোয়দা নোংমৈ কাপকদবা নত্তে হায়না খুমখি। কোন্নদি ঐখোয় খঙলক্লে - মদুদি মখোয়না পীয়ু য়াদনা তোনখিবা মণিপুর লৈবাক্কী খাজনা অদু ঐখোয়না

খোম্বা লাক্কি হায়না মখোয়না খল্লুবনি হায়বসি। মখোয়না অকীবা পোক্লুবনি মদুদি ঐখোয়না মখোয়গী খুলদা চঙলগা নমদুনা মখোয়বু খাজনা পীহনগদৌরিব্রা হায়না .....। অসুম্না, মশানা নিংথৌনি হায়জরীবা লুচিংবা অদুগী ৱাফম অদুগীদমক্তা ঐগী নুপানা থীনা চৈরম্মী; মহাক মশামক মণিপুরদা লাক্লগা খাজনাগী ৱাফমদু লোইশিনবা তাই হাইনা। অদুদগী লুচিংবা অদুনা হায়জবদগী ঐখোয়সু খুল অদুদা চঙলুরবা মতুংদা ইংনা তপ্পা কায়নরে। মাগী য়ুমগী মপাল অদু য়েংবদা ঐখোয়না উরকখিঃ- মতোল তুম্না তুম্না ইৎপা য়ুম্বী মখোঙশিং য়ুংলগা কোয়না শম্বল খাজীনবা ইংখোল, য়ুংলিবশিং অদুগী মতোন মতোম্দা শা-ঙাগী মকোক থেৎসিবশিং অদুগী মরক্তা মী মকোক খরসু য়াওরিবা ....। ঐখোয়না হংলুদে, থেৎলিবা মীগী মকোকশিং অদু চুম্না শিখিবা মীগী মকোক্লো নৎত্রগা লান তৌনবদা মখোয়না ফংলকপা মায় পাকপগী খুদমলা হায়বদূদি। লুচিংবা অদুগী মাঙ্গোম্দা ফজববা শামু ময়াশিংসু লৈহৌই অমসুং মখোল ফজবা কুকিগী শেম্বুং খর অমসুং মখোয়শিং অদুদগী অমখক্তি ঐখোয়দা খুদোল ওইনা পীরকখি। মুম্বীগী নিংথৌ অমসুং মাগী নুপীশিংগী মফমদগী নুংশিবগী ৱাহৈ কয়া তারবা মতুংদা, ঐখোয় মফম অদু থাদোক্তুনা লাক্লে। ঐখোয়না চীঙখোঙ যৌরকপা অমসুং মফম অদুদগী মাগী লমনি হায়জবিবা মফম অদু তান্না চৎখৎখিবগী লম্বী অদু য়ৌরকপদা ঐখোয় য়াম্না হরাওজখি অমসুং চেৎনসু ৱাশকখিবনি মফম অদুদা অমুক হল্লক্তবা হায়দুনা। ঐখোয়না য়ুমপাংনা লাকপগী লম্বীদা য়োৎ শুংফম খোংশিংসু য়েংলকখি; চাউরাক্লা খোং তরেৎলোম লৈহৌই, অমসুং মফম অদুদা মীশিংনা থবক শুবদু য়েংবদা য়াম্না নুংঙাই।

নুংথিলগী মতমদা যুবরাজ অদুবু ইংলিস তম্বীবদা ঐগী নুপাদি য়াম্না নুংঙাইজবনি। মহৌশাগী ওইবা, কুইপ্রবা বানানগী লাইরিক অমা মানা হেক হেক পাথোকই। লাইরিক অদুদা য়াওবা ৱাহৈ অয়াম্বদি কনাগুম্বা অমত্তনা শীজিন্নদ্রবা ঙাক্তনি। ৱাহৈপরেংনি হায়গদ্রা, অমখক্তি অসুম্না হায়বনি ...An elegant puce quilt (এন ইলিগেন্ত প্যুস ক্বিল্ট) ৱাহৈ অদু অমবু ওইরবসু যুবরাজ অদুনা শীজিন্নগনি হায়বসি ঐ খন্দে, অদুবু ঐনা তাবদা য়াম্না নুংঙাইজবদি quilt হায়বা ৱাহৈ অসিগী খোম্লোক তানবা মানা হোৎনবা অদুনি। মহাক্তি ক্বিল্ট অদুম হায়খ্রে, মদুদগী হেনবা ঙমখিদ্রে। ঐহাক্তি নোকমন্দুনা মফম অদুদগী

চেপ্পোকপা তাখি। যুবরাজ অদুনা খঙখিবা বাহৈ অমদি লৈ, মদুদি "Good Bye" (গুদ বায়) হায়বসিনি, অদুবু ঐখোয়, লাক্লবা, উনবা মতম অমদি খুৎ শোক্লদুনা হরাও হরাও কৌনবা মতমদা মহাক্লা চীঙলেম্না গুদ বায় হায়রকপদুদি পুক্লিংদা ইহন হম্বা, নুংঙাইহন্দবা ওই। মসিনা কনাগুম্বগী নুংঙাইরম্বা বাখলবু তুকথহল্লি। বাহৈ অদু কায়নবা মতমদা ফজনা শীজিন্নগদবনি অমসুং হরাওনা উনবা মতমগী নত্তে হায়বসি মানা ভাব তাবা শুকঙম ঙমখিদে।

## ৬শুবা পন্দুপ

মণিপুরদা ঐখোয়না ইহান হান্না লাকপা মতম অদুবাইদদি ঐখোয়গী তিন্নবা মরুপ মপাং খরদমক লৈজরম্মী। মতম অদুদদি মফম অসি গুর্খা রেজিমেন্ট অমসুং হেদ কার্টর্স অমসুনি। হায়রীবা রেজিমেন্ট অদুদি ঐখোয়না লৈবা মফম অদুদগী মাইল মরিরোম চৎলগা লৈবা লাংথবাল হায়বা মফম অমদা লৈবনি। নুংঙাইবা মফমককাদি নত্তে, লম খরা শেমদোক ফান্দোক্লগা সিফাই লৈফম শেম্বনি। অদুবাইদা লৈবা লম্বীনিগা হায়রিবা অদুদি খোঙ লম্বীদগী হেন্না ফবা জাৎ নত্তে। ওফিসারশিং অদুনা বাগী শঙ মচা মচাশিংদা লৈ। ফকলাংশিং অদুগী মপান্দা য়াম্না পানা লৈবাক তৈশিল্লি। য়ুমশিং অদুদা লৈবা তনগন্দবা মীওইশিংনা ফক্লাংশিং অদু অঙৌবা মচু তৈশিনবা য়াওই অমসুং মদুনা হেক য়েংবদদি খর চাওখৎপা মীওইগী লৈফম মালহল্লি। য়ুমশিং অদুগী অরোয়বদা ফজবা ইংখোল মচা মচাশিংসু লৈ, ইংখোলশিং অদু পীকচরবসু মফম অদুদা শাৎলিবা লৈশিং অদুদি ঐখোয়গী লৈফম রেসিদেন্সিদা ওইরিবা অদুগী শরুক অনিগুম্বনি। মফম অদুদা লৈবা রেজিমেন্ট অমসুং ৪৪ শুবা গুর্খা রাইফল্স ওফিসার কয়া লোয়না উনবনি ঐখোয়না থুংলবা মতমদুদা। মখোয়সু হাপ্তা অমগী মনুংদা অনিরক অনিরক্লুম্বদি পোলো শান্নবা লাকই অমসুং অদুগুম্বা মতমশিং অদো ঐগী খোয়দাজবা মতমনি হায়বদা নুংঙাইজবনি। শগোলশেন খুদিংগী ঐখোয়না টেন্নিস শান্নবা মতমদা মহারাজগী বেন্দ পার্টিদু পুং মরিদগী তরুক ফাওবা খোংহল্লি। হায়রিবা বেন্দ খোংবা কাঙবুদুদি নাগা ঙাক্তনা শেম্বনি অমসুং মখোয়না য়াম্না লায়না ইংলিসকী ঈশৈ খোংবদু তাবদি অঙকপগী মশকনি। বাল্টজ (Waltzes) অমসুং করিগুম্বা জগোইগী ঈশৈ অমা খোংবদি মখোয়দা য়াম্না লায়না থোকই, তানসু য়াম্না চায়। মখোয় পুম্নমক হৈ হায়বা য়াই। ঈশৈগী অফাওবা মীওই কয়ানা শকপা ঈশৈ কয়া মখোয়না অরানবা অমত্তা য়াওদনা খোংবা ঐহাক তাজবা ফংখি। মখোয়গী বেন্দগী ওঝা অদু য়াম্না

খঙ-হৈবা মীশক্তি। নহা ওইরিঙৈদা মহাক, কোহিমাদা চৎলগা ৪৪শুবা গুর্খা রাইফল্সকী বেন্দ ওঝা অদুদা ত্রুবনি অমসুং মশাসু মহৌশানা ঈশৈদা হৈনজবা মীশক্তি, শকপসু অদুম খর ঙমই। করিগুম্বা মতমদা মাগী বেন্দ কাঙবুনা হান্নদগী পঙশীল্লকপা য়াওরকপদা মহাক য়াম্না খাঙবা ঙমজদে। থৌদোক অমদা, নোংমদি মানা মখোয়বু ফুবা য়াওখি অমসুং মদুদা মখোয়না মাগী মখাদা থবক তৌ হায়বা য়াখিদে। মখোয়শিং অদুবু জেলদা থম্লগা ফৃসু ফুবিখি। অদুবু অকোনবদদি ময়াম্না থেম্নরবা মতুংদা, শেলসু খর পীরগা মখোয়গী থবক্তু অমুক হৌহনবা ঙমখি। বেন্দ মাষ্টর অদুনা ব্রাশকচখি মদুদি মখোয়না অমুক হন্না অরানবা সুরদা খোংলক্লবসু, মতুংদদি অমুক হন্না ফৃ-চৈবা তৌজররোই হায়না।

ইহান হানবা ওইনা বেন্দ মাষ্টর অদুগী মফমদা ঐনা শক তাকচবগী মতাং অদুদি ঐ খক কাউররোই। কলকটা ফিজোল হায়না মানা হায়জবা মানসু চাউথোকচবা ফিজেৎ অদু শেৎলগা মহাক নোংমা লাকখি। ফিজোল অদুদা ফ্রোককী মওংদা তৃবা অঙৌবা কোত অমা য়াওই, য়াম্না কুইথ্রবা থায়নগী মওংনি, অমুবা অপাকপা ফি অমনা (য়াম্না তেন্না, খাউজাউ অমা মান্না) অঙাংবনা মরি চৎপা সিল্ককী ব্রাসকাৎ(Waistcoat) অদুদসু অঙৌবনা য়াম্না চাউনা ফুৎ থিল্লি। পুন্নমক অদুগী লাম্বা চা-নবা মহাক্কী মশুপ মশুপ্পা কোল্লার অদুদা পুল্লিবা টাই, অদুগা লোয়ননা, ঐনা খনজবদা শোক ১৮০০ ব্রাইগী ওইগদবা মথক শাংকৎনা ব্রাংবা তৃপী অমসু মাগী মকোক্তা উপ্পনি। মহাক্কী কুদাম মখুল অদুদসু ইংখোলদা হৌবা লৈ মচু অনি শাংপা পাম্বী অমগী মশা থেৎচিল্লি। লোইশিল্লকপা ওইনা হায়রবদা, অথোৎপা শউনগী বুট অমা তোংলিবদু অঙৌবা মচুনা তাইশিল্লি অমসুং অরঙবা কুদাম পরেং অহুম অহুম য়াওই। য়াংতক তৌবা লিচৈ অমসু পায়, খুৎপায়ফম মতোল অদুদা মৈ চাকথোক্লবা লুপা মচুগী মান্না শাবা য়েংবদা নুংঙাইতবা নুপীগী শক্তম অমসু য়াওই। য়াম্না চাউথোকচনা, হায়রীবা অদু মহাক্না ঐঙোন্দা উহল্লি অমসুং য়াম্নসু ঙক্না নুপীগী শকওই লৌরিবা পোৎশক অদুগী মকোক্তা নম্বা, মেৎশিনবা মতমদা শকওই অদুগী মচিন অমসুং মনাতোন্দগী আতরগুলাপকী নুংশিবা মনম থোরকই। অসুম্না পোৎশক অদুগী মনাক্তবু নক্না লৈরুরবদি মনম অয়াকপা চেনবা মহী অদুনা হকচাং পুম্বা কুপশিল্লি। অসিগুম্বা মহাক্কী অঙকপা খুক্কে লাক্কে অসিদা নোক্তনবা হোৎনবা য়াম্না ব্রায়। মহাক্না

করিগুম্বা ৱিলিয়ম টেল-গী ঈশৈ শক্লনবা য়াম্না শাংবা শুরগী মওংনা হৌরকপদা ঐদি নোক্লিংবনা খাঙবা ঙম্লক্তদুনা মিনিট খরদি মপান্দা হেক্তা চেম্থোক্কুনা লোৎলি। মহাক অদুদি চপ চাবা মখল অমগী মীওইনি অমসুং হাপ্তা খুদিংগী মানা ঐবু ঙকহনখিবনি। মহাক্কী ফিজেৎ অদুমক্তি নিনিশুনা পঙনা শেত্তে, মহাক্কী ফিজোলদি খল্ল খল্লগা অসুম শেৎপা য়াম্না মাল্লি।

ঐখোয়না বেন্দ কাঙবু অদুবু পাল্লকপা মতমদা হেক্তা ফংবা ঙম্বদু য়াম্না নুংঙাইহৈজে। অমবু ওইরে, অসিগুম্বা খুদোংচাবা অসিনা লাংথবালগী ওফিসারশিং অদু চয়োল অমদা অমুমুক্তি ঐখোয়গীসিদা পুরকপা ঙমই, ঐখোয়সু চয়োল অমগী মনুংদা অমুমুক্তি মখোয়বু উনবা শগোল তোংদুনা চৎলি। মতম অদুদা ঐখোয় য়াম্না নুংঙাই হায়বা য়াই, চাকলেন কয়াসু লাঙখি অমসুং ঐ ইশাগী ওইনসু মেসতা চৎতুনা চাক চাবদগীদি ময়াম চাকলেন চামিন্নবদুনা হেন্না নুংঙাইজবনি মরক মরক্তা। তশেংনা হায়রবদা মফম অদু তান্না মাইল মরিগী অরাপ্পা চৎপসু করিসু থোইনা অৱাবদি ওইদে। মণিপুরগী লম্বী পুন্নমক গাড়ী থৌদুনা চৎপা শুকয়া য়ারমদবনা, ঐদি অশাংবা চৌকি অমদা ফল্লগা লায়েংশঙগী কাঙবুনা হেক হেক পুহল্লি অদুগা ঐগী নুপাদি শগোল তোংদুনা চৎলি। অহিং থেঙনা হল্লকপদুদি ওন্থোক্লা ইংখ্রপোৎনি, মরক মরক্তসু লিক্লোনা পুমচোৎ চোৎপা য়াওই অদুবু ঐখোয় করিসু থৌশাদে নোংফাদোক মরক মরক্তা কোয়থোকপনিনা।

হায়রিবা রেজিমেন্ট অদুগা ঐখোয়গা কায়নবা তাবগী হুকুম অমা লাকখিবা মতমদদি ঐখোয় শাথীনা থৱায় নুংঙাইখিদে। মখোয় নোংমা হেক্তা চৎখ্রগনি হায়বা খঙলে, অমরোমদা ইংশোক ১৮৮৮গী নিংথমথাগী মতমদসু চিন-লান্দারকপা (Chin Expedition) য়াবগী মরম খর উংখৎনরক্লমই, মদুদগী ঐখোয়গা নক্লনা লৈমিন্নরম্বা মীওই কয়া লানগী মায়কৈ অদোমদা হোংখিরম্মী। ঐখোয়, মখোয়গা কায়নবগী ৱাখলদা য়াম্না পুক্লিং নুংঙাইজরমদবদগী অমুক্তা হেন্না ঐখোয়দা নাইতোম ওইনা নুংঙাইখিদবা অমনা; ঐখোয়সু অতোপ্পা মফম অমদা হোংননবগী চিঠি ফংখিবা অদুনি। চিঠি অদু থুংলবা মতমদদি ঐখোয় মপালগী কেম্প অমদা লৈরুই, অমসুং পাউ অদু ফংবদা ঐখোয় অনি তুমীন তুমীন্না ৱা অমত্তা ঙাংনদনা আশা কায়না লৈনখিবদু ঐ কাউবা শুকঙম

ওদ্রোই। য়াম্দ্রবদা চহি অহুমদি তেক্ত কায়দনা ঐখোয় মণিপুরদা লৈজবগী ব্রাখল খঞ্জরুবনি, অদুবু ওহোকপনি !, হেন্না চাউবা ফম পায়বা মীওই কয়া সিভিল ওফিসারশিংগী মরক্তগী লাকপা তারম্মী অমসুং মখোয়দা হুহবা ওফিসারশিংনা পায়রম্বা হান্নগী দিষ্ট্রিক্টশিং পীথোকপা তারম্মী। ঐখোয়দি থা তরুক ফানা মফম অদুদা লৈরকপদা য়াম্না চাউথোকচরুরে, অদুনা চৎপসি শুকপাম পামজখিদে। হিরম অসিদা হুন্না হুন্না ঐখোয় খন্নবনি, করি উপাই তৌদুনা চৎতবা য়াগদগে হায়দুনা; অদুবু করিসু উপাই লৈখিদে অকোনবদা ......।

মতম অদু দিসেম্বর থাদনি অদুবু ঐখোয় ফেব্রুয়ারী থা ফাওবদি চৎত্রি। ঐখোয়দা থবক শিন্নগদবা ওফিসর অদুসু অসাম ভেল্লিগী অতোপ্পা নাকল অমদগী য়াম্না লাপ্না লাকপা তাখি অদুগা লাকপগী মতমদুসু মহাক্না য়ারিবর্মখৈ কুইনা চঙহনখি। ঐখোয়না মফম অসি থাদোকনিংখিদবা অদুগা চপ মান্ননা মহাকসু মফম অসি শুকলৌ লৌনিংখিদবনি।

থব্রায় নুংঙাইতনা, ঐখোয়গী ইংখোলগী অকোয়বদুদা ঐখোয় অসুম চৎতুনা লৈ, ইকুই কুইদনা কলকতাদগী লাকপদা ঙায়রিবা আতরগুলাপ পাম্বীশিং অদুবু অমসুং লাক্কদৌরিবা চহিদদি মফম অদুবু ফজহল্লগনি হায়না খল্লুরিবা ব্রাখল, অদুগা লোয়ননা আসপরাগস (মতোল থত্তুনা চাবা য়াবা পাম্বীশিং) থাননবা অমদি চহি অহুম চৎনরগনি হায়না শেম্লুরিবা কাংখুলনচিংবদু য়েংলগা পুক্রিংদা কপ্পীংবা ফাওরকই। ঐগী পুক্রিংদা পূম্নমক অদু ফোয়দত্তুনা মাঙহল্লসিরা হায়নফাও খল্লুরে অদুবু পুকচেল চাউথোকপা ঐগী ইপুরোয়বনি, মহাক্না হায় "ঐখোয়গী মফম শিলহৌরগদবা মিষ্টর হীথনা পূম্নমক অসি নুংঙাইজহৌরসনুদা।"

মণিপুরদা লৈজবগী ইকোন কোনবা থা অনিদা ঙায়রক্লবা মতম অদুদদি ঐখোয়সু ওম্বর্মখৈ নুংঙাইনবা হোৎনজখি। লোক্তাক পাৎতা অনিরক উচেক কাপ্পা চৎলুবা, খৃষ্টমাসকী শগোল লমজেল য়েংনবা কাছারদা অমুক য়ৌরুবা, অসিনা ঐখোয়গী লেমহৌরিবা মতমগী শরুক অদু লৌখিবনি, অদুবু পূম্নমক অদুগী অরোইবা মতম থুনমক লাকখি। নোংমগী অয়ুক্তদি, ঐখোয়গী খুভম শিলহৌগদবা নুপা অদুবু ওকপগী থৌরম ওইনা কাপখৎলকপা নোংমৈগী মখোল তারে। মদু, ঐখোয়গী নিংথৌ পুন্সি তোলোইনা হিংবা ওইসনু হায়না ঈশ্বরদা মঙ্গল নিবগী

মওংনি। ঐখোয়না ইহান হান্না লাকপা নুমিত্তা পীখিবা ইকাই খুম্নবা অদুগা চপ মান্নবা মওংদা, মুরপ তৌনা ঙাংলবা ফিনা শামুশিং অদুদা কুপ্লগা মহাকপুসু হরাওনা ওকখিবনি। ফ্রিং অঙাংবা লিংলবা চপ্রাসিশিংনা হাথু হাথুনা ঐখোয়বু করিসু থৌশাবিদনা অনৌবা সাহিব অদুগী মনাক্তা চঙশীন্নরক্তুনা মাগী অপাম-পামদ হায়রকপা ঙাইদুনা লৈখি। মতাং অসিদা ঐখোয় অনিমক্কী পুক্লিংদা ফাওখীবদি মফম অদু থাদোকপা হায়বসিনা ঐখোয়গী ওইগদবা থবক্নি হায়বসিনি। মিষ্টর হীথসু মহাক্কী মতিক মঙালগীদমক্তা তৌরিবা থবকশিংদু উবদা মপুক্লিংদা নুংঙাইজবা ফাওখি অদুবু মহাক্তি মতম কুইনা য়ুম অদুদা লৈখিদে, ঐখোয়দসু হায়খিবা লৈ, মহাক্না কয়াম মণিপুরদা লাক্লিংখিদবা হায়বদু। তৌরিবা মওং অসিদা মহাক্তি অফবা ঝাঁহে অমফাওবা হায়নিংখিদে, ঐসু মহাক্কীদমক্তা য়াম্না নুংঙাইজদবা অমদি মফম অসিদা মহাক মথক্তা ইচিক চিকহৌগদবসি খল্লুবদা য়াম্না কিজখিবা অদুনি। অচিকপা অদুদি থাঙ্গেমক শেংবনি, অসিগা লোয়ননা মহাক্কী ঝাখল, মিংয়েং অদুদি ঐখোয়না খল্লম্বদগী হেন্না অমুক অরাবগী মশক্নি, অদুগী মথক্তা রেজিমেন্ট অদুসু মাইল মরী লাপ্না লৈত্ত্রবনিনা। ফিভম অসিদা মাগী কনাসু লৈরমদে। ঐহাক ফজনা খঙই, নুমিৎ কয়ানিরোমগী ওইনা অচিকপা অদুনা মঙোন্দা ওইগদৌরিবা ফিভম অদু ....... । ঐগী ইপুরোয়বনা অহিং অথেঙবা ফাওবা মাগী ওফিসদা থবক চিন্দুনা লৈখিবদা ঐঙোন্দসু মরক মরক্তা অকীবগী মশক ওইখিদবা নত্তে। অসুম্না ঐদি অয়ুক পুং তরামাথোইদগীনা নুংদাং চাকলেন মতম ফাওবদি ইথক্তা নুংঙাইজনবা য়ারিবমখৈ খাঙজে। হাপ্তা অহুম নৎত্রগা থা অমগী মতম ফাওবদা দাগ অমত্তা লাকতবনা করিগুম্বা খবর অমসুং লাইরিক্লচিংবা অমত্তা ফংফম লৈখিদে। মী অমনা মী অমগী লাইরিক লৈনবা তাই, মরমদি ঐখোয়গী চংনফম লাইব্রেরীগুম্বা অমত্তা লৈরমদে। অসিগুম্বা মওং অসিদা ঐদি, উপাই লৈজদ্রবা মিষ্টর হীথকী মরমদা নুংঙাইজখিদে। তৌগদৌরিবা মহাক্কী থবক অদুদা য়াম্না হৈনিংখিদবা মাল্লি। অদুম ওইনমক ঐনা ঙমজবমখৈ মাবু হরাওনবা হায়দুনা ঐখোয়গী য়ুম অমসুং ইংখোলগী অকোয়বদা পুথোকই, চংপা য়াবা মফমশিংদা চত্তুনা য়েংবা য়াবা য়েংহল্লি, অদুবু মাদি করিসু মপুক্লিংদা অফবা অমত্তা পুরকপা ঙমখিদে। অদুগী মতুংদদি ঐখোয় খোঙনা মরক মরক্তা বজার ফাওবা কোয়বসু চংলি, পোলো শাম্নফমদসু লাকই, অসুম তৌবদগী মমৈথংদদি, ঐখোয়না

নুমিদাংবাইরম য়ুমদা হল্লকপা মতমদা মহাক্কী পুক্লিং খরা নুংঙাইবা মাল্লম্মী। ঐখোয়না চাক চাবা মতমদা খোংলিবা বেন্দগী মখোল অদুদসু মহাক নুংঙাইজরক্কে।

মথংগী নুমিত্তদি; ঐখোয়গী কায়নবা মতম য়ৌরক্লবদা মহাক থবায় য়াম্না নুংঙাইখিদে, ঐ ইশামকসু মঙোন্দগী হেন্না নুংঙাইরমদবা মরম্না মাগী মফমদা মপাম্বোংগী ওইবা হরাওবগী শক্তম উৎচবা ঙমখিদে। থবায় য়াম্না নুংঙাইখিদে, ঐখোয়না মফম অদু থাদোক্তুনা চৎপদা, ঐখোয়না য়োকচবা জিবশিং অদুবু বিদায় তৌবদা .....। মখোয়বু য়েংশিনবিগদ্রা, য়েংশিনবিরোইদ্রা খঙদ্রবা মীনাইশিং অদুগী মখুত্তা মখোয়বু থাদোকপীরম্বা তাখি। ঐগী য়োংমচা অহুম লৈবদুদি অদুম পুদুনা চৎলে, মখোয়বু কায়নবা ঙমদবা মরমদগী....। মখোয়দি হান্নসু মণিপুর ফাওবা ঐহাক্না লাকমিন্নখ্রবনিনা, লম চৎপা হৈরবা মীগুম্বনি। ঐগী ইপুরোয়বনদি মখোয়বু হৈনৌ পাম্বী য়াম্না হৌবা মফম, ঐখোয়গী লৈফম অদুদগীসু পংলাপ লাপ্তবা, অতৈ য়োংসু য়াম্না লৈবা মফম অদুদা থাদোকপীরল্লসি হায়না হৌদোকচখি। মফম অদুদা লৈবা য়োংশিং অদুবুসু ঐখোয়না মরক মরক্তা চৎলগা চেং-লফোই পীজরুবনি, অদুবু মতম অদুদা মখোয় মশেল খৎনবা অদুগা অচৌবশিংনা অপীকপশিংবু তুহৎপীবদু ঐনা উখিবা মরমদগী ঐগী য়োং অহুম অদুবুদি অদুম পুবীখিবনা ঐনা হেন্না পামজরম্মী।

চৎলমদাই মতম য়ৌরক্লবদা, ঐখোয়গী ইংখোলগী অকোয়বা অদুদা চত্তুনা অমুক্তং য়েংজখি অরোয়বা ওইনা। অয়ুক ব্রেকফাষ্ট হেক লোইবদগী ঐখোয়গী শগোলশিংনা থোঙজিন্দা ঙাইদুনা লৈরে। ঐখোয় চৎপা তারে। লৈহৌরগদবা ঐখোয়গী মীনায়শিংনা ঐখোয়বু বিদায় তৌবা লাক্লরম্মী, কোট অঙাংবা লীৎপা চপ্রাসিশিংনা মখোয়না ঙমজবা খুদোলপোৎ, হৈ-অকঙবা অমসুং লৈপাক হবাইনচিংবা ঐখোয়দা পীবিখি। তপ্না তপ্না ঐখোয় মফম অদুদগী শগোল তোংদুনা লাক্লে, ঐখোয় পুম্নমকপু শেন্নরিবা ক্বার্টর গার্দকী কোম্বোঙ অদু ঐখোয়গী তুংদা লোনশিনহৌবগা লোয়ননা ঐখোয়গী শগোল খুরুপ থৌদুনা লাক্লে। ঐখোয়গী লৈফম অদুদগী মাইল অহুম মরী লাপ্না ফাওবগী লমদি ঐখোয় লেপ্তুনা থৌরকই, অমসুং নুমিৎ অদুগী ওইনা চৎকদবা ব্লাংলিবা মাইল তরাগী লমশাঙ অদুদা ঐখোয় অনি ব্রা-লাং অদুক হাক্লা ঙাওনখিদে।

ঐখোয়না চংকদৌরিবসি জোরহাট কৌবা মাইল চনি হেন্না লাপ্পা মফম অদুদনি, ব্রহ্মপুত্র তুরেল মপান্দনি আসাম তম্পাক্তা লৈবা। মফম অদু য়ৌনবা লাকপদা ঐখোয়, নাগা হিল্‌সতা লৈবা কোহিমা ফাওদুনা চংপা তাখি মনিপুরদগী মাইল ৯৬ লাপ্পা। মফম অদুদা চংপদু ঐগীদি ইহান হানবনি। নুমিৎ নিপান্নি চঙবা মফম অদু (কোহিমা) য়ৌবা খোঙচৎ অদুদি ঐঙোন্দা থোইদোক হেন্দোক্লা নুংঙাইজবা ওইখি। মনিপুর ষ্টেট অমসুং কোহিমাগা লোন্নবা মাও থানা ফাওবদি থাঙ্গাল জেনেরেলগী মচানুপা অহল অদু ঐখোয়গা লোয়নদুনা লাকখি। ব্রারী অসি মখা চত্থর্ব্রিঙেদা ঐনা পনজরিবা মীশক (থাঙ্গাল) অসিগী মরমদা করিগুম্বা খরদি হায়রমদবা য়াদে হায়বসি ঐনা খঞ্জে। মরু ওইনা মহাক্তি য়াম্না চাউরবা থৌদাং লৌখিবনি ইকুই কুইদনা থোকখিবা লালহৌ অদুদা। মহাক অহল ওইরবা মীনি, ঐনা খঞ্জবদা চহি (৮০) মরীফুগী ময়া নকশীল্লক্রবনি। অয়াম্বা মনিপুরীশিংদগী মহাক্লা ব্রাংবা হেনগনি অমসুং মাগী চহিগা য়েংনরুবদা মশা য়াম্না থীংবা নুপানি। অহল ওইনা মাগী মায়থোং য়াম্না ফজে। চহি য়ামশিল্লকপনা মাগী লাইবক্তা ময়ি ময়িগী পরেং য়াম্না লৈ। য়াম্না নহা ওইনা ষ্টেট অসিগী খুজিল থৌরাং পুম্নমক মাগী মখুত্তা লাকখিবা মীনি অমসুং চহি য়ামশিল্লক্রবসু মাগী লৌশিং হুছখিবা মীশক নত্তে। মহাক্লা য়েংবদা, অমুবা মমিৎ অনি অদুনা হুত্তুনা য়েংই। নাতোল অদু শাংই, কোত্তক তৌই, মহাক্কী মচিলদি মওং তানা ব্রাখল লৈবগী মতৌনি। মহাক অরঙ অরাক্কী মচু য়াম্না পার্মজে, ভৌরপ তৌনা ঙাংবা মুগাগী ফৈজোম, ইংলিসকী চপ চাবা চংনবীদা তুবা অমুবা কোট অমসুং অঙাংবা কোয়েৎ অসি নত্তবা অতোপ্পা ফিজোল অমা মহাক্লা শেৎলকপা ঐহাক নিংশিংবা খক ঙমদে। খোঙ্গুলমৈলে শাৎলকপা মতমদসু ফজবা মচুগী চরোং অমদি মাগী কোয়েৎতা থেৎতনা খক মপাল থোক্তে। হায়রীবা থাঙ্গাল অসিগী শক্তম্না ঐঙোন্দা মতম লৈবা খিবিক্তা অশিঙবা, অকনবা ঈগল হায়বা উচেক অদুবু নিংশিংহনবনি। মহাক্কী কৃৎশিন্না পানবা অরঙবা মমিৎ, থোইদোক্লা মেঙ-খোত্তবা মিংয়েং অদু ঈগলগী অদুগা চপ মান্ননা, থবক্তা ব্রাখল চঙবগী মওংনি। মহাক্কী অখঙবা, অয়াবা য়াওদনা করীগুম্বা থবক অমত্তা পুংওই ওইবা য়াদে, করীগুম্বা হিরম অমদা মানা য়ানিংদে হায়প্রবদি, হোংদোকপা য়াদনা করীগুম্বা অপনবগী মরম অমদি অদুম লৈরে। লৈবাক অদুদা লৈবা কনাগুম্বা মীশক অমদগী মহক্লা

হেন্না ইমু-নাইমু তানবগী থবক্তা য়াওরক্কবনি। খুল অমনা করীগুম্বদা অরানবা তৌরক্কবা, অতোপ্পা খুলনা খুল অমদা লান্দারবা, খাজনা পীবা নংত্রগা লাল্লুপ কাবদা য়ারক্কবদি, থাঙ্গাল হায়বা নুপা অসিনা খুল অদুদা চংলগা পুন্নমক অদু লোইশিল্লুগনি। অসিগুম্নবা মতমদা, নুপী নুপা, অঙাং কয়া হাংখিবনি মাগী পুক্লিংদা করিসু নুংঙাইতবা ৱাখল য়াওদনা। নানথোকখিবা মী খরনা খুল অতোপ্পদা লৈখ্রে খঙলবদি, খুল অদুগী য়ুম-কৈ, লৌতাঙশংনচিংবা পুন্নমক মৈ থাদুনা মাঙ-তাকহনবগা লোয়নননা ওক-য়েন পুন্নমক মাঙহল্লি, নুংঙাই য়াইফরম্বা মরাঙ কায়জরম্বা পুন্নমক অমুক লৈখা তাহল্লি। কোন্নদি অসুম্না থাজে মদুদি মনিপুর দরবারনা তৌগদবা থবকশিং খরগী অহকপা খরা থমখিবনা অসিগুম্বা হাংপা তুপ্পা, মাঙ তাকহনবগী থবক্তা অথিঙবা খরা থমখ্রে হায়বসি .... অদুবু হান্নগী মতমদদি থাঙ্গাল হায়বা নিপা অদুনা ফোঙদোকখিবা মতুংইন্না হায়রবদা, খুঙ্গংশিং কয়াদা মানা পামজবা মতুংইন্না জগোই শাখিবনি, থাঙ হাইখিবনি অমসুং ইংনা চিক্লা পানজবা চীঙমীশিংগী ময়ুমদা মাঙ তাকহনখিবনি। মহাক্লা তৌবদা অরানবা য়াওরবসু, মাগী অফবা গুনদি অদুম লৈবনি। মহাক য়াম্না হোংনবা কল্লি, ময়োল ওইরিবা লমদমগী লাম্নী শেম্বা, থোং শাবা য়াম্না পামজে। সেনাপতি অদুগুম্না মাসু সিফায় অমা ওইনা পুক্লিং চঙবা; থৌনা ফবা মীশক্লি। খুৎ চুম্না নোংমৈ কাপ্পা য়েংবদা মহাক য়াম্না নুংঙাইজে, অমসুং নহা ওইরিঙৈদসু মকোক থোংনা মখুৎ চুম্নকপা নুপানি। অমরোমদা য়াম্নসু খাঙবা কনবা অহল অমনি। হেক হৌরকপদা মানা তাখিদ্রবা ৱাফম অমা, মঙোন্দা তাও হায়বসি য়াম্না লুনা থোকই। মহাক্লা করিগুম্বা অমবু তৌহনগনি হায়না ৱাশকখ্রবদি মহাক্কী ৱাশক অদু হোংলরোই অমসুং কনাগুম্বা অমনা ৱাফম অদু থাজবা য়াবনি হায়বসি অদুম খঙই। খজিক্তং লাপ্পা, কোনুংগী মখাথংবদা লৈবা অচৌবা য়ুম অমদা মাগী ইমুং-মনুংগা লোয়ননা লৈবনি। মাগী ইমুংদা লৈবা মীশিংগী মরক্তা মচানুপা অনিদুতনি খরা মরু ওইবদি। অহল অদুদি য়াইমা কৌই, অনিশুবা অদুদি মশক য়াম্না ফজে, নহানি মমিংনা লমফেল সিংহ কৌই। লমফেল হায়বা অদুদি মশাগী মতিক মঙাল লৈবা মীশক অমনি হায়রবসু য়াই - ঐগী ইপুরোয়বনা মতম পূম্নমক্তা হায়খিবসু করিগুম্বা থাঙ্গাল হায়বা অহল অদুনা ফিভম চাদবা মতাং লাক্লবদি, লৈবাক অসিদা শোয়দনা মানা (লমফেলনা) মপাগী খুভম ফংহৌগনি হায়বসিনি। লমফেল অসি

মহারাজগী অচানবা থৌগল্লোই অমসুনি। মণিপুরদগী কাছার ফাওবা মাইল ১২৮ শাংবা লম্বী অসিগী থবকসু মানা পুই। দরবার ফম্বা মতমদা, মহারাজনা ফম্বা চৌকি অদুগী মতুংদা মহাক, য়াম্না চীঙলেম্রবা সনাগী মরী য়াওবা ফিজোল শেত্তুনা অমসুং সনামচুগী কোয়েৎ য়েত্তুনা লেপ্পনি।

য়াইমা কৌবা মচানিপা অহল অদুদি থোইদোক্না মশক ফজদে, অদুবু নহা অমা ওইনা পুকচেল্ল ফজে, নোম্বা কল্লি। ঐনা ইজরিবা মতম অসিগী কোহিমা ফাওবা লাকপগী খোংচত্তা মহাক ঐখোয়গা লোয়নরকই। মতম অদুদা ঐখোয়না খঙ্খিবা অরোইবা মতমগী ওইনা মণিপুর থাদোক্লবনি হায়বা ৱাফম অদুগী ওইনসু মহাক্না শুমজবা তৌদুনা ঐখোয়বু নুংঙাইহন্নবা হোৎনবিখি, তাথোক তাশিন য়াই অমসুং য়াম্না নোল্লুকপা, ব্যবহার ফজবা হায়বদু লৈ মাগী মফমদা .... । মাও থানা য়ৌরবদা, ঐখোয়গা মহাক্না কায়নবদু য়াম্না নুংঙাইখিদে। মণিপুরদগী কোহিমা য়ৌরকপগী লম্বী অদুদা লৈহৌবা মহৌশাগী ফজবশিং অদুদি খমথেংনা ফজবগী মশক্নি। চীঙ খরা অমদি ফুট চামাপল ফাওবা ৱাংনা পরেং পরেং লৈহৌই। কোহিমা য়ৌরক্কদবা নুমিৎ হুমনিগী খোঙচৎ অদুগী মনুংদি লম্বী অদু অয়াম্বনা লৈতেম মান্নে, অখুবা মরাক চপ্পা তম্পাক্কী মফমশিংদা থেকতোক থেকচিন নাই। লম্বী লমশাঙ অদু উয়ুং পাম্বীগী মরাঙকায়রবা উমংনি। অইংবা হৱা-নুংশিৎ অদুদা পাম্বীশিং অদুগী অশঙবা মনা ময়াম কেনবদু উবদা নিংথমথাদা ইংলিসকী লমদম য়াম্না মাল্লি। করিগুম্বদা চীঙমায় অঙম্বশিংগী মথক্তা মরাক চপ্পা খোঙলম্বীদা শগোল তোংদুনা লাকপদুদা শংত্রিক শংনা মখাদা লূনা চেল্লিবা তুরেলশিংদু উই। মরক মরক্তসু য়াঙ্গন চেম্বা ইচেলনা মশাগী অইংবা ফজবা অদুবু কায়হনবসু য়াওই। অকোয়বদা উরিবা চীঙশাং কয়া অদুদা খুঙ্গং কয়া তুম্বক তুম্বক তাদুনা লৈরিবশিং অদুদসু জাতি মান্নদবা কাংবু কয়ামরুম্না খুন্দারি। কোহিমাগী অনকপদা লৈবা নাগাশিং অদুদি আসামগী মনুংদা উবা ফংবা অতৈ চীঙগী মীওই কয়াদগী হেন্না ফজবা জাতি কাংবু অমা ওইবসু য়াই। মখোয়বু অংগামী হায়না খঙনৈ, য়াম্না ফজবা মীওইশিংনি, মখোয় অয়াম্বনা য়ামদ্রবদা ফুট তরুক্তি ৱাংই, লেংজুম ফল্লি, মশাফবা শাহৌনি। মখোয়গী ক্নিজেত্তি, উবদা পুক্লিং চিংশিল্লি, মণিপুরগী অয়াম্বা মফমদা লৈবা নাগাশিংদগী পূম্নখেন খৈন্নে। অপোৌবা, অমুবা ফি মখল অমা মম্বাঙদগী খুকউফাওবা শেৎলি অমসুং ফি অদুদা

মফম চানা লিক্লোলগুম্বা মোইবুংমচাগী পরেং অহুম মরীগুম্বা য়াল্লি। মমাংঙৈগী মতমদা, হৌজিক ওইরিবা কোহিমাগী ইংনা চীক্লা লৈরিঙৈ অসিগী মমাঙদদি হায়রিবা মোইবুং লিক্লোলশিং অসিগী অর্থ লৈ হায়নবনি মদুদি কনাগুম্বা মী অমত্তা হাৎত্রিবা মীনদি, হায়রিবা মোইবুংমচা লিক্লোলনচিংবসে মাগী শেৎলিবা ফি অদুদা ফোৎচিন্দুনা হাপ্পা য়াদে হায়বসিনি। মখোয়না ফংলকপা মী মকোক খুদিংগী লিক্লোল মশিং মখোয়গী ফিদা হাপচিনবনি মঙাদগী তরুকফাওবা। নুপা অমগী শেৎলিবা ফি অদুদা পরেং অহুম য়াল্লবদি মহাক অদু লান্দা থৌনাফবা, অচৌবা নোংমৈ অমনি হায়না লৌনৈ।

মাও নাগাশিংশিসু অংগামীনি। মখোয় অসি মণিপুরীশিংগী মফমদদি শীল লাঙবদা থোইনা ৱাদবা মী-খুজোক খরদা ওইনা লৌই। মখোয় মশেল খুঙ্গং-খুঙ্গং তাইনবা মফমগী মরক্তা হেক্তা য়েংথিনরকই। মতাং অসিদা মণিপুরীশিংনা মখোয়বু থীনা চৈদুনা ৱারকপসু অকিবা পোকপনি, মুন্নরিবা ৱাফম অদুদা কায়রকপা, ফংলক্তবা ওইরক্রদ্রা হায়দুনা .... । ঐখোয় জোরহাট তান্না লাকপা লম্বীদা - নুমিৎ নিনিদি কোহিমাদা লৈরকই অমসুং মফম অদু অমুক থাদোক্লগা নাম্বা (Namba Forest) জঙ্গল ফাওদুনা গোলাঘাত কৌবা থুংফম অদু ফাওবা অমুক লাকখি। হায়রিবা লম মতেক অসি চৎপদা নুমিৎ নিপান্নিগী মতম অমুক চঙই। নুংশিৎ নুংশাসু য়াম্না নুংঙাইবা ওইবদগী, লম্বী অদুদা য়াম্না নুংঙাইথোক্লা লাকখি, হাথু হাথু খক চৎখিদে ঐখোয়গী পম্বুং অদু য়ৌনবা। হায়রিবা নাম্বা জঙ্গল অসিদি য়াম্না পাক চাউখ্রে। লম্বী অদুগী নাকল অনিমক্তা মাইল চাম চাম্মগী লম শন্দোক্তুনা লৈখ্রি। লম্বী অদুসু জঙ্গল অদুগী ময়ায়মক্তদা শেম্বনি। মহৌশাগী ফজবা শরুক অদুসু অঙকপগী মশক্লি। ঐখোয়না শগোল তোংনা তোংনা অসুম লাকপদা উবা ফংই, জঙ্গল অদুদা হৌরিবা ৱাংল ৱাংলবা উজাও কয়া অমা। মফম মফমদা লৈরম্বা তুরেলগী লৈঙোই ঙাক্তা ঙায়রবা মপান্দুদা লমলক্কী শা কয়ামরুমগী খোঙ্গুলসু তারিবা ..... ।

জঙ্গল অদুদা; শওম, কৈ, কবোকৈ অমসুং শামুনচিংবা শঙ্গু শঙ্গু লৈ, অদুবু অমাঙ-অতা য়াওদবা শজিশিংনা লম্বী ময়াদা নাপী থত্তুনা চারীবা নত্রগা মমৈশাংবা য়োংশিংনা লম্বী শম-শমদুনা চৎলিবনচিংবদু য়েংবমুক নুংঙাইবা

লৈতে। লমদমশিং অদু মী তাদবা লমহাও উরক ব্লারক ঙাক্তা ওইরবসু য়াম্না ফজে, অসুম্না মমৈথংদা নাম্বা জঙ্গল ফাওদুনা নুমিৎ নিপান্নিগী খোঙচৎ লোইরবদা লৌউ-শিংউবগী লমদম অমা অমুক হন্না য়ৌরক্লে অদুবু ঐখোয়দি নুংঙাইরমদে। জঙ্গল থাদোক্তুনা লাক্রবা তুংদা ইহান হানবা থুংফম গোলাঘাত হায়বা মফম অদুদা নুমিৎ নিনি লৈরকই; অদুগী মথংদা অনৌবা সব-দিভিজন অদু তান্না খোঙ শাল্লক্লে অমসুং হুমনি চনবা নুমিত্তদি মফম অদুদা থুংলে।

## ৭শুবা পন্দুপ

ঐখোয়না মণিপুর থাদোরকপা অমসুং মফম অদুদা অমুক হন্না চৎপা, অসিগী মরক্তা লৈখিবা মতম অদুগী অকুপ্পা ৱারোলদি অমুক ইরুবগী দরকার ওইদ্রে। মতম অদুদি শুপ্নগী চয়োল তরাদগী তরানিথোই ফাওবগুম্বদনি। ঐখোয়না অহানবদা খনজরুবা, জোরহাটতা থা অহুমদং লৈবদুগী মহুত্তা নুমিৎ তরানিদমক মফম অদুদা লৈরকখি। মতম অসিদি ঐখোয়গী পোৎ-চৈ লৌথোক্লগা মফম মফমদা থমজিনবা লোইবতা ৱায়রিবনি, অদুবু শিলোংদগী টেলিগ্রাম অমা লাকপদুনা ঐগী ইপুরোয়ববু ব্রহ্মপুত্র মপান্দা লৈবা গৌহাটি কৌবা মফম অমদা অমুক চৎননবা হুকুম তৌরক্লে। থবক হাপ্পীরকপদা, মসিনদি হেন্না ফবা অমা ওইবা মরমনা মহাকসু অদুম লৌরমই, অদুবু অমুক হন্না খোঙশান্দুনা চৎপা অদুদি অৱাবা অমা অদুম ওইবনি মরমদি ঐখোয়না মণিপুরদগী লম লাপ্পা লাক্লবা মতুংদা ঐখোয়গী পোত্থাজনবা মতম ফংদ্রিঙেদনি। ভারত্তা নত্রবদি, ঐখোয়না পাঙথোকপা ঙম্নরোইদবা অঙকপা ইমুং মনুংগী থবকশিং অদু, ঐখোয়গী থৌগন্নাই নুপা অদুনা লোইথোক্লমই, ঐখোয়গী পোৎ-চৈ পূম্নমক অমুক হন্না য়োমশীল্লে। অসিগুম্বা থৌগন্নাই অসি ইংলেণ্ডদা ঐখোয়না করিগী থম্বা ঙমদ্রিবনো ? নুংশিৎ নুংশা নুংঙাইরবা নোংপোক্কী লমদমদদি মহাক্তুম্বশিং অসি ঈশ্বরনা থাবীরকপমক্লি হায়বা য়াই। সাহেব অমগী মফমদা মহাক্তি, ফি-রোল শেমজিন-শাজিনবা য়েংশিনবীবা মীনি, ফমুং-ফানুং লোইশিল্লি, কাশিংদু ৱাই শীৎলি, থাউমৈ খোংউপনচিংবা শেংদোকই অমসুং ইমুং মনুংগী অকুপ্পা থবক-থনা পূম্নমক মহাক্কী দায়িত্তনি। করিগুম্বা মখোয়গী মথৌদা শোয়রক্লবা অমসুং তেবল-চৌকিনচিংবা চাকখুমগী কপ-প্লেটনচিংবা পোৎ-চৈ কায়হন খোৎলহনবা য়াওরবদি ঐখোয়না মখোয়বু চৈবী। ঐখোয়গী শগোল অমা করিগুম্বা মখোঙ তেক্লবা, ফিভম চাদবা ওইরক্লবসু থৌগন্নাই অদুনা মদুবু থুনমক খঙদোকই, অদুগা অমুক ঐখোয়গী পুজারী (চাকথোংবা) অদুনা হাউতবা, তুক্কচবা চাক

ইম্সাং পুরকপা থোক্লকবসু নত্রগা মাখন অদু শীল্লবা অমসুং শঙ্গোমনা বীনথা ওল্লবসু থৌগল্লাই অদুদা ব্বারকপা (Warning) ওইনা ঙাঙবি। হোয়.....অতৈ মীনায়শিং অদুদা মখোয়গী অশোয়বা অদুগীদমক মানা শন্দোক্লা ঙাঙ-শক্লুনা তাকপীরম্বসু য়াই, মদুগীদমক্তা মহাক তলবকী মথক্তা পয়শা খরসু মখোয়দগী ফংবনি; শাওরবা, মখোয়গী মবুংঙো-মবেম্মা অনি অদু ইংথহনবগীদমক ...। মহৌশানা মহাক্তি ইমুংগী থবক থৌরম পুবশিংগা চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নবনি অদুবু করিগুম্বা মতমদা মীনাই অমগা ওইরে, অমগা ওইরে হেক্তা য়েংথীনরকপা য়াওই, অসুম্না মখোয় মশেল চরাংনরবদি খংন-চৈনবসু তোয়রে। ঐখোয়গী ওইনা থৌগল্লাই অনি লৈবা অদুসু ঐগী নুপাগা চহি কয়াদি হান্না লৈমিন্নরক্লবনি। মখোয় অনিমক্তি য়াম্না ফবনি; খরা অহল ওইবা অদুনা মহারাজ অমগুম্না চীঙলেম্বগী মওং লৈজরবসু .....।

ইমুঙ অদুদা ঐনা হেক লাকপদদি মহাক পেনজখিদে। পাপ্রাগী য়ুম্বান অমদা মহাক্লা ইকোম কোম্না তৌখিবা অশোয় অঙামশিং অদুদি মহাক অদুম খঙজরম্বা য়াই। অদুবু বিলাতগী মেম সাহেব অমনা য়ুম পুবা লাক্লবনিনা অশোয়বশিং অদুদি হৌখ্রবা মতমগী ওইনা অদুম মশানা মাঙজপ্রগনি .....। মিষ্টর মোনিরাম দাস হায়বা ঐগী নুপাগী মরুওইবা ইমুং-মনুংগী থবক শীনবা নুপা অদুগা ঐহাক্লা .... ঐখোয় অনিগী মরক্তা লানমচা কয়া কয়া থোকখিবনি, মাগী অপাম্বশিংদু ঐগী অপাম্বা নত্তে হায়বসি মঙোন্দা খঙহনবা ঙমর্দ্রিঙৈদা। খুদম ওইনা - নোংমদি ঐনা ভারত্তা লাকপা কুইদ্রিঙৈদা ঐগী নুপাগী শেংন-চানবা ফি-রোল পূম্নমক্লু কোয়শন শন্দোক্লুনা ঐগী ফিশেংফম কা অদুদা থনম্বা থেংনরুরে, ঐখোয়দা কোয়থোরক্লদবা মী খরসু শোয়দনা লাক্লগদবা মতম অদুমক্তদা। নুপাগী ফি মরক্তা নুপীগী খরা হেক লৈবা অদুগা নুপীগীদসু নুপাগী হেক লৈরম্বা অসিদি, ব্বাখলদদি য়াম্না চম্না ফজবসু ওইবা য়াই, অদুবু নুপী অমগী ফিশেংফম কাদদি, য়েংবদা ফজবা লৈতেংদি নংত্রে। থৌদোক অসিদা, মসিগী ব্বাফমসে ঐখোয়গী থৌগল্লাই অদুগী মফমদা ঐনা শন্দোক্লা হায়রম্মী, অদুবু মাগী মপু ওইরিবা ইবুংঙো অদুগী ফিরোলদি মনিংথংবা মাঙ্গোন নংত্রগা মাগী ফিশেংফম কাদদমক লৈগদবনি হায়বসি মঙোন্দা নিংথিনা জ্ঞান তাহনবদা মতম খরদি চঙলম্মী। মহাক্কী মায়থোংদা পেন্দবা খরদি উংলগা হায়রিবা ফিরোলশিং অদুদি পুথোকখ্রে,

পেন্দবগী মরমদি ঐনা ফজবা মওং অদুবু পামজবদগী ঐগী ফি শেৎফম কাদা মখোয় অদু লৈতেং ওইনা খনবা য়াদে হায়রুবা অদুনি। থাগৎপিফম থোক্লবা মীশক অসিগী অফবা গুণ অমদি, মহাক ফিরোল য়োম্বদি ওহ্নোক্লা হৈগ্রে, থাগৎপদা মতিক চাবনি।

ঐখোয়না মণিপুর থাদোরকপা মতমদসু মহাক্লা ঐখোয়গী পোৎ পুম্নমক য়োম্বীখি। য়াম্না শাংনা, ব্রানা লাক্লগা জোরহাটতা থুংলবা মতমদসু, পোৎ খুদিংমক মওং তানা নিংথিনা অদুম য়াওরম্মী, করি অমুক হায়গনি কপ অমফাওবা কায়রমদে। ঐখোয় অমুক হন্না চৎপা তারকপদসু মানা পোৎশিং অদু হন্না অমুক য়োম্বীখি, অদুগা মহাক মশানা গৌহাটি ফাওবা পোৎশিং অদু লোয়নখী অদুগা ঐখোয়বুনা ইশা কোমজনা নুমিৎ খরনিগী মতুংদা নুংঙাইনা লাকপা ঙমহনখি, অচৌবা পোৎয়োমশিং অদু য়েংশিনবগী অব্রাবা য়াওহন্দনা। এপ্রিলগী হৌগৎলকপদা ঐখোয় গৌহাটি য়ৌরে; নুংশা শাবসু হৌরে। ঐহাক্তি অশাবা রিতুগী মতমদা তম্পাক লমদা মতম লেনবসি য়াম্না কিজে। নুংশাগী মৈশা করিনো হায়বদু, মশিনা ঐঙোন্দা অহানবা খঙজবা ওইবা তারম্মী। হান্না মণিপুরদা ওইখিবা কালেন থাগী মতম অদুদি, ঐখোয়দা পাংখাগী দরকার শুকলৈ লৈখিদে হায়বা য়াই, খ্বাইদগী শাবা নুমিৎতফাওবা থর্মোমিটরদা ডিগ্রি ৮৭ মরিফুতরেৎতমক কাবনি।

ঐখোয়না গৌহাটিদা লাকপা চয়োল অমা ফারক্লবা মতুংদা ঐখোয়গী মফম শিলহৌবা মিষ্টর হীথ হায়বদু ইতোন ফায়দুনা য়াম্না কন্নমক নারে হায়বগী পাউ অমা মণিপুরদগী লাকখি। মহাক্কী ফিভমগী পাউ লাক্লা লাক্লা, নোংমা নোংমা অসুম হৌখিবনা ...করিগুম্বদসু খরা ফরে হায়রকপা, করিগুম্বদনা অমুক হেনজিল্লে হায়রকপা, অসিগুম্বা মওং অসিদা মহাক ফরক্লরোইদ্রা হায়বগী অকীবা অমা ঐখোয়গী ব্রাখলদা লাকপা হৌরম্মী। নোংমা অমুক থারকপা টেলিগ্রাম অমনা খঙহল্লকখি মদুদি হৌখিবা অহিং অদুদা মহাক্কী অরোইবা ওইখ্রে, মহাক লৈখিদ্রে হায়বসি। পাউ অদু তাবদা ঐখোয় য়াম্না নুংঙাইখিদে। মহাকপু উজবা মতমদা ঐখোয় য়াম্না হরাওজখিবনি, পামজখিবনি অমসুং লাকখিবা মতমদা ঐখোয় ইশাগী নুংঙাইতবা ব্রাখল অদুতা নত্তনা মহাকপু মফম অদুদা হন্দোক্লম্বদসু অমুক্কা হেন্না থব্রায় নুংঙাইখিদে। অসিমসু খঙখি মদুদি মহাক্লা মফম অদুবু

হৈনখিদে, মপুক্লিংদা অকীবা পোকখি হায়বসু। মতাঙ অদু শাথিনা নুংঙাইতবা মখল অমগুম্বনি। ঐখোয় অমুক মণিপুরদা হনবগী ব্রাফম লাক্কনি হায়বসিসু খঙলে। লাকপা মতমদা পুক্লিং নুংঙাইখিদবা অদুগী মতৌগুম্না হৌজিক অমুক হন্না চংপসু পামলমদে।

ঐগী পুক্লিংনা করিগী অমুক হন্নিংদবগী ব্রাখল লাকপ্রিবনো হায়বদু ঐ হায়বা ঙমদে; খোঙচং অদুসু অসুক্কী মতিক শাংগ্রে, অদুগা মতম অদুসু চহিগী ওইনা য়াম্না শাগৎলকপা, খাঙবদা ব্রানবা মতমনি। পূম্নমক অদুগী মথক্তা, ঐখোয়গা হান্নদগী শকখঙনবা, চান্নবা মীশক অমা, য়ুম অদুদা শিখিবতসু ঙায়রীবনিনা ঐখোয়না অমুক হন্না চংলুবা মতমদা হান্না থনম্বা পোৎশিংদুগা মান্নদবা, মাগী মপোৎ-মচৈ ঙাক্তা লৈরমগনিকো হায়বা ব্রাখল অসিমসুনি। ওইবসু য়াই, .... থোক্লগদবা পূম্নমকশিং অদু মাঙজৌননা খঙহনবা খুদম ওইনা ঐগী পুক্লিংসিদা মশেন মরাংনা ফত্তবা থৌদোক অমা থোক্লবা য়াবগী ব্রাখলনা পিক থল্লমই, অদুম ওইনমক ঐখোয়না মফম অদুদা অমুক হনবগী ব্রাফম অসিমদি তঙাইফদবা ওইনা অদুম থোক্লে।

মিষ্টর হীথ শিবগী পাউ তাখিবা পুং কুনমরিগী মনুংদা, মণিপুরবু অমুক হন্না ঐগী ইপুরোয়বদা পীরে হায়বগী চিঠি লাক্লমই। চিঠি অদু পানা পানা মাগী মায়থোং মকা লামখিবা অমসুং মহাক্লা নুংশিজবা লমদম অদুদা অমুক হন্না চংপগী মপুক্লিংদা খৌরাংবা পোকপদু ঐনা উজবা ফংখি, অদুবু ঐনদি মহাকপু মফম অদুদা চংলহননিংখিদে হায়বদুমদি মহাক্কী মফমদা হায়দোকপা ঙমখিদ্রবনি। ঐনা মফম অদুদা হন্না চংপা পামজখিদবগী মরমশিং অদুদি অঙাংগী ব্রাখলগুম্বসুনি, অদুগা অসিমসু খল্লম্মী মদুদি অমুক হন্না চংপগী মতাঙদা ঐঙোন্দা লৈখিবা অকীবা অমসুং অমম্বদা থাজবগী ব্রাখলশিং অদুবুদি ঐগী ইপুরোয়বনা করিসু ভাব তাবিরোয় হায়না। অসুম্না, চিঠি অদু পুরদুনা মানা ঐগী ইনাক্তা লাক্লুনা - ঐখোয় করম লেপসিগে, হোয় হায়সিরা, মাই হায়সিরা হায়না হুংলরবা মতমদুদা ঐনা হায়খি - "পীরকপদু অদুম লৌবনা ফরেদা"।

লম চংপগী চুনবা মতম হেন্দোক্লকবা, নুংশাসু হকচাং শোক্লা কন্না শারক্লবা মতম ওইবদগী, ইপুরোয়বনা মাগী মণিপুর খোঙচং অসিদা ঐবুদি শিলোংদা

থম্বীরম্রগা ওক্টোবর থাদা লাকহল্লগে হায়না মাগী পুক্লিংদা লেপখি। হন্দক অমুক মণিপুরদা হনবা খোঙচৎ অসিগীদমক তৌগদবা কয়া ঐনা থৌরাঙ তৌজবা শিল-লাওজবা মতম অদুদা ঐগী থম্মোইসে অৱাবা ৱাখলনা পিক থনখিবনি। হায়ফম খঙদবা অকীবা অমনা ঐনা তৌরিবা পূম্নমক অদু নমথদুনা লৈবগুম তৌখি। ঐহাক ইপুরোয়ববু বীদায় তৌরম্মী, মহাক মথ্বায় নুংঙাইতনা শিলোংদা ঐবু থনম্রগা চৎখিবা মতমদুদা। নোংমা নোংমগী অসুম অসুম মহাক্কী পাউ তারগা ঐগী লাওতক্লবদি খক হম্বা লৈরমদে। মহাক্লা তৌরিবা, তৌবা-তাবা থবক্কী অৱাবশিংদো ঐঙোন্দা লোয়না লীরক্লম্মী। খিৎমুৎগর কৌবা মাগী মীনায় অদু নত্তনা মীনায় খুদিংমক অশাবা মতম অদুগা মরী লৈননা মশা ওম্নরক্তবা, লাইহৌনচিংবা তৌবগী পাউ তায়, অমসুং মখোয় পূম্নমকপু ঐগী ইপুরোয়বনা লোয়নদুনা চৎপা তাবা অমদি মশাগী চাক থোংজবদা নত্তনা নুমিৎ খুদিংগী শগোল সেবা অমসুং পীজ-পীথক্লচিংবা তৌবা ... অসিদসু নত্তনা,মখোয়না পল্লু পল্লুবা মফমদা তঙাইফদনা চৌকি-তেবল অমুক লৌথোকপা অদুগা মথংগী অয়ুক্তা অমুক খোঙশান্দ্রিঙৈদা পূম্নমক শেম শাবা অসিনচিংবা কয়া মায়োক্লখিবগী পাউ তাখিবনি। ঈশ্বরগী থৌজান্না মহাক্তি মশা নাবা-য়েকপা থোকখিদে অৱাবদা অৱাবা হাপলম্বা য়াবদু। মতম অদুদা, মহাক্কী অঁতে থবক তৌবিবা য়াবা ঐহাকসু মাগা চৎমিন্নখিদ্রে। মমৈথংদদি মহাক অশোয় অঙাম য়াওদনা মণিপুর য়ৌরে হায়বগী পাউ তাবদা ঐহাক য়াম্না হরাওজখি। মহাক অহানবদা য়াম্না মপুক্লিং নুংঙাইরমগনি হায়বদি ঐ খনদে মরমদি মহাক মশা মথম্তনিনা ...। মতম অদু ফাওবদি রেজিমেন্টকী সিফায়শিংদু চিন হিল্‌সতা লৈখি অদুগা অসিমসু হায়নৈ মদুদি মখোয়শিংদু হল্লক্লগা অয়াম্বদি শিলোংদা থম্মনি অদুগা কাওবু অমত্তমক লাংথবালদা লৈহৌগনি হায়না। ঐখোয়গী রেসিদেন্সি (লৈফম) অদুসু ঐখোয়না থাদোক্লম্রবা মতুংদগীদি কনানসু চেকশীন্না তৌবিরমদে, লৈগা-ইশাৎ শাৎলমদ্রে হায়না ঐগী ইপুরোয়বনা ৱাকৎচখিবনি। মিষ্টর হীথ (Heath) না নার্রিঙৈগী মতম অমসুং মহাক্লা শিগ্রবা তুংদা ঐখোয়না অমুক হল্লকপগী অহাঙবা মতম অদুদদি মীনায় পূম্নমকসু ছুটি লৌখিদুনা লৈরম্রে, অসুম্না থবক পূম্নমক অমুক মওং তানবা হোৎনবদা অমুক হন্না তৌগদবা কয়ামরুম লৈখি। শিগ্রবা নুপা

অদুগী পোৎ-চৈ লৈবা কা পূম্নমক থোঙ লোনশিন্দুনা লৈরম্মী অমসুং পোৎ-চৈশিংদু অমুক হন্না কলকতাদা ঐগী ইপুরোয়বনা থাখিনবা হোৎনবদা মতম খরা অমুক চঙলম্মী।

মতম অদুদা ঐদি ইশা ইথন্তা মতম লেহোকচদুনা নুংঙাইজরম্মী। অহানবদা ইথন্তা ঙাইবগী ইচিক চিকপা মওং অদুসু ফগ্রে, য়াম্মবসু য়ামদ্রবসু মফম অদুদা লৈরম্বশিংগা মরুপ শান্নরে। শিলোং হায়বসি খাসিয়া চীঙদা তুম্বক্লা লৈজবা ফজরবা মফম অমসুং ময়াম্না চৎনফম লমদম মচা অমনি। উচান পাম্বীশিংগী মরক্তা লৈরিবা, ঈশিং চাইবীনা মরাং কায়রবা অমসুং চীঙজাউগী অকনবা ঈচেল কয়া লৈবা মফম অমসুনি। মফম অসিগী অইং অশাদি চহি চুপ্পদা হকচাং ফরবা মখল অমনি। শগোল তোংবা, গাড়ি থৌবদি অদুম য়ারে ভারতকী অতৈ চীঙদা লৈবা মফম কয়াদগী য়াম্নমক হেন্না ফবা নত্রবসু। ঐখোয়গী পুন্সিসে মফম অদুদদি য়াম্না নুংঙাই, কাহেন্না নুংঙাইথোকপা নত্রবসু চপ চানা অদুম নুংঙাইরবা মফমনি। মরুপ-মপাং অফবা খরগা লোয়ননা ঐহাক নুংঙাইরবা মতম খরদি মফম অদুদা লেল্লকই ; অদুবু ওহোকপনি মখোয় অয়াম্বশিংদো অমুক হন্না উনবা ফংগনি হায়বদি ঐহাক আশা তৌরুবা ঙমদ্রে। অসুম্না ঐনা মফম অদুদা লৈরকপা অমসুং শিলোংগী নিংশিংবশিং কয়া অদুবুদি ঐগী নুংঙাইজদবা থাখল অমদি অব্রাবগী মচুনা অদুম শঙজিনগ্রে, নুমিৎ খরনিদি মফম অদুদা হরাওনা মতম লেনখ্রবসু। মীওইবা কয়ানা তাইবঙপাল অসিদা লাকপা অমসুং চৎখিবগী অহোংবা কয়া লৈবগুম্না হৌজিক্তি মফম অদুগী অয়াম্বা মওংসু হোংখ্রে; অদুম ওইনমক শিলোংগী চীঙ অদুদি হান্নগী অদুগুম্না অদুম লেপ্পুনা লৈরি। মহৌশাগী মায়থোঙদি মতৌ অসিগুম্না খক হোংবা লৈরোই। মহাক্কী ঈশিং ঈচেল মচা মচানা লোক্কী চীঙজাউ মরক্তা চীক্লা মুরুম মুরুম শোন্না চেনগনি অমসুং শাৎলম্বা লৈরাং কয়ানা কেনখ্রবসু অনৌবা কয়া অমা শাৎলক্কনি। অসুম তৌনা চৎলিবনি ঐখোয়গী পৃথিবী অসিদা ....। চহি চনিগী মমাঙদসু তাইবঙপাল অসিদা কয়া অমা হিংলম্মী; কয়া কয়া নুংশিখি; কয়া কয়াসু ব্রানখি, কয়া কয়া শিনখি ....। ঙসিনা ঐখোয় ,অমুক হিংলিবা, অদুবু ঐখোয়গী মতমনা লোইরবদা, ঐখোয়গী ইথৌ পাঙথোক্লবদা অতোপ্পা কয়া অমা লাক্কনি ঐখোয়গী ইফম শিন্নবা .... অসুম্না লৈখিনি তাইবঙ অসে, অমুক হন্না শিন্নদবা, অব্রা-অনা অমুক লৈতবগী মতম অমা লাক্লিফা ওবদি .... মতম অদুদদি হৌগ্রবা পূম্নমক মতম চুপ্পগী ওইনা অদুম হৌগ্রগনি।

## ৮শুবা পন্দুপ

শোক ১৮৮৯ গী অঙনবা নবেম্বরগী মতমদা ঐহাক শিলোং থাদোক্লে। মণিপুররোমদা লাকপা খোঙচৎ অদুগী শরুক্তি ঐহাক ইথল্তা লাকচখি অমসুং অকীবা কয়া অমসু থেংনরকখিবনি। নোংমগী মনুংদা মাইল কুহ্লানিপালদি চৎননবা তৌরাঙ তৌবা তাই। ঐগী শগোল খরা অদুগী মরক্তগী খরা অমদি নোংমা ব্রাৎলিঁভেদা হান্না চৎলহনব্রে, অদুগা ঐদি শিলোংনা লৈরিবা চীঙশাং অদুগী ইরোয়-লোইবা চীঙ অদুদগী অমুক কুমথব্রগা সিলেট তম্পাক লৈবা অদুফাওবদি খাসিয়াগী থোপা অমদা লাক্লে। থোপা হায়রিবা অসিদি তোপ-তোপ্লা মওং মখল অমগী চৎননবা মওং মখল অমনি। মসি লী-না শাবা অশাঙবা থুমোক অমনি; ময়ায়দা খরা থোৎপা ফম্ফম অমা য়াওবিবা অদুদগী খোঙ থম্লনবা অপীকপা মপাক অমসু য়াহ্নদুনা য়াওই। লী-না শাবা, কোকথক্তা খন্ননবা অমসু মথক্তা য়াওরী; মদুদা ফি অমনা কুপশিল্লি। হায়রিবা থুমোক অসিদা ফম্মী অদুগা নুপা অমগী মনঙ্দা হাপ্পুনা পুই। অরুম্বা অদুগী শরুক খরদি থোপা অদুগী মনীংদা য়াল্লিবা লী-গী মরী অদু পুখৎলগা নুপা অদুগী কোকথক্তগী য়াহ্নদুনা পুই। লাইবক ফবনি, খাসিয়া নুপাশিংসে মশা য়াম্না কল্লি। পুরমদাইদা মখোয়না হায়বা হৌরক্কদবদি "নঙদি কা-হেন্না লুম্বনি মী অমত্তনা পুবা ঙম্লোই, হায়বসিনি। মরম অসিনা ঐখোয়গী খোঙচৎ অদু লোইরবা মতুংদা মখোয়দা পয়শা পীবদি, পীফম থোকপা অদুগী শরুক অমা হেন্না অদুম পীবা তাই।

মঙোন্দা, ঐ কয়াম লুম্বগে হায়না হংলুবা মতমদা, মাগী মোৎপ্রবা মকোক অদু খোরো-খোরো খোৎকনি, মম্মিৎ নাম্মা উইশিনগনি অদুগা ঙাংশং ঙাংবা অকীবা মহি অমা মচিন্দগী কামথোরক্লগা হায়রক্কনি - "এ। নঙদি স্তোন ১৮-১৯ লুম্বনি"। করিগুম্বদসু মানা কুন ফাওবা হায়জীল্লক্কনি। হায়বিবা খোপাদা ঐখোয়বু পুবগী থবকসে - মশা পারপ তৌনা চীঙ লেম্বা মীতা অমগী মফমদদি

ঐখোয়গী ইরান ওইনা মখোয়দা ব্রাহ্নগদবা মাল্লি; অদুবু কোন্নদি মানা নঙবু মনঙ্গন্দা খংথাং থাঙ্গৎলগা য়াম্না য়াংবা পোৎশক অমগুম্না ঙম্বমখৈ য়াঙনা লম্বী অদুদা নঙবু পুদুনা চৎখিনি । ঐখোয়দি মাগী মনঙ্গন্দা তুং ওল্লেক্লগা লাকপনিনা, অসুম খল্লুবদা, করিগুম্বা মকোক্তা য়াল্লিবা মরী অদু তৎখিবা থোক্লবদি, ঐখোয় মখাগী চীঙমায় অদুদা য়ুংনা তাশিনখিবদি শোয়দে হায়বসিগী মরমদা নুংঙাইবা ব্রাখলদি পোক্লমদে, অদুবু অঙকপনি ! লম শাংনা চীঙ অদুদা থোপা তোংদুনা অসুম লাক্লবনিনা করিমত্তা নাচুংদবা হায়বদু ওইরকখি । করিগুম্বা মতমদা থোপাব্রালা অদু য়ু হাইরপ ঙাওবসু য়াওই, মতম অদুদা নাকল নাম্মদা অকীবা পোক্লা খংলুম খংলুম লূমথরকপনি, মহাক্কী খৌনাউদগীসু খূ-খা-খূ-খা য়াম্না কামথোক্লগা মমৈথঙদদি লম্বী ময়ায়দা তুশিল্লি; অদুম তৌবদুদা ঐখোয়দসু খরদি অশোক-অপন থোকহল্লে ।

অতৈ মতমদনা মহাক্লা অসুম্নসু খনগনি মদুদি অহিং অসিসু য়াম্না ইঙই, মেম সাহিব অসি জগোয় য়েংবা চৎলিবনি, পুং মরি মঙাদি মফম অদুদা লৈরগনি, অদুগা মহাকপুনা কুম্মৈ লোইদ্রিফাওবা মপান্দা লৈহল্লনি অমুক হন্না পুবা ঙাইদুনা। অইঙবা অদু কা হেন্না ইঙশিল্লক্লগনি হায়বা খঙলক্লবদা, মহাক অমুক পাঙ্গল থোক্লা মানা ঙমজবা মফম কয়া য়ৌনবা ঐখোয়বু পুরগনি । মতেক খরা পুরবা তুংদদি মহাক হুমাং শৌবা হৌরক্লে, মশাদা য়োমশিল্লিবা ফিশিংদু লৌথোক্লগা ঐখোয়না ফমদুনা চৎলিবা থোপা অদুগী মথক্তা য়ানশিল্লকই । নুংশিংনা ফিশিং অদু ফর-ফর হুমলকপদা মায়মিৎ খঙদবমখৈ হুমজিল্লকপদুদা মহৌশানা য়াম্না নুংঙাইতবা ওই। অসুম্না হুমজিনবা মখৈ হুমজিল্লবদা মমৈথংদদি ফিশিং অদু পাইথোক্লুনা লৈবাক্তা তাথ্রে । খাসি নুপা অদুনা মদু হেক খঙবদা নঙবু পুনা পুনা খুদক্তা কুম্থরগা মাগী খুকউগা খূৎকা শৌদুনা তাথ্রবা ফি অদু ফংদ্রিফাওবা পাকথ পাকথনা থি। অসুম তৌরিঙৈ অসিদা নঙগী কোক্তি মখারোমদা হাইথরে অদুগা নঙগী খোঙগী খূনিঙনা নোংথকলোমদা ওনখৎলে; করিগুম্বা নঙনা খজিক্তং হেক লেঙউবদা, লৈবাক্তা অদুম ইখঙ খঙহৌদনা লেম্না হাথু হাথু ফম্বা তাই, নঙগী খাসি নুপা অদুবু ইংলিস লোন্দা চৈদুনা ....। লমদম অসিদা লৈবা মীওইশিং অসিদি মখোয়গী চৎনবী মতুংইন্না মখোয়গী পান্নী-পুরী পন্দুনা থীনা চৈবা য়াই, অমসুং মদুদা করিসু মাবু মবুক নাহল্লোই । তৌবতবু

খোঙ্হোক ফজনা, ইংলেন্দগী ঙায়োনবী নুপীশিংনা শিজিন্নবা অচোপ-অরেম নাইদবা বাহৈশিংদু শিজিন্নবা তাই, অদু ওইরবদি মানা নঙবু ইকাইখুম্নবদা মতিক চাবা মীশক অমনি হায়না অদুম খনখিনি।

ঐনা ইজরিবা মতম অসিগী, শিলোংদগী লাকপা খোঙচং অসিদা ঐদি হায়নবা য়াবা খাসি অনিগা লোয়নখী। অমদি হিন্দুস্থানি ফজনা ঙাঙবা ঙমই। ঐনা চীঙ অদু কুমথরকপা মতমদা মানা ঐগী নাকন্দা চংলগা মখল মখা অয়াম্বা নুংঙাইরবা হিরমদা ৱারী শাই। লুসাইশিংগী মরমদা ঐঙোন্দসু য়াম্না হংই, অমসুং মহাক্কী নুংঙাইনবগীদমক্তা ঐনা ৱারী মতেক মতেক কয়া শেমজিন শাজিন্দুনা লী। ঐখোয় কায়নবা মতমদা, ঐনা খঙ্গে মদুদি ঐহাক অসি অচুম্বা চংপা অরানবা তৌবা যাদবা মীশক অমনি হায়বসি মহাক্কী পুক্লিংদা মমি তাহনখি হায়না। চীঙখোঙ অদু য়ৌববদা ঐ, অপিকপা বেল গাডী অমদা তোংখৎলম্মী। মতম অদুদা আসামগী লমদা চেনবা রেলগাড়ীদি মদুতনি। ঐনা খনবদা, মদুনা চংপদু মাইল তরানিথোইরোমগী অরাপ্পা ফাওবদনি, গাড়ী মরীনি হাইগৎখিবা অনি, হাইথরকপা অনি নুমিৎ খুদিংগী। গাড়ীশিং অদু খোঙজেল য়াঙহন্দুনা মশাদা অৱাবা ওইহন্দে। ঐগী মীনায়শিংনে, ঐনে ঐখোয় অহুম হায়রীবা রেলগাড়ী অদু তোংদুনা ঙম্বমখৈ লাপ্পা চংলহৌবনি, অদুগী তুংদদি ঐখোয়না থুংননবা হোৎনরিবা সিলেট হায়বদু য়ৌগদবা মাইল কুনদমক ঙায়রক্লম্মী। ঐহাক মমদ্রিঙৈদা নুংঙাইনা শগোল তোংদুনা চংলহৌবা য়াবগী, অমসুং ঐগী মী অমসুং পোৎশিংসু মফম অদুমক্তদা লাকপা য়াবগী মতম মরাঙ কায়না ফংলম্মী। ওহোকপনি অদুবু! সিলেটকী লমদা লমকোয়বা মীশক অমনা তঙায়ফদনা থেংনফম থোক্লবা লাইবকথীবগী থবক্তো ঐঙোন্দসু মতাঙ অসিদা থোক্লরে। ঐগী কুলিশিংনা ঙাইরমগনি হায়বগী ৱাখলদা ঐনা রেলগারীদগী কুমথরকপদা ঐগা উনবা পুকচেল চাউথোক্তবা পুলিস ইন্সপেক্তর অদুনা ঐঙোন্দা হায়খি, "কুলি অমত্তা মফম অসিদা লৈতে, লোইনা চেনখ্রে, ঐ হৌজিক কুলি অমত্তা ফংবা ঙম্মরোই"। ঐ করি তৌগদগে হায়বা খঙলমদে, অদুবু ঙাইহাক লৈরগা, রেলৱেগা মরী লৈনবা, ঐনসু হাইরপ খঙবগুম তৌবা নহা অমা উনরমই। অমুকখকসু মানা জিলা অসি ফাওদুনা চংখিবা মতমদা ঐনা উপ্রবনি। হায়রিবা

থৌদোক অসিদদি মহাক অদো তশেংনমক ঈশ্বরনা থাবীরকপা মীশক অমনি ঐঙোন্দা। পুং খরদি মহাক্না ঐগীদমক দরকার ওইবা কুলিশিং খরা কোয়থী থিবীরে। কুলিশিং ফংলদুনা, ঐগী পোৎশিং লোইনা মখোয়বু পুহনম্রে।

মথঙ তৌগদবা থবক্তি, ঐ ইশামক অমুক চৎপা হৌবসিনি। চৎকদবা লমগী শরুক তঙ্খায় অমদি মিষ্টর এ-না থৌজাল হৈবগা লোয়ননা ঐগা চৎমীন্নগনি হায়বীরে। মতমদু নুংথিলগী পুং মরী তারক্কবনি, মমগদবা পুং অনিদা ঙায়রে। ঐখোয় খোঙশানবা হৌরে। মাদি, ঐনা অমুক্তসু উদ্রিবা, হেক্তা তুশিনগদবা মানবা ওম্বোকপা শগোল মচা অমা তোংই; ঐদি চীঙলম্বী অদুদা পুরকপা মণিপুরী শগোল অমা তোংদুনা লাকই। ঐখোয় অনি মাইল তরুক্কী অরাপ্পা ফাওবদি কন্না থৌরকখি। ঐনা খনবদি সিলেটতগী মাইল তরেৎলোম চৎলগা লৈবা মফম অমদা, চা থাবগী মপু ওইবা নুপা অমনা ঐগীদমক্তা থাবীরকপা শগোলগাড়ী মচা অমা ঐবু ঙাইদুনা লৈরমগনি হায়বসিনি। মতৌ অসুম্না, ঐগী শগোলমচা অদুসু মাইল তরানিথোইগী লমফাওবা থৌবদি করীসু তৌরোই হায়বা খঙবদগী ঐনা মাবু ব্রাগনি হায়দুনা তপথহনবা তৌরমদে।

শগোলগাড়ী অদুনা ঐবু ঙাইবীরমগনি হায়না খল্লুবা মফম, তুরেল খোঙবান্দু য়ৌরকপা মতমদদি, ম তম অদু মপুঙফানা মমশীল্লক্লে। ঐগী তোল্লবা শগোলমচা অদুসু শাথীনা চোকথরম্মী হুমাংসু য়াম্না শৌরম্মী অদুবু মিষ্টর এ-গী অঙকপা শগোল হনুবা অদুদি করিসু হেন্না শোকচীনবা মাল্লমদে। হি তোংদুনা তুরেল অদু লাম্বোক্লগা অসোম ব্রাংমা য়ৌবা মতমদসু করিগুম্বা গাড়ী অমত্তা লৈরমদ্রে। কোক্তা খুৎ হাপ্পা হায়বদু ওইরবনি; ঐখোয়গী শগোলশিং অদুসু মখোয়গী ঙমজবা পাঙ্গল ফুদোকপ্রবনি। অহিংসু অসুম অসুম ওইশিল্লক্লে, অদুম ওইনমক চৎকদবা মাঙদা লৈরিবদি মাইল তরেৎকী লম ব্রাৎলী। ঐগী কুলিশিংদি রেল লম্বীদগী মাইল অহুমলোম লাপ্পা মফমদা ঐনা হেনকৎলকপনি; অদুনা পুং কয়ারোমদি মখোয় য়ৌরকখিরোয় হায়বা ঐ খঙলম্মী। ঐখোয় ঙম্বমখৈ চঙশিনবা নত্তনা তৌনিংঙাই করিসু লৈরমদে। লম্বী অদুদা তারম্বা গাড়ী লিক্লম উবদা, ঐবু ঙাইবগী শগোলনা চিংবা গাড়ী অদু লাকখি হায়বা খঙবদা অমুক্তা হেন্না পূক্লিংদা নুংঙাইতবা পোক্লমই। হৌজিক্তি শগোল অদুবু কন্না থৌননবা হোৎনবসু অফবা

নৎত্রে মরমদি ঐগী শগোল অদু অসুক্কী মতিক চোকথবনা উপ্রাক্লা কূনবা ফাওবা পাক ঙমলমদে।

মাইল অনিরোম অমুক তপ্না তপ্না চৎলে, অদুবু মমশীল্লকপদি মিনিট খুদিংগী হেনজিল্লকখি। অকোনবদদি ঐখোয় করিসু উবা ঙমদ্রে; ৱারবসু ৱানা চৎকদবদি মাইল মঙাগী লম ৱাৎলি। মিষ্টর এ-না ৱাফম অমা হৌদোক্লম্মী, ঐখোয়গী শগোল অনিদু খরা কন্না চেন্নবা। হোৎনদুনা য়েংবদা ঐগী অৱাবা ওইরে। ঐগী শগোল মচাদু করিগুম্বা অমনা মখোঙদা লৌবদগী লম্বী অদুদা মকোক য়ুংনা তুশিল্লে। শগোল তোংবগী ৱাখল পূম্বা অরেম্বা তারবদা,ঐ শগোলদগী কুমথরে। থেমদনা খোত্তনা মহাকপু লেপহন্নবা চীংখৎপীরগা তপ্না তপ্না অমুক খোঙ না চৎপা হৌরম্মী। ব্রুং ব্রুং লাউবা লৈঙোইনা লম্বী অদুসু খুজেং য়ৌই। মিকুপ খুদিংগী লমহুইশিংনা ঐখোয়গী ইনাক্তা শৎ শৎ লাম্ফোক্তুনা চৎলম্মী, অমসুং লম্বীগী কোনা কোনা খুদিংদা, অঙকপা খোঞ্জেলশিংনা ঐবু খংপ্রেক খংপ্রেক খংহল্লম্মী। ঐগীদমক্তা গাড়ী থাবীরকখিবা, চা থাবগী মপু ওইবা নুপা অদু লমদম অদুৱাইগী করিগুম্বা মফম অমদা লৈ হায়বসি ঐ মমৈথঙদা নিংশীংলকখি। ঐখোযনা সিলেটকী ক্বার্টরদা লৈরিঙৈদা মরক মরক্তা শগোল তোংদুনা মাগী ময়ুম মপা হেন্দোক হেন্দোক্লা চৎখিবনি; তশেংনা মাগী ময়ুমদা চৎলুদ্রবসু ..... । অসুম্না, ঐখোয় মাগী বাঙ্গলো তাবা লম্বী অমা লৈরবদি, অদোমদা চৎপনদুম হেন্না ফরগনি হায়না মিষ্টর এ-গী মফমদা ঐনা হায়খী। ঐখোয় ঙম্বমখৈ খরা থুনা ৱাখল অদু খন্না-খন্না চৎলবা তুংদা, কোন্নদি লম্বীগী ওইথংবা নাকন্দা য়াম্না লাপ্না য়ুম অমদগী মৈঙাল অমা উরে।

মথং তৌগদবা থবক্তি, হায়রীবা মফম অদু য়ৌননবা লম্বী অমা থিবা অসিনি। ঐগা লোয়নরিবা মীশক অদুনা শগোলশিং অদুবু শেন্নবীরম্মু হায়রগা লম্বী অদু ফংব্রা য়েংগে হায়দুনা চৎখিরম্মী। মহাক্লা ঐঙোন্দা শগোল শেন্নবীরম্মু হায়বদুদি থোইদোক্লা দরকার লৈতনা চেকশিনবগী ৱানি, মরমদি মখোয় চোকথমনবনা করি অমত্তা চৎনীংদ্রবনি। ঙাইহাক্তং লৈরগা, অরাম্বদগী শ্বর ফুন্না কৌরকপা খোঞ্জেল অমা তারে। হন্না হন্না কৌরক্লবদা খঙলে মদুদি মিষ্টর এ-অদু য়াম্না শাথীনা চোৎলবা, লৈখোম অপেৎপগী লৌবুক অদুদা তুশিল্লদুনা,

ঐবু চিংখৎপীয়ু হায়না কৌরকপনি হায়বসে ..... । মহাক্কী তঙাইফদবা মতেং পীরদুনা মাবু চিংখৎপীরবা তুংদা, ঐখোয়না য়ুম অদু য়ৌননবা লম্বী অমা কোয়থি থিরিবদু অয়েম্বদা ৱানিংঙাইনি হায়বসি পূক্লিংদা লেপ্লে, মদুগী মহুত্তা সিলেট য়ৌনবা হেক্তা চৎখ্রসি হায়না খন্নরিঙেদা, কুলি নুপী অমা অনকপা অদুৱাইদা হেক লাক্লম্মী। মনাক্তা খংচেন চেনশীন্দুনা, সাহেবকী বাঙ্গলো য়ৌবা লম্বী অদু তাকপীবা ঙমগদ্রা হংলুরে। থোরকপদা ঙায়রীবা থাগী মঙাল অদুদা শেংফাত্তনা মশেন মরাং ঐখোয়বু উবদা মহাক্তি য়াম্লমক কিরুরবা মাল্লি। অদুম ওইনমক, ঙাইহাক লৈরগদি মহাক্কা ঐখোয়বু মফম অদু তান্না পুবদা করিসু নুংঙাইতবা লৈজরোয়, তৌবতবু শগোলশিংদু মহাক য়াম্লা কিজবনা ঐখোয়গী মাঙ থাদুনা চৎচগে হায়জরে।

ঐখোয় তপ্না, চেকশিন্না মহাক্কী তুংদা চৎলম্মী, অদুবু মমৈথঙদদি বাঙ্গলো অদু নত্তবা জিংঘনা কুপশিনবা চা-মনা শেমফম য়ুম অমদা লাক্লে হায়বসি ঐখোয় খঙলক্লম্মী। য়ুমগী অকোয়বা অদু য়োৎলি তারানা য়ুমথক অদুদগী তিংথরক্লগা লৈপাক্তা ফুজিন্দুনা ফাজীল্লি - মশি, য়ুম অদুবু নোং-নুংশিত্তা হুমদোকখিদনবগীদমক্তনি। ঐগী তোল্লবা শগোল মচা অদুদি হায়রীবা য়োৎলি তারাশিং অসিগী অমদা লৌশিন্দুনা তুশিল্লুই। মহাকসু পোত্থাবনা হেন্না ফরে খল্লমানে, অমুক ৱানা হৌগৎনবা হোৎনরমদে। ঐখোয়গী লমজীংলিবা কুলি নুপী অদুবু চৈবীরুবগীসু করিসু অফবা নৎলমদে, অদুগা হান্না মখাগী লম্বীদা লৈরম্বনদুম হেন্না ফবা ওইবগুম তৌরম্মী ঐখোয়দা, অদুগা বাঙ্গলোগী মৈঙাল অমা উবদুসু হান্নগুম্লা অদুম অরাপ্পদা উরি। মিষ্টর এ-না খোঞ্জেল হৌনা কৌরসি হায়বদগী ঐখোয় অনি মতম অমত্তদা চপ মান্ননা ঙম্বমখৈ লাউনা হৌনা কৌরম্মী।

কয়ারক হন্না কৌরবা মতুংদা মমৈথঙদদি বাঙ্গলোগী থোঙ অদুদগী মৈঙাল অমা থোরকপা উরে। মিনিট খরগী তুংদা, ঐগী মরুপ চা-থাফমগী মপু অদু, মাগী য়ুম লৈরিবা চীঙ অদুদগী কুমথরকপদু উরে। মহাক চৈতুপ অচৌবা অমা য়াওরকই, করিগুম্বা মাগী চা-শেমফম য়ুম অদুদা ভুত প্রেত চঙলব্রা হায়দুনা।

মতাঙ অসিদা, নুপী অমসু য়াওরম্বা উবদা মহাক য়াম্লা ঙকখীবনি। অমসুং মহাক মশাগী শকওইদা করম তৌরিবা হায়বনচিংবা করিমত্তা ফাওরমদে, মহাক

মশামক কনাগুম্বী নুপী অমনা য়ুমদা লাকপা মতমদা শেৎ-চাদুনা লৈগদবা ফিজোল শেৎলমদ্রবসু .....।

অদুম ওইনমক, ঐহাক চোকথমনবনা, মতাঙ অদুদা মহাক করি করম তৌনা শেৎ-চাবনচিংবা হায়বদু করিসু খল্লু-উরুদে, অমসুং ঐখোয়না মায়োক্নরিবা অৱাবা কয়াগী তুংদা মহাক্তি তশেংনমক ঈশ্বরনা থাবীরকপা মী অমগুম্বন্সী।

থুনমক ঐখোয়বু মহাক্না ময়ুম তান্না পুবীরমই অদুগা পুঙখায় অমরোমগী মনুংদা চাকসু পীজরে। তশেংবা চাকলেনমক্তি হায়বা য়ারে, চুম্নগী করিগুম্বা খরা পীজবা নত্তে। মহাক্না বার্ত্তন তৌরগা ঐখোয়না লাকপগী মওংদা - ইন্সাঙ মহি, ঙাদি চারগা শা চাদ্রিঁঙৈদা পীজগদবা ইন্সাঙ মখল, অতাওবা শদুমনচিংবা হায়রিবশিং অসি নুমিৎ খরনিগী মমাঙদা মহাক্না হান্না থৌরাঙ তৌজহৌবজাৎনি। ঐখোয় কয়াদ হাউনা চাখিবা! ঐখোয়গী ইমাঙদা লৈবা টেবল অদুদা পুথোরকখিবা চাননবা ফজরবা মথেলশিং অদুদা ঐখোয় পেঞ্জখি হায়বসি করিসু চিংননিংঙাই লৈতে। মদু চাবা লোইরবা মতুংদদি ঐ হান্নগী ইশা অদু নত্তবা তোঙানবা মীশক অমা ওইনা খনজরে। মতাঙ অসিদা ঐগী মরুপ চা-থাফমগী মপু অদুদি খরচ তৌবগী করিসু থৌশাবা লৈতনা ঐবু সিলেট ফাওবা মাগী গাড়ীদা পুবীবগী থৌরাং তৌরম্মী, ঐনসু মদুদা হরাওনা য়াজরে। ঐগী শগোল জাব্বরওক অদু নুংঙাইরবা শগোলশঙ অমদা শজিক মপুল অমগা লোয়ননা থম্বীরম্রে - মদুসু মহাক চোকথমনবনা চাবফাও ঙমজদ্রবমাল্লি।

ঐখোয়না সিলেট য়ৌবা মাইল মরীগী লম অদু চৎপদা মতম কুইনা চঙলমদে। মফম অদু য়ৌরবদা, চা থাফমগী মপু (প্লান্টর) অমসুং মিষ্টর এ-সু (প্লান্টর) চা থাফমগী মপু অদুগা হনমিন্নখ্রে।

ঐহাক্কী পোৎ-চৈ অমসুং কুলিশিংবু ঙাইবা ওইনা মোম্পাক য়াওদবা মফম অমদা নুংঙাইনা হিপলম্মী, ঐগী শগোল তোংবদা শেৎলকপা লৈখোম পকপা ফিরোলশিংদু তাশিন্দুনা মোন ওইরগা। অসুম্না পুং অহুমদি নুংঙাইনা তুম্নুরবা মতুং অয়ুক পুং অনি তাবা কান্দা (নোংয়াই মতুং) ঐগী মান-চাং, পুথোক-পুশিন য়াবা পোৎ পূম্নমকসু য়ৌরক্লে। ঐ হন্দকমুক্তি ঐগী ফমুংদা নুংঙাইনা লৈতানা তুমজরে।

মথং অয়ুক্তা (নোংঙাল্লকপদা) ঐগী শগোল জাব্বরওকসু মশা ইন্না ৱাবা মান্না থুংলরে। মখোঙসু চাউনা পোল্লে, মখাঙদা লাক্লিবা পুক্লি অদুসু ইতং-তংনা। নুমিৎ অদুমদি মখা তাথনা চংখিবা য়াবগী ওইথোকপা লৈরমদে মরমদি ঐগী মীনায়শিং অদুসু ৱাবনা লোয়না শিগদৌরে অমসুং শেল অহেনবা ফংবা তারবসু মখোয় চংপা ঙম্লরোই হাইরম্মী। অদুম ওইনমক মথঙগী নুমিত্তদি মখোয় অতোপ্পা মাইল তরামঙাগী লম চংপা ঙম্না চপচানা মশা তেকখংলম্মী। অসুম্না নুমিৎ হুম্নিগী মতুংদা ঐহাক কাছার য়ৌবক্লে অমসুং মফম অদুদা মণিপুবদগী ঐবু ওকপা লাকপীরম্বা ঐগী ইপুরোয়বগসু উনবে।

## ৯শুবা পন্দুপ

থা মাপল্লোম লাকলুদ্রবা তুংদা, ঐ ইশামক অমুকহন্না মণিপুরদা লাকপদদি অঙকপা অমসুং ইনৌ নৌবা পোকলম্মী। য়ুম অদুদা অনৌবা কয়া শেমজীন শাজিল্লম্রবসু অমসুং ঐখোয়না ফেব্রুৱারীদা থাদোক্কুনা চৎখিবা মতুংদগী, ইংখোলশিং অদু হেন্না ফজরম্রবসু ঐদি হান্নগুম্না মফম অদুদা পূক্লিং লৈতাবা ঙম্রমদে। ঐখোয়গী ইংখোল অদুমক্তদা তোল্লবা মিষ্টর হীথকী হকচাঙসু ফুমথ্রবনি, য়ুম অদুগসু য়াম্না নক্লনা, ঐগী তুম্ফম কাগী থোঙনাওদগী য়েংথোকখিবদা হেক্তা উবা ঙম্না .... । হান্ননা মোংফম অনিসু লৈখ্রে, অমনা মতম অমদা মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা মেজর ম্রোটরগী। মহাক বস্মগী লানফমদা খুৎলায়না শোক্তুনা শিখিবনি; অতোপ্পা অমদুনা লেপ্টনেন্ট বীভর কৌবা নহা অমগীনি; মহাক্তি রেসিদেন্সি (লৈফম) অসিদা লাইহৌ তৌদুনা নাবদগী শিখিবনি। হায়রিবা মীশক অনি অসিদি ঐখোয়গা শুকখঙ খঙনখিদবনিনা; মিষ্টর হীথকী মরমদা খল্লুবা, মহাক শিখিবগী ৱাখল অদুনা পূক্লিংদা কোইতান তান্নদুনা লৈবগুম্না মখোয়গীদি করিসু খল্লু য়েংলুদে। নোংমা ঐগী মরুপ অমনা ঐগী নুপাদা অসুম্না হায়খি, "মণিপুর অসি কয়াদা লাইবক থীবা মফমনো ! পোলিটিকেল এজেন্ট কয়া মফম অসিদা চৎখ্রগা করিনো অমা হেক্তা থোকপগুম তৌই"। ৱাফম অসি তাবদা, ঐদি পূক্লিংদা থুক লাউবা পোকখী; অমসুং অসিগুম্রবা অৱাবা থৌদোক্তা লোয়নগনবা মফম অসিবু থাদোক্লগা ঐগী ইপুরোয়ববু অতোপ্পা আসামগী জিলা অমা লৌহনবা পামজখিবনি, তশেংনমক করিগুম্বা অমা খঙবদগী অকীবা পোকপগী ৱাফমদি নত্তনা .... ।

ঐদি ইথন্তা লমদম অসিগী অকোয়বদা শগোল তোংদুনসু চৎলি, ঐবুসু খঙবীবা, করিগুম্বদা ঐনা মখোয়গী মতেং পাম্রবসু মতম পূম্নমক্তা ঐগী ইতেঙ পাংবীনবা থৌরাংতা তৌজবা লমদম অসিগী মীওইশিংগী মফমদা ঐগী অকীবা

অমত্তা লৈতনা। অমরোমদা, ঐগী নুপানা মপানগী কেম্পতা চংথ্রিঁঙেদা ঐ ইথন্তা নুমিৎ কয়ানিরোম রেসিদেন্সি অসিদা থম্বীরম্বা য়াওই। অমুকথকসু, ঐ য়াম্না কন্না নাবা মরমনা, মহাক্না বর্ম্মাদা লৈবা; তুমু কৌবা মফম, চংপদা নুমিৎ মঙানি চঙবা লম অদু চংপদা ঐদি য়ুমদা অদুম লৈহৌখি। নুমিৎ তরাতরুক্কি চুপ্পা ইথন্তা য়ুম অদুদা লৈজহৌই। মাইল চাম্মা লাপথ্রবা মফমদগী নকশীন্না য়ুমলোন্নবা কনাসু লৈরমদে অমসুং ঐগী ইপুরোয়বনা হল্লক্লিফাওবদি ইংলিস হায়বা লোল অসি শুক্তা তাবা ফংদ্রবনি। অহল ওইরবী মীনায় নুপী আয়া অদুদি অহিংগী মতমদা খোঙজিল ময়াগী ফক অদুদা তুম্মী, য়ুমগী মপান-মনিঙ মমাঙদা সম্ত্রি পুহল্লি। করি করিগুম্বা মতমদা খোঞ্জেলশিং হেক-হেক তায়, অদুগা তায় হায়নসু হেক্তা খল্লি, মতম অদুদা ঐহাক হৌগৎলগা নাখোক্তুনা তুম্লীবী হনুবী অদু হৌদোকপীরুই অদুগা নোংয়াইগী মতমদুদা য়ুমগী অকোযবা কাচিন কোয়াদু য়েংথোকহল্লি, অহিংগী পোত্থাবদা কায়হল্লিবদু করীনো হায়না .... । খোঞ্জেলশিং অদুদি করীসু হেন্না অমাঙ-অতা ওইথোকপা য়াবদি নংলমদে, চুম্নগী চহি লিববা শেকপীনা য়ুমথক অদুদা চংপগী অদুগা য়ুমগী লৈমায় মখাদা লৈবা কাশিংদুদা উচিনা লাঙবগী মখোল নত্তনা। অসিদা - অহল ওইরবী আয়া অদুদি য়াম্না থৌনা ফবা শাজিন্নদুনা ইমুং অদুগী অমম্বা কাচিন, ঐনা-হান্না য়েংথ্রবা খুদিংদা কোয়খি থিবনি। থিবা অদু লোয়রবা তুংদা মহাক অমুক হরাওনা, মানা লুনা খঞ্জবা কম্পোর অমনবদু শুপচীল্লগা তেনত্রিক তেন্না তাশীন্দুনা, অহিং ঙাকপগী থবক্তুদি নাখোক্তুনা হৌহনখি।

নুংশিদা অহল ওইরবী মুনিয়া অদো! মহাক্তি য়াম্না থাজবা য়াবী অহল ওইরবী অমনি। ঐনা লম অসিগী নোংপোক নোংচুপ্তা লৈবা মফম কয়া চংপদা মাসু ঐগী ইতুং ইন্নরুবীনি। মহাক য়াম্না তল্লি, অদুবু ঐনা তল্লিগা হায়রুরবদি মতুং অমুক হায়দনবা মফম অদুদা হেক্তা ৱারকপনি ঐবু .... । অসুম্না ঐঙোন্দা ঙাঙবসে য়াম্না তোয়না থোকখী, চাংচৎ অমদা থা অমগী মনুংদা তরুক্কককুম্বা .... অদুবু চুম্না হায়রবদা ঐদি মাগী ৱাঙাঙ অদুদা অদুম হৈনরকখি হেন্নদুম তানীংলকখি, অমসুং মহাক্না মফম হোংলনি হায়বনচিংবদো ঐ মঙোন্দা অমুক হন্না খক হংলুদে খঙসু খঙশীন্নরমদে। মহাক য়াম্না খংনগনবী অহল অমসুনি। মহাক্না শাথিনা য়েক্লবা মীওই খরসু লৈরম্মী। পুম্নমক অদুগী মরক্তা মহাক্না

খ্বাইদগী হেন্না য়ানদবদি ঐখোয়গী থৌগল্লাই মকোক অদুনি। খমথেংনা তুক্কচবগা লোয়ননা মানা থৌগল্লাই মকোক অদুবু নুংশিরমদে। করিগুম্বা মহাক্না নিপা অসিদা, মহাক্না তৌরকপা মতুংইন্না হুনবা তারবদি, মহাক শোয়দনমক হল্লগনি মাগী পুক্লিং হকচাংদা ব্রারবসু ব্রানা মাগী নীংলিবা অদু পাংথোকপদা। থৌগল্লাই অসিগী হেক মথংদা মানা অমুক নুংশিদবদি চপ্রাসি অমখক্কী নুপীনি। হায়রীবা নুপী অদু মশা-মউ ফৈ নাগা নুপীনি, মানা হায়বনতা চুম্মী খনজবীনি মহাকসু। আয়ানা (মুনিয়া) মাবু নুংশিদবা, হৈনদবা অদুগুম্না মানসু আয়াবু হৈনদবনি নুংশিদবনি। মতম পুম্নমক্তা মখোয় অনিসি লান্দ থোকনৈ, নোংমগী থৌদোক্তদি মখোয় অনি লেপখৎনদুনা খুৎ থোক্লখিবনি। ঐখোয়সু মপানগী কেম্পতা চৎথোকলুরে। আয়া অদু মশা ঙমদবদগী য়ুমদা অদুম থম্বীরম্বনি, হান্নদি ঐনা চৎপা খুদিংদা মহাকপু পুবীরবসু ....। ঐখোয়না চৎথোকখ্রবা নুমিৎ নিনিগী মতুংদা, আয়া অদু চপ্রাসিগী নুপীগা ফুনবদগী মকোক্তা শাথীনা শোক্লে হায়বা পাউ অসি ফংলম্মী। অদুদগী হেন্না পাউ অতৈ ফংদবা মরমনা, ঐনসু অসুম্না খল্লুরে মদুদি আয়াগী অশোকপা কোক অদু ফরল্লগনি অদুনা অকুপ্পা ব্রা অমুক ঐঙোন্দা হায়রক্তবনি হায়না। ঐখোয়না থাখায় অমা লৈরগা হল্লকপা তুংদা ঐবু শেন্নবীবা আয়াবু মী থাদুনা কৌহল্লুই অদুবু মহাক য়াম্না কন্না নাবা মরমদগী লাকপা ঙম্নরোই হায়না পাউ হল্লক্নম্মী। মহাক মশক্তং উৎলবা ওইনা, লাকপদদি লাকউ হায়না কনশীন্না হায়রবদা মহাক লাকখি, য়াম্না তপ্না, মনাতোন ফাওবা উদনা মকোক অদু পুময়োম য়োমশীল্লদুনা। মহাক মরক মরক্তসু নাহেরম্মী অমসুং কা মনুংদা হেক চঙলকপগা লৈমায়দা হীপথদুনা পোত্থারম্মী। ঙাইহাক ব্রারী ব্রাতায় শানা খন্নরবা মতুংদা; মহাক্কী ইল্লিবা কম্পোরশিংদু হাইদোক্লগা কদাইফাওবা শোকপগে হায়বদু ঐঙোন্দা উহন্নবা হায়রবদা খঙবা ঙমলে মদুদি মকোক মথক্তা লুথনা য়ানবদৌনা শোক্লিবা অদু নত্তনা অতৈদি অদুক হাক্না শোকপা নত্তে হায়বসি। অদুম ওইনমক থুনমক মহাকপু মপুক্লিং নুংঙাইহল্লে - মহাক করিসু তৌরোই, শিগনি খনবদু শিরোই হায়না অমসুং মঙোন্দা থোক্লিবা খুদোংথীবা অদুগী লমনসু ঐনা খুমগনি হায়না ব্রাশকলগা মাবু মশাগী কাদা চঙহনখিরম্মী।

য়াম্না থুনা, মুনিয়া মশামক্না ঐখোয়দা দরখাস্ত অমা থারক্লে, অমসুং হায়রিবা ৱাফম অদু ঐগী ইপুরোইবনা বিচার তৌবা তারে। বিচার অদু ঐখোয়গী লৈফম রেসিদেন্সিগী মাঙ্গোন্দা পাংথোক্লম্মী। অচুম্বগী মরম অদুসু য়াম্না চয়েৎনবা অমা ওইরম্মী। ৱাকৎলিবা মী, বাদিগী শাক্ষি পুন্নমক্না মহাক্কী মায়োক্তা লোয়না প্রমান পীনরম্মী অমসুং মায়কৈ অনিমক্তা ওন্না তৈননা ঙাঙনরম্মী। য়েৎনরীবা কাঙবুশিং অদুগী ৱাহৈ মরোল অদুসু য়াম্না হৌনা ঙাঙনৈ চৈনৈ । অদুম ওইনমক আয়া অদুদি য়াম্না জ্ঞান তানা, মঙোন্দা ফুখিবা চৈতুপ অদু পুখোরক্লে। চৈতুপ অদু ঈ-সু ইচু চুই, শমসু য়াম্না পকই। মসিগা চপ মান্নন মানা শেৎখিবা ঈ চুরবা ফি-রোল অদুসু পুথোরক্লমই। চৈতুপ অদুদা য়াওরিবা শমশিং অদুদি য়াম্না হৈ-শিংনা হাপচিন্দুনা শেন্নবনি। কদায়দগী লৌরুরিবা শমনো হায়বদু ফজনা হায়দোকপদা অরায়বা ওইদে, অদুবু চৈতুপ অদুগী মশাঙ অদুদা শম চবুল-চবুল নপশীল্লিবা অদুদি, মতম চঙনা, য়াম্না হৈ-শিংনা তৌরকপা থবক অমদি শোয়দনা ওইগনি। অদুম ওইনমক ৱাকৎচরিবা মীশক অসিগীদমক্তদি মিনুংশি কয়া ফোঙদোকপীবগা লোয়ননা,মমৈথঙদা বিবাদি অদু লুপা অমা ফাইন তৌরম্মী অদুগা, খৎনবা য়াদে, শান্তি থমগদবনি হায়বসি মঙোন্দা খঙহল্লমই।

অদুগী মতুংদা, নোক্লিঙবা মতাঙ অমসু অমুক থোকখি। তৌরিবা ফাইন অদু য়াম্মন্দে হায়না আয়ানা অমুক য়েৎপগা লোয়ননা, অসিমসু হায়রম্মী মদুদি সাহেবকী মনাক্তগী মহাক্না হেক চৎখিবগা মাবু অমুক্না হেন্না ফুবীদুনা খুদোংথীবা থোকহনবগী অকীবা লৈ হায়না। মতুংদা মখোয় অনি অমগা অমগা হরাওননা, নাগা নুপীশিংনতা খঙনবা ৱাশকপগী মওংদুদা ৱাশক্লরমই, অদুদগীদি মখোয়বু ৪৩ শুবা গুরখা লাশ্মীগী সিফায় খরনা ঙাকহল্লগা কোর্ট অদুদগী তোঙান তোঙানবা মায়কৈদা পুহনখ্রে। তৌরিবা থবক মওং অদুদা সিফায়শিং অদুসু য়াম্না নোক্লীংখিবগী মওংনি। মতম অদুদা ঐনা খনখী, মদুদি চপ্রাসিগী নুপী অদুনা আয়া অদুগী মথক্তা লমন খুম্বগী তাঞ্জা অমুক লাকখিগদ্রা হায়না ..... করিগুম্বা লমন খুম্মকপা তারবদি য়াম্না হকচীন্না তৌরক্লদবা নুপী মতানি মহাক অদুসু। অসুম্না আয়া অদু, মাগী মখুত্তা অমুক তাগদ্রা হায়না ঐ, পুক্লিংদা মাগীদমক নুংশিবা পোক্লমই। য়াম্না থুনমক নুমিৎ অদু ওইরকখি, অদুবু মদুগী মতাঙ অদুদি ঐ কোন্না তমজরগে ....। ঐখোয়গী চপ্রাসিশিংদো য়াম্নসু কান্নে, য়াম্নসু তল্লি অদুগা মখোয়

মশা মশাগী ফজবগী মরমদসু য়াম্না চাউথোক্লে। মখোয়গী V.R. থাবা কুদাম পানবা, মপান্দা সনা মচুগী মরি চেনবা অঙাঙবা মচুগী কোটশিংদু লিংপদা য়াম্নসু লেমজনা উবনি। রানিনা (ভিক্তোরিয়া) য়াবা ফিজোল শেংপনিনা, মখোয়না পাঙথোকউ য়াদবা ওফিসকী থবক ইরৈ লৈতে, অমসুং মখোয় মশাবুসু য়াম্না মরুওইবা মীশক ওইনা খনজবনি। খুদম ওইনা হায়রবদা, নোংমদি ঐনা মখোয় মরীমকপু ঐখোয়গী ইথোলদা থেক্লগা নাপী অশাঙবদা তোংলিবা কৌজেঙশিংদু ফাবীনবা হায়জখি মরমদি, ঐগী পোল মনুংদা পিকথন্না লৈরিবা উচেক মচাশিং অদুদা পীজনবগীদমক্তনি। মখোয় মরীগী মরক্তা অমদি মশাগী ফমগী ৱাখলগা অমত্তা খনবা তৌদনা চংননবা য়ারশ্মী, অদুগা অতে অদুদি অদুগুম্না থবক অদু তৌরগা মশাবু হস্থজহনবা অদু ঙমলোই হায়না হেক্তা শিখাং খাঙদুনা য়ারমদে। অদু ওইরবদি হায়দুনা ঐনা খুঙ্গং অদুদগী নাগা নুপামচা খরদা হায়রগা থবক অদু তৌহনখি। ঐসু য়ানিং য়ানিংদনা মখোয়গী মওং অদুদা য়াবা তাখি।

ঐখোয়গী ওইনা লৈখিবা চপ্রাসি তরামক মখল অমগীবু ওইরবসু, ওইদ্রবসু, লোল ফাওদোকহন্নবা অর্থ হনবা মীশক ওইনা খন্নবনি, অদুবু অয়াম্বা মতমদা মরোলদগী হেন্না অতোপ্পা লোল অমত্তা ঙাঙবা ঙমলমদে, ওইরক ওইরকপা খুদিংদা ....অমসুং লোল অমবু লোল অমদা হন্দোকপগী ৱাখল শুক্লে লৈরমদে।

অপূনবা ৱাফম অমা ওইনা হায়রবদা, মখোয় অদু কান্নবা ওইবদগীদি ফিজেং লৈতেংবদা হেন্নদুম পুক্লিং চঙজবা মীতা ঙাক্তনি। মখোয় অনি অমদি শগোল থৌবা য়াম্না হৈ। নোংমা খৃষ্টমাসকী নুমিৎ অমদা, সেনাপতিনা শীনখিবা শগোল লমজেলশিংদা মখোয় অনিনা ঐগী শগোল থৌখি। অতে কুম্মৈ ফিয়োং, শান্নবশিংগী মরক্তা শগোল লমজেল অদুমদি সেনাপতিনা মহাক্কী অমসুং ঐখোয়গী সিফায়শিংবু নুংঙায়নবা হায়দুনা শীনখিবনি।

অসুম্না জিমখানা অমদা শগোল লমজেল তান্নবগী ৱাখল অসি, সেনাপতিনা নোংমা লাংথবালদা লৈবা ৪৪ শুবা গুর্খা রেজিমেন্টকী স্পোর্টস অমদা উরকপনি। অসিগুম্বা অচম্বা লমজেল, লাম্বা চাংয়েংনবশিং অসি নত্তবা ঐনা অমুক্ত উজদ্রিবা খরা অমসু মণিপুরীশিংগী ওইনা লৈ। মখোয়না হৈশিংবা উত্তুনা

পাওথোক্লিবা অরুবা কুম্মে অমদি শঙ্গিন মতোন্দা নুপা অমা হীপ্তুনা লৈবা অদুনি। রাইফল নোংমৈশিংদা শঙ্গিনশিং অদু হাপচিল্লে অদুগা রাইফলশিং অদু লৈপাক্তা য়ুংশিল্লে, চৈ মতোন্দা তুম্না ইৎলগা য়ুংবদৌনা। অদুগী মতুংদা নুপা অমা শাংনা চপতিংনা লৈবাক্তা হিপ্তুনা লৈ, অদুগা মহাক অদু অতোপ্পা নুপা মরিনা থাঙ্গৎলগা শঙ্গিনশিং অদুগী মতোন্দা হিপহল্লি। কখরিগুম্বা মানা লেঙ-ঙৎপা থোক্লম্লবদি শোয়দনমক শঙ্গিন কয়া অদুনা মঙোন্দা লেংগনি। শঙ্গিনশিংদুগী মতোন্দা করীগুম্বা অমা হাপচীল্লগা মাগী শদোঙদা চঙবা য়াদনবা তৌব্রা হায়বদুনচিংবা ঐখোয় করিসু খঙবা ঙমলমদে করম তৌনা তৌরিবনো হায়বদু। অদুবু মশিদি ফজবা মখলগী যাদু-মিত্রং অমদি নত্তে, কনাগুম্বা অমদি খুদোংথীবা থোকপা য়াবগী অকীবা অমা অদুম লৈবনি। খোঙ লমজেল নচিংবা রেষ্টলিং (মুক্না)সু শান্নে অমসুং সেনাপতি অদুসু রেষ্টলিং অদুদা য়াওবনি অদুগা শেল ওইনা মনা-মথুমসু মহাক্না য়েঙ্খোকই। লোইশিল্লকপগী ওইনা লিলা অমসু শান্নে। মমাংঙৈগী ইংলিসকী চৎনবীদা, নিংথৌগী লোয়শঙদা ফাগী হৈবা মী থম্বগুম, মহারাজ অসিগীসু ফাগী হৈবা নুপা অহুম লৈরম্মী।

মণিপুরী মীওইশিংসে তশেংনমক য়াম্না নোক্নীংবা মীওই মখল অমনি। পুদল হায়না খঙনবা হুইগী মনঙ্গন্দা হৌবা অখোয়বা, অকুঙবা মতু খরা খরা ফানতৎলগা থম্বগুম্না মখোয়গী মকোকশিং অদুসু কোকথোক্লগা শম চবুল চবুল খাক্তুনা থম্মী অদুগা মমায়শিং অদুদা তোঙানবা মচু মখল মখল তৈশিল্লি অদুগা পীগুম অদুনা ঙৌরোক ঙৌহল্লি। ফি খরদমক শেৎলি, শেৎলিবশিং অদুসু অমুক অঙাঙবা, অশংবা মখল কয়াগী মচুনা মরি মরি লাংই। ঐখোয়না কুম্মে য়েংবগীদমক শেমদুনা খল্লিবা তম্বুর অদু ফাওবা চঙশীল্লক্লগা মখোয় মশেল অমগা অমগা ঙাথনদুনা করি করিনো য়াম্না নুংঙাইবা মানবা ব্রারী শানৈ, থাঙ্গৈশেংনা মদু অয়েংবা মীগী মফমদা য়াম্না নুংঙাইহনবগুম তৌই। তম্বুরগী থোঙজীল অদুফাওবা চঙশীল্লক্লগা মখোয় লোয়না ঐখোয়গী খোঙদা পুদ্রুপ লাওনা তুশিল্লমই, অদুগা ঐখোয়বু হরাওনা ওকপগী মওংদা মমায়শিং অদু শুগৎ খোক্কৎপগী মওং কয়া ফোঙদোক্লম্লগা মখোয় অমগা অমগা কোনখৎনদুনা গজ খরা হন্দোকখ্রগা লিলা অদু হৌরম্মী। অমনা হনুবী শারে, অতোপ্পা অমনা লমদম অদুগী মাইবা শারে অদুগা অহুমশুবদুনা অনাবা মী শাদুনা ফীঙৌ অমা

কুপশীল্লদুনা লৈমায়দা হিপ্তুনা লৈ। তিল্লিবা মীয়াম মরক্তুদগী কনানো অমা লিলা অদুদা চঙশীল্লকই অদুগা মাইবা অদুবু অনাবা অদুগী মনাক্তা চৎপীনবা হায়রমই। মতম অদুদা, লৈপাক্তা হিপ্লীবা অনাবা অদুদি য়াম্না অৱাবা মওংদা শ্বর কন্না হোল্লি, থবাক অদু অমুক ৱাংখৎ, অমুক নেমথ তৌদুনা লৈ। মাইবা অদু চঙলক্লগা মশা অদুদা কীত কীত নমদুনা য়েংই, মণিপুরী লোলদা ৱাফম খরসু হায় -- মদুদা মী খুদিংমক্না পোকখায়বর্মখে নোকই। অদুগী তুংদা হনুবী অদু লাক্লগা মাইবা অদু চিংদুনা ময়ুমদা পুখি। মহাক অদু নুপা (মাইবা) অদুগী নুপী মাল্লি মহাক হেক লাকপদা মখোয় অনি কন্না চৈনদুনা ফুনরম্মী অমসুং ফুনবা অদুদা হনুবী অদুগী মফি-মরোলদু নাহ্নদুনা লৈপাক্তা তারম্মী। লিলা অদু মথোঙ মরম খঙদনা লাঙলকপা অমসুং ঙাংনরীবশিং অদুসু খরা অচোপ অরেম খঙলক্তবগুম তৌবদুদা ঐখোয়দি হনবনা খ্বাইদগী ফরে খনবদগী অদুম হল্লক্লে। ঐখোয়না চৎখ্রবা তুংদা, পোলো শান্নফম লম্পাকলোমদগী লাঙলকপা তাবদা ঐনা খঞ্জখি মদুদি পূঙ খরা অমুক চোহ্নুনা পোলো লম্পাক্তা অহিং অথেঙবা ফাওবা লিলা অদু শান্নখি হায়বা .....। নোংঙানবদা যুবরাজনা ঐখোয়দা তমখি, ঙরাংগীদু য়াম্না ফজবা লিলানি; ঐখোয়না খরদমক য়েংখিবদুদা নুংঙাইতবা পোকই হায়না ...।

## ১০ শুবা পন্দুপ

শোক ১৮৯০ গী সেপ্টেম্বর তাং ১১ ফাওবদি ঐখোয় ইঙনা চীক্লা মণিপুরদা লৈজবনি। নোংমা নোংমগী অসুম হৌখিবগা লোয়ননা নিংথৌগী ইমুং মনুঙগা ঐখোয়গসু ফজনা শকখঙ-মায়খঙনরকপা হেল্লক্লম্মী। মখোয়গী মরক্তা শক্তি মুন্নবগী ব্লাফম - তোকঙা অমসু মরক-মরক্তা তাবা হৌরকই অমসুং মখোয়না তৌথোরকপা থবকশিংদা; করিসু নত্তবদা য়েংথীনবগী মওং অমা লৈরে হায়বসিসু উংথোকচরমই। করিগুম্বা দেশ অমদবু ওইরে, মীওই কাঙবু অমগী মরক্তবু ওইরে; অশোনবশিংনা অকনবগী মফমদা কল্লক য়েংথীবা হায়বসিদি অদুম লৈরবনি। অদুবু ঐখোয়দি,মখোয় পূম্নমক লু-না তিন্নবা মরুপ-মপাঙ ঙাক্ত ওইবনিনা; পাকাসনা অমসুং হেন্না মতিক-মগুণ লৈবা ময়াম্বা সেনাপতি, মখোয় অনিগী মরক্তা থোক্লিবা খৎনবগী মরম অদু খঙশীন্নদনা লৈবদি য়াম্না অরুবা ওইরম্মী। অমনা অমদগী খরা হেন্না তোয়না লাক্লবসু, অমনা হেক্তা মপুক্লিং নুংঙাইতে, অমসুং মতম খরদি লাকউ হায়বা শুকয়া য়াদে। সেনাপতি অদুনা নিংথৌগী মচানুপীশিং অদু পুরগা ঐখোয়দা খরা তোয়না লাক্লবসু; পাকাসনা হায়রীবা অসিদি য়াম্না কন্না শাউবনি। নোংমদি মখোয়না ঐখোয়দগী হনখিবদা মখোয়গী থৌগন-লাংগন ওইনা লোয়নরকপশিংদুবু পাকাসনানা ফাননবা হোৎনখি। থৌদোক অদুমক্তি অরুবা মতাঙ অমা ওইরমগনি, করিগুম্বা ঐগী নুপানা অসিগুম্বা খরা থোক্লদৌরে হায়বসি মশানা লন্নাই ওইনা খঙবদগী মহাক্কী অর্দালি অমগা চপ্রাসি অমগা নুপীমচাশিং অদুবু অশোয়-অঙাম য়াওদনা কোনুং ফাওবা থিনবীরুচো হায়না থারমদ্রবদি। নুমিৎ অদুদদি সেনাপতি অদুসু - মতম খরা হান্না লৈশাবী মচাশিং অদুনা চৎত্রিঙৈদা,- রেসিদেন্সিদগী হেক চৎখ্রে। ওস্থোকপনি অঙাংশিং অদো ....! মখোয়বু শেন্নবা থৌগন ওইনা লাক্লিবা মীওইশিংদুবু লম্বীদা তুম্মিন্না লুম্মমগনি খঞ্জবদা মখোয় য়াম্না কিখিবনি। মতুংদদি, অমুকহন্না মখোয়না ঐখোয়গীদা থৌনাফনা কোয়জরকপা ঙমখিবদু মতম কয়াগী মতুংদনি।

পাকাসনাগা সেনাপতিগা য়েক্লবা ওইরে হায়বসু ঐখোয় খণ্ডলম্মী। মতম অদুদা, মণিপুরগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না ফজবনি খন্নবা লৈশাবী অমা, মখোয় অনিমক্লা লুহোংবা পামনখি। মহাক অদু মাইপাকপি হায়দুনা মমিং চৎলি, অদুবু ঐনদি মহাক অদুবু অতৈ নিংথৌমচানুপীশিং, ঐগীদা হেক-হেক কোয়বা লাকখিবীশিং অদুগুম্না মশক ফজবীনি হায়নদি খন্দে। মহাক মশামকসু নিংথৌ শাগেগী নুপীসু নত্তে, কোনুং মনাক অদুদা লৈরম্না মরল লৈবা সনা-শাবা অমগী মচানুপীনি। মপা অদুদি মহারাজগী দরবার নত্রগা নিংথৌ সভাগী শক্লাইবা মেম্বর অমনি। মহাক, অয়াম্বা মণিপুরী নুপীশিংদগী খরা হেন্না ব্রাংই, চহি তরাতরুকলোমগী লেঙ্গানি, কুচু য়াম্না ফজৈ অমসুং অমুবা মশমদো জুম-জুম লাউনা শাংই। মতম পূম্নমক্তা মহাক্তি, নিংথীজবা ফি-রোল শেৎলি, মহাক্কী পাম্বোমদা সনাগী পাম্বোমফাবী অমসুং খল য়াম্লবা অশেংবা সনাগী লিকপরেং কয়াসু মাগী ওকশমদা শি।

মমাংঙৈগী প্রমান অমদা হায়নবা "মতু ফজবা পানবা উচেকনা, ফজবা উচেক ওই" হায়বদু - মতাঙ অসিদা, ঐদি চুম্মী হায়না খঞ্জে। অদুবু, নিংথৌগী মচানুপা অনিদুনদি, মহাকপু মশক ফজবীনি হায়না খল্লুবনা, মখোয় অনিমক মহাক অদুগী মরমদা থাঙ শৎনরম্মী। নোংমা অহিং অমদি জগোয় অচৌবা অমা তৌখি অমসুং জগোয় অদুদা মাইপাকপিনা মকোকচিংবী ওইখি।

জগোয় অদু য়েংনবগীদমক্তা রাজকুমার পূম্নমকসু মফম অদুদা তিল্লে, অদুগা নুপী অদুগী নুংশিবগীদমক্তা য়েক্লবা ওইনরিবা মখোয় অনি অদুদি ঐগী নাকল নাকন্দা ফম্নরম্মী। সেনাপতি অদুদি মতম পূম্নমক্তা হরাও তয়ামই অমসুং ফাগী জুগায় তৌই, অমরোমদা পাকাসনাদি ব্রাখল য়াম্না খন্না মথ্বায় নুংঙাইতনা উই। অহিং অদু লোইরকপা মতমদা ঐগী নুপানা ঐঙোন্দা হায়খি - "মতুংদদি মখোয় মচিন মনাও অনিসি অমুক হন্না পূনবগী ব্রা হায়রোয়দবনি"। ইকুই কুইদনা মখোয় মচিন মনাও অনি শাথিনা খৎনখ্রে হায়বা পাউ তারম্মী, অমসুং খৎনবা অদুদা মহারাজ অদুসু পাকাসনাগী মীচঙদা লেপখি হায়না .....। অদুদগী হৌনা সেনাপতি অদুসু ব্রাশকপ্রমানে অমুক হন্না মহারাজ অদুগী মফমদা করীগুম্বা অমত্তা হায়থ্ররোই হায়না ....।

হায়রীবা মতম অসিব্রাইদা ঐহাকসু চীঙদা মতম খরা চৎলুরে। থা অনি অহুমলোমদি মী পূন্নমক ইংনা চীক্লা অদুম লৈনখিবনি, অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ অমা মনুংদা ওমখৎনরক্লবসু। হায়রীবা ওমখৎনরকপা অসিদি, পাল্লিবা নিংথৌ অদুগী শক্তিদা অকীবা পীবগা লোয়ননা পোকখায়রকপগী তাঞ্জা ঙাইদুনতা লৈরক্লবনি। মচিন মনাও নিপান অদু কাঙবু অনি থোক্লা নাকপাক তানখি - মহারাজ, পাকাসনা, শামু হঞ্জবা অমসুং দোলাইরোয় হঞ্জবনা নাকল অমদা, অমরোমদনা - যুবরাজ, সেনাপতি, অঙৌসনা অমসুং নহা ওইরিবা জিলাসিংহ মখোয়না কাঙবু অমা শারকই। অহানবগী মমিং পল্লিবা মরী অসিদগী শামু হঞ্জবগা দোলাইরোয় হঞ্জবগদি ঐনা হান্না মমিং পনখিদবা ঙাক্তনি। মখোয় অনিগী মরক্তা অহানবা অসিদি, মহারাজগী ওইনা লৈজবা শামু হুম্ফুবোম অদুগী থবক পুবা ফম্লাইবা অচৌবনি। শামু পূন্নমক অদুগা মবী লৈননা শীল-লাঙবগী থবক্লা মহাক্কী মথৌনি, অচৌ-অচৌবা থৌদোক্তা মহারাজ অদুনা শামু তোংদুনা চৎপদা, মাগী মনাওনুপা শামু হঞ্জবনা মাহুট ওইবনি। মমিং অসিগী অর্থদি শামুশিংগী লুচিংবা হায়বনি। শামু হায়বসি 'ইলিফেন্ট' পু খঙনবা মণিপুরী ব্রাহ্মনি অদুগা হঞ্জবা হায়বসিনা 'হেদ নত্রগা চিফ' (লুচিংবা) হায়বনি।

মহারাজগী দোলাই পূন্নমক দোলাইরোয হঞ্জবগী যাথং মখাদা লৈবন্মী। দোলাই তোংদুনা চৎনবগী মওং অসিদি ইনাক কৈবাক খুনবা মীশিংতগী ওইরন্মী; অমসুং মগুণ লৈবা মীনি হায়না খন্নে। মীপুম খুদিংমক্লা মসিগী অকে অমৌগী মওং অসে হেক্তা তৌবা য়াদে, কনাগুম্বনা তৌরবসু মদু শিজীন্নবগী অয়াবদি হান্না লৌহৌবা তাই, করিগুম্বদা মহারাজনা মাগী মন্ত্রিশিংনা তৌরিবা থবক্তুবু খঙবীবগী মশক ওইনা দোলাই পীরবসু .....। মহারাজ অদুদি মশা মউ চাউনা মশা ফবদি ওইরগা মহাক্কী হকচাঙদা ইশি-শিথবা, খোঙ-খুৎ পঙথবগীগুম্বা লায়না লৈবা মীতা ওইবা মরমনা, অতৈনা চৎনবা মওংদা কয়া ইচৎ চৎতে। মরম অদুনা মহাক্তী মীনা পুবীরগা চৎপনা হেন্না চানরন্মী; শগোল অমসুং শামু তোংদুনা চৎপগী মহুক্তা। মহাক্কী দোলাইদি য়েংবদা ফজনা মতিক মগুণ লৈবা মখল অমনি। উনা শাই, দোলাইগী অকোয়বদু সনা মচুগী অরঙবনা য়াম্বে, মথক অদুসু সনা মচুগী অরঙবনি, মদুমদি নোংচুরবা মতমদতা মথক্তা খল্লি।

যুবরাজ অণ্ডৌসনাগী থবক্তি - বর্ম্মা অমসুং মণিপুর অনিগী মরক্তা লৈবা লম্বী অসি মাগী মখাদা লৈ। ময়াম্না খন্নবদি মহাক্না লম্বী অসি শেমজিন শাজিনবা য়ারিব্রা, য়াদব্রা হায়বদু হঙৎ-হন্দা চত্তুনা য়েংশিল্লি হায়বসিনি, অদুবু ঐনা খনবদদি মহাক্না করিগুম্বদসু য়েংশিনবগী থবক তৌদে। মহাক্তি য়াম্না অণাং ওইরি, চহি কুনগা নিথোই হুমদোইরোমদনি। মহাক ক্বা চাবা য়াম্না পাম্মী, ঐনা নোংমতসু মহাক অসে মচিন্দা ক্বা মতপ অচৌবা অমা য়াওদনা উখিবা খক লৈতে। মহাক্না ক্বা উম্মগা শায়দুনা লাকপদা, মমায় অদু পোমখৎনা উই-মরমদি, হায়রিবা পোৎ অসি মচিন্দা পিকথন্না অমুক্তদা নমশীল্লবনিনা - তশেংনমক মদুদি য়োংনা লৈপাক হব্রায়গুম্বা করী করী পংচাদ-চাবা অদুগুম্বনি। মী পূম্নমক্না হায়নৈ "মাদি চাবা, থকপা অমসুং খুনু তুনবা য়েংবা নত্তনা করিগুম্বা অমত্তা থৌশাদে"।

মণিপুরীশিংদি শেল থানদুনা শান্নবা য়াম্না পাম্মী। মখোয়না শেল থান্নবগী থৌদোক্তি খুনু-তুনবা হায়বসিদা হেক হেক ওইরম্মী। তুনবদা য়াম্না ফবা খুনুশিংদি মমলসু য়াম্না য়াম্মী, লুপা নিফু নত্রগা য়াঙ্খে ফাওবা। মখোয় য়াম্না ফজবা উচেকশিংনি; কৈথেলদা য়োনবা, অমদা অনা অমা (পয়শা মরী) পীবা অচম্বা খুনুশিং অদুদগী চাউবসু হেল্লি, অদুগা খ্বাইদগী হেন্না ফজবা, অরণবা মতু পাল্লি। মরুওইবা লম্বীশিংগী ময়ায়মক্তদা খুনু অনি কাওনহনবগী থবক অসি মহৌশানা পাঙথোকনৈ। খুনু মপু খুদিংমক্না মাগী মাগী খুনুশিংদু ফি অমমম্না য়োমশীন্দুনা থবক মফম অদুদা পুরক্লে অদুগা পজেঙনা শাবা য়েনথম্ফমগুম্বা খুনুপোল অমদা থাজিল্লগা অমনা হেক ঙমদ্রিফাওবা ফুনহল্লি।

ঐখোয়গী ব্রাখলদদি - মদু য়েংবদা য়াম্না নুংঙাইতে অদুবু অয়েংবা মীয়াম অদুদি শ্বর হোন্দবর্মখে পূক্লিং চঙনা ফুনরিবা, কাওনরিবা অদুদা য়েংই, অদুগা শেল য়াম্না য়াম্না থানৈ। করম্বা উচেক্না থোইরে হায়না মখোয়গী পূক্লিংদা লেপ্পরিবনো হায়বদু ঐ করিমত্তা ভাব তাবা ঙমদে। উচেকশিং অদুদি মাগী মাগী মশা -না অমগা অমগা কনথৎনৈ, মতম চুপ্পদু অদুম হৌনা খোংই, অদুগা করিগুম্বদসু অমনা অমুক ঙম্বা মাল্লি। অদুম্নদি ওইরগা, তুনরিবা অদুদা ঐখোয়না খঙবা ঙমদবা, চিংনফম লৈতবা মতাঙ খরা য়াওরী - মদুদনি মণিপুরীশিংনা মতম পূম্নমক্তা পূক্লিং লূপ্পরিবদু।

মহারাজ অদুবু সিংহাসন্দগী তাস্থোকখ্রবা মতুংদা কোন্নদি, নিংথৌগী থবক পুহৌবা মনাওনুপা অদুনা খুনু তুনবসি থিংখিবনি, মরমদি মসিনা অসুম কা হেনজিল্লকপদগী নহা ওইরিবা নিংথৌমচাশিংসু য়াওশিল্লকপনা মখোয়না মাঙহনখিবা শেল অদু (ষ্টেট) লৈবাক অসিনা শেন্দোল ওইনা শিংবা তারকপদগী .....। খুনু তুনবদা পূক্লিং থৌগৎপা মীওই থেংনরবদি অরাম্বা দন্দি পীরম্মী, করি অমুক হায়গনি, চুম্মা য়েংজবা অচম্বা মীশিং ফাওবা অদুম চৈ চাবনি, অদুগা খুনু মপু নত্রগা শান্নৌ হায়না থৌজীল্লম্বা মীশিং অদুদি দরবারদা পুথোক্লগা য়াম্না চাউনা (ফাইন) দন্দি ওইনা শেল পীহল্লম্মী। অদুম্নদি ওইরগা, ঐখোয়না পাউ তাবা ফংখি মদুদি - নিংথৌমচা অঙৌসনা হায়বদুদি ফত্তবা থবক অসি অচিকপা মফমদা চৎলগা অদুম য়াওরুই হায়না অদুবু মহাক্লা শান্নরিঁঙৈদা হকথেংননা কনানসু ফাবা ঙমখিদে।

অসুম্না জুন, জুলাই, আগষ্ট হৌখ্রে। মণিপুরগী লমদম ময়োলদা লৈরিবা ঐগী ইপুরোয়বদগী নোংমা নোংমগী ঐঙোন্দা চিঠি লাক্লম্মী অমসুং করম তৌনা পুন্সি লেল্লিবগে হায়বনচিংবা অকুপ্পা ব্রা কয়া অমসু খঙহল্লক্লমই। ঐখোয়গী ঈংনা চীক্লা লৈজবা পূক্লিং অসিদা নুংঙাইহন্দবা পোক্লা, তুংদা ওইরক্কদবা অব্রাবা ব্রাখলগী মঙ অমা ফাওবা পূক্লিং অসিদা লাকখিদে। ঐগী ইপুরোয়বগী মফমদা নুংঙাইজখিদবা অমদি - লাংথবালদা লৈবা ৪৪ নম্বর গুখগী, য়ুমলোন্নবা ওইনা লৈরম্বা ওফিসার অদুনা চৎখিবগী মতম নকশিল্লকপা অদুনি। শোক ১৮৮৮ গী নিংথমথাদা, সিফায়গী রেজিমেন্ট অদুনা বর্ম্মাদা হেক চৎখিবদগী, লাংথবালদা ঐখোয়গী ওইনা, মখোয়গী অপীকপা শরুক, মশা ব্রাঞ্চ অমদগী হেন্না লৈহৌদ্রবনি। অদুসু অমুক ১৮৮৯ গী নিংথমথাদগী লোইনমক চৎখিবা তারবদা; ঐখোয়গী য়েংথোক য়েংশিন তৌগদবা সিফায় মশিংদি হুম্ফুদগী চাম্মদা হেনকৎলে - লমদম অসিগী মীওই, ওফিসার অমগী মখাদা। অদুবু ব্রারেপ অসিগী চৎনবদি মতম খরা অমুক চঙলম্মী। অহেনবা মীশিং অদুগী লৈফম, ঐখোয়না লৈরিবা অদুগী লম্পাক্তা শাগৎপা তাখি অমসুং শাগৎপদা মতম খরা চঙখি। অসুম্না শোক ১৮৯১ গী জানুৱারী থা ফাওবদি লাংথবালদা লৈবা সিফায় কাঙবু অদু চৎখিদ্রি।

## ১১শুবা শন্দুপ

মণিপুরগী নিংথৌমচাশিংগী মরক্তা মতম কুইনদগী উংখৎনরক্কবা নোং-নুংশিং অদু শোক ১৮৯০ গী অঙনবা সেপ্তেম্বরগী মতমদদি পোকখায়নরক্কে। করিসু নত্তবা অপীকপা হীরম অমনা মৈরিক ওইরগা অচৌবা মৈ অদু হৌহনখিবনি। খৎনবা য়াবা মতাঙ থি থিদুনা, মরম খুদিংমক্তা নহা ওইরিবা জিলাসিংহগা পাকাসনাগদি অদুম খৎনবসি লেপখিদ্রে। মমৈথঙদদি পাকাসনানা হায়বদগী জিলাসিংহবু মহারাজনা দরবারদা য়াওবা থিংখি, অদুগা মহাক্না হান্নদগী পায়রক্কবা লৈবাক অসিগী অচম্বা থবক থৌরম খরসু পায়হনখিদে।

নহা ওইরিবা যুবরাজ জিলাসিংহনা অমুক পহ্নবা তৌদনা মহাক্কী মতিক-ময়ায় লৈরবা অমসুং মাগী মীচঙসু ওইরিবা ময়াম্বা সেনাপতিগা ৱা খন্নবা হৌখ্রে। মদুগী ফলনা, নোংমগী অহিং নোংয়ায় য়ৌরকপা, মহারাজ অমসুং কোনুংগী মী পূম্নমক্না পোখাদুনা কন্না তুম্নখ্রবা মতমদা, জিলাসিংহনা মহাক্কী তুংইনবা মী খরসু খোম্লগা অঙৌসনাগা লোয়ননা মহারাজগী কা য়ৌবা চেকপল অদু কাখৎলক্কগা, মহারাজনা তুম্লীবা কাগী থোঙনাওদা নোংমৈ কাপশীনখি। মহারাজ অদুমক্তি অকল-অথৌগী ওইবা থৌনা লিঙজেলগীদমক মমিং চৎচবা মীদি শুকনৎ নত্তে; মরম অসিনা, থৌদোক অদুদা মহাক্তি লান্দারকপা মীশিং অদুবু তাম্বোকখিনবা মাগী মীশিংবু অকনবা থবক পায়খৎহনবগী মহুত্তা, মশাগী অশোয়-অঙাম লৈতনবা হায়দুনা কোনুংগী মনিঙলোমদা লৈবা রেসিদেন্সিগী মায়কৈদা চেনশীল্লকখি।

খুদক অসিদা, অসিগুম্বা অফিঙ-অফায়গী ওইবা পাউ অসি ঐখোয়গী থৌগল্লাই নুপা অদুনা ঐগী ইপুরোয়বগী মফমদা পুরকখি। মতম অদু নোংয়ায় মতুং পুং অনি তারকপা অদুৱাইদনি। ঐগী তুম্লিবা ইপুরোয়বদু মহাক্না হৌদোক্কুনা

পাউ তমখি -'কোনুংদা লাল অমা থোক্লে হায়না, ঐখোয়গী যুমথক্তা হুইস হুইস লাউনা পাইরকপা নোংমৈ মরুগী ইনিল তাবদা, পাউ অদু অচুম্বনি হায়বা খঙলে। ঙাইহাক্তংগী মনুংদা মহারাজা অদু মাগী মনাওনুপা অহুমগা লোয়ননা কোনুংদগী হাথু-হাথু চেল্লক্তুনা য়ৌরক্লমই। মখোয়, পাখৎপগা লোয়ননা অশোয়-অঙাম থোক্তনবা খনবদা মশাশিংদু থক-থক নিক্লমই। মখোয় সিফায় খরসু লোয়নরকই, অদুগা মখোয়গী খোঙলোয় ময়াম অমসু, চরাঙনরকপা অদুদা অফঙ-অফঙবা থাং-তা খুৎশু খুৎলায় পায়নদুনা মখোয়গী মতুং ইল্লকই।

তৌফম থোকপনা, ঐগী নুপাদি মহারাজবু ওকপা থোকচরুই, অদুগা খুদক্তা মহারাজা অদু দরবারগী কা মনুংদা অমুক চঙহন্দুনা হিপথহল্লম্মী, মরমদি মহাক, অকীবনা য়াম্না পাখৎপা হায়বদু ওইখি। কবীগুম্বা মওং অমত্তদা মহাক, নুংঙাইনা পূক্লিং লৈতারমদে; কিফম করিসু লৈতে হায়না মঙোম্দা হন্না হন্না হায়রবসু। তাঞ্জা অদুমক্তদসু লাংথবালদগী গুর্খা সিফায় কয়া অমা ঐখোয়গী মফম অসি তম্না খোঙশাল্লক্লবনি। মতাঙ অদুগসু লোয়ননা, ঐগী ইপুরোয়বনা মহারাজগী পূক্লিং চাউখৎনবা হায়দুনা মাগী দরকার ওইবা সিফায় কয়ামরুম কোহিমাদগী নুমিৎ মরী মঙানিগী মনুংদা লাকহল্লগা, লালহৌবা কাঙবুনা খুদুম চনথ্রবা কোনুং অদু অমুক হন্না লৌবা ঙমগনি হায়বদফাওবা করিসু ফল ফংখিদ্রে, কান্নবা ওইখিদ্রে।

ৱারী ঙাইহাক তৌনরবা মতাঙ অসিন্নাইদা ঐগী নুপাসু মফি হোংদোক্লুরে - অমসুং ঙাইহাক্তংগী মনুংদা ৪৪শুবা সিফায় লৈফমদগী সিফায় কাঙবু খরসু, ঐখোয়না লৈরিবা মফম অদুদা লালহৌবশিংনা লান তাশিল্লকদ্রা হায়দুনা মফম অদুবু ঙাকপা হৌরে। অদুবু লালনি হায়রিবা অদুদি করিসু লৈতবা ইচম চম্বা মওংনি। মহারাজনা মাগী মীশিংগা লোয়ননা খুদক্তা হন্দোকখিবদগী, নোংমৈ খরা কাপলম্লগা অদুম তূমিন্না লৈখ্রে।

নিংথৌ অসিবু ভাব তানবা হায়দুনা, ৱাফম কয়া ঐগী ইপুরোয়বনা পুথোকচখি, লোয়ননা হিরম অদুদা থৌনা ফদোক্লা, খরদং হোৎনরে হায়রগা অমুক হন্না সিংহাসন লৌশিন্নবা তৌসি হায়রবদফাওবা, মহাক্তি করিগুম্বা মরম অমত্তসু তাখিদ্রে। মথৎদা অমুক করি তৌরকখিগদগে হায়বগী ৱাখলদা পুং খরা

য়াম্না কিনা লেল্লবা মতুংদা, অফোংবা চংনবী অমগী মওংদা সিংহাসন থাদোক্লিংবগী অপাম্বা অদু ঐগী ইপুরোয়বগী মফমদা উংথোরক্নে, অমসুং মাগী পুন্সিগী লেমহৌরিবা চহিগী মতম অদুদি গঙ্গা মপান্দা লৈবা অশেঙবা বৃন্দাবণগী লমদা লাই নীঙদুনা লৈজরুবগী অপাম্বা অদু ফোঙদোরক্নে। মহাক ঐখোয়গী রেসিদেন্সিদা নুমিৎ অদুগী নুংদাং পুং অনি তাবদগী মথং নুমিৎকী নুংদাং ফাওবা লৈখি। মহাক্না হাথু-হাথুনা সিংহাসন থাদোকচরগে হায়বগী ব্রাফম অদু অমুক হন্না খলহন্নবা হোৎনবদা ঐগী নুপাদি য়াম্না লাংতক্নখিবনি - অদুবু নিংথৌ অদুদি, সেনাপতি অদুবু কিজবা ব্রাখলনা খুদুম চনখিবনা মাগী ব্রাখল পূন্বা মাঙখিরম্মী। হন্না হন্না তকশীল্লকখি মহাক্কী অপাম্বা অদু ইদুনা পীরগে হায়না ....... । কোনথংদদি মাগী লালহৌবা মনাওশিংদা মহাক্কী ব্রারেপ অদু চিঠি ইদুনা খঙহনখ্রে, অদুগা নুমিৎ অদুগী য়াচঙলকপদা মহাক মফম অদু থাদোকখ্রে। মহাক্না চৎখিবদা গুর্খা লাম্নী কয়ানা মহাক্কী অশোয়-অঙাম য়াওদনবা হায়দুনা কাছার ফাওবা থিন্দোক্লুবনি। মহাক্না রেসিদেন্সিদা পল্লীঙৈগী মতাঙদুদা থৌদোক অমা থোকখি, অমসুং মতম অদুদা মহারাজা অদুনা থৌদোক অদুবু, মীয়ামগী মমাঙদা ঐগী ইপুরোয়বগী মরাল ওইনা পুথোক্লবা হোৎনখি। ব্রাফম অদুগী তশেংবা অচুম্বদি মখাগী অসিনি:- ঐনসু হান্না হায়জখ্রে - মদুদি মহারাজা অদুনা অহিং অদুদা কোনুং থাদোক্লনা লাকপদা, মহাকপু থাঙ-তা, খুৎশু-খুৎলাই কয়া পায়বা মথোঙ-মরম খঙদ্রবা মী খরা অদুতা নত্তনা রাইফল পায়বা মণিপুরী কয়ানসু ঙাক শেন্দুনা লাকখিরম্মী। মতম ঙাইহাক্কুগী ওইনা, ভাব মেন তাদনা চরাংনবা অমসুং অকীবগী দরকার লৈতবা মরমদু কোক্লনবা হায়দুনা, ঐখোয়গীদা লৈবা সিফায়গী ওফিসার অদুগা ঐগী নুপাগনা মণিপুরী সিফায়শিংদু ঙাইহাক্কী ওইনা নোংমৈ পায়হন্দবনা হেন্না অচুম্বা ওইগনি হায়না খল্লুবদগী নোংমৈ পূম্নমক খোমজীল্লগা মাঙ্গোনগী কাচিন অমদা থমখি। নোংমৈশিং অদু কোন্না অমুক মাগী মাগী মপুদা হনখিবসি তশেংনমক মখোয়গী ব্রাখলনি, - নত্রগা কোনুং পায়খ্রবা মীশিংনা মখাতানা য়েংথীনবগী থবক তৌরক্লবসু; তঙাইফদনা ঐখোয়গী রেসিদেন্সি অদু ঙাকথোকপা তাবনিনা, খুদক্তা অমুক নোংমৈশিংদু মণিপুরীশিংদা হন্দুনা পীবা অসিনি। মসিগী অর্থদি - মখোয়না নোংমৈ কাপথোকপা মতমদা, ঐখোয়গী সিফায় কাঙবুদগীনি হায়না খলহনখিবা

য়ানবনি। অদুবু, কোনুং মনুংদা নোংমৈ কাপ্পবা লেপজ্রবনিনা মণিপুরী সিফায়শিংদু অমুক নোংমৈ পায়হন্দুনা থাদোকপদা অশিঙবা, অফবা ওইররোয় হায়না খন্নখি - মরমদি মিকুপ অদুদা মখোয়, কনাগী (হুকুম) থৌদাগী মখাদা লৈত্রবনিনা, অশাওবদগী নোংমৈ কাপশীল্লুবা থোক্রবদি, মদুনা হেন্না অমাঙ-অতা থোকহনবগী ফল পুরক্কম্বা য়াই। সেনাপতি অদুসু ফিভম চানা কোনুংলোমদগী হন্দুনা নোংমৈ কাপলকপদা করিসু চিংনবা লৈররোই। মতৌ অসিগুম্না য়াম্না শাথীবা মতাঙ অমসু ওইরম্বা য়াবনি।

মরমশিং অসি মহারাজ অদুগা লোয়ননা খন্নখি অমসুং হৌদোক্লিবা ব্রাফম অসিদা মহাকসু য়াজখি। অসুম্না, মতম অদুগীতা ওইনা মহাক্কী মীশিংদগী খুৎলাই লৌথোকখিবনি। হায়রিবা পূম্নমক অসিবু, মশা মথন্তা লোই থাজব্রবা নিংথৌ অদুনা, মশাগী ওইজবা ফংনবা হায়দুনা শেরান্নবা ব্রারী অমা ওইনা শেমগৎখি অমসুং মহাক্কী অয়াবা য়াওদনা, ঐগী ইপুরোয়বনা মাগী সিফায়শিংদগী খুৎলায় লৌথোকপিখি হায়না মরাল শীখি। মশামক কা-হেন্না পাঙদবদগী মশানা পীথোকপ্রবা মাগী খুভম অদুবু, অমরোমদা, ফংননবা হোৎনবদা পাঙ্গল থোকহনখিদে হায়নসু তমশিনখি।

করি অমত্তা চাও থকউ য়াদনা পুং কুম্প্রাতকক রেসিদেন্সিদা লৈরবগী মতুংদা কোন্না মমৈথংদদি নিয়ম অমগী মখাদা মহাক্কী সিংহাসন অদু থাদোক্লুনা মহাক্কী হেক থংনবা মনাওনুপা যুবরাজ অদুদা পীরবনি হায়দুনা মহাক্কী অইবা অমা পীরম্মী। ঐগী ইপুরোয়বনসু ঙাঙনরিবা ব্রা পূম্নমক করিসু কান্নদ্রবনিনা, মহারাজা অদু চৎননবগীদমক তঙায়ফদবা থৌরাঙ তৌবা হৌরম্মী। মথঙ নুমিৎকী নুমিদাংব্রাইরমদা মহাক খোঙশানবা তাখি। মন্ত্রি খরা রেসিদেন্সিদা মহাক কায়নবগী বীদায় তৌবা লাকখিবশিংদু মহাক চৎখিগদৌরে হায়বদা য়াম্না থব্রায় নুংঙাইতনা উখি, অমসুং য়াম্না নুংশিনা, থম্মোয় শোক্লা বিদায় তৌনবা কয়াসু য়াওখি।

অদুবু পাকাসনানা চৎখিবদদি অব্রাবা অমত্তা ফাওনদবা মাল্লি। মহাক্কা মাগী মনাওনুপা অনিগা মহারাজ অসিগী - মশানা লোই থাজবা ওইনা চৎখিবসিদা লোয়নখিবনি। পাকাসনা অদুদি মীয়াম্না য়াবা মীশক খক ওইখিদে। মহাক্তি

য়াম্নসু শাওগল্লি, কল্লক মীহৌসু চাউই, করীগুম্বা অমগী মরমদা হেক্তা অতোপ্পদা মরাল শী অমসুং মফম পৃম্নমক্তা অরাবা, নুংঙাইতবা খোকহল্লি। মহারাজা মশামকপুদি মীশিংনা নুংশিনৈ, পার্মনৈ অদুবু মাগী চান্না তৌবা মনাও অদুবুদি মীনা নুংশিবগী মওংদা লৈতে। নিংথমথাগী মতমদা ঐখোয়না লমদম অসিগী অতোপ্পা জিল্লাশিংদা চৎলুবা মতমদা খুঙ্গংগী মীশিংনা হায়রকপদগী খঙবা ঙমই, মদুদি মহারাজা চৎপ্রে হায়বসিদা মখোয় য়াম্না নুংঙাইতবা পোকই হায়বসি অদুগা পাকাসনাবুদি মখোয়না অমুক হল্লকপা পামখিদে।

ঐখোয়গী রেসিদেন্সি অমসুং কাছার লম্বীগী মরক্তা লৈবা তুরেল অদুগী মপান্দা ঐগী ইপুরোয়বনা মখোয়গা বিদায় লৌনখি, অমসুং মখোয় অশোয় অঙাম লৈতনা লম্বী অদুদা ঐখোয়গী গুর্খাশিংনা ঙাক শেন্দুনা চৎখিবদু মহাক য়েংহৌখি। অদুগী মতুংদা অনৌবা লৈবাক লৈঙাক অমা হৌননবা মহাকসু হল্লক্লে, অদুবু অনৌবা লৈবাক-লৈঙাক অদুগী মরায়বক্তি থা খরদং চৎনরম্লগা নুংঙাইতনা লোইশিল্লু তমখ্রবনি।

কোনুংদা লাল হৌরকপা অমসুং লালহৌবা নিংথৌমচাশিংনা মায় পাক্লবা মতম অদুরাইদা যুববাজ অদুদি মণিপুরদগী মাইল তরাতরেৎ লাপ্পা লৈবা বিসেনপুর কৌবা মফম অমদা মশামক চখোক্লুনা লৈখি। মফম অদুদা মহাক্তি নিংথৌ গাদ্দিগী মরমদা মুক্লবা অদু কনাগী মীচঙ ওইদবা শাদুনা লাপ্পা য়েংদুনা লৈখিবনি। মহারাজ মশামক্লা তৌফম থোকপা অমা ওইনা মশাগী ফিরেপ লৌদুনা লালহৌবশিং অদু তাম্বেক্লেম্বা তারবসু, যুবরাজ অদুদি চখোক্লুবা মরমনা সহর ওইরিবা কোনুং অসিদা করি থোকখ্রবগে হায়বদু করিসু খঙহৌদ্রে হায়না মশাগী অচুম্বা মফমদা অদুম লৈরমগনি। অসুম্না সেনাপতি অমসুং মঙোন্দা তোংজরিবা মচিন মনাওশিংগী অফবা ফল তাখিবগা লোয়ননা থুনমক মহাকসু মণিপুরদা হল্লক্লে অমসুং য়াম্না পুক্লিং তপথবগা লোয়ননা লমদম অসিগী লৈঙাকপগী থবক লৌবগা লোয়ননা নিংথৌগী মহুৎশিনবা অমা ওইবগী মিংথোন অদুসু ফংলে।

মণিপুরদা লৈবা, নিংথৌগী ওইবা ইমুং-মনুংগী মীওইশিংদা পীরিবা তোঙান-তোঙানবা ফমগী মিংথোনশিংশিগী মরমদা চমম্নবা খরা লৈরিবসি

কোক্লনবা অমসুং মখাতানা অরানবশিং থোক্তনবা, কনানা কনানো হায়বদু খঙননবা হোৎনবদা মখাদা পীজরিবা যুবরাজশিংগী ফমথোন কয়া অসি উৎচবগা লোয়ননা ব্রারীগী মতাঙ অসিমদি লোইশিনজবা তারে। মখোয়শিং অসিদি, সুরচন্দ্র হায়না খঙনবা মহারাজ অদুনা পাল্লিভৈগী মতম অমসুং চৎপ্রবা মতুংগীনি। অসুম্নাঃ-

১
সুরচন্দ্র সিংহ
মহারাজ

২
যুবরাজ
মশানা খুভম ফংফম থোক্লবা

৭
পাকাসনা
শগোলগী লুচিং পুরেল

৫
অঙৌসনা
তুমু লম্বীগী থৌবুরেল

৩
সেনাপতি
লুচিং পুরেল

৮
জিলাসিংহ
মহারাজগী ফম্নাইবা মতেংপাংবা

৬
দোলাইরোয় হঞ্জবা
দোলাইগী থৌরম মপু

৪
শামু হঞ্জবা
শামুগী থৌবুরেল মকোক

ঐনা হান্না মথক্তা হায়জখিবা অদুগুম্না, মহারাজ অদুনা চৎখিবা মতমদা মহাক্কা লোয়ননা যুবরাজ অহুমদুসু য়াওপ্রবনি, মখোয়শিং অদুদি - পাকাসনা, শামু হঞ্জবা, অমসুং দোলাইরোয় হঞ্জবা অসিনি। লৈহৌরিবা মখোয় মরী অদুনা মখাগী অনৌবা ফমশিং অমুক পুখি।

| | | |
|---|---|---|
| হান্নগী যুবরাজ অদুনা ওইরে | --------- | নিংথৌগী মহুৎ |
| হান্নগী সেনাপতি অদুনা ওইরে | --------- | যুবরাজ |
| অঙৌসনানা ওইরে | --------- | সেনাপতি |
| জিলাসিংহনা ওইরে | --------- | শামু হঞ্জবা |

মরম অদুনা, ঐগী মথং তারক্কদবা ৱারীগী মতাঙদদি, অমুক য়েংশিন্নবা তৌদনা মথক্তা পঞ্জরিবা অনৌবা ফমথোনশিং অসি লৈবাক অসিগী অনৌবা লৈঙাক্কী ৱারী ইরকপদা শিজিন্নরগনি অমসুং মসিদা করিসু য়েংশীন্নবা লৈররোই।

## ১২শুবা পন্দুপ

নভেম্বর থাগী হৌগৎলকপা অদুৱাইদা ঐ, চীঙদগী মণিপুরদা হল্লক্লে। লৈবাক অসিগী লৈঙাকপা অমা হোংখিবদগী থবক মরম পূম্নমক ওনবগুম তৌরম্মী। চিংননিংঙাই করিসু লৈতনা, অনৌবা যুবরাজ অদুনা লৈবাক ঙাকপগী থবক্তা পুমশুপ শুপলে হায়বা য়াই, অমসুং মরম পূম্নমক্তা হেন্না চাওখৎপা ফগৎপসু ওইরম্মী। হান্নগী মহারাজ অদুনা পাল্লিঙৈগী মতমদা চৎপা য়ারমদবা লম্বী অয়াম্বসু শেমজীল্লে অমসুং গাড়ী থৌবা য়ানা ফহল্লে। থোংগী য়াম্নমক তঙাইফদবা মফমশিংদা থোং কয়াসু শাগৎলে, খরা অমদি য়াম্না ফনা থৌরাঙ তৌবনি, হান্নগী ইচম চম্বা, মমিংতা ওইনা লৈরম্বশিং অদুদগীদি চহি অহুম হেন্না চৎনরগনি হায়না পানরম্মী। মী পূম্নমকসু হেন্না পেঞ্জবা, নুংঙাইজবা মাল্লম্মী, লোয়নননা ঐগী ইপুরোয়বসু মণিপুর দরবারগা থবক তৌমিন্নবদা হেন্না কোমজবা ফংলে, মবমদি হান্নগী মতমদদি মহাক্না মীশক মরী খন্নবগী মহুত্তা মী নিপানগী মত অপাম-পামদ খন্নবা তাখিবনি .....। নিংথৌমচাশিংগী মরক্তা করিসু নত্তবা মরমদগী খৎনবা, কল্লক য়েংথীনবসু লৈখিদবে, লোয়নননা ঐনসু মখোয় পূম্নমকপু কুম্মৈ-ফিয়োংগী মতমদা পূন্না লাকউ হায়জবদসু করিসু চিংনবা নুংঙাইতবা লৈতরে।

খৃষ্টমাসকী মতমদা মখোয় পূম্নমক মেজিক লেন্টর্ন (থার্ডমৈ মঙালদা ফোটোশিং কাপথোকপা) য়েংবা লাকখি। মদু ঐগী নুপানা ইংলেন্দগী পুরকপনি। হায়রিবা অদুদা মণিপুরীশিংগী ফোটোগ্রাফশিং নিংথৌমচাশিংগী অমসুং করিগুম্বা লমগী শরুক খরনচিংবা মহাক মশামক্না খন-খন্দুনা কাপথোকই। লৈশাবী মাইপাকপিগী মশক উৎলকপদা ময়াম হরাওনা য়েংনখি, মরু ওইনা যুবরাজ অদুনদি মহাকপু য়াম্না থাগৎচৈ। মহাক্কী হান্না লৈরবা নুপী মাপনগী মথংদা লৈশাবী অসি মাগী ওইরগনি হায়নসু মপূক্লিং লেপথ্রবনি। মেজিক লেন্টর্ন গী কুম্মৈ অদু, নিংথৌগী ফিজোল শেৎলবা হান্নগী মহারাজা অদুগী চাউববা ফোটো (মশক)

অমা উৎলগা লোইশিনখি। ময়াম পূম্নমক চেক-মুক লাউদনা তুমিন তুমিন্না লৈনখিবনি, ঙাইহাক্তং অদুদি য়াম্না নুংঙাইতবগী ফিভমদা, অদুবু ঐগী নুপানা কাপ্লিবা অদু খংহোং হোংদোক্লুনা য়াম্না নোকনিংবা মওং অমা কাপলকপদা মীপুম খুদিংমক অমুক হন্না নোকহন্নখি।

মহারাজগী ফোটোগ্রাফ অদুদা মহাক্না শেৎলিবা নিংথৌগী ফিজোল অদুগী মরমদা হান্নসু পঙখ্রে। ফিজোল অদুমক্তি, অশেঙবা ধর্ম্ম কর্ম্মগী অচৌবা থৌদোকশিংদা শেৎপনি। ফিজোল অদুদা কোট অমা অমসুং ব্রাওথাংনবা মচুগী ফৈজোম অমা য়াওই। ফৈজোম অদু মঙ্গ্রা মচুগী মুগানা মপাল চেল্লগা থরো মানবা লৈ মখল অমা হত্তুনা য়াওই। হায়রিবা পোৎ অসিদি, নিংথৌমচা নত্তবা কনাগুম্বা অমত্তনা শেৎপা য়াদে। কনাগুম্বা অমনা মশি শেৎলম্বা থেংনরবদি, ময়ুমদবু ওইরে মীয়াম চৎনবা লম্বীদবু ওইরে, মহাক অদু খুদক্তা ফায় অদুগা হায়রীবা পোৎশক অদুতা নত্তনা মহাক্না শেৎলম চারম্বা পূম্নমক লৌশিল্লি।

থৌদোক অমদা নোংমদি বেন্দমাষ্টর অদুনা মাগী ফোটো অমা কাপ্পীবা পামজখি। ঐগী নুপানা মদুগীদমক্তা ওইনা থৌরাং তৌবীরে। বেন্দমাষ্টর অদু চাউরবা ময়োম অমা পুদুনা লাকখি। মহাক্না ঐখোয়গী লম্পাক অদুদা মাগী ফিজোল হোংদোকচবা পামজরম্মী, মরমদি নুমিৎ অদু মহাক নিংথৌগী ইমুং মনুংগা মরী লৈনবা ফিজোল অমা শেৎলগা ময়ুমদগী ঐখোয়গী অদুফাওবা লাকচবা ঙমখিদে, করিগুম্বা ঐনা হায়জখিবা নিংথৌগী ফিজোল অমা কনাগুম্বনা শেৎলম্রবদি ফাবীদুনা ইকাইবা নংই হায়বদু থোক্কদ্রা হায়বদগী। অসুম্না, ঐখোয়গী অদুদা মানা খঙজবা চাউরবা উ অমগী মরুমদা হাথু হাথুনা মানা পামজবা ফিজোল অদু শেৎচিঞ্জরম্মী, অমসুং অদুদা অহেনবা লৈতেং অমা ওইনা সনা মচুনা ফিবাল চৎপা অশঙবা রেশমগুম্বগী তুপী অমা, য়েংবদা চা হাপ্পবা পাত্রগী মখুম মানবা অমসু উপশিল্লমই। অদুদসু নত্তনা, য়েংবদা থোইদোকপা মওং অমা মানবা অশঙবা রেশমগুম্বগী মপাক মপাকসু মাগী খুৎকী খুৎনিঙদা য়োমশিল্লি। মাগী কুদাম মখুলদা অচৌবা অঙাংবা লৈ অমসু থেৎচিল্লি, অদুগা মাগীদি লৈজদবা মরমনা, ঘড়ী অমগা মরী অমগসু ঐগী নুপাদগী ব্রায়রম্মী। তশেংনমক মহাক্তি তোপ তোপ্পা মীশক অমা ওইনা উখি নুমিত্তুদা অদুবু মাগী ফোটো অদুদি চপচানা

মহৈ য়ানখি, মহাকসু য়াম্না নুংঙাইজখিবনি ফোটো অদু উবদা। মাগী নুংঙাইজবদু ঐনসু অমুক শরুক তরা হেনকৎহনখি মাগী মশক অদু য়েকপিবা মতমদা ....। ফোটো অদু লৌববগী মতুংদদি মহাক্না ময়ুমদগী শেৎপা ফিজেৎ লৈতেংশিংদু অমুক লৌথোক্লগা, মানা ময়ুমদগী পুরকপা মতমদা য়োমলকপা অমোৎপা, মীনা করিসু চীংনদবা ময়োমদুদা অমুক হন্না য়োমশীল্লগা হনখি।

বেন্দমাষ্টর অদু, ঐনা অমুক হল্লকপা মতমদদি মহাক মণিপুর থাদোক্তুনা চৎখিরম্রে - মানা চৎখিবদা ঐঙোন্দদি য়াম্না নুংঙাইতবা অমা ওইনা থোকই। মহাকপু লুনা চান্না তৌবীবা হান্নগী মহারাজা অদুগা লোয়ননা মহাক্তি কলকটা য়ৌখ্রে, অদুগা মহাক্কী বেন্দ (যন্ত্র) অদুনা করিসু খোংবা হৈত্রবা হাবিলদার অমগী মফমদা, খোংলবসু খোংদ্রবসু অদুম থনমলে। চহি অসিগী (শোক ১৮৯১) অঙনবা জানুয়ারীগী মতমদা ঐখোয়, মিষ্টর ক্বিন্টন (চিফ কমিস্নার) উননবগীদমক কোহিমাদা চৎলুই। মফম অদুদা য়াম্না নুংঙাইনা নুমিৎ মরিনি লৈরকই। চৎথোক খোত্তোক্তুনা মী-পোং উনবা হায়বসিসু মতম পূম্নমক্তা নুংঙাইবা মওং অমনি। মণিপুরদা লৈবা ঐখোয়গী মফম অদুগী পুন্সিদি ওষ্ঠোক্না ফকচিনবা তৌফম লাকফম খঙদবা অমা ওইবনি, অদুবু থা কয়া চুপ্পা অঙৌবা য়ুরোপকী মীশক অমত্তা উবা ফংদ্রবদা ঐগী ইপুরোয়বদগীদি ঐনা খরা হেন্না নুংঙাইথোক্না লেনবা ঙমই। মদুমক্না মঙোন্দা য়াম্না ব্রাহল্লমই হায়বদি নত্তে। মহাকসু থোকউ-থোকউবা ফিভমশিংদা মশাবু অদুম চুশিন্ননবা হোৎনজখি, করিগুম্বদসু মহাক্না ফংজদ্রবা কয়াগী মরমদা খল্লুবা শুকলৈ লৈতনা। করিগুম্বা মতমদা কনাগুম্বা অমনা ঐখোয়গী অদুদা লাক্লগা মতম খরা লৈরবগী তাঞ্জা লাকপা খুদিংমক মহাকতি য়াম্না পুক্নিং চঙজবনি। ঐখোয়না কোহিমাদা লৈরিঙৈদসু চিফ কমিস্নার অমসুং মাগী মচানুপীবু মণিপুরদা লাকপীনবসু কন্না থেমজরম্মী, অদুবু মিষ্টর ক্বিন্টনদি হান্ননা লম অতৈ চৎপগী থৌরাং লৈপ্তবা মরমনা অমসুং লাপপ্তবা লম অসিদা লাকপগী মতম কাইথোকপা ঙমখিদবনা, ঐখোয়না হায়জবা অদুদি শীন্দোকপা ঙমখিদ্রে। লুরিবদি কোহিমাদগী মণিপুর য়ৌরকপগী খোঙচৎ অসিনি। য়াম্না শাংবা লম্বী অসি নৎলমদ্রবদি, কোহিমাদা লৈবা কয়ানা য়াম্না তোয়না ঐখোয়বু উনবা মণিপুরদা লাকলমগদবনি। নিয়ম অমসু ওইনা মখোয়গী ছুটিগী অপূনবা শরুকসু - লাকপা অমসুং হনখিবদা অদুম লোইবা তাবনি।

কোহিমাদগী হল্লক্লগা মতম খরদি ঐখোয়গী লৈফম রেসিদেন্সিদা অমুক লৈরে। অদুগী তুংদা অমুক ঐখোয়, বর্ম্মাদা লৈবা তুমুদা চৎলম্মী। ঐনা বর্ম্মাদা চৎপদি হন্দক্কী অসিনা অহানবনি। ঐহাক্কী নুপাদি হৌখিবা চহিদসু চৎলুরে, অদুবু ঐহাক মতম অদুদা কন্না নাখিবনা মহাক্কী মতুং ইনবা ঙমদনা অদুম লৈহৌখি। ঐখোয়না চৎপা খোঙচৎ অদুদদি নুংশিৎ-নুংশাসু য়াম্না ফজনা নুংঙাইরকপা মতমনি।

ঐখোয়না লাকখিবা লম্বী অদুদা উবা মহৌশাগী লমদম, অশং-অমালশিংদু থোইদোক্লা নুংশিবা, ফজবগী মশক্নি। কাছার লম্বীদা লৈহৌবা জঙ্গলশিং অদুগা মান্নদনা, মফম অসিগী জঙ্গলদি অদুক হাক্লসু কুণ্ডদবনা হেক য়েংথোকখিবদা অকোয়বদা লৈরিবা মফমশিং অদুগী থোইদোক্লা ফজরবা শক্তম কয়া মরক মরক্তা উবা ফংই। অশঙবা উনা ব্রানাগী অহাঙবা মফমশিংদা লৈবা লম্বী অদুদা ঐখোয়না অসুম লাকপদা নুংশা মঙালনা য়ৈবদা লংখৎনা উরিবা লৈতেম মান্নদ্রবা জঙ্গলগী লমদম অদুদা চীঙগী নাপোম কয়া ব্রাং-চাউনা মথং-মথং লৈরম্বা উখি। নকশীল্লকপা মতমদা শংনা-ইঙনা উবদু হেন্দোরক্লবা মতমদদি অমুক মঙ্গ্রা মচু মাল্লগা অসুম অসুম লাপথোরকপগী মতুংইন্না অথাপ্পা অতিয়াগা শন্নবা মানবা মফমদদি মখোয় অদুগী শঙলৈনবা মচুনা ফিবান চেলহৌই। ঐখোয়গী পূক্লিংদা, উখিবা চীঙ কয়া অদুগী দৃশ্যনা নুংশিবা ফজববু শৈথানিংবনা পীক থল্লি। ঐখোয়না তুমু নকশীল্লক্লবা মতমদদি, চৎলিবা লম্বীগী নাকল অনিমক্তা চিংশু পাম্বীগী জঙ্গল ঙাক্তনি, অমরোমদা নুংশাগী মৈশাদি য়াম্না শাগৎপা হেল্লম্মী।

নুমিৎ মঙানিগী মতুংদা,মণিপুর অমসুং বর্ম্মাগী মরক্তা লৈবা, মোরে কৌবা মফমদা লৈবা ঐখোয়গী থুংফম অদুদা য়ৌরে। ঐখোয়, বৌধগী লাইশঙ পেগোদা অমদা লৈরুই। পেগোদা অদুদা বুদ্ধগী মুর্ত্তি, লোয়ননা অতৈ অচম্বা উমং লাই কয়াগী শক্তম্না পীক থল্লি। মদুনা তাকপদি মফম অদু অশেঙবা মফম অমনি হায়বসিনি। বর্ম্মাগী মীওইশিংদি লৈ-শু য়াম্না পাম্মী। মতম পূম্নমক্তা ফজ-ফজরবা মচুগী লৈ কয়া গমলাদা হাপ্লগা মখোয়গী লাইশিংদুগী মমাঙদা থম্মী। মখোয় মশাবু ইংহন্নবা হুমাই মচা-মচাসু শীর্জীন্নে। ঐখোয়না লৈরুরিবা পেগোদা অদুসু কবোশিংগী য়ুমগী মওংদা লৈবাক্তগী ফুট অহুম ব্রাংনা উচুক

য়ুংলগা শাই। মফম অদুগী লৈমায় ঈশিং নুংশিং য়াম্না চোংপা মরমনা য়ুমগী লৈমায় অদু পংথ-পুমথরক্তনবা ঝাংখংপসু অদুম মশানা তাবনি। তুমুদা তৌরিবা পুম্নমক অদুদি মণিপুরগা পুমখেন খেন্নরে। নুপীশিংনা অরঙবা কানা ফজবা মখল মখলগী মচু শেং-চায়, মশম অদুসু ফজনা শেমই, কোকথক্তা অচৌবাশম্বুল অমগা লোয়ননা শম্বুল অদুদা হুমাই মচা অমসুং ফজবা মচুগী লৈ কয়া থেংচিল্লি। নুপী পুম্নমক চুরুট থকই- করি অমুক হায়গনি চহি য়ামদ্রিবা নহাশিং অদু ফাওবা .......। মখোয়গী মচীন্দা অচৌবা চুরুট অমা য়াওদবসি পঙউ উদে। চুরুটশিং অসি ময়াক কন্দবা মখোয়গী ইংখোলদা হৌরগা কংহন্দুনা শেম্বা হিদাকমনাশিংনা শেম্বনি। ভারতকী মহৈ-মরোং পাম্বী চুজাক মনাগুম্বদা য়াম্না য়াম্না কোনশিন্দুনা শেমই অদুগা অরোয়বা মতোনশিং অদু অকুপ্পা মুগাগী লংনা কিশিল্লি। ইংলেন্দা থক্করিবশিং অদুদগী মখোয় অসিনা মপোপ চাউবা, শাংবা হেল্লি। তুমুদা লৈবা কবো লৈশাবীশিং অদুদা ঐগী নুপানা ইংলেন্দগী পুরকপশিং অদু পীথকপদা ময়াক কনমল্লী হায়দুনা মখোয়দি থকনিংদে।

ঐখোয়না থুংলবগী মতুং, মথংগী নুমিত্তুদা কবোগী মেয়োক হায়না খঙনবা সিভিল ওফিসার অদু ঐখোয়বু উনবা লাকখি। তশেংনমক মহাক মশাদি বম্মাগী মীনি অদুবু ইংলিস য়াম্না ফজনা ঙাঙবা ঙমই। মপূক্লিংদা, মহাক্না ঙমজবা ঐখোয়গীদমক্তা তৌজনিংবা কয়ানা লাংতক্লরম্মী। মহাক ঙাংলৈনবা মচুগী য়াম্না মেঙবা মুগাগী ফিজোল শেংলি, মকোক্তা নাপু মচুগী কোয়েৎ য়েৎলি, অসুম্না য়েংবদা ফজরবা ঙাংলৈনবা শগোল মচা অমা মাগী ফিজোল অদুগা লোয়ননা তোংদুনা চৎপদু তশেংনমক ফজবগী মশক্নি। ঐখোয়সু শগোল তোংদুনা তুমুদা চঙনিংই হায়রুবদা, মহাক্না নোল্লুকপগা লোয়ননা ঐখোয়গী লম্বী চিংবীদুনা চৎমীন্নখি অমসুং হল্লকমীন্নখি। মহাক, লোয়নবদা নুংঙাইরবা মীশক অমা ওইনা ঐখোয়গী পূক্লিংদা ফাওখী।

ঐদি তুমুদা লৈবদু য়াম্না নুংঙাইজে। খুঙ্গংগী অকোয়বদা চৎতুনা পেগোদানচিংবদু য়েংই অমসুং মফম অদুগী খঙবা য়াবশিং অদু খঙজীল্লি। মফম অদুগী ফজরবা মুগাগী পোং খরগা লোয়ননা তোপ তোপ্পা মওংদা নীংথিজনা হক্কুনা শাবা উগী শত্রং মরুশিংসু লৈরকই। ঐখোয়গী শান্নবগা চপ মান্ননা বম্মাগী

মীসু অঙৌবা অমসুং অমুবা মচুনা য়েকপা উপাক অমদা মশিং চপ মান্ননা শত্রং শান্নে। শান্নবগী নিয়মসু অম্মানি অদুবু পোশিং অদুগী মমিং তোঙান্না থোল্লি। ঐখোয়গী পো মরু, দালান অমসুং অকল অথৌগী মহুত্তা মখোয়গীদি শামু অমসুং পেগোদা ওইনা হুকই। শত্রংদি মণিপুরীশিংসু শান্নে। অমুকথক ঐনা, মহারাজা অদুগী ওইনা লৈবা, শামু ময়া অমসুং সনাগী নীংথিজনা হুক্লুবা অপূনবা শত্রং মরুশিং উখি। ঐনা ইজরিবা মতম অসিগী ওইনা, ঐনা তুমুদগী অমা পুরকপা অদুদি উয়ুং (উ মখল অমা) দগী শাবনি, উবদা থায়নগী পোৎ অমা মান্না ঐঙোন্দদি শুমহৎপা ফাওজে। মেয়োক অদুনদি ঐগীদমক্তা শত্রংগী অহনবা সেট (মচাক শুরবা পোৎ) অমা শাহন্নবা কন্না নীংজখি, অদুবু ঐদি - মতম অদুদা ফংজরিবা মফম অদুগী পোৎ অদুনা হেন্না ফরে খন্দুনা অদুম লাক্লে। ঐখোয় অয়ুক্কী চাকলেন খরা চারুনবা হল্লকপা মতমদা মেয়োক অদুনা পাউ অমসু তমখি মদুদি সিফায়গীদা থবক তৌবা গ্রান্ট কৌবা সাহেব অমসু মফম অদুদা লৈ হায়না। ঐখোয়দদি মদু য়াম্না নুংঙাইবা পাউ অমা ওইখি, মরমদি মণিপুরদা ঐখোয়না লৈবা মতমদা, মাইল মরিফুতরাতরুক লাপ্লা কোহিমাদগী নকশীন্না ঐখোয়গী মীশক, য়ুমলোন্নবা অমা লৈ হায়বগী ৱাখল শুকলৈ লৈখিদবনি। অদুবু হৌজিক্তি কনাগুম্বা মীশক অমা লৈরমলে, অতেনবা খোঙচৎ, শুপ্পগী মাইল হুম্ফুমঙাগী লমদা।।

ঐগী ইপুরোয়বনা চৎলগা নুপা অদুবু উনরুগনি হায়বনি, অদুবু মানা চৎত্রিঙৈদা হায়রীবা সাহেব মশামক্তা ঐখোয়বু উনবা লাকখি। করি অমত্তা খঙহৌদনা কনাগুম্বী নুপী অমা লৈরমগনি অমসুং খংচঙ হেক চঙশীল্লকনি হায়বগী ৱাখল অদুদি মতম অদুদা মিষ্টর গ্রান্টকী ওইনা মাগী পূক্লিংদা ফাওখী হায়বসিদি ঐ খনদে। মহাক্তা শেৎলকখিবা ফিজোল অদুগী মরমদা করিসু থৌশাদবগুম তৌরম্মী। শেৎলিবা ফি অদু জঙ্গলগী অচীকপদা লৈবা থবক তাফম মফম অমদা কনাগুম্বী নুপী নহা অমা লাকপগী ওইথোকপসু লৈত্রবদা মহৌশানা য়ুম পান্দ্রিবা নুপাশিংনা শেৎনরিবা ফিজেৎ অদুনি। অদুম ওইনমক মহাক্কী নুংঙাইজদবা অশোয়বা অদু থুনমক ফননবা তৌখি। মহাক অমুক হন্না মাগী বাঙ্গলোদা চৎখ্রে। মহাক অমুক হল্লক্লুবা ঐনা মাবু ৱাশকহনখি। হনসু হল্লকখি হেন্না মতিক চারবা ফিজোলদা, চুম্নগী মখোয়গী থুংফম, লেকপম চাফমদা ওইরিবা নুংঙাইতবশিং

অদু নত্তবা মওংদা ! মহাক্তি পূক্লিং মকারাম্না য়াম্না নুংঙাইথোকপা মীদানি। ঐখোয় অনিমকপু মহাক্না য়াম্না নুংঙাইহনখি অমসুং তুমুদা নুমিৎ মরিনি লৈবদু অতৈ মতমদগী পূমখেন খেন্নহনখি। মহাক্কী লৈফম অপীকপা জাগা অদুদা ঐখোয় মাগা লোয়ননা চা থকমীন্নবা চৎলুই। মতম অদুদা মানা ফাগী য়াম্না তৌখিবদি সিফায়শিংগী ওইনা পীরিবা চিঞ্জাক, চিনি, মকখন অমসুং অতৈ অতৈ কয়াগী মরমদা সিফায় কাঙবু অমগী থবক পুবা ওইনা মহাক তুমুদা লৈজবনি হায়না .... অদুবু মফম অদুগী অচীকপদা য়াম্না চাওখৎলবা লমদগীসু য়াম্না লাপ্না লৈরগা, মহাক মশামক য়াম্না থব্রায় চাউখৎনা অমদি পূক্লিং নুংঙাইথোক্লা লৈরম্বদুদা ঐখোয়দি ঙকখিবনি।

মোরে থানাদা লৈবা ঐখোয়গী থুংফম অদুদা মহাক নোংমা লাকখি অদুগা ঐনা কেক শাবদা মহাকসু য়াওশীন্দুনা ইতেং পাংলম্মী। ইচুম চুম্না হায়রবদা কেক অদু মুশুক মুনা কাথেক্লম্মী। ঐগী নুপানা কেক ককপগী মওং খরসু হৌদোকই, অমসুং অদুম তৌবদুদা ঐখোয়না তিংগদবা নুমিৎ খরনিগী মৈতাল তিংদবা য়ারনি হায়রদুনা কেক মখলশিং অদুগী মরমদা ৱাফম অতৈসু ফোঙদোক্লরম্মী। মিষ্টর গ্রান্টকা ঐগদি হনবা লৈতনা কেক অদু কক-কক্তুনা অদুম থবক চখবদা কোন্নদি ময়ায়দা য়াওবা শরুক অয়াম্বদি ঐখোয়গী কান্নজবা ওইনা য়াম্না ফনা চাবা য়ারম্বদু থেংনরুই। ঐগী নুপাদসু, অমুক্তা চাদুনা য়েংউ হায়না থেম্বদা, মহাকসু চাদুনা য়েংলে, অদুগা 'য়াম্না হাউরে' হায়না ফোঙদোকপীখি।

ঐখোয়দি উরৈশিংবুসু য়াম্না পামজে। হায়রিবা উরৈ কয়ামরুমদি তুমুগী অকোয়বদা হৌরিবা উপাম্বীশিং অদুদা মরাং কায়না কায়না শাৎলি। অসুম্না ঐখোয়, খোঙনা য়াম্না নুংঙাইথোক্লা লম শাংনা শাংনা চৎলগা উরৈ কয়া পাম্বোম থন্না য়ানশিল্লগা হল্লকই।

ঐখোয়না বর্ম্মাদা লৈবগী মতম লোইদুনা মিষ্টর গ্রান্টকা বীদায় তৌনবদা ঐখোয় কয়াম নুংঙাইখিদবা .....। মহাকসু মতম খরা ছুটি লৌরগা ঐখোয়গীদা লাকপীয়ু অমসুং লোক্তাক পাৎতা ঙানু কাপমিন্নরুসি হায়না ঐখোয়না থেমজরমখি।

আসামগী তেলিগ্রাফ দিপার্টমেন্টকী সুপরিনতেন্দেন্ট মিষ্টর মেলভিল অমসুং ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফল্‌সকী লেপ্টনেন্ট সিম্পসন, মখোয় অনি ঐখোয়গীদা লাক্কদৌরী হায়বগী পাউ অসি, ঐখোয়না হল্লকপা লম্বীদা তাবা ফংখি। মখোয় অনিমক কোহিমাদগী মণিপুর তান্না লাক্লগা লাংথবালদা থমলম্বা সিফায়গী পোৎ-চৈ কয়া য়েংশিল্লুনবা হুকুম অমগী মখাদা লাকপনি। ঐখোয়দি, মখোয় লাক্কনি হায়বা পাউ অসি তাবদা য়াম্না নুংঙাইজখি, মরমদি নিংথমথা খুদিংগী চুম্নগী মী অমা অনি মাগী মাগী মথৌগী ওইনা চহি খরসিদা লাকখিবশিং অদুদফাওবা ঐখোয় নীংবা থুংখিদে। ঐখোয়না তুমুদগী মণিপুর য়ৌরক্লবা মতুং নুমিৎ তরানিগী মতুংদা মিষ্টর মেলভিল থুংলখি। মিষ্টর সিম্পসনদি অদুম হান্না লাকপ্রে। মহাক্তি শিলংদা ঐগা মুন্না খঙনরক্লবনি, লু-না তিন্নবা মরুপ-মপাং অমসুনি। মহাক্তি য়াম্না শিংই, ঈশৈসু ফজনা শকপা মীনি। পুং কয়া চুপ্না মানা প্যানো খোংজবদগী হেন্না পামজবা অতৈ পামজবা অমত্তা লৈরমদে। য়েংশিরুদ্রবদি মানা পাম্রিবমখৈ অদুম খোংদুনা লৈবনি। ঐগী নুপাগা মহাক্কদি য়াম্না চান্নবা মরুপ ওইনা তিন্নখি। মখোয় অনিগী অপান্বসু চানৈ, লোযননা মিষ্টর সিম্পসন, ঐগী নুপাগা লোয়ননা উচেক কাপমিন্নবদা নুংঙাইজৈ। নিংথৌগী মচাশিংদুগসু, মরুওইনা যুবরাজ অদুগা য়াম্না হৈনরম্মী। যুবরাজনা মহাক্কী নোংমৈশিং অদু য়েংই অমসুং সিফায় লাম্নীগী ওইবা ৱাফমদা ৱারী কয়া শাই। শা-উচেক কাপ্পগী থৌরম কয়া যুবরাজ অদুনা শীল-লাওবনি অমসুং শা-উচেক কাপ্পা চৎলুবা খুদিংগী মখোয়গী খাউশিংদু পীক-পীক থন্না হল্লকই।

মিষ্টর মেলভিলদি ঐখোয়গা লোয়ননা নুমিৎ হুমনিদমক লৈখি, অদুবু মানা তুমুদগী হল্লকপগা ঐখোয়গীদা নুমিৎ নিনি'মুক লৈখিগনি হায়না ৱাশক্লম্মী। মহাক তুমুদা মহাক্কী ওফিস য়েংশীনবা চৎপনি। মিষ্টর মেলভিলনা থুংবা ফেব্রুয়ারী তাং ২১ নোংমাইজিং নুমিৎকী য়াচঙবদা চিফ কম্মিস্নারনা ঐখোয়দা থারকপা তেলিগ্রাম অমা ফংবদা ঐখোয় পুমঙক ঙকলম্মী। মরোলদি অসিনি :-

"ঐহাক থুনমক মণিপুরদা লাক্লবা থৌরাং তৌরি। লম্বী সোরোক, মীথুংশঙ মওং তানা থম্মু। মথং হায়রক্কদবা ৱা অমসুং তারিখ হায়রক্লগনি।"

ঐখোয়গী ৱাখলদা ইলেকত্রিক্লা চিংবগুম ফাওখি। করিগীদমক অসুক খঙহৌদনা চিফ কম্মিস্নার লাক্কদৌরিবনো ? তেলিগ্রাম অদুদা অকুপ্পা মৱোলসু

পন্দে। মহাক্না ইথা থাজদনা লাক্নদৌরিবা অসিগী অমত্তা ঙাম্নরবা মরম অমা ঐখোয়না খঙ্গবদি, হান্নগী মহারাজা অদুগী মরমদা করিগুম্বা খরা ওইবা য়াই হায়বসিনি। হায়রিবা মীশক অদুনা থা খরা কলকটাদা লৈরিঙৈদা, করিগুম্বা খরা শেমজিন শাজিন্দুনা মহাক্কী ব্রাকম অদু খন্নবীনবা অমসুং মহাক্কী লৈবাক অমুক হন্না ফংবদা মতেং পাংবীয়ু হায়না সরকারদা অমুক্তগী হেন্না চিঠি থাগ্রবনি। মহাক্কী চিঠি অদুদা অসুন্না হায়জীনগ্রবনি - মদুদি, মহাকপু মরম চাদনা মহাক্কী মনাওনুপা যুবরাজনা, ঐগী ইপুরোয়বনা তকশীনবদগী নিংথৌ খুভমদগী তাহোকপীবনি হায়না ....।

মশানা লোই থাজগ্রবা নিংথৌ অদুবু ঐখোয়গী সরকারনা অমুক হনজিনহনগদৌরিব্রা হায়বসিগী খঙনিংবা, লাংতক্নবগী ব্রাখল অমদি লৈবাক্কী মফম পূন্নমক্তা খন্নবা হৌরক্নম্মী। যুবরাজ অমসুং থাঙ্গাল জেনেরেলনসু ঐগী ইপুরোয়বগী মফমদা মহাক্কী মত করিনো হায়না লেপ্পা লৈতনা হংখিবনি। ঐখোয় ফজনা খঙবা ঙম্মী মদুদি করিগুম্বা নিংথৌ খুভম হনজিনহনবগী খোঙথাং অমা লাকপা থোক্নবদি, থবক অদুবু পাঙথোক্নবা হোৎনবদা অরুবা মতাঙ অমদি ওইগনি, মরমদি হান্নগী মহারাজা অমসুং মাগী মনাওনুপা পাকাসনাগা মখোয় অতৈগা শাথীনা য়েক্নবগী মরম অমা লৈনখ্রবনিনা ...। লন্নাই খঙজীনবা য়াবা মরম কয়াদগী পাউ অমসু ফংলে মদুদি খুৎশু-খুৎলাই, নোংমৈ মরু, চিঙ্গাক্নচিংবা কয়া অমা খোমজীল্লগা কোনুং মনুংদা পৈশিন্দুনা থম্লে হায়বসু।

হায়রীবা পাউ অসি, নোংমা ঐনা তান চানরুবদগী ফংবা ঙমখি। অইংবা খতুগী মতমদা ঐগী ইপুরোয়বনা উচেকশিং ফংবা ব্রারক্নবদা, লমঙানুনচিংবা ঐখোয়গীদমক কাপ্পীরুনবা হায়দুনা মণিপুরি শিকারি অমা ঐখোয়গীদা থবক তৌহল্লম্মী। নোংমদি হায়রিবা নুপা অদু মী থাদুনা কৌহল্লুই অদুগা ঐখোয়গী অপাম্বদু মঙোন্দা হায়রুবদা মানা খুন্নকখি ঃ- "হৌজিক উচেক কাপ্পুবা য়ারোই মরমদি যুবরাজনা ঐহাক্তা নত্তনা মাগী খুঙ্গংদা লৈবা মী পূন্নমক্তগী নোংমৈ পুরক্নবা হকুম তৌবদগী নোংমৈ পুম্নমক কোনুংগী খুৎলাই থম্ফমদা লৈখ্রে"। ঐহাক্না নুপা অদুবু চৎহনখিরমই অদুগা ব্রান্নী অদুমক ঐগী ইপুরোয়বদা অমুক হন্না তমলুরে। মহাক্না হায়খিঃ- মহারাজা অদু মণিপুরদা হল্লকখিগদ্রা হায়বগী

ব্রাখলদা, মখোয়না মায়য়োক্লবগী করিগুম্বা থৌরাং অমা তৌবা মাল্লি"। অশেংবমকসু, চিফ কম্মিস্নারদগী তেলিগ্রাম অদু ফংবদা ঐগী ইপুরোয়বনা মহাক লাক্কদৌরি হায়বসিসু দরবারদা খঙহনবা তাখি। মরম অসিদগী, লাওতক্লবগী খম থেঙবা থাক অদু য়ৌরক্কে। যুবরাজ অমসুং মাগা লোয়নবা মীওইশিংনা করি থোক্কদৌরিবনো হায়বা খঙদোক্লবা হোৎনবসি লেপ্পা লৈখিদে। মখোয়না খঙদ্রিবা অদুগুম্না ঐগী ইপুরোয়বসু করি অমত্তা খঙজদবনি হায়বসি মখোয় শুকথা থাজখিদে, অমসুং মতম পুম্নমক্তা মখোয় মপৃক্লিং নুংঙাইতনা হনখিবা ঙাক্তনি। ঐখোয় ইশামকসু মখোয়গা চপ মান্ননা করি থোক্লগদৌরিবা হায়বদুগী ব্রাখলদা লাওতক্লখি।

মতম অসিব্রাইদা ঐদি হান্নদগী ইংলেন্দ চৎননবা থৌরাং তৌরুরে। চহি অহুমদগী হেল্লক্লবা ঐখোয়গী মতম অয়াম্বগী ব্রারী অমদি "থবক্তগী ছুটি লৌবা অমসুং যুম" অসি ঙাক্তনি। জাহাজ চৎপগী তারিখসু লেপখ্রবনি, অসুম্না চিফ কম্মিস্নারনা লাকপগী ফল অদু ঙাইবগী ওইনা মণিপুরদা অসুম য়ৈথোক্লুনা লৈবদা ওইথোকপা য়াদবগুম্বা অমা লৈরক্কে। অদুমওইনমক ঐগী ইপুরোয়বনদি হায়খিবনি ঃ- করিগুম্বা ফত্ত-নুংদা থোরকপা তারবদি খুদোংথীবা অদুদগী নাম্থোকহৌনবগী ওইনা অঙনবা জাহাজ অমদা চৎননবগী থৌরাং তৌবনা অশিঙবগী থবক ওইগনি হায়বসি। ব্রাফম অসিগা মরি লৈননা ঐহাক খোঙশান্নবগীদমক তঙাইফদবা থৌরাং তৌরম্মী। ঐহাক লৈহৌনিংবগী ব্রাখলদি ফাওখিদবা নত্তে, অদুম্নদি ওইরগা যুমদা চিঠি ইবদা ঐগী মরুপ অমদা হায়খি ঃ- "কুম্মৈ য়েংউ, ঐ পোৎ ফজনা য়োমশীনবা ইয়া য়াদ্রি"।

মিষ্টর সিম্পসনসু মণিপুরদা মতম খবা শাংথনা লৈজনিংই। মহাক্কী তৌগদবা থবক পুম্নমকসু লোইরবনি; করিগীনো মরম খঙদে মানা পন্থনিংইবদো ...।

মাগী রেজিমেন্টকী কোলনেলদা তেলিগ্রামসু তৌখ্রে, মতম খরা মানা লৈজহৌবা অদু য়াবীয়ু হায়না, অমরোমদা ঐগী ইপুরোয়বনসু মহাক্না হায়জবা অদু শৌগৎপীখ্রবদা মমৈথঙদদি তঙাইফদনা ছুটি অদুসু পীরক্কে। মাগীদি ইচম চম্না চরাওনবা অমা ওইনা নুংঙাইজবদুনি লাল ওইরক্কদৌরিবা কয়া অদু খঙবা ঙমদনা। ইখং খঙহৌদনা ঐগী চৎপগী থৌরাংদা অহোংবা অমা লাকখিবদু যুবরাজ

অমসুং দরবারনা খণ্ডদবা তৌখিদে। চিফ কম্মিস্নারনা লাকপগী মরম করিনো হায়বসিগী লংলা-লংজিন অমা পুথোক্রবগীদমক্তা লৈবাক অপূন্বা শেন্নদুনা লৈবগী মওং অমা তশেংনা লৈবগুম তৌরম্মী। ঐনা থুনমক চৎখিনবগী পূক্লিং লেপ্পুরিবা অদুবু য়াম্না শাথীবা, মনুংদা অর্থ লৈবা অমা ওইনা লৌনখিবনি। মখোয়না খল্লিঃ- "ঐহাক খুদোংথীবদগী নাছোক্লবা চেল্লি"। ব্রাফম অসিমক্তি নোংমা ঐঙোন্দা থাঙ্গাল জেনেরেলনা করিসু চিংননিংঙাই লৈতবা মওংদা মদু নত্রা, হায়না হায়খিবা, অদুগা অমুকসু চিফ কম্মিস্নারনা মণিপুরদগী চৎখিদ্রিবা ফাওবদি ঐহাক্না চৎপদু য়েথোকপীয়ু হায়জখিবা ....। নিংথৌমচা পূম্নমক্না য়ারিবমখৈ ঐবু অদুম লৈননবা থেমখিবনি, অমরোমদসু অহল ওইরবা জেনেরেল অদুনা মহারাজদগী চপ মান্নরবা ব্রাফম অদু পুদুনা কয়ারক হন্নসু লাকখিবনি। ঐগী খোঙচৎ অদুগীদমক্তা জাহাজগী শেল পীগ্রবনি হায়বদু মখোয়দা শন্দোক্না হায়বগা লোয়ননা মশিমসু খঙহনখি মদুদি করিগুম্বা ঐনা অকক্লবা তারিখ অদুদা চত্তবা থোক্লবদি শেল পূম্নমক মখোয়না মৎখ্রগনি হায়বসু, অদুবু ব্রাফম অদুনা মখোয়দা করিসু ওইখিদে। ঐনা চৎখিবদু মখোয়না শুকপাম পামজদবগুম্না; ঐহাকপু অদুম লৈননবা হন্না হন্না হায়জখি। মখোয়না হায়রীবা অদুনে, ঐগী নুপানা ঐবু চৎলহননিংদবনে, ঐগীসু লৈথনিংবা ব্রাখলগী অপাম্বনে পূম্নমক অদুদা ঐগী ফিরেপসু ওইখ্রে।

মিষ্টর ক্বিন্টন থুংলগদবা নুমিৎ তরানি ব্রাৎলিঙৈদা পাউ অমা শেংনা তারে মদুদি মহাক্না লাকপগী থবক্তি হান্নগী মহারাজা অদু হনজীন্নবগী নত্তে হায়বসি। অদু ওইরবদি ঐ করি তৌগদগে হায়বদু ঐঙোন্দা হায়বীনবা ঐগী ইপুরোয়বদা তকশীল্লুবদা মহাক্না হায়খিঃ- "থোইদোক্না খুদোংথীবা লাকপা য়াবগী খন্দে, অদুনা নঙ' সুম লৈবা য়ারেদা"। লাক্কদবা থৌদোকশিংগী মরমদা কয়াগী মতিক ইয়াঙ য়াংনা ব্রারী শান্নখিবা হায়বদু ঐ য়াম্না ফজনা নিংশীংই, অদুগা ঐগী ইপুরোয়বনসু হায়খিবা, করিগুম্বা খরা থোক্লবসু, মখোয়না ঐবুদি য়ুমগী মখাদা লৈবা লৈনুংগী কা-শিং অদুদা করিসু অশোয়-অঙাম য়াওহল্লোই হায়না। ঐখোয়গী তুংগী পুন্সিবু খঞ্জিন্দুনা লৈরিবা মায়খুম অদুগী মরুমদা করি লৈরিবা হায়বদুতবু ঐখোয়না হান্না উজবা ঙন্নন্নবা অদুগা মরক মরক্তা ঐখোয়না য়াম্না হৈনিংদনা লৈবা মতমদুদা, ঐখোয় মোংফমগী মপানমক্তদা লেপ্পগুম্বনি

হায়বসি খণ্ডলম্লবদি তুংদা ওইরক্কদৌরিবা; লৈমায় খণ্ডদনা লুপ্লবা নরক্কী মশক ওইরবা অমম্বা কোম অসিদা তরক তরক অশিববু ঐখোয়না ঙাইদুনা লৈগদৌবগী শরুকপুদি, ঐখোয় অনিগী মরক্তা খুদক্তা শিনিংলমলোইদবসি কনানো .... ।

অদুম ওইনমক পূম্নমক অসি ঙাকপীহৈবা ঈশ্বরগী খুজিল থৌরাঙনি হায়বসিদা করিসু চিংনবা লৈত্রে। ঐখোয় খুদিংমক্ক। লাইবক্তা করি তম্লিবগে হায়বদু খণ্ডজবা ওমদনা অমসুং চণ্ডশীল্লক্লিবা চহি কয়াগী লৈচিল নোংফাই মরকসিদা করি অমত্তসু উরুবা ওমদনা ঐখোয়গী মরক্তা নোংমা নোংমগী চৎথ্রিবা লাক্লিবা পূম্নমক অসিসু ঈশ্বর মহাক্তগী ময়াথংনি ।

## ১৩শুবা শন্দুপ

চিক কম্মিন্নারনা লাকপদা, মাগীদমক ঐঙোন্দগী ইকায়খুম্নজবা ফোঙদোকপগী ওইনা থৌরাঙ কয়াদি তশেংনমক তৌবা তারম্মী। ঐগী পূক্লিংদা লৈখিবা খ্বাইদগী মরুওইবা অমদি, অদুক য়ামগ্রবা মীয়াম অদুবু করম তৌনা পীজ-পীথক তৌগদগে হায়বসিনি। চিঙ্গাক্কী মতাঙদদি, লম অসিদা ফংলিবা অসিসু অদুক হাকনা মরাঙ কায়দবনি। শনগী শাদি ওইথোকপা শুকয়া য়াদ্রে, মরমদি লমদম অসিদা কনা অমত্তনা শন হাৎপা য়াদে অদুগা হামেং-য়াউগী শাসু শনশাগুম্না ফংবা ঙমদে। যুবরাজনা য়াউ খরদি মতু লৌননবগীদমক্তা য়োক্নুনা থম্মী। নোংমদি, মওং অমা ওইনা, য়াউ অমা অনি হাৎলগা মহাক্না কোনুংদা লৈবা মুসলমান ওফিসারশিং অমসুং অতৈ মীনায়শিংগী চাকলেন অমা লাঙখি। অদুবু মদুদি য়াম্না তোয়না তৌবা থবক্তি নত্তে। মরম কয়া অসিদগী ঐখোয়দি চহি চুপ্পা অমা ঙানু অমসুং পাৎকী উচেক্তা চাদুনা লেল্লবনি। হৌজিক তোঙান্না লুরিবদি, অপূনবা মীশিং তরাতরুকপু পীজ-পীথক তৌগদৌরিবসিনি। ইচঙ থৌনা কাছারদগী য়াউ খরা ফংননবা ঐগী নুপানা কয়া অমা হোৎনখি। য়াউ মরি অমদি ফংলদুনা, মণিপুর তম্না লাকপা হৌরে হায়বগী পাউ ফংখি। ওহ্লোকপনি য়াউশিং অদু অমত্তসু হিংনা য়ৌরকত্রে। য়াউ হোইরক্লিবা নুপা অদুসু খ্বাইদগী হেন্না মথৌদা পূক্লিং চঙবা মীদানি, মহাক্না য়াম্না ৱানা অশীবা শা মরিমক অদু ঐখোয়বু য়েংহন্নবনি হায়না ঐখোয়গী রেসিদেন্সি ফাওবা পুরকখি। মানা ঐখোয়বু খঙহননিংখিবদি তোল্লবা জিবশিং অদু মহৌশাগী শিফম থোকপদগী অদুম শিগ্রে হায়বসিনি। অসুম্না, মহাক মশাসু য়াম্না মপূক্লিং শোকখি থৌদোক অদুদা।

চিঙ্গাক পীবগী য়াম্না নীংবা কায়না লৈনরিঙে তাল্লক অসিদা, মমৈথঙদদি ঐখোয়গী মমল য়াম্নবা থৌগন্নাই নুপা অদুনা ঐখোয়গী অৱাবদু কোক্লনবা হায়দুনা ৱাফম অমা হৌদোরক্লে। ৱাফম অদুদি, য়াউগী অশেঙবা শা ফংদ্রবনিনা, হামেঙদা ওইনা শেল থাদরসি হায়না।

ভারত্তদি কনাগুম্বশিংনা মরক মরক্তা হামেং চানৈ, শা অদুবু য়াউগীনি হায়বগী

ব্রাখলদা মশানা মশাবু মীনমজৈ মরমদি শা অদুসু চপ চানা তাঙনা ফংবনি, অমসুং শা হাৎলগা য়োল্লিবা অদুনসু, মানা পীরিবা শা অদু লমদম অদুদা ফংবা খ্বাইদগী ফবা য়াউগী শানি হায়দুনসু ব্রাশকই। অদুবু ঐখোয়না চহি অমা অনি যুম্রিং খুল্লিংদুনা লৈরক্লবা অমসুং নোংপোক লমগী ওইদবা ঙাঙবা মীশিং অসিবু খঙলক্লবা মতমদদি করম্বনা হায়েংনো, করম্বনা য়াউগীনো হায়বদুগী অচুম্বমক খঙদোকপা ঙম্লকই। মদু ওইনিংবা অমা ওইরসনু; ঐখোয়না করিগুম্বা পোৎ অমা ফংলক্লবা মতমদা পোৎ অদুগী করিগুম্বা মহুৎ অমা লৈরবদি, মদুদা অদুম পেম্থোকপা তাবনি। ঐখোয়গী থৌগন্নাই নুপা অদুনা হৌদোরকপা ব্রাফম অদুগীদমক, মতাঙ অদুগী ওইনা ঐনা মঙোন্দা তৌবীমল খঙবা ফোঙদোকচৈ। ঐনা লমদম অদুদা চৎলগা থিরুবগী মহুত্তা মঙোন্দা অপাম্বা হায়েং অমা থিরুনবা শিন্নরে, অমসুং নুমিৎ খরনিগী মতুংদা শা অমা (হায়েং) ফংলদুনা ঐখোয়দা য়েংহন্নবগী ওইনা রেসিদেন্সিদা পুরক্লম্মী। থবক অদুগী মতাঙদা, ঐখোয় মীশক মরিনা শাবা কমিটি অমা লৈখি অমসুং পুরক্লিবা হায়েং অদু, চিফ কন্মিস্নারগীদমক লাঙবা চাকলেন অমদা মগুণ লৈরবা শা অমনি হায়বসি ঐখোয়না ব্রারেপ্লখি। অসুম্না হায়েং অদু ঐখোয়না লৈশিল্লে অদুগা ঐখোয়গী মনা-মশিঙ থাবা ইংখোল অদুদা পুনশিন্দুনা থম্লে। নুমিৎ খুদিংগী শা অদুবু মচিঞ্জাক হুনবিদুনা থম্লবদা মহাকসু নোয়-চাউবা হেল্লমই অমসুং নুংঙাইনসু তুমদুনা লৈজৈ মচিঞ্জাক চাদবা মতমদা। নোংমা-নোংমগী অসুম হৌখিবনা মমৈথঙদদি চিফ কন্মিস্নার লাক্কদবা হাপ্তা অমত্তা মঙাইবে। মতম অদুদা ঐখোয়না খঙখি মদুদি মহাকপু ঙাক শেন্দুনা লাক্কদবা মীশিং চামরি অমসুং ওফিসার কয়া অমসুনি হায়বসি। মখোয় কয়াম কুইনা লৈগদগে হায়বসু খঙলমদে, অদুগা করিগী মখোয় অসুক য়াম্না লাক্লিবা, বর্ম্মারোমদা চৎখিগদৌরিব্রা হায়বনচিংবসু খঙলমদে। নুমিৎ খরনিগী মমাঙদা, মী কাঙবু অদুগী পোৎ-চৈ তুমু ফাওবা পুনবা কুলি খরা থৌরাঙ তৌগদবনি হায়বগী তেলিগ্রাম অমসু ঐগী ইপুরোয়বদা থারকখি। মিষ্টর ক্লিন্টন অসি, তম্পাক লমদম অসিগী মফম অমা ওইরিবা তুমুগী লম য়েংনিংবগী অপাম্বা অমসু লৈবা ওইরমানে হায়না ইপুরোযবনা খঞ্জখিবনি। অদুবু মরম পূম্নমক করিগুম্বা অমত্তা শেংনা খঙদবগুম তৌরম্মী, অমরোমদা মণিপুরগী মীশিংনসু করিনো হাযবসি খঙনীংবনা

লাঙতক্লখি।

চিফ থুংলগদবা চয়োল অমরোমগী মমাঙদা, ঐগী ইপুরোয়বগা উনদুনা ব্রারী ব্রাতায় শাননবা হায়দুনা মিষ্টর গর্দন থারকখি, অদু ফাওবদসু মখোয়না নীংলিবদু করিনো হায়বসি ঐখোয় করিমত্তা খঙলমদে। খঙগদৌরিবসি মখোয় পূম্নমক লাক্কদবা নোংমা ব্রাংলিঙৈ, মার্চ তাং ২১ থাংজ নুমিৎতা ঐগী ইপুরোয়বনা সেকমাই তান্না শগোল তোংদুনা মখোয়বু উনবা চৎপদা, মিষ্টর ক্রিস্টন্না ইপুরোয়বদা হায়রকপদগীনি। নুমিৎ অদুগী অঙনবা অয়ুক্তা মহাক সেকমাই য়ৌনবা চৎখিবনি। সেকমাই হায়বসি, কোহিমা চৎপা লম্বীদা ইহান হান্না পন্নবা মফম অমনি। মফম অদু য়ৌরগা মানা ঐঙোন্দা তার অমা তৌরকখি মদুদি মথং নুমিৎকী ব্রেকফাষ্ট চাবা মতমদা মী তরামাথোইগী থৌরাং তৌগদবনি হায়না, হায়রিবা অদু, মিষ্টর মেলভিল, মিষ্টর সিম্পসন অমসুং ঐখোয় ইশা য়াওরগদি মী তরামঙা শুরে।

নুংথিল অদু মিষ্টর মেলভিলগা ঐখোয় অনিসু অসুম শগোল তোংদুনা কোয়থোক্লবদগী হল্লকপদা, মণিপুরী সিফায় ময়াম অমা য়াম্না তফিং-তফিংনা সহরগী লানবল তম্না লাক্লহৌবদু উবদা, পূক্লিংদা করিগুম্বা অমদি অদুম ফাওরকখ্রে। সিফায় ময়াম অদুনা লম্বী অদুদা পীক থনখি; ঐখোয়না কোনুংগী অচৌবা থোঙ্গাল অদু য়ৌরকপা মতমদদি ঈশিং ঈচেলগুম্না অতৎপা লৈতনা চেনশীল্লক্লিবা মীয়াম মরক অদুদা ঐখোয়গী শগোলনা ফাওদোক্লুনা চৎপদা য়াম্না ব্রাখি। অদুবু উচিন নাচিন্না ঐখোয়গী লৈফম রেসিদেন্সিগী ইংখোলদা অশোয় অঙাম য়াওদনা য়ৌরকপা মতমদদি কয়াম নুংঙাইজখিবা! ঐগী নুপাসু সেকমাইদগী পুং তরেৎব্রাইদা হল্লকই, য়াম্না চোকথনা অমসুং মানা তারক্লিবা পাউ অদুদগী মপূক্লিং য়াম্না লাঙতক্লবগা লোয়ননা। ঐহাক মাগা লোয়ননা, মাগী অপীকপা মরন্নাই ওফিস কা অদুদা চঙশীল্লমই। মথং নোংঙাল্লকপদা তৌগদৌরিবা মরম পূম্নমকশিং অদু মানা ঐঙোন্দা তমখি কা অদুগী মনুংদা, ঐবু চেকশীন্না ব্রাশকহনখি - মদুগী ব্রাহে অমফাওবা মিষ্টর মেলভিল অমসুং সিম্পসন ফাওবা খঙহনবা য়াদে হায়না মরমদি - ব্রাফম অদু হকচীন্না অরোনবা অমা ওইখিবা মরম্না। খুদক্তা মানা চিঠি অমা ইখ্রে, নিংথৌ খুভম ফংলিবা নুপা অদুদা। ব্রারোলদি

অসুম্না হায়খি, মদুদি মথং নুমিৎকী নুমিৎযুংবা পুং তরানিথোই তাবা মতমদা চিফ কম্মিস্নারনা দরবার অমা তৌগনি অমসুং দরবার অদুদা নিংথৌগী মচানুপা পুম্নমক য়াওবীগনি হায়বসি মহাক্না আশা তৌই হায়না। অসিগী মতুংদা ঐখোয় অনি কা অদুদগী খোরক্লে অদুগা অহিংগী চাকলেন চামীন্নখি। ঐগী ইপুরোয়বনা ফংলকপা পাউ অদুগী ৱাখলনা ঐখোয় অনিমক্কী পূক্লিংদা অদুম লৈখিবনা, অতৈ অতোপ্পগী মরমদা ৱারী শাবদি শুকওম ওম্নখিদ্রে। য়াচওবগী মতম লোইখ্রবা তুংদদি, ঐখোয়দা লাকপা মীশক অনি অদুসু তুম্বা চওখ্রবদা ঐহাক খরা পোত্থাজবা ফংখি।

হৌজিক লেপ্পরিবদি, নিংথৌ খুভম পায়রিবা মীশক অদুবু মহারাজা ওইনা খ্বাইনা শকখওবীবা অসিনি, অদুগা মহাক্কী মনাওনুপা যুবরাজ অদুবুদি মথংগী নুমিত্তা ফমগদৌরিবা দরবারগী মতমদা ফারগা লৈবাক অসিগী ৱাংবদা চহি কয়ামরুম তাদ্বোকখিবা অসিনি। মসিগী পাউ অসিমক্কি ঐগী ইপুরোয়বনা পুরকখিবদু .......। ইকুই কুইদনা, কনাগুম্বশিং খরনা ঐখোয়গী ইফমদা ইঙ্গিত তৌরকখিবা অমনা, যুবরাজ অদুবু ঐখোয়না মরুপ-মপাও ওইনা লোয়নরিবদু ঐখোয়গী ইগুণ হন্থহঞ্জবনি হায়বসিনি, অদুগা অমরোমদা এংগ্লো ইন্দিয়ান ওফিসারশিংগা অতৈ ভারতকী মনুংদা লৈবা লমদম কয়াগী লৈবাক ঙাকপশিংগগী মরক্তা থম্নরিবা চৎনরোল অদুগী ৱাংমদা লৈবা ৱাফম অমসুনি হায়না ...। অদুবু, ঐখোয়না ইহান হানবা ওইনা মণিপুরদা লাকপা মতমদদি, ঐগী ইপুরোয়বদা মখোয়না তাকপীখিবনিঃ- মদুদি শোয়দনমক নিংথৌমচাশিং অদুগা মহাক্না মরুপ-মপাও ওইবগী মরী অমা থম্নবা হোৎনগদবনি হায়না, অমসুং মখোয়না ঙাওলিবা লোল অদুবু খওননবা হোৎনবনা মানা তৌগদবা মরুওইবা ৱাফম অমা ওইগদবনি হায়বা অসিমসু ......। মদুগী মরমদি ঐখোয়না লোল অসিবু খওবা ঙম্নবদি মহারাজগী ইমুং মনুংগী মীওইশিংদতা নত্তনা লমদম অসিমক্তা মতম কুইনগী ওইনা ঐখোয়গী পূক্লিং ৱাখল অমদি শক্তি শন্দোকপা ঙমগনি হায়বনি। ঐগী ইপুরোয়বনা যুবরাজ অসিগা মরুপ ওইনা তিন্নবদা, মহাক্কী মগুণ মাওবনি অমসুং চান্নবদা পকচদবা মওংনি হায়বদি ঐহাক শুকখন খনজদে। অসিমসু ফজনা লৈঃ- মদুদি যুবরাজ অমসুং অতৈ অতোপ্পা দরবারগী মীওইশিংনা করিগুম্বা অশোয়বা অরানবা অমত্তা মহাক্না য়াদনা, খওদনা তৌৱা য়াদে হায়বসু; করি অমুক হায়গনি

মখোয়না চুম্না তৌবা মতমদসু থাগৎপীফম থোকপদু মহাক্না অদুম থাগৎচবনি। অসিগুমনা মরুপ-মপাঙ ওইবগী লোয়নজবা মওং অসিবু মহৌশানা তৌফম থোক্কবা অরানবা ওইনা লৌবা তারবদি, লাল্লি চুম্মী হায়বীবা ঙম্বা শক্তি পায়রীবা মীওইশিং অদুনা করিগীদমক্তা ঐখোয়না তৌরিবা থবকশিং অসিদা মখোয়গী ৱাফম অমা ফোঙদোকপীখিদবনো; অমসুং অদুগুম্বা মওং অমা লৈ হায়বদি কনানা খঙবা ঙমগনি।

অদুনা, যুবরাজ অদুগী মরায়বক্তা ওইরক্কদবশিং অদু খল্লুবদা ঐখোয় অনিমক্তি য়াম্নমক থৱায় নুংঙাইখিদে হায়বসি করিসু ঙকনিংঙাই লৈতে। ঐখোয়গী ইংলিস মরুপ মপাঙশিংদগীসু লাপথোক্লা ইচীক চীক্লা লেল্লবা পুন্সি অদুবু নুংঙাইহন্নবা হায়দুনা মহাক্না তৌবীখিবা ফজবা ৱাখলগী থবক থনা কয়া অমসুং মহাক্কী থৌজালহৈবশিংদু ঐখোয় লোয়না নীংশিংলকই। অসুক থুনা পাউ অমা হেক্তা পীশিল্লগা মহাকপু মণিপুরদগী থাদোকপীখিবদা মঙোন্দা কয়াম নুংঙাইজরোইদবা হায়বদুসু ঐখোয় ফজনা খঙবা ঙমলম্মী। অদুম ওইনমক ৱাফম অসিগী মরমদা হন্না হন্না ৱারী শাবা নত্তনা ঐখোয় করিসু তৌবা ঙমখিদে। অসুম্না ঐখোয়, নোংঙাল্লিফাওবদি করি অমত্তা খল্লগুমসি হায়দুনা পোখানবা হোংনরে।

তারিখ কুন্নিথোইনি, মাইকৈ খুদিং তরু তরু, তশেং তশেংনা নোং ঙাল্লক্লে, য়েংথোকখিবদা তম্পাক্কী লমদম অসে ফজবনা থনবনি। অসুক নুংশিনা ফজনা উবদি লমদম অসিদা অমুক্তা ওইখিদ্রি। ঐখোয়গী য়ুমগী ফক্লাং ময়াদা নাপু মচুগী আতরগুলাপশিংনা চবুল চবুল শাৎকায়রি। ঐগী নুপানা মিষ্টর ক্লিন্টন উননবা চৎখিবদু য়েংগে হায়দুনা ঐনা মাঙ্গোন মশাঙ অদুদা লাকপদা নুমিৎলৈগী নুংশিবা লৈনম্না ঐবু ওক্লমই। মফম অদুগী অকোয়বদা তৌনরিবা থবক পূম্নমকশিংদো নুংঙাইবা ৱাখলগী ঙাক্তা ওইরম্মী, অমসুং চুম্নগী মরুওইবদগী হেনবা করিগুম্বা খরা থোক্কদৌরি হায়বসি কনা অমত্তগী পূক্লিংদসু ফাওনখিদবনি। ঐখোয়গী য়ুমগী অকোয়বদা হৌরিবা উপাম্বীশিং অদুগী মরক্তা খল্লিবা অঙৌবা তম্বুর কয়ানা মুনা মুনা য়েংথোরকপগুম উখি, অমরোমদনা সিফায়শিংগী লৈফম থৌরাঙ তৌরিবা মফম অদুনা ঐখোয়গী য়ুমগী ফক্লাং ময়াদগীনা পাতকী অরোয়বা শরুক অদুফাওবা

শন্দোকখ্রি। ঐখোয়গী গাড়ী থৌদোকফম লম্বী অদুদগী মপানগী সোরোক ফাওবা মিষ্টর সিম্পসনগা ঐখোয় অনি, মিষ্টর ক্লিন্টন লাকপগী শেম-শারিবা, মাবু ইকাই খুম্নবগী থৌরাঙশিংদু য়েংলুসি হায়না অসুম ঙাহৌ-ঙাহৌ চখোকলুই। কোনুংগী মরুওইবা থোঙ্গাল অদুগী মনাক্তা চৌকি কয়ামরুম থাদুনা লৈ, গালিচা ফিদা অমসু শন্দোক্রমই অমসুং মফম অদুদা থম্লিবা তেবল অদুগী মথক্তা ফজবা লৈ কয়া অমসু থমলি। মহাক্না লাক্কদৌরীবা লম্বী অদুগী নাকন নাকন্দা মণিপুরি সিফায় কয়ামরুম পরেং পরেং লেপ্তুনা লৈখি।

ঐখোয়গী থৌগল্লাই নুপা অদুনা মরুওইবা পাউ অমা পুবদুনা ঐবু য়ুমদা হল্লক্লুবা হায়ররে। পাউ অদুদা ঐ শ্বায় লাউখি মরমদি হামেঙ অদু শিগদৌরে ! হামেঙ অদু মাগী অরোয়বা শ্বর হোন্দুনা লৈমায়থক্তা তাদুনা লৈরম্মী। মহাক্কী থব্রায় চৎখিবগা লোয়ননা, ঐনা খনজরুবা মঙোন্দগী লৌবা য়াবা চোপ অমসুং অতৈ মতুম মচা মচা কয়াগী মঙলানসু লোয়না অদুম চৎখ্রে। য়ুমদা মী থাদুনা অশাবা বীয়ার (পুকয়ু) লিক্লি অমসুং ব্রান্দিনচিংবা লৌহল্লুবগা মহিশিং অদুগী গ্যাল্লোন কয়া অমা জিব অদুগী মচিন্দা হৈজীনবীরম্মী, অদুবু পূম্নমক অরেম্বা তাপ্রে। মাগী ইকোন কোনবা নাহেবগী খোঞ্জেল অমদা খোংলম্লগা, মহাক ঐগী খোঙ ময়াদা অদুম শিরে। ঐ কপ্তুবা ঙমলমদে। ঐগী মরুপশিংবু পেলহন্নবগীদমক হামেঙ অদুবু ঐনা নোয় পেন্ননবা লাক্লবদা ঐনা কয়াম ব্রাজখিবা ! অদুবু, মহাকপু হাৎননবগী নুমিৎ তম্বা অদুমক্তদা মহাক্কী অশিবা মশা অদু ফুমজিনহনবগী মতাঙ অমা ওইরকপদুদি ওহোক্লা থব্রায় শোক্লিংঙাইনি। ঐ কপ্লগতা পোখাবা ফংগনি খনবনি; অদুবু কোনুংদগী কাপ্লকপা সালামি নোংমৈ মখোল অদুনা ঐগী পূক্লিংসে অমুক নৌনা মিকপ থোকহল্লে। নোংমৈ মখোল অদুনা তাকপদি, চিফ অমসুং মাগী কাঙবুশিং য়ৌরকপা উরে হায়বনি। থব্রায় য়াওদ্রবা জিব অদু ফুমজিনবীখ্রো হায়না হুকুম তৌরম্লগা, ঐসু থব্রায় নুংঙাইত নুংঙাইতনা মায় লৈথোক্লুনা য়ুমলোমদা লাক্লে। মিষ্টর সিম্পসন অমসুং মেলভিল অনিমক্না ঐগী অব্রাবদুদা নুংঙাইতবা উৎপীখি, অদুবু থবক মওং অদুদা ওইরিবা নোকনিংবগী ফিভম অদুদি খল্লুদবা ঙমদে। ঐখোয় মশেল ব্রা-ব্রা নোক্লুনা লোইশিল্লে, ঐনা য়াউগী শা ফংননবা হোৎনরুবা থৌরাঙ অদুগী অরোয়বদি অব্রাবনা লোইশিনখিবা অদুদা।

কোনুংদগী নোংমৈ তরানিথোই কাপখি। তরানিথোইশুবা অরোয়বদু হেক কাপখিবগা মিষ্টর ক্বিন্টন যুম অদুদা থুংলখি। মহাক্না লাকপদা কোলনেল স্কিন অমসুং ঐগী ইপুরোয়বা লোয়নরকখি। অসিগী তুংদা থুনমক, কেম্পতা লৈরুবা অতোপ্পা ওফিসারশিংসু মখোয়গী মীশিং অদু লৈতানা নুংঙাইনা লৈরিব্রা হায়বদু য়েংশিনবা লাক্লম্মী। ঐখোয় পূম্নমক অয়ুক্কী চারা চামিন্নবা চঙশীল্লকপা মতমদা ঐগী ইপুরোয়বনা করিগুম্বা অমগী মরমদা মপূক্লিং নুংঙাইতনা উবদু ঐ অদুম খঙলম্মী। মহাক ব্রা ইঙাঙ ঙাঙখিদে - ঐহাক চিংনবা হৌরকই, করি করম্বা অনৌবা পাউ অমা অমুক তারক্লবনো হায়না। তেবলগী অকোয়বদা নোক-খেনা নুংঙাইনা ব্বারী শানরিবা মরক্তুদা, ঐনা মঙোম্দা হংলুবগী তাঞ্জাসু শুকলে লৈখিদে। চিফ কম্মিস্নারগী মীওই কাঙবুশিং অদুসু ঐনা মশক ইখঙ খঙলমদে মরমদি মখোয় ৪২ শুবা গুর্খা রাইফল্সকী মীওইশিংনি, শক খঙনদবা ঙাক্তনি। হোয়, ময়াম অদুগী মরক্তা মিষ্টর (Brackenbury) ব্রাকনবরী গা ঐহাক্কদি কুইরবা মরুপনি হায়বসু য়াই। মহাক্তি মণিপুরদা হান্নসু লৈরম্রবনি। মহাকপুদি য়াম্না নীংথিনা খঙলক্লবনি ঐখোয়না মণিপুরদা হেক লাকপদগী; মরম অদুনা হায়রীবা থৌদোক অসিদা মহাক্না লাকপদু ঐখোয় য়াম্না নুংঙাইজখি। অয়ুক্কী ময়াম চামীন্নবা ব্রেকফাষ্ট অদু হেক লোয়বগা নুমিৎ অদুগী ওইনা পাঙথোক্কদৌরিবা থবক অদুগী ওইনা ঐগী ইপুরোয়বনা মফি মরোল শেৎত্রিফাওবদি ঐহাক্না মাগী মফমদা ব্রা ঙাঙজনবগী খুদোংচাবা ফংখিদে, অদুবু মাগী মনাক্তা চঙশীন্দুনা, য়াম্না নুংনাংবগা লোয়ননা মানা খল্লীবদু করিনো হায়না হংলুবদা হায়রক্লমই। "দরবার লোইবদা, যুবরাজ অসিবু ঐহাক্না ফাগদবনি হায়না হুকুম অমা তৌরি"। ব্রাফম অসিদা ঐ ইশামক্কীদি করিসু মোত পীগদবা নৎত্রে, অমসুং অসিগুম্বা থবক অসি তৌবদা লেম্বা লেমদবগী ব্রাদি খঙদ্রে অদুবু ঐগী ইপুরোয়বমক্তদা অসিগুম্বা থবক অসি পাঙথোক্লবা খল্লকপা অসিদি মহৌশানা মহাক ব্রাদনিংঙাই মরম লৈতে। চহি অহুমলোম চুপ্পা অসুক লু-না মরুপ মপাঙ ওইনা তিন্নরক্লবা মীশক অমবু, অচৌবা মরাল লৈরবা কনাগুম্বা মীশক অমগুম্না লৌরগা, মহাক মশামক্না ফাফম থোকই হায়না হুকুম অমা নমশীল্লকপা অসিদা, মহাক মশাবু ঙাকথোক কনথোকচবা ঙমদবনিনা য়াম্না নুংঙাইতবা, অব্রাবা অমা ওইখি ঐগী ইপুরোয়বগী মফমদা অমসুং শাথীনা মাগী থম্মোই

শোকখিবনি।

ঐগী লৈজবা থৌনা থোমজীনজরগা ইপুরোয়বগী মফমদা হংখি "ফাবদি তারবনিনা, অঁতে অতোপ্পা ওফিসারদা ফাহনবা য়দ্রা ?" ব্রাহং অসিদা মহাক্না খুমলকখিবদি, যুবরাজগা মখোয় অনিদি লু-না তিন্নবা মরুপ-মপাঙ ওইবনিনা, ফাবগী থবক্তু মহাক্না তৌরবদি, যুবরাজনা ব্রাফম অদু হন্থনা লৌগনি অসিনি। মহাক (যুবরাজ) নানথোকখিবা য়াদনবা চেকশিন থৌরাঙশিং পায়খৎখি। নিংথৌমচাশিং চঙলক্কদবা থোঙ অদুখক্তং খাক্নগা দরবার কাগী অঁতে থোঙ পুম্নমক্তি লোনশিন্দুনা থমখি। য়ুমগী অকোয়বদা লৈরিবা মফম, মাঙ্গোন অমদি থংনবা কা পুম্নমক্তা সিফায় ঙাক্নুনা লৈহনখি। নিংনরিবসি করিনো হায়বদু অয়াম্বা ওফিসারশিংদি করিসু খঙনরমদে, মখোয়দি ঐঙোন্দদুম ফাগী তৌরম্মী, অরোনবা অদু ঐহাক খঙই, খঙদে হায়বদু খঙননবা হোৎনখি, মহারাজা থুংলবা অদু ঐখোয় পুম্নমক্না ঙাইদুনা লৈরিঙৈ মতমদা।

তাল্লক অসিদা, ভারত সরকারগী অইবা হুকুম (ওর্দর) অদু মণিপুরী লোন্দা হন্দোকপা তাখি। লোল হন্দোকপগী থবক অদু তৌননবগীদমক ওফিসকী কেরানি অনিগা বর্ম্মাদগী লাকপা লোল হন্দোকপা নুপা অদুগা ঐখোয়গী রেসিদেন্সিদা পুরক্তুনা মখোয়দা ইননবা চে-চাং পীরম্মী। হুকুম অদুসু য়াম্না শাংবনা, ব্রারোল অদু হন্দোক্নবা হোৎনবদা মতম খরদি অদুম চঙলে।

কেরানি খুদিংমক্তুগী মনাক মনাক্তা সক্তি অমমম থমখি অমসুং মখোয়দা হন্দোক্নবা পীরিবা অদুদা য়াওবা ব্রাহৈ অমা ফাওবা কনাগুম্বা অমগী মফমদা তাকথোকলোই হায়না মখোয় পুম্নমক ব্রাশকপা তাখি। মখোয়না হন্দোকপদু লোইদ্রিঙৈ মতম খরগী মমাঙদা মহারাজগী মহুৎ শিল্লিবা নুপা অদু মাগী মনাওনুপা পুম্নমক্তা লোয়ননা ঐখোয়গী রেসিদেন্সিগী থোঙ্গালদা থুংলরে। ঐনা মনাওনুপা পুম্নমক হায়না খরা কনশীন্না হায়রীবগী মরমদি নুমিৎ অদুগী থৌদোক অদুদদি যুবরাজ অদু মাগী ময়াম্বগা লোয়নরকখিদে হায়নৈ। মহাক্তি অঁতে অতোপ্পশিংদুগা লাকর্মিন্নৈ হায়বদু মতুং তারকপা অচুম্বা খরদগী খঙনরকপগুম তৌখি ....। নিংথৌমচাশিং অদুবু থোঙ্গালদা ঙাইহনবগী মরম লৈরমদ্রবদি নুমিৎ অদুগী থবক থৌওং অদু তোঙানবা মওং অমদা লোইশিল্লম্বা য়াবনি। অসুম থীহ্নুনা লৈনবদুদা

মণিপুরি সিফায় খরদি রেসিদেন্সিগী ইংখোল মনুংদা চঙবগী তাঞ্জা ফংহনম্রে অমসুং তৌরিবশিং পূন্নমক্তু মখোয় লোয়না খঙজীনখ্রে। মখোয়না ফংলিবা তাঞ্জা অদু শিজীন্নদুনা, ঐখোয়গী সিফায় ময়াম চাইথোক্লা লৈরিবদুসু খঙজীনখি, চঙফম সিরি পরেংদা গুর্খা ময়াম লেপলীবদু উখি অমসুং চপ মান্নবা ফিজোল শেংলবা ওফিসার ময়াম্মা মপান্দা পূক্লিং চঙশীন্না লৈনরিবদুসু উখ্রে। মখোয় খরা অমদি করি অমুক হায়গনি, য়ুমগী অকোয়বদুদা চৎলগা সিফায় ময়াম অমসুং লম্পাক অদুদা তৌরিবা সন্ত্রি, অসিনচিংবা পূন্নমক অদু উখ্রে।

তশেংনমক, চঙলকখিবা মণিপুরিশিং অদুনা ঐখোয়গী তৌরিবা পূন্নমক অদু উরগতা তোকপা নংলমদে। মখোয় থুনমক থোকখ্রগা যুবরাজ য়ৌখ্রে, উখিবা পূন্নমক মঙোন্দা তমখ্রে। মতাঙ-তাঞ্জা অসিদগী যুবরাজ অদু মনাওনুপা সেনাপতি অদুগা লোয়নননা অমুক ময়ুমদা হনখিবগী খুদোংচাবা লৌখিবনি। শারবা নুংশা অদুদা অসুম ঙাইদুনা লৈবদা মহাক মশা য়াম্না ঙমদ্রে হায়না মরম অমদি পীরমখি। মতম খরগী মমাঙদসু, মহাক মশাদি ঙমখিদবনি অদুবু, নুমিৎ অদুগী থৌদোক্তা তশেংনা মহাক মশা ঙমখিদবরা, ঙম্বরা হায়বদুগী চিংনিনিংঙাইগী মরম অমদি ওইখ্রে। সেনাপতিগা খঙনবগুম্না হান্নসু মহাক চিফ কম্মিস্নারগা শকখঙনখ্রবনি। সেনাপতি অদুদি, থাংজ নুমিত্তা শগোল তোংদুনা শেকমাই তান্না চৎলগা মিষ্টর ক্বিন্টন উনরুবনি, যুবরাজ অদুসু নোংমাইজিং নুমিত্তা মাইল তরেৎ লাপ্পা চৎলগা উনখিবনি।

মরম অদুনা, নিংথৌ খুভম শিল্লিবা হান্নগী যুবরাজ অদু অমুক রেসিদেন্সিদা লাকউ হায়না কৌবা মতমদা, মহাক অদুম লাকখি, ইতোন তোনবা মনাওনুপা জিল্লা সিংহ, থাঙ্গাল জেনেরেল অমসুং অতৈ থোইদোক্লা মরুওইদবা মন্ত্রি খরগা লোয়নরগা।

নিংথৌ অদু মহাক্কী মনাওনুপা অনি য়াওদনা লাক্কে হায়বসি হেক খঙবমক্তা ঐগী নুপানা মিষ্টর ক্বিন্টন্দা খঙহনখি। মিষ্টর ক্বিন্টন্নসু নিংথৌ অদুদা পাউ অমুক পীরকলে মদুদি মাগী মনাও নুপা যুবরাজ অদু য়াওদনদি দরবার তৌবা য়ারোই হায়না। নিংথৌ অদুনা ঐখোয়গী য়ুমদা লাক্লিঙৈদা হান্ননা ঐগী নুপাগা কুইনা য়ারী শানরুরবনি। মনাওনুপাশিংদু কোনুংদা লাক্লনবা মী থাদুনসু মহাক্না

কৌহনখ্রবনি, অদুগা মহাক মশামক রেসিদেন্সিদা লাক্লগা মনাওনুপাশিংদু লাকপা ঙাইখিবনি।

কোনুংদসু অমুক হন্না মী থাখি অদুবু পাউ পুবা অদু হল্লকপদা মতম য়াম্না চঙখি। অহল ওইরবা থাঙ্গাল অদু, মতম অদুদা মশা য়াম্না ঙমদবনি অদুবু মহাক্কী মায়থোঙ অদুদা করিসু উহন্দবদু ঐখোয় ঙকই। ঐখোয়গী মী ফম্ফম কাদ ঐনা চঙশীল্লুবদা, অহল অদু লৈমায়দা তুম্লম্বা থেংনরুই। ঐহাক্না মহাকপু মোন অমা খাঙহন্দুনা সোফা মথক্তা হিপহল্লি, থুনমক মহাক নুংঙাইনা অমুক তুমথখি। মমৈথঙদদি যুবরাজদগী পাউখুম পুদুনা নিংথৌনা থাকবা পাউখোল্লোই অদুসু হল্লক্কে। পাউখুম অদুদি, যুবরাজ অদু ময়ুমদগী চৎপা ঙমদনা মশা শোকচীন্না নারে, মরম অদুনা মিষ্টর ক্বিন্টন্না মহাকপু ঙাকপীগনি অসিনি। মরম অসিদগী, দববাব অদু মার্চকী তাং ২৩ নিংথৌকাবা নুমিৎকী অযুক পুং নিপান ফাওবা য়ৈথোকখি। ব্রাফম অমনা, ইকায় খুম্নরবা নিংথৌ অদুদা মাগী মনাও নুপা অনি অদু দরবারদা শোয়দনা য়াওগদবনি হায়বসি মহাক্কী পূক্লিং চিংশিনখি। অদুগী মতুংদদি মখোয়সু হনখ্রে। মিকুপ অদুদগী হৌনা, ঐখোয়না নিঙনরিবা অদুগী করিগুম্বা ব্রাফম খরদি নিংথৌমচাশিং অমসুং মন্ত্রিশিং অদুগী পূক্লিংদা লৈখ্রে হায়বদা চিংননিংঙাই করিসু লৈত্রে। অমবোমদা ঐখোয়গী ওফিসাবশিংগী ব্রাখল্দা, পাল্লিবসি যুববাজ অদুবুনি হায়বসিসু খঙবগুম তৌখ্রে।

নুমিৎ অদুগী থবক্তি লোযশিল্লবনিনা ঐখোযনা ঙমজবা ঐখোয ইশেল নুংঙাইথোকপদা অমুক পূক্লিং চঙশীল্লমই। লম্পাক্কী অকোয়বদা ঐখোয় ময়াম চৎমিন্নে, নুমিদাংব্রাইবমগী মতমদা বাজারদা চৎলি। মিষ্টর ক্বিন্টন্না লাকপসিদা, নিংথৌমচাশিংসু য়াওনা শগোল কাঙজৈ শান্নবা হান্নবা থৌরাঙ তৌখ্রবনি, অমসুং নিংথৌ অদুনসু মহাক্কী সিফায় কাঙবুনা পাঙথোকপা ফজবা মখল অমসু উৎকনি হায়না ব্রাশকখ্রবনি। মসিদগী অমুক হেন্না, বেন্দ খোংবা কাংবুনা, নুংদাং চাক চাবা মতম খুদিংগী ফজবা বাঝাই কয়া খোংদুনা ঐখোয়বু তাহল্লি। নিংথৌকাবা নুমিত্তা ঐখোয়, মণিপুরি জগোয় রাস অমসু য়েংগদৌরি, অদুগী মতুং নুংদাংব্রাইরমদা কবিগুম্বা নোং-চীঙগী ফিভম ফববদি নাগা জগোয় অমসু তৌগনি। হায়রীবা থৌরম পরেং অসে মিষ্টর ক্বিন্টন লাক্কদবা হাপ্তা অনি

ৱাংলিঙৈদা ঐগী নুপাগা ঐখোয় অনিনা শেমখিবনি, অদুবু ঐখোয়না যুবরাজদা শীল-লাওবা য়াওবীদুনা জগোয়শিংদু য়েংবীয়ু হায়জবদা, ঐখোয়না মঙোন্দা লৌনম তৌবগী চিংনবা অমা লৈরে হায়বদু অদুম ইকোং ফোংনা খঙনরে।

নোংমাইজিং নুমিৎকী নুংদাং চাক চাবা মতমদা, মী অসুক্কী মতিক য়াম্না ঐখোয়গী রেসিদেন্সিদা উবদুদি অতৈ অতোপ্পা নুমিত্তা অমুক্তসু উখিদ্রি - পুল্লপ্পা মী তরামঙানি। নুপী ইথম্তা য়াওবদুদা ঐ ইথম্তা তরক তরক নুংঙাইজরমদে, অসুম্নসু খঞ্জখি - করিগুম্বা ঐগা চান্নজবা স্পিরিত ভুতকুম্বা অমনা নুপীগী শক্তম লৌরগা ঐগী লোয়নবী, ইমান্নবী ওইনা লৈরবদিকো ! হায়না ...।

বেন্দ খোংবদুদি য়াম্না পাম্না থাগৎনম্রে, অতৈ পুম্নমকশিং অদুসু য়াম্না ফজে, হরাও নুংঙাইবনা থল্লি। করিগুম্বা অৱাবগী ৱাখল অমত্তনা ঐখোয়বু নুংঙাইহন্দবা তৌখিদে। ঐখোয় পুম্নমক্কা মফম অদুদা ইঙনা পুল্লপ লৈমিন্নবগী ইরোয় লোইবা নুমিদাংৱাইরমগী মতমনি হায়বদু ঐখোয় করিসু খঙনখিদবনি।

মথংগী নুমিত্তদি মিষ্টর মেলভিলসু ঐখোয়গী মফমদু থাদোক্তুনা চৎখিবা তারম্মী। মহাক্কা ঐখোয়গা লৈমিন্নবা নুমিৎ নিনিদমক ঙায়রিবনিনা, অমসুং লমদম অসিগী করি অমত্তসু উদ্রিবনিনা, মহাক খরা শাংথনা লৈননবগীদমক ঐনা মহাকপু থেম্নবা হোৎনখি। অদুবু মঙোন্দদি মতমগী মমল য়ামলম্মী, অতৈ অতোপ্পা মফমশিংদা মহাক্কা তৌগদবা থবক কয়ামরুম লৈখি। মরমশিং অসিদগী মাগী থৌরাঙশিং অদু ঐখোয়না হোংদোকহনবা ঙমখিদে। মথং নুমিৎ তাং ২৩গী নুমিৎযুংবা মতুং ফাওবা লৈথরগে হায়না মশানা হিরম অদু শীন্দোকপদা য়ারে, লোয়ননা অহিং অদুগী পুং তরামাথোই তারকপা ৱাইদা ঐখোয় কায়নদুনা মহৈ-মহৈ পোৎথানবা চঙনরে।

## ১৪শুবা পন্দুপ

ঐনা ইজরিবা থৌদোকশিং অসি থোকপ্রবা মতুং নুমিৎ খরনি শুরক্লে।

হৌজিক ঐগী থবক অসিদা ইতেঙ ওইনা লৌখৎপা য়াবা, হৌপ্রবা মতম অদুগী করিগুম্বা নিংশিংনিঙাই শরুক অমা ফাওবা লৈহৌদরে। ইশিন খোৎচিন্দুনা থমজহৌবা মচেৎ অমত্তসু লৈত্রে, অদুম্নদি ওইরগা, অকীবগী মশক ওইববা নুমিৎ খরনি অদুগী অকুপ্পা মরমশিং অদুদি ঐগী নিংশিং ব্রাখল অসিদা অমুক মুখৎপা ঙমদনা অদুম হক্তুনা লৈপ্রবনি। মখোয়শিং অদু ঐগী ইফমদদি ঙরাংতা থোকখিবা থৌদোক্কা চপ মান্নবগুম তৌই। য়েক্লবা ওইববসু; লালহৌ অদুগী অকীবা মরক্তা অফবা খরা পাঙথোকচবদা, ফংখিবা খুদোংথীবা অদু শন্দোক্লা ইজবদা অঁতে অতোপ্পা খঙনিংঙাই মচাক অমগী করিগুম্বা মতেং ঐঙোন্দা তঙাইফদবা ওইজদ্রে।

তাং ২৩ গী অয়ুক্তা ঐখোয় পূম্নমক ঙন্তা হৌগৎনরমই। পুং নিপান তাবদা দরবারগী মতম লেপ্পখিবনি। চিঙ-লেন্নবা থৌরম অদুগীদমক কা পূম্নমক্তু শেম শাবা তাখি। তৌইগুম্বসুং পুং নিপান তারকপা ব্রাইদদি, যুববাজ অদু হৌগৎ কাঙখৎপা ঙমদনা য়াম্না কন্না নারে হায়বগী পাউ অমা কোনুংদগী লাক্লে। মরম অদুদগী, নিংথৌ ওইরিবা অদুসু লাক্লে। মহাক ,লাকপদা ইকায় খুম্নমা ওক্লনবগীদমক থারুবা অঙাঙবা ফি অদুসু লৌথোকহনপ্রে। অদুগী মতুংদা চিফ কম্মিশ্নার অমসুং ঐগী ইপুরোয়বনা, মতুং করি অমুক তৌগদগে হায়বদুগী ব্রা খন্নবা হৌখি।

নিংথৌমচাশিং অদু লাকহন্নবগীদমক ইকোন কোনবা থবক অমা পায়খৎনবা লেপ্পখি। করিগুম্বা লেপ্পরিবা থবক অদুদা অমুক শোয়রকপা তারবসু অঁতে অতোপ্পা মরম কয়াগী উপাই থিবা তারম্মী। নুমিৎয়ুংবা পুং তরানিথোই তারবা ফাওবা অফবা ফল অমত্তা ফংদ্রবদা পুং মরি তারকপা ব্রাইদদি, কোনুংদা যুবরাজ উনরুনবা

ঐগী ইপুরোয়ববু থারম্মী, মহাক মশামক্লা সরকারগী হুকুম চে অদু পুদুনা চৎলগা মাগী অঙন্বা শক্তি শিজীন্নদুনা যুবরাজ অদুবু ইঙনা তপ্পা সরকারদা অদুম চঙজহন্নবা থেমগদবনি হায়বসি ইপুরোয়বদা শিন্নখি, লোয়ন-লোয়ননা মসিমসু হায়রুগদবনি মদুদি মহাকপু (যুবরাজ) লম অসিদগী চৎলহনখিনবা থন্নরিবা ৱাফম অদু মতম চুপ্পগী নত্তে হায়না, অমরোমদা মহাক্কী ৱাখল, লমচৎপু ফজরবদি অমসুং নিংথৌ খুভম শিল্লিবা ময়াম্বা অদুনা শিখিবা থোক্লবসু মহাক (যুবরাজ) অমুক মণিপুরদা হল্লক্লগা মহারাজগী সিংহাসন ফংবা য়াগনি হায়না ... ।

চপচানা হায়রবদা, নুমিৎ অদুগী নুংথিল্দা ঐগী ইপুরোয়বনা মাগী মরুপ মিষ্টর সিম্পসনগা লোয়ননা চৎননবা থৌনা ফখিবা অদুদি, থোইবিনিংথৌগী মহুমদা চৈনা থিল্লুবগুম্বনি। মহাক্না চৎপা অদুদা মাগী থৌগন্নাই ওইবা মীশক অমত্তা লোয়নখিদে। মতম অদুদা কোনুং মনুংদা ওইরমগদবা পূক্লিং লৈত্তাদবগী মওং অদুসু মহাক খঙখি। মতম অদুদা কোনুং মনুং অদুদি, পৈশিল্লকপা সিফায়না পীক থনখ্রবনি; নিংথৌ অদুনসু নোংমা সিফায়গী কুম্মৈ উৎকনি হায়খিবা ঐখোয়নসু য়েংনীংখিবা, অদুগুম্বা মণিপুরি সিফায়শিং ঙাক্তনি।

পুং অমগী মতমদগী হেন্না, অসুম কুইথনা মখোয় অনি হল্লক্তবা অদুদা ঐগী পূক্লিংদা লাঙতক্লবা হৌরক্লম্মী। অদুবু ঐগী ইপুরোয়বা হল্লকপা মতমদা, মাগী মায়থোঙদা অদুম উরে মদুদি পাঙথোক্কনি হায়না চৎলুরিবা থবক অদু পাঙথোকপা ঙমলক্তরে হায়বদু। যুবরাজ অদু থাঙ্গৈমক শেংনা মশা ঙমদ্রে হায়বদুসু মহাক্না তম্মী। অহানবমক্তদা যুবরাজ অদুনা থোরকপিদুনা মখোয়বু উনবীয়ু হায়না থেমজবদা য়াম্না অরুবা মতাঙ অমা ওইখি হায়। মমৈথঙদা মহাক্কী মনাইশিংদগী, লাক্লিবা সাহেব অনিদনি হায়বা খঙলবদা যুবরাজ অদু হিপ্পা য়াবা দোলাই অমদা হাপ্লগা মহাক মশাবু পুথহল্লকখিমানে। পুথরকপদুদা মহাক মশা য়াম্না ৱাখি, ঐগী ইপুরোয়বনা হায়বদা, মহাক মশা য়াম্না ঙমদ্রে হায়বদা করিসু চিংননিংঙাই লৈতে, লাইহৌসু কন্না তৌই হায়বসিনি।

কোনুংদা ঐগী ইপুরোয়বনা চৎলুদ্রিঙৈ ঙাইহাক্কী মমাঙ অদুদা মিষ্টর মেলভিলসু কোহিমা য়ৌনবা খোঙশানখিরমই। নুমিৎ অদুমদি মহাক্না, মাইল তরা লাপ্পা লৈবা সেকমাই ফাওবা চৎখিবা পামজখি। ঐগী নুপানদি মহাক্কী ৱারেপ অদু

অমুক খল্লহন্নবা হোৎনখি, ঐহাক্সু ইপুরোয়বনা থেম্বা অদু মতেঙ পাংশিনজখি। মতম অদুদা ওইখিবা থবক মরমশিং কয়াদুদি ঐখোয়গী পূক্লিংদা লুমদবা, নুংঙাইতবা তাঙ্গা অমনি, করি থোক্লগদগে, করম্না লোইখিগদগে হায়বদুগী করিসু অরেপ্পা অমত্তা লৈরমদে।

নুমিৎয়ুংবা মতুং অদুদা ঐখোয় পূম্নমক্না রেসিদেন্সিগী সিরিদা পরেং লেপ্তুনা য়েংখিবা, কুলিশিংনা মেলভিলগী পোৎ-চৈ পুননবা শেম শানখিবা অমসুং মানা চৎখিবদা করিগুম্বা ফত্ত-নুংদা থোক্কদ্রা হায়দুনা নোংমতা ওইরবসু পম্বীখো হায়না মঙোন্দা হায়জবনচিংবদো, ঐহাক য়াম্না ফজনা নিংশিংই।

মিষ্টর মেলভিলনা খুমখিবা অদুসু নিংশীংই, "অদোম্বু য়াম্না থাগৎচরি ইবেম্মা গ্রীমউদ, ঐগীদমক্তা করিসু নুংঙাইতবা তৌবীনু, ঐদি মণিপুরিশিংনা ফাবা য়াবা অদুক হাক্না মরুওইবা মী নচ্চদে, ঐঙোন্দা করিসু অকায়বা লৈরোইদা, কিবীরুনু ...." । অসুম্না মিনিট খরগী মনুংদা মহাক ঐখোয়গা বিদায় তৌনদুনা চৎখি। মহাকপু ঙাকপি শেনবিনবা কনাসু য়াওদনা, মা মথন্তা মতৌ অসুম্না চৎখিবদু, ঐঙোন্দদি নুংথিল অদুমা অদুম কাউথোকপা ঙমদনা ওম্লোক্না নুংঙাইখিদে।

যুবরাজগা মরি লৈনরিবা ব্রাফম অদু মহৈ য়াদ্রে হায়বগী পাউ পুদুনা ঐগী ইপুরোয়বনা অমুক সনা কোনুংদগী পুং তরুক ব্রাইদা হল্লকপা মতমদদি লৈবাক্কী ব্রাথোক অদু হেন্না কনশীনবগী মতাঙ অমা ওইরক্লে। হৌজিক তৌবা য়ারিবা অমত্তা ওইবা লম্বীদি, থেম্বা য়াদ্রবনিনা, হিরম অসিদা খুৎলাই পায়বা সিফায়না পাঙ্গল থোক্না অঙম তানবা অসিনি। তশেংনমক খন্নরিবা পূম্নমক অদু লানগী মীফমনি হায়বা য়ারে, ঐঙোন্দদি পূম্নমক অদুনা পূনশীল্লগা, করি থোক্লগদগে হায়বা ব্রাখলদা অকীবা ব্রাখলনা পীক থল্লকপগুম তৌখি। ওইথোকপা য়ানা, লাল অমা লৈরে হায়বসি খঙনরকপদা নুপা ওইবশিংগী পূক্লিংদা ফাওখিবা চরাংনবা অদু ঐদি ফাওবা ঙমখিদে। অকোয়বা মফম অদুসু, য়েংখিবদা মীনা হন্দোক্লবা, থাদোক্লরবা মফম অমগী শক্তম লৌখ্রে। মরু ওইবা লম্বীশিংদু, অদুগুম্বা পুংজাগী মতমদদি মী য়াম্না চৎনবনি অদুবু কনাগুম্বা মীওইবা জিব অমত্তা উখিদে।

নুংথিলগী মতম অদুদা, অতিয়া অসি লৈচিল্লনা পুমকুপ কুপশিনখি। পুং তরেৎ তারকপা ব্রাইদদি চাউরবা নোং নুংশিং অমা হৌরক্লম্মী অমসুং পুম্মম মমশীনখিবা মরক অদুদা অরঙবা নোংথাঙনা য়াম্না তোয়না কুপ্পলকখি, খাক-লাউখি। মতম অসিদা ঐদি, চমম্লনা তৌফম লাকফম খংদ্রবা য়ুম অদুদা ইথন্তা থবক য়াম্না চিঙখি। ঐখোয়দা লৈবা মীনাই কয়ামরুমসু খুদোংথীবা থোক্লক্কনি হায়বগী কিবনা মঁহে মঁহে তাক্লমদনা পংচত্তা চৎনখ্রে।

ইহান হান্না চৎখিবদি, ঐগী অহল ওইরবী আয়া অদুনি। মহাক্তি ঐগা চহি কয়া লৈমিন্নরক্লবনি, মতম অদু ফাওবসু য়াম্না থাজবা মীশক অমা ওইনা ঐগী ইতুং ইল্লিবীনি, অদুবু খুদোংথীবা থোরক্কদৌরে হায়বগী ইঙ্গিত ফংখিবদা মহাক মপোৎ-মঁচে য়েন্লগা অদুম চৎখ্রে। কদায়দনো মহাক্না চঙজফম লৌরমগদবা মফমসিবু .....? মহাক্তি য়েক্লবসু য়াম্না লৈবনি, মণিপুরগী মীওইসু নত্তে, অসুম্না মহাক মশাবু ঙাকপি-শেনবিগনি খঙবা, মানা চেনশীনজরুবা য়াবা কনাগুম্বা মরি মতা অমত্তা লৈজদবনি। মহাক্না থাদোক্কুনা চৎখিবদি, ঐগী থম্মোই শোকখি। মহাক লম অমগী মীওইনি, অদুগী মথক্তা নুপী ওইবী অমসুনি, অসিদগী হেন্না মহাক কনাসু নত্তে। অদুম্নদি ওইরগা, মহাক্না চৎখিবদা ঐনা অসুম খন্দুনা লৈবসি অফবদি নৎত্রে, মরমদি হৌজিক ঐনা ঙমজবা তৌদুনা অঁতে অতোপ্পা মীনায়শিং অদুগা লোয়ননা চৎনবা য়াবা থাক অদুফাওবদি ঐনা হোৎনজবা তাবনি। অসুম তৌদুনা নুমিৎ অদুগী য়াচঙবদা চাগদবা চাকলেন অদুদি হান্নগুম্না অদুম থৌরাং তৌগদবনি হায়না অঁতে মীনায়শিং অদুদা ভাব তাহল্লম্মী। মিষ্টর ক্রিস্টনগা অতোপ্পা মখোয় অহুম অমগদি চাক চাবা মতম ফাওবা নুংঙাইথোক্লা ব্রিদ্‌জগুম্বা তাস মখল অমা শান্নদুনা লৈখি, মরমদি মখোয় মপান্দা ঙাইহাক কোইথোক্লুবা শুকয়া য়াখিদ্রে। ঐহাক চাকশঙদা অদুম চঙশীল্লে, তৌরিবা থৌরাংশিং অদু য়েংশিন খোৎচিনবা ওইনা করিগুম্বা লান থোকপা তারবদি ইথন্তা ঙায়রগনি হায়দুনা। মথং নুমিৎকী থৌরাংসু তৌবা তারম্মী। মরম অসিদগী ঐগী মীনায় খরা অদুনা লৈরিঙৈদা মখোয়দগী ফংবা য়াবা থবক মঁখে ফংহৌনবা হেক ঙম্বমখৈ হোৎনহৌরে। অহিং অদুদা, থকপা য়াবা ইনসাং মহি চাং য়াম্না শেমখী, মরমদি মখোয় অদু শোয়দনা কান্নগনি খনবদগী, অমরোমদা অমুক, করিগুম্বা মথংগী নুমিত্তা খুদোংথীবা থোক্লবসু হায়দুনা উচেক কয়ামরুমসু চাননবা

থোংদোক্লুনা থমহৌরে। অদুগী তুংদা ঐখোয়সু অমুক অহিংগী চাকলেন চানরম্মী।

নুংদাংগী মতম অদুদা, কনা অমত্তসু ৱা লাং ঙাঙনীংদবগুম লৈনখি। ঐদি শুকঙাঙ ঙাঙনীংখিদ্রে। মী অতৈশিং অদুসু হয়েং নোংঙাল্লগা ওইরক্কদৌবিবা অদুগী মরমদা পাখৎমনখিবনা হৌখিবা নুমিত্তা তৌবগুম্না হরাও তয়াম্না করিসু নোক-খেবা ঙম্লখিদে। ময়াম চাক চাবা লোইনখিবদা ঐ ঙাইহাক্তং পোত্থাজখি। ঐ ইশাসু ইশা পাখৎপা, পূক্লিং শোম্হৎরকপা অমসুং ইথন্তা ঙায়বগী ৱাখল ফাওরকপা অদুদি - লান শোক্লবনা মখোয়গী শিনফম ওইববা, হয়েং অয়ুকপু ঙাইদুনা লৈরিবা মখোয় অদুগদি ঐহাক্না য়াম্না পক্লদ্রবা অমা ওইবম্মী।

ইংলেন্দগী অমসুং মফম অদুদা লৈহৌবা মী পূম্নমক্কী ৱাখলনা ঐগী পূক্লিং অসিদা শঙ্কু শঙ্কু পাইরকই। করিগুম্বদা খল্লুবগা অমুকসু ঙকই, মখোয়না ঐখোযবু উবা থোক্লবা অমসুং ঐখোয় ইশাদা ওইবিবা খুদোংথীবগী অকীবসি মখোয়সু খঙলম্লবদি মখোয়না করি হায়গদৌরিবা ..... ? অসিগুম্লবা মতম অসিদা, ঐহাক্না মফম অসিদা লৈহৌবগীদমক ঐগী ইপুরোয়বগী ৱাখলদা ওম্থোক্লা নুংঙাইখিদবনি। ঐনা লৈহৌনবগী ৱাফম অমা পল্লুবা মতমদা মহাক্না য়াখিবা অদুগীদমক মহাক মশানা মশামকপু মরাল শীজখি, তৌবগীদি ঐহাক ইশানা য়ানিংনা লৈহৌখিবা ওইরবসু ...। অসিফাওবদসু, অশেংনমক শাথীবা পোলোই অমগী ৱাখলদি ঐখোয়গী মঙলান্দা লৈখিদে। ঐখোয়না আশা তৌখিবদি যুবরাজ অদুসু নিংথীজনা লানথেংনগনি হায়বসিনি। অচুম্বমক, সিফায অমসুং ওফিসারশিংনা খনবসু যুবরাজগী মায়কৈদগী শাফু কন্না মায়রোং য়াবগী থবক তৌরক্কনি হায়বসিনি। ঐগী ইপুরোয়বনা ইচম চম্না ৱাজবদি ঐখোয়গী য়ুম অদু থুগায়বীগদ্রা অমসুং মাল-চাং মাঙহন-তাকহনগদ্রা হায়বসি নত্তনা, ঐখোয় ইশাগী মরমদা কা হেন্না কিবগী ৱাখলদি করি অমত্তা খনখিবা লৈতে। নুমিৎ অদু তাং ২৩ গী অহিংনি, মণিপুরগী জগোয় তৌগনি হায়নসু ঐখোয়না লেপখিবা ....। অদুবু লৈনরিবা ফিভম অদুদদি জগোয় তৌগদবা নুপীমচাশিং অদু লাক্কদবা মাল্লমদে। মিষ্টর ব্রাকনবরীনা চাক চাবা লোইরগা মাগী বাঞ্জো অদু খোংনা খোংনা নোক্লিংবা ঈশৈ শক্লুনা ঐখোয়বু নুংঙাইহল্লম্মী। মথংগী

অয়ুকতি পুং অহুমদা হৌগৎনগদবা ওইবনা ঐখোয় পূম্নমক ঙন্না ঙন্না তুম্নবা হোৎনরে। অহিং অদু নুংশিরবা থাবলনা ঙাল্লম্মী। ঐগী ইপুরোয়বগা ঐখোয় অনিদি অতিথিশিং অদু চৎখ্রবা মতুংদা হক্কৎ-হন্দা অসুম ঐখোয়গী ইংখোল অদুদা চত্তুনা লৈ। ঐঙোন্দা পোত্থাফম খঙজদবা, নুংঙাইজদবা ৱাখল অমনা অদুম খুদুম চল্লমই। ঐগী ইপুরোয়বনদি মহাক্না ঙমজবা, ঐবু পূক্লিং লৈতাহন্নবা হোৎনখী। ঐঙোন্দা থাজহনখী মদুদি ঐখোয় করীসু অসোয় অঙাম লৈরোই হায়না। ঐখোয় ইমুঙদা চঙলসিরা হায়না খন্নরকপা মতমদা, থোঙ্গালদা পুরিবা সম্ত্রি অদুগা কনাগুম্বা অমগা মুক্কুরকখি, মিনিট খরগী মনুংদা কোনুংদগী থারকপা মণিপুরি অমা চঙলক্লে। মহাক্না হংলরিবদি ঐখোয় জগোয় য়েংগদরা হায়বসিনি, অদুগা মসিমসু হায়রম্মী মদুদি করিগুম্বা ঐখোয়না জগোয় য়েংনিংলবদি জগোয় শাগদবী লৈশাবীশিং অদু মপানগী সোরোক্তা ঙাইরি হায়না। মতম অদু থেঙমল্লবনিনা, জগোয়গী ৱাফম অদু খল্লুবা য়াদ্রে হায়না মঙোন্দা থাঙ্গৈশেংনা হায়রবদা পাউ পুরকপা নুপা অদু হনখিরম্মী। ঐখোয়গী মফম অদু য়েংথোক্লবা অমসুং করি করি শেম শারিবগে হায়বদু খঙদোক্লুনবা হায়দুনা নুপা অদুবু থারকপনি হায়বসি ঐখোয়না থাজখী। মরম অসিমক মহাক্না পাঙথোক্লিংবদু ওইরম্বা তারবদি মহাক শাথীনা নীঙবা কায়গনি মরমদি মতম অদুদা, মফম অদুদা লৈবা মী পূম্নমক্তি লোইনা তুমখুন তান্নখ্রবনি, তুমদ্রিবা হায়ববু ঐগী ইপুরোয়বগা ঐগদনি। ঐখোয় অনিদি থাবলগী মঙালদা থেঙনা অসুম ইংখোলদা কোয়থোকপসি মহৌশানি, অসুম্না নুমিৎ অদুদসু, ঐখোয় অনিদং লৈরম্বা অদুদি মহৌশাগী ওইদবা নত্তে।

মরু ওইনা য়ুমগী মনিংথংবা মায়কৈদা অহেনবা সম্ত্রি খরদি ঙাকশেনবগী থবক পুরী। চিফ কম্মিস্নার অমা লৈরবনিনা হান্নদগী খরা হেনকৎনা ঙাক শেলহনবদি চপ চাবা মরম অমনি।

অকোনবদদি ঐখোয় অনিসু ইমুঙদা চঙশীল্লে। অমনা পৃথিবী অসিদা ইকোন কোনবা অরোয়বা অহিংনি হায়বদু করিগুম্বা অমত্তা খঙদনা মহৌশাগী মওংদা তুম্নবা - অতোপ্পা অমনা কার্টর গার্দ লৈরিবা অদোমদগী য়ৈরকপা পুংজা মশীং থীদুনা অহিং মিংশেল খাঙনা মথং নোংঙাল্লকপদা করি ওইগদগে

হায়বদুগী ৱাখলদা ঙক্কুনা লৈবা। ঐদি, অহিং চুপ্পা অদুমা মিৎকি কপ্পা অমত্তা উইশিনবা ঙমখিদে। ঐগী লাইবক্তসু, মণিপুরদা ঐনা লেনজবা অকোনবা অহিংদি মদুনা ওইয়ু তমশ্রবনি। নোংয়াই মতুং পুং অহুম তারক্লে, ঐহাক ইপুরোয়ববু হৌদোক্লমই, ঐখোয় পূন্নমক হৌগৎপা মতম ওইরে হায়বদু খঙহন্নমই। নোংমদুগী তৌগদবা থবকশিংদু হৌরে।

অয়ুক অদুসু ঈঙবনা লোই, মন্নবসু য়াম্না মমই। ঐহাক পরপ পরপ্পা ফি শেৎচীল্লে, অরুম্বা, অচীনবা নিংথমথাগী ফিজেৎনি। পুং অহুম মখায়রোম তারকপা ৱাইদা ব্রেকফাষ্ট ওইনা অঁরে অঁরেবা য়েরুম খরগা দবলরুতি মচেৎ খরদা মাখন তৈরগা চামিন্নরে। অঁতে ওফিসারশিংদি মাগী মাগী কেম্পশিংদা চানরগা চৎখ্রে, অদুনা মখোয়শিংনা করম্বা মতমদা নোংমৈ কাপশীনবা হৌরুনবা চৎখিবগে হায়বদু ঐহাক খঙহৌদ্রে। ঐগী ইপুবোয়বদি কোলনেল স্কীনগা লোয়নখি। খল্লুবদা ঐহাক ৱাজে মরমদি মহাকতি (স্কীন) ঐখোয়গী রেসিদেন্সিদা পন্দুনা লৈজবনি অদুবু মহাক মীচম অমা ওইজরবসু, চৎখিবা অদুদা অঁতৈশিং অদুগুম্না থবক্তা চপচানা পূক্লিং চঙখীবগুম তৌই। অদুনা ঐসু অফবা অদুতা খনজবা তাই। মিষ্টর ক্বিন্টন, মিষ্টর কোজিন্স অমসুং ঐ, ঐখোয় অহুমদি তেলিগ্রাফ ওফিসতা চৎখি। সোরোক অদুদা চুমদ্রিং থৌরগা অরোয়বদা লৈবা মফমনি, রেসিদেন্সিদগী চাউরাক্পা গজ চহুমলোম লাপ্পা মফমদা লৈবনি। চেকশিন্না, কন্না শাবা ওফিসনি, য়ুম্ফম অদুসু নুঙগীনি। অদুগা হেক ওনশীন্নবা মায়কৈদসু চপ মান্নবা য়ুম অমা লৈ, মদুদি ঐগী ইপুরোয়বনা মাগী ওফিস ওইনা শীজিন্নৈ। মদুগী মখাথংবা তংখায়গী শরুক অমদি সনা-লুপা থম্ফম (ত্রেজবী) নি। মফম অসিদনি, ঐখোয়না ফিভম লৌদুনা লৈখিবা, ভারত সরকারদা থোক্লিবা মরম পূন্নমক্কী পাউ পীখিনবা তেলিগ্রাফ ওফিস অসিদা লাক্লগা। চিফ কম্মিস্নারগী সেক্রেটরী ওইবা মিষ্টর কোজিন্সনা তেলিগ্রাম অদু পীশিল্লিঙৈ, বাবুশিং অদুনা তেলিগ্রাম অদু থাখিবা য়েংলিঙৈদা, ইহান হানবা ওইনা কোনুংলোমদগী নোংমৈ মখোল তাখি; অদুদগীদি মথং মথং কাপ্পরক্লে। মতম অদুদা খঙলে, লাল হায়বদু থোক্লে হায়বসি।

নোং খরা খরা ঙাল্লকপগা লোয়ননা, অয়ুক্কী মঙালনা অকোয়বদা লৈরম্বা অমম্বশিংদু তাম্থোকখ্রে। থাঙ্গৈশেংনা করি থোকলিবনো হায়বদু খঙদোকপদা

ঐঙোন্দা য়াম্না লুনা থোকপগুম তৌরম্মী। কোনুংদা নোংমৈ কাপলকপদি ঐহাক কয়ারক তোয়না তাপ্রবনি, অদুবু হৌজিক্তি হেন্না শাথীবা লিলা মখল অমা শান্নবদা, নাকল অনিমক্কী নুংশিরবা মীওইশিংদা অশি-অনা থোক্লবরা হায়বদু খঙবদা ওইথোক্তবগুম্না তৌরে। তেন্নিগ্রাম মরোল অদু থাবা তংখায় চন্নকপা মতমদা ইখঙ-খঙহৌদনা ঐখোয়গী খুংনিঙ মপাদা লৈবা থোঙনাও অদু নোংমৈ গুলি অমনা হাইজিল্লক্লুনা পানবদা ঐখোয় খংগ্রেক খংখিবনি। থোঙনাওগী মিংশেল অদু মচেৎ মচেৎ পুমচায় চাইনা কাপখায়রগা মায়য়োক্লবদা লৈবা ফল্লাং অদুদা পানখি। ঐ অক্কীবনা খুদুম চনখি, থুনমক মফম অদু থাদোক্লুনা, নুঙগী যুম্ফম অদুগী মখাদা অশোয় অঙাম পুম্নমক ঙাকথোক্লুনা ফিভম চানা লৈরে। মিষ্টর কোজিন্স অদু যুম তান্না লাকপদা মতম খরা চঙখ্রে। মহাক কোনুংগী চেকপল মনুঙদা তৌরিবশিং অদু উবা ফংব্রা হায়দুনা যুমথক অদুদা কাখৎলুবনি, অদুবু ওইথোক্তে। ঐখোয়না এতেক্ট (নোংমৈ ক্যাপশিল্লি) তৌরি হায়বা খঙবা যুবরাজগী যুম অদুদি খরা থাপ্পা লৈবা অমসুং যুম খরনসু খনজিন্না লৈবনিনা, অমত্তা উবা ফংখিদে। মহাক্কী যুমদি কোনুংগী মপালথংবা চেকপল মনাক্লুদা লৈবনি, ঐখোয়গী মীশিংনা মফম অদু য়ৌবদি মতম ইচঙ চঙখীদবগুম তৌই। কোনুংগী অপূনবা মফম অদুদি চেকপল কয়ানা লানবল ওইনা ঙাকথোক্লুনা লৈ, মহারাজনা লৈরিবা মফম অদুদি চেকপল মঙানা খাজীল্লি। মপাল ইথঙ থঙবদু য়াম্না কায়রে,ব্রাংসু য়াম্না ব্রাংদে; মনুং থংবশিংদুদি য়াম্না অকনবা ওইরি, চেক্লা শাই অমসুং লানবলশিং অদুদগী তুমথোবকপা শরুক য়াওই অদুগা মখোয়শিং অদুনা কোনুংগী মনুংথংবা শরুক অদুবু মায়কৈ মরিদা কোয়শীল্লি। মপাল ইথঙ থংবা চেকপল অদুগী নাকল অহুমদদি খোং অমসু লৈ, য়াম্না লুবা অমসুং য়াম্নসু পাকপা। চহি খুদিংগী হিয়াঙ তান্নরিবসু মফম অসিদনি। অদুগুম্বা হিয়াঙ কুম্মৈগুম্বা থৌদোকশিং অদুগীদমক্তা খোংগী ঈশিং অদু নাপী-শিংবী শেংদোক্লুনা মতম পুম্নমক্তা তরু তরুনা থম্মী। অপূনবা লানবলশিং অদু অসিগুম্বা মওং অমদা শাই মদুদি বৃটিশনা বর্ম্মা লৌশিন্দ্রিঙৈগী মমাঙদা, অতৈ লমগী লাম্মী কয়ানা য়েক্লবগী ব্রাখলদা মণিপুরদা হেক-হেক লান্দারকপশিং অদুবু অথীংবা পীদুনা মায়য়োক্লবা ঙম্নবা হায়দুনা ...। অদুনা, কনাগুম্বা লান্দারকপা কাঙবু অমবু ইরায় লায়না অথীংবা পীবা ঙম্বা মফমদি লানবলশিং অসিনি, করিগুম্বদা মখোয় অদুবু থুগাইবা ঙম্নবা

অচৌবা নোংমৈশিং পুরকপা নৎত্রবদি। মণিপুরিশিংসু খুৎশু খুৎলাই অঁতে নোংমৈনচিংবা ফজনা য়াওই। মহারাজশীসু অচৌবা নোংমৈ (তোপ) মরি লৈখি, মদু মহাক্কী মপাবুংনা হৌম্রবা মতমদা পাওখোকখিবা অকবা থবক্কীদমক, ঐখোয়গী গোভর্নমেন্টনা মঙোন্দা খুদোল তৌখিবনি। যুবরাজ অদুদি মপুংফানা নোংমৈ অচৌবদু শীজিন্নবা অমদি কান্না হৈবনি। ঐনসু হান্না হায়জম্রবা থৌদোক অমদা, ঐখোয়বু নুংঙাইহন্নবগীদমক মহাক মশানা নোংমৈশিং অদু কান্না, ঐখোয়না উখ্রবনি। মরম অদুনা মতাঙ চাবা লাকপা মতমদা নোংমৈশিং অদুগী মাঙ-তাকহনবা ঙম্বা মপাঙ্গল অদু ঐখোয়গী মায়য়োক্তা শীজিন্নবগীসু মপুংফানা মহাক্না খঙলমগনি হায়বসি ঐখোয়না খঙই।

নোংমৈ মখোল তারিবা, যুবরাজনা লৈবা য়ুম অদুগী অকোয়বদা করি থোকলিবগে হায়বদুদি, ঐখোয়গী বেসিদেন্সিদা লৈহৌবা মীশিংনদি তশেংনমক করিসু খঙবা ঙমলমদে। মরক মরক্তা, হাইদোরকপা গুলিনা ঐখোয়গী কোকথক্তা লাকপদা ঐখোয় তেলিগ্রাফ ওফিসতা ফমথদুনা লৈ। ঐনা খনবদা মতম অদুদি য়াম্না পাখৎপগা লোয়ননা ব্রাখল লৈতানদ্রবনি। মফম অদুদা ঙাক্লিবা পিক্তক পিক্তকপা গুখাশিং অদুদি, থোঙ্গাল অদুগী ব্রাংমদা লৈরিবা সোরোক অদুদা তোয়না তোয়না চেহ্লোক্তুনা তৌরিবশিং অদু খঙননবা হোৎনৈ, মখোয় তুমিন্না, মশা খীওদনা খক লৈতে।

পুং তরা মখায় তারকপব্রাইদা ঐগী ইপুরোয়বা হল্লকখি। হেক হল্লকপগা, ত্রেজরীদা পৈশিন্দুনা থমখিবা নোংমৈ মরুশিং অদু লৌবা লাক্লখি। মহাক মিনিট খরদমক পল্লম্মী, ঐঙোন্দা ব্রারী খরদি শাবম্মী, কোলনেল স্কিনগা অমুক পূন্না চৎখিবদুগী মমাঙদা। ফজনা কাপ্পরবা মতুংদা যুবরাজগী য়ুম অদু খুদুম চনশিল্লে অমসুং মরুওইবা থোঙ্গাল অদুসু ঐখোয়গী মী খবনা পায়দুনা লৈবে, বন্দি ওইনসু য়াম্না ফারে হায়বনচিংবা ঐঙোন্দা তমলম্মী। ঐনা কনাগুম্বা শোকপা পনবা য়াওব্রা হায়না হংবদা মহাক্না খুমখি - "লেপ্টনেন্ট ব্রাকনবরীগী মরমদা করি করিনো য়াম্না হায়নৈ, কনানসু মাগী লৈফম খঙদে, খরনা মহাক শিরেসু হায়"। ঐখোয় মাগী মবমদা য়াম্না লাংতক্লখি, ঐগী ইপুরোয়বনদি পূন্নমক অদু শেংদবা ঙাক্তনি, মহাক করিসু তৌরম্লোই হায়না ফোঙদোক্লম্মী । তশেংনমক মহাক করিসু তৌরমদবা ওইসনু হায়না ঐখোয়না খঙখী।

পুং তরানিথোই তারকপরাইদা মিষ্টর ক্লিন্টনগা ঐখোয় অনি য়ুম য়ৌনবা লাক্লে। লাক্লিন্ডৈগী মমাঙদা মহাক্তা তেলিগ্রাম অদু ভারত সরকার য়ৌখিনবা অমুক হন্না হোৎনখী অদুবু মাইকৈ পূন্নমক্তা তেলিগ্রাফ মরী ককথৎখ্রে হায়বা খঙলকপদগীদি তেলিগ্রাম তৌদুনা পাউ পীখিবগী আশা পূন্না থাদোক্লে। মতমদো, ঐখোয় চাকসু য়াম্না লামখী, ঐখোয় কনা অমত্তসু , পুং অহুম তাবদা অফিঙ-অফায় ওইনা খরা চানখিবদু নত্তনা করি অমত্তা হেন্না চাদ্রিবনি। হৌজিক চা অশাবা খরগা ব্রেদ মচেৎ অনিগী ময়ায়দা মাখন তৈবদুগা চাবদুদি কয়াদা নুংঙাইরে। অদুগী তুংদা ঐ, য়ুমগী অকোয়বদু থুংনা অমুক্তং য়েংখোকই। মীনায় অমা অনিদি লৈরি, মখোয়সু য়াম্না কিরবা মাল্লি, অশোয় অঙাম থোকহনবীগনু হায়না মখোয়গী লাই পূন্নমক্তা খুরুমজে।

হাইদোরকপা গুলি অমা অনিনা য়ুমগী ফক্লাঙদা পাল্লি। অদুফাওবদি য়ুমগী ফক্লাঙশিংদু খরা কায়দুনা তারকপা নত্তনা অতৈদি মহৌশাগুন্না অদুম লৈরি।

ময়াম চাক চাবগী থৌরাঙশিংদু শীল্লন্নগা পুং অমরোমগী মতুংদা ঐখোয় অমুক তেলিগ্রাফ ওফিস্তা হল্লম্মী। ঐখোয়গী চাকথোংবা নুপা অদুসু য়ুম থাদোক্নুনা চৎখিরম্রে, অদুবু ঐখোয়গী বিয়ারর (থৌগন্নাই) নুপা অদুগা ঐহাক্না থবক মরম পূন্নমক মওং তানবা অমুক শীল্লে। তেলিগ্রাফ ওফিস্তা অমুক লাকপদদি ঐগী পাননবা লাইরিক অমা পুশিল্লমই অমসুং পুং অমরোমগী মতমদি লাইরিক অদু পাদুনা লেল্লমই। খুৎ থোক্লরিবা মফম অদুদগী, কোলনেল স্কিন অমসুং অতৈ ওফিসার খরগা ঐগী নুপাগসু হল্লক্লে। মখোয় হেক লাকপমক্তা ঐখোয়না মিষ্টর ব্রাকনবরীগী মরমদা খঙনীংনা হংলুবদা, করিগুম্বা শাখীবা মওং খরদি মঙোন্দা থোক্লে হায়বসি অদুম খঙলে। ঐখোয়গী পূক্লিংদা অকীবা পাখৎনবা হৌরকখি। অসিগী তুংদদি থবক থৌরম পূন্নমক অদু তোঙানবা মওং অমা ওইরকপগুম তৌরম্মী। ওফিসার পূন্নমকসু পুল্লপ পুল্লপ য়াম্না লুবগী মওংদা চিকথনা ঝারী শানৈ, অমসুং থবক থৌশিল অদুদা মখোয় চপ চানা পেন্দবা মাল্লম্মী।

অসিনা অসি ওইরবসু, ঐখোয় করিগুম্বা খরা চারুনবা হায়দুনা ঐখোয়গী লৈফম রেসিদেন্সিদা অমুক হল্লক্লে। পূন্নমকসু লাক্লরে, মিষ্টর সিম্পসন অমসুং কেপ্টেন বটচর নত্তনা, মখোয় অনিদি মতম অদুফাওবা য়ুবরাজগী য়ুমদা লৈম্রি

অদুগা ব্রাকনবরীগী মফমদি খণ্ডব্রি। ঐখোয় চাক চাবা হৌগৎলকপদা ঐগী নুপানা ঐঙোন্দা ঙসায়মখৈ মফম থাদোক্তুনা লাকপা ঙমদ্রিবা ওফিসার অনিদুগী চান-থক্লবা খরা শেমহল্লগা থাহনখীনবা য়াথং তৌখো হায়রম্মী। খুদক্তা, চাক চাফম কাগা থংননা লৈবা কা মচা অদুদা চৎলগা মাখন তৈবা ব্রেদ মচেৎ মচেৎ কক্তুনা মখোয়গীদমক্তা শেম্বা হৌরম্মী। মীনায়শিংসু মশক অমত্তা উদ্রবনিনা, মশা মশানা মশাগীদমক শেম শাজবা তারে নত্রগা তোকপা তারে।

মিনিট তরারোমগী মতমদি য়াম্না চিন্না ঐহাক শেমশাবগী থবক অদু তৌদুনা লৈখি। মতম অদুদা ইখঙ খঙহৌদনা লাকপা অহৌবা মখোল অমনা ঐবু পাখৎহনখি। ঐগী কোকথক্তা লৈবা মীহুৎথোঙ অদু, পাইশিল্লকপা নোংমৈ গুলি অমনা থুগায়খ্রে। তেলিগ্রাফ ওফিসতা থেংনরকপা অদুদগী হন্দক্তি অসিনা ঐঙোন্দা হেন্না অকীবা পীখিবনা ঐগী খুত্তগী থাঙমচাদু তাখি। ব্রেদ মচেৎ অনিদা মাখন তৈরগা চপশিন্নদুনা শেম্বশিংদু অদুম হুন্দোক্লম্লগা ঐহাক চাক চাফম কাদা চেনশীল্লমই মতাঙ অসিদদি ওফিসাব পূম্নমকসু মপান্দা থোকখিবন্নে। বেসিদেন্সিগী মনিঙথংববোমদগী মণিপুরীশিংনা উপ্রাক্লা শিত্তুনা চঙক্লগা ঐখোয়দা নোংমৈ কাপশীনবা হৌরকখি। ঐখোয়গী মনিঙদা লৈবা লম্পাক অমসুং তুবেল অদুগী মরক্তা লৈবা নাগা খুঙ্গং অদুদা মখোয় খঙহন্দনা লোৎলুবনি। য়াম্না শিংনা মণিপুরিশিংনা তৌবকপা থবক্তি। ঐখোয়গী সিফায কাঙবুনা মখোয়বু তাম্লোকপদা মতম খরদি চঙখ্রে, মবমদি ঐখোয়গী অয়াম্বা মী পূম্নমক, অযুক্তা লৌশিনখ্রবা কোনুংগী মফমশিংদা শেন্নদুনা লৈখিবা মরমনা ....। বেসিদেন্সি, ত্রেজবী ওফিস অমসুং সিফায়গী কেম্পতা সম্ত্রি য়াম্না লৈখিদবসু মসিনা মরম অমনি। অরোয়বা ওইনা মমৈথঙদদি ঐখোযগী কাঙবুশিংনা নাগা খুঙ্গং অদু মৈ থাদোক্লগা মণিপুরিশিং অদু তাম্লোকখি।

নোংমৈ গুলিশিংনা থোংনাউগী মিংশেল অমসুং চাক চাফম কাগী থোঙশিং কাপখায়রক্তুনা ফক্লাঙগী পোৎথম্ফমদা লৈরীবা ব্রেকফাষ্টকী পোৎচৈ, লিক্লি গ্লাসনচিংবা পূম্নমক থুগায়খ্রে। মতম অসিদা, রেসিদেন্সিগী মমাঙলোমদগী নোংমৈ কন্না কাপশীল্লকপা মবমনা, য়ুম অদুদা অশোয় অঙাম থোকহন্দনা লৈবা য়াবা

খ্বাইদগী অচেৎপা মফমনি হায়বা অমত্তা লৈব্রে। ফক্লাঙ অদুসু ৱাচেৎনা খারগা ৱাই তৈশিনবনিনা, করিসু ঙাকখোকপা ঙম্না মফম ওইরমদে।

ইমুঙ লৈমায়গী মখাদা লৈবা, নুঙনা শাবা কা অদুদা কুমথরগা ঐহাক লৈরুনবগীদমক ঐগী ইপুরোয়বনা হৌদোকখিবা ৱাফম অদুদা ঐহাক য়ানীংখিদে। ঐহাক্না নিংশিংলকখি হাণ্ডা খরগী মমাঙদা ঐখোয়না হিরম কয়া অসুম খন্নবদা ঐগীদমক্তদি য়াম্না নুংঙাইরবা কাচিন অমা লৈমায়গী মখাদা শেম্বীগনি হায়না মহাক্না ফাগী তৌখিবদু ...., অদুবু ঐহাক মফম অদুদা কুমথনীংখিদে, অদুগী মহুত্তা ইচম চম্না অদুম লৈরগে হায়না পূক্রিং লেপশ্রে চুম্না হায়রবদা খ্বাইদগী হেন্না ৱারবা অকীবা অদু ফাওবা হেক থোক্ত্রিফাওবা.....। তাল্লক অসিদা অতোপ্পা কাশিংদা ওইরক্লিবা মাঙ-তাকপগী মশক অদু উরুরবদি থম্মোয় শোক্লিংঙাইগী মশক্লি। খোঙনাওশিংদুসু লোয়না কায়রে, তোয়না তোয়না কাপশীল্লকপা নোংমৈ গুলিনা কাশিং অদুদা ফাওজীল্লক্লগা অয়াম্বা পোৎ কয়া থুগায়খ্রে। অহানবদা - ফোটো, গমলা অমসুং য়ান্দুনা থম্বা মিংশেল, তসবীরশিং ....। ঐগী ৱাখলগী মিৎয়েং অসিদা ঐনা নুংশিজবা, য়ুমগা মরী লৈনবা ঈশ্বর পূম্নমক লাকপিরগা ঐগীদমক্তা অৱাবা ফোঙদোকপীরবগুম উখি, ঐহাক্কী পোৎ পূম্নমকশিং অদুবু কনজনবগী শক্তি ঐঙোন্দা লৈখিদ্রে। ঐগী ওইজবা মমল য়াম্রবা পোৎ খরশি পুল্লপ খোমজীঙ্গরগা দরবারগী কা অদুদা থম্নুনবা হোৎনজখি। মতম অসিদা দরবারগী কা অদুমদি শুপ্পগী খোঙনাওদা পানবা মিংশেল অমত্তমক কায়রি। অদুবু কা-শিং অদুদা চঙশীন্দুনা পোৎ-চৈ অদু লৌশিল্লুগদবদুনা হেন্না খুদোংথীবা ওইরম্মী, মরমদি নুমিৎয়ুংবা মতুং ওইরকপগা লোয়ননা মৈ হৌনা নোংমৈ কাপশীল্লকপদা, নোংমৈ গুলিশিংনা সেকেন্দ খুদিংগী য়ুম অদুগী মনুংদা নোং চুবগুম ফাওজীল্লক্লে।

অচৌবা তোপ নোংমৈনা ঐখোয়দা কাপশীল্লকপদুদি পুং মরী মখায়রোম তারম্লগনি। অসিগী মতুংইন্না ঐখোয়গী রেসিদেন্সি অমসুং মপানগী ওফিসশিংদা ঐখোয়গী সিফায় পূম্নমক খোমজীল্লকপসি তঙাইফদবা ওইরক্লে। মরম অসিদগী ঐখোয়না নুমিৎ অদুগী অয়ুক অঙনবদা লৌশিনখ্রবা কোনুংগী মপালথংবা চেকপলগী মনুংদা লৈবা মফমশিং অদু থাদোক্লগা ঐখোয়গী মী পূম্নমক

রেসিদেন্সিরোমদা পুরকপা তাখি। মাইকৈ পুম্নমক্তগী অশোকপা মী থিরগা লৌশিল্লুবা তাই অমসুং রেসিদেন্সিদগী লাপতক্লা লৈবা হোসপিতাল অদুদা পুবা তারম্মী।

কোনুংগী অবাংলোমদা চেল্লিবা তুরেল অদুগী মপান্দা লেপ্টনেন্ট ব্রাকনবরী তাদুনা লৈরম্বা থেংনখি। মহাক্তি, অয়ুক ঙন্না কাপ্পবা হৌবা মতম অদুদগী, মফম অদুদা অদুম তাদুনা লৈরক্লবা ওইরমানে। যুবরাজগী ময়ুম মনাক্তা লৈবা চেকপল অদু তম্না লাকপদা অরানবা লম্বী চৎলুবদগী, য়েক্লবনা ইফোং ফোংনা উরদুনা মঙোন্দা নোংমৈ কুণ্ডনা কাপশীল্লকখিবনি; অদুবু, তান চারুবদগী মহাকপু ফংলুবা মতমদা মহাক শিরমদনা লৈরম্বা অদুদি অঙকপনি। নুমিৎ চুপ্পা অমা মফম অদুদা তাদুনা লৈরিঙেদসু অতৎপা লৈতনা মণিপুবিশিংনা নোংমৈ কাপশীল্লকপ্লবনি। মহাক্কী লৈফম অদু চপচানা খঙনরকপা মতমদসু, মহাকপু লৌথোক্লবা হোৎনরুগদবা থবক অদু য়াম্না লুপ্লবা, খুদোংথীবগী মশক ওইখিবনি। সিফায় খরনা মাবু চিংথোক্লুনবা লাক্লখি অমসুং হোৎনরিবা থবক অদুদা তেংবাঙবীখিবা লমদম অদুগী ওফিসার অমসু শিবা য়ানা শোকখি। কোন্না, নুমিৎয়ুংবা মতুং পুং মরিরোম তারকপব্রাইদনি মহাকপু কনবিদুনা হোসপিতালদা পুরকখিবদো। মাগী অয়াম্বা হকচাঙগী মফমশিংদা অকীবগী মশক ফংনা শোক্লম্মী।

ঐখোয়গী য়ুমথক অদুদা নোংমৈ মরু পাইশিল্লকপগী মখোল অদুনা ঐবু য়াম্না কিহল্লমই, ৱাঙাংবা থোকখিদে। অয়ুকতা কাপখীবা, অচৌবা নোংমৈশিংদুগী মখোল তাবদা ঐনা খনখি মদুদি যুবরাজগী ময়ুমদগী কেপ্টেন বটচরগী কাঙবু অদু তানথোক্লবা কাপলীবনি হায়না। মখোয় অদুদি খরা লাপ্পা তাবা মরমনা কয়াম অকীবা মশক্লো হায়বদু, ঐখোয়গী য়ুম অসিমক্তদা হেক কাপশীল্লক্লিবা ফাওবদি ঐনা খঙবা ঙমজখিদে।

মতম অসিদদি, ঐখোয়গী লৈমায় মখাদা লৈবা কা-শিং অদু থাদোকপা য়াদ্রবা মফম অমা ওইরক্লে । কা-শিং অদুদা মওং তাবা তাদবা, লায়েংশঙ অমসু ওইবা তারে হায়বসি ঐগী ইপুরোয়বনা হায়খীবনি - মরমদি ঐখোয়গী রেসিদেন্সিদা লৈবা অশোকপশিং পুশিল্লিবা হোসপিতাল অদুগী ফক্লাংদি লৈপাক,

শুনু অমসুং লৈঙোয়না ব্রাই তৈবনি, গুলি ফাওরোইদবসু নত্তে। অসুম তৌনা ঐখোয়গী যুম অদুদগী অপাক অপাকপা কি অমসুং কল্লনচিংবা কান্নগনি খনবা পোৎ পূন্নমক মখাদা পুথরম্মই।

তাল্লক অসিদা নোংমৈ গুলি অমসুং পোকখায়রকপা মচেৎশিংনা ঐগী কোকথক্তা অকী তুজুংবগী থবক কয়া তৌবা হৌরক্লে। ঐখোয় য়াম্না পাখংখি, মতম খরগী ওইনা ঐখোয়না চঙজফম লৌজরিবা যুম অমসুং মদুদা কুপলিবা ই-শিং অদু করিগুম্বদা মৈ থাদোকপীরক্কদ্রা হায়না। লাইবক ফবনা, নোংমৈ মরু অয়াম্বা যুমথক অদু লান্না চৎখ্রগা মনিঙদা লৈবা ইংখোল অদু য়ৌখি, অমসুং অদুদদি অদুক হাক্লা করিসু অমাঙ-অতা থোক্লিংঙাই লৈখিদে। অদুবু অরেপ্পা লৈতনা কাপ্পরিবা নোংমৈ মখোলশিং অদুগী মথক্তা,নোংমৈ অচৌবা কয়া কাপলকপগী মখোল অদুদি না-য়ৈশীনবগী মশক্তি।

মতম অদুদা, ঐখোয়না ফরে খনজরীবা ঐখোয়গী মফম অদু অমরোমদদি চপচানা ফত্তবা মফম অমা ওইরক্কদৌরে হায়বগী চিংনবা মচেৎ অমফাওবা ঐখোয়দা পোকখিদে। অকীবনা ঐহাক পুমপঙ পঙশীনবগুম তৌরম্মী, অদুবু অমুক পূক্লিং অসিদা ....... থবক অসিগী অরোয়বদা করি ওইগদৌরিবনো হায়বদু শুকখন খল্লুবা তৌদনা, ঐ ইশানা করিগুম্বা থবক খরা তৌরগে হায়বগী পাঙ্গল ফুদোকচরকখী অমসুং অতৈশিং অদুবু মতেং পাংবা ঙম্নবা হোৎনরগে হায়বগী চপচাবা ব্রাখল লাকখি। ঐনা তারে, মদুদি অশোকপা মী পূন্নমক যুম অদুদা পুশিল্লরুগনি, মরমদি মখোয়না লৈরিবা হোসপিতাল অদু লাল্লক অদুদা খুদোংচাদবা মফম অমা ওইরকপনা। তোল্লবা মীওই ঙাক্তনি। মফম অদু য়ৌরক্লবা হোৎনবদসু অব্রা-অনা কয়া খাঙজখ্রবনি, অদুগা অমুকসু অসুক থুনা মখোয়বু হোংদোকহন্দুনা রেসিদেন্সি তান্না পুরকপা অদুদি মখোয়দা কয়াদা হেন্না অব্রাবা ওইখিবা।

মতম অসিদা ঐখোয়, লৈমায় মখাগী কা-দা লৈবা মী মশিংদি কয়া অমনি। মিষ্টর ক্লিন্টন, কোলনেল স্কিন, ঐগী নুপা, ঐ ইশামক, মিষ্টর কোজিন্স অমসুং মিষ্টর গর্দন অসিনি। পুং তরেৎলোম তারক্লে, য়াম্না ফজবা য়াচঙবা মতমনি। নুমিৎ তাখিবতা ঙায়রি, নোংচুপ অতিয়াদা কাপখৎলকপা অঙাংবা মচুনা

অকোয়বদা লৈরিবা লমতু পূন্নমক অদু পূমগান ঙানথোকহনবগুম্না উখি। ময়াম অদুগী মরক্তা, খোঙ চঙফমদা লেপ্লগা তপ্না ৱারী শাদুনা লৈখিবা কোলনেল অমসুং ঐগী ইপুরোয়বা মখোয় অনিগী মায়থোঙদা করি উৎলিবগে হায়বদু খঙবদা করিসু অরুবা অমা ওইরমদে, অদুম্নদি ওইরবসু, করি থোক্কদৌরিবনো হায়বদুদি ঐনা খৌনাফনা হংজবা ঙমলমদে।

কোম্নুংদা ঐগী ইপুরোয়বনা ইনাক্তা চংলক্কুনা হায়রম্মী মদুদি, ঐখোয় রেসিদেন্সি থাদোক্কুনা কাছার য়ৌনবা চংখিবা তারে হায়না ......। য়ুম অদুদা 'সুম লৈবদগী, মফম অদু থাদোক্কুনা চৎপা হায়বসিনা ঐঙোন্দদি হেন্না ৱাবা, হেন্না ফত্তবা ওইবগুম্না খনজখি। ঐঙোন্দা লৈরিবা অকীবা অদুনা ঐ ইশাবু খুদুম চনশিনহন্দুনা অসুম লৈবগী মতম লৈরক্তরে। অদুম ওইনমক, অমুক মখা তানা ৱাফম অমা খন্নরগা অসুম্না লেপ্পখি মদুদি, নিংথৌ খুভম শিল্লিবা মীশক অদুগা য়ানবা অমা পুরক্কগা ৱাফম খরগী মখাদা য়েক্লবা ওইবগী ৱাখলসে লোইশিন্নবা হায়না ......। চিঠি অমা ইরে। চিঠি অদু চিফ কম্মিস্নার মশানা সহি তৌই। মরোলদি মখাগী অসিনিঃ-

"করম্বা ফিভমদা নখোয়না ঐখোয়দা নোংমৈ কাপ্পা লেপকদগে অমসুং ভাইসরোয়দা পাউ পীখিনবা, তেলিগ্রাফ মরী শেমজীন্নবা মতম পীগদগে ?"

চিঠি অসি ইর্রিঙৈদা, কোলনেলনা বেংগুন খোংবশিংদা নোংমৈ কাপ্পবা লেপননবগীদমক খোংনবা য়াথং তৌখি। খুদক্তা বেংগুন খোংখি, ঙাইহাক লৈরগা মণিপুরিশিংসু খোংলকখি। মমৈথংদা নোংমৈ অমত্তা কাপলকখিদ্রে, পূমচিক চিকখ্রে। অসিগী তুংদা, ঐগী নুপানা চিঠি অদু পুদুনা থোকখি। চেকপল ৱাংমদা লৈবা মণিপুরি অমা কৌরগা যুবরাজদা পীরুনবা শিন্নখি। নুপা অদু চৎখ্রে, ঐগী নুপাসু রেসিদেন্সিদা হল্লক্রে।

মিনিট খরগী মতুংদা, নিংথৌ খুভম শিল্লিবা মীশক অদুনা, মিষ্টর ক্লিন্টন উনরগা মশাগা ৱারী শাবা পাম্মী হায়বগী পাউ অমা লাক্রে। পাউ অসিগা লোয়ননা বাঙ্গালিদা ইবা চিঠি অমসু য়াওরক্কম্মী। চিঠি অদুদা চিফ কম্মিস্নারগী চিঠি অদুবু তরাম্না লৌবগী ৱাফম য়াওরকই, লোয়ন-লোয়ননা ৱাফম অসিমসু খঙহল্লকই

মদুদি করিগুম্বা মণিপুরিশিংনা নোংমৈ কাপ্পা লেপ্পা তারবদি ঐখোয় (বৃটিশ) খুৎলায় থাদোক্কদবনি হায়না। চিঠি অদু ইংরাজিদা অমুক হন্দোকপগী মরমদা খন্নরকপদা মিষ্টর কিন্টন্না যুবরাজ মশামক কৌরগা পল্লিবা ৱাফমশিং অদু শন্দোক্লা হায়হল্লসি হায়বগী ৱাফম অমা হৌদোকলম্মী অমসুং মহাকপু উনবা য়াগদ্রা হায়বসু হংখি। খুদক অসিদা চিফ কম্মিস্নার মশামক য়াওনা মহাক্কী কাওবু কোলনেল স্কীন, মিষ্টর কোজিন্স, লেপ্টনেন্ট সিম্পসন অমসুং ঐগী ইপুরোয়বা য়াওনা, ঐখোয়গী থোঙ্গাল চঙফমদা লৈবা ওফিস অদুদা থোকখি, অদুগা নিংথৌগী চিঠি অদু হন্দোকপা ঙাইখি। মিষ্টর সিম্পসনদি মশানা য়ানিংনা ঐগী ইপুরোয়বগা লোয়নখিবনি। ঐসু মহাক্কা লোয়ননা চৎচগে হায়জখিবদা, ঐদি লৈহৌরিবা মফম অদুদনা হেন্না অশোয়-অঙাম থোকলোয় অমসুং ঐগী থম্মোয় চাউথোক্কদবনি হায়রদুনা ঐবু বিদাই তৌরমখি। অসিমসু হায়রমখি মদুদি নোংমৈ কাপ্পবা লেপখ্রগনি, শান্তি পুরক্কদৌরবনি অমসুং ঐহাক্কী ইশা য়াম্না চোকথনা উরে, খরা পোত্থানবা হোৎনৌ হায়না ....। নুমিৎ অদুদগী মহাকপু অমুক হন্না উবা ফংখিদরে।

## ১৫শুবা পন্দুপ

মহাক্না চৎখ্রগা, ঐ ইতোমতা লৈমায় মখাগী কা অদুদা ফমদুনা লৈহৌই, অতৈ ওফিসারশিং অদুদি থোঙ অদুগী হেক মপান্দা লেপ্তুনা লৈ। ঐগী ইপুরোয়বগা চৎমিন্নহৌদবদা ঐ য়াম্না নুংঙাইখিদে, মহাক য়াওদনা ইথন্তা লৈহৌবসু কিরকই। অয়াম্বনা ঐহাক্না শকখঙনদ্রবা মীয়াম অদুগী মরক্তা ইথন্তা তরক তরক ঐগী থম্মোয়দা য়াম্না নুংঙাইতবা ফাওরকখি। মখোয়নসু ঐবু, অহেনবা পোৎলুম অমা ওইনা লৌগনি হায়বসে ঐহাক খঙজে অমসুং ঐবু লাপ্না লৈহনখিবা পাম্রমগনি।

অদুবুঃ- য়ানখিবা ব্রাফম অদুগী খুদোংচাবা লৌরগা হোসপিতালদা লৈবা অশোকপা মীশিং অদুবু য়ুম অদুদা পুরক্লবগীদমক করম করম্না কাগী মফমদা থৌরাঙ তৌবা য়ারীবগে হায়বদু য়েংশিনবা লাকপা ডাক্তর অদুনা ঐবু অমুক হন্না থবক্তা মিকপ থোকহনখি। ঐনা মঙোন্দা লৈমায় মখাগী কাশিং অদু উহল্লে। কাদি য়াম্না লৈবনি, য়ুমফম অদুগী মখাদা অমগা অমগা ফাওদোক ফাওজিন য়ানা।

থুনমক হোসপিতালগী তেংবাঙবা মীশিংসু থুংলরে। মিষ্টর ব্রাকনবরীসু মোম্পাক অমদা হীপহল্লগা পুরকই, অতৈ অশোকপা কয়া অমসু লাক্লে। অসুম্না নুঙগী লৈমায় অদুদা লৈবা অপিকপা কা-অমদি নাকন নাকন্দা হীপ্তুনা লৈবা অশোকপা মীনা থন্না লৈরমই।

ঐখোয়না হান্না খোমজীন্দুনা থমহৌবা মোম্পাক ফিদক অমসুং কম্বলশিং অদু কয়াদা কান্নখিবা .......। য়ুম অদুদা লৈবা মফম পূন্নমক্তা ঐনা কোয়থুং থুংনা চৎলগা, শুপ্না য়াবা, ইনবা য়াবা অফঙবা ফি, মোন্নচিংবা পূন্নমক লৌশীন্দুনা শীজিন্নখি। অপিকপা, চাকথোংবগী ত্তোভ মচা অমা লৈবদুসু ওহ্লোক্লা কান্নখি। থোংথাকপগী শীজিন্নবা, কাচিন্দা লৈবা টেবল অমদা, ঐনা ত্তোভ অদু মচি লেঙহন্দনা থমখি।

নোংমগী মমাঙদা শেমহৌবা, থক্লনবা ইন্সাং মহি অদু পাম্লবকখিবনি শোক্লবা মীওই কয়া অদুনা। মদুমদি, লাইবক ফবদগী ঐহাক্না চাং য়াম্না হেন্না থমহৌই, অমসুং ঐখোয়গী পোৎ থম্ফম কাদা লৈবম্না তিন মঙা-তকক্তা য়াওবা মচলশিংসু হাপহৌববনি। শঙ্গোমগী ব্লাফমদি, য়াম্না অরুবা ওইখি। শম্বী পুম্নমকসু লম্পাক্তা লৈগ্রে, অয়াম্বনসু মাঙনগ্রে। অসুম্না শঙ্গোম শুমনিংঙাই অমত্তা লৈত্রবদা, ঐখোয়গী লৈজহৌবা, কৌতাদা য়াওবা (কন্দেন্স মিল্ক) শঙ্গোমদুদা অদুম তারে।

মীশিং অদুগী মবক্তা, খবা অমদি য়াম্না থীনা শোকপা য়াওবম্মী। মিষ্টব ব্রাকনববীদি খ্বাইদগী হেন্না থীনা শোকখিবনি। মহাক্কী মখোঙ মখুৎ পুম্নমক তেকপদুতো নত্তনা মশাগী মফম কয়াদসু শোক পনখি। অদুবু অঙকপনি, মহাক্না মতম অদুফাওবা হিংলমলিবা অমসুং থোক্লিবা পুম্নমকশিং অদুবু খাঙলমলিবা। ডাক্তবনা ইহান হান্না পূক্লিং চঙখিবসু মঙোন্দনি। মখোঙ মখুৎশিং অদু লাকশীন পুনশিনবীবগা হেক ঙমলিবর্মখৈ মহাক্কী খাঙলিবা অৱাবা-অনাবা অদু হুম্বহন্নবা হোৎনবীখি।

অদুবু উপাই লৈত্রবা তোল্লবা পাথং-নহা অদুদা ওইবিবা অৱাবা অদুবু উকবদি থম্মোয় শোকনিংঙাইগী মশক্তি। মহাক্কী অৱাবা অদু হুম্বহন্নবা কবিগুম্বা শক্তি অমত্তা লৈখিদে। মহাক ঈশিং য়াম্না থৌবাংখি, ইন্সাং মহি অমসুং শঙ্গোমসু য়াম্না থকখি, অদুম ওইনমক মহাকপু নুংঙাইহন্নবদি কবিসু তৌবা ঙমখিদ্রে। মিনিট অমগী মনুংদা, অমুক হিপকনি, মথংদা অমুক থাঙ্গৎপিয়ু হাযগনি। ঙাইহাক ঙাইহাক্কী মনুংদা মাগী খুজেংদা ঈ থোবক্কনি, অমুক হন্না মদুবু পুনশিনবদা মহাক অমুক ৱানা খাঙগনি। মহাক্না খাঙলীবা অৱাবশিং অদুদগী, মহাক্কী মমায় অদু তাইশিল্লকই, শুকতোক্কুনা খাঙই, মরাইবক্তা হুমাং মবিক মবিক কাবকই।

মতম অদুদা ওইখিবা, উখিবশিংদু খক কাউবা ঙম্রবোই। ইনেম নেম্বা লৈনুংগী কা অদুদা হীপুনা লৈখিবা অশোকপা মীওই কয়াশিং অদো .... ! মফম অদুবুসু খঙখিনি হায়বগী কিবনা থৌনা ফনা অঙানবা থার্ডমৈসু থানখিদ্রবনি, অমসুং লায়েঙলিবা ডাক্তব অদুসু মুশি মুশিবা লালটেনগী মঙালদা মাগী তৌগদবা থবক তৌখিবনি। তৌবসু তাখি - মতৌ অসুম্না মবক মবক্তা মহাক্না ঐবু মিকুপ

খরগী ওইনা মপান্দা থোকখিনবসু হায়খি, অমসুং তাল্লক অদুদা, হিংলিবা মীশিং অদুগী মফম খরা ফংজনবা শিরবশিংদু পুথোকহৌই।

কা অদুদা, কিরবা শকফম কয়া উবা ফংখি অহিং অদুদা। অদুগুম্বশিং অদু অমুক হন্না উবা ফংজদবা হায়না ঈশ্বরদা খুরুমজখি। অদুবু ঐঙোন্দা নুংঙাইজখিবা অমদি, ঐনা ডাক্তর অদুগী মতেং পাংজবা ঙমখিবা অদুনি। অদুবু ঐনা ঈশ্বরগী থৌজালনি হায়না লৌজে, মরমদি নুমিৎ অদুগী কিরবা থৌদোকশিং অদুবু অমুক খল্লুনিংঙাই মতম অমসুং ফজরবা যুম অদুদা থোক্লিবা তেকপা কায়বা পূম্নমক্তুবু অমুক নিংশীংলুদনা ঐগী পূক্লিংসে পূম্নমক অদুগী মতেং পাংবদা লূপখিবনি। ঐ য়াম্নসু চোকথরবনি, চুম্না হায়রবদা, ঐখোয় পূম্নমক লোইনা ৱানরে চোকথনরে। পুং তরামখায়রোম তারকপা মতমদা মীপুম খুদিংমক চাক চারুনবা হায়জখি অদুবু মখোয় অয়াম্বদি তুমনিঙবনা হেনজিল্লকপগুম তৌদুনা চাক ইচা চানখিদ্রে।

চাকলেন অদুসু য়াম্না হাউবদি ওইখিদ্রে, অদুবু ওইরিবা ফিভম অদুদদি খ্বাইদগী ফরবা মখল অমনি হায়রবসু য়ারে - থোং থাকপসু ইথন্তনা তৌজগ্রবা ...। ঐখোয়গী সেবা তৌবিবা, মীনায় অমা অনিদি মতম অদু ফাওবা লৈরি। অদুবু মখোয়সু কিজবনা যুম অদুগী কাচিন কাচিন্দা চঙশীন্দুনা লৈনখিবদগী, থোরক্তুনা ঐগী ইতেঙ খরা পাঙবীরো লাউ হায়র ফাওবা য়াখিদ্রে। চাউরাক্লা পুং নিফুনিপাল রোমগী মনুং অদুদা ঐখোয়না চাগদবা ইকোন কোনবা চাকলেন অমনি হায়বদু হান্না খঙলম্বা থেক্রবদি, চেকশীন্না খ্বাইদগী হাউগদবা মওং অমদা থোংলম্বা চারম্বসু য়াবনি; অদুবু করি ওইরক্কদৌরি হায়বগী ৱাখল অদু ঐখোয়গী পূক্লিং অসিদা চঙখিদে। মতৌ অসুম্না, অৱাবা মরক্তা চানখিবা চাক চরা অদু লোইদ্রিঙৈদা অয়াম্বা ওফিসরশিংদি তূমনিংবনা উইনরক্লে। ঐহাক ইশাসু চয়োল অমদি শুকহৌ হৌগত্তনা তূম্বা ঙমগদবোই খঞ্জখি।

চাকলেন অদুগী মতুংদা, ঐখোয় পূম্নমক যুম অদুগী মফমদুমক্তদা অদুম অমগা অমগা কায়নরে! ঙাইহাক্তংগী ওইনা ঐহাক্তি হোসপিতালদা হন্নুবদা, ডাক্তর অদুনা শঙ্গোমগী য়াম্না দরকার লৈরম্বদু খঙলবদা, অমুক ঐখোয়গী চাক চাফম কা অদুদা হল্লকই। মফম অদুদা ঐনা, কৌতাদা য়াওবা (কন্দেন্স মিল্ক) শঙ্গোম

অদু ঈশিংগা য়ানশীন্নদুনা লিক্লি কয়ামরুমদা হাপচীনবগী থবক্তুদা কেপ্টেন বোয়লাসু য়াওখীরম্মী। অদুগী তুংদা, অমুক হন্না মখাগী থাক্তা কুমথরক্লে। হান্নদগীদি মফম অদ খরা ইঙনা চীক্লা লৈরম্লে। অশোকপা মীশিং অদূ পূক্লিং চঙনা য়েংশিন খোংচিনবীরবা মতুংদদি মখোয় লোইনা তুমথনখীরম্মী। মিষ্টর ব্রাকনবরীসু খরা ফরকপা মান্না উইদুনা লৈরম্মী। মী অমখক্তংদি য়াম্না কপ-লাউরম্মী, মহাক্তি, কোক্তা শিবা য়ানা শোকলবনি। ঐনা মফম অদুদা করি অমুক তৌনিংঙাই লৈত্রে হায়বদু খঙলবদা, য়ারবদি ঐগী কা-দা চংলগা ঙাইহাক্তং ওইরবসু তূমলুবনা ফগদ্রা হায়না খনবদগী ঐ, মথক্কী থাক্তা অমুক কাখংলক্লে; ঐহাক য়াম্না চোকথরে।

মতম অমদা, ফজনা থমজবা ঐখোয়গী মী ফম্ফম কা অদুদা থরায় নুংঙাইতনা চঙশীল্লুবদা উবে, - পোং পুম্নমক মথোঙ-মবম অমত্তা খঙদনা পূমচায চাইনা লৈরিবা, অমসুং ঐনা নুংশিনা, লুনা খঞ্জবা ইপোং-ইচৈ কয়াদা থোকহল্লিবা অমাঙ-অতা কয়াদো! অসুম্না খন্নবা মীসু লৈবনি মদুদি অসিগুম্নবা অৱাবগী মতাঙ ওইরকপদা নুপী ওইবীশিংগীদি কপ্পতনা মঙোন্দা লৈজবা মতেঙ অমসুং পোখাফমনি হায়না, অদুবু ঐদি মতম অদুদা কপ্পা হায়বসি ঙমখিদ্রে। ঐখোয়দা ওইরক্লিবা অকীবগী মশক ওইরবা, লাইবক অসিদা তমখ্রবা পাখংপা, কিজবা অদুনা খুদুম চনখিবনা ঐখোয়গী লাইবকথীবা অদুবু অমুক তেংথাকুগনি হায়বা খঙখিদ্রে।

ঐঙোন্দা ওইরকখিবা কা হেন্না চোকথমনবা অদুনা, ঐনা অকোয়বদা উখিবশিং অদুবু অদুম ইংথনা, তপথনা য়েংজবা ঙমহনখিবনি হায়বসু য়াই। কনাগুম্বা অমনা মাগী মমঙদা চংপগুম্না, ঐ, য়ুমগী মফমশিংদু ফাওদুনা চংখি, শুপ্নগী পোখারুবা য়াবা মফম অমত্তং ফংজরবদি, অমসুং তুম্নগা অৱাবা পুম্নমক কাউথোকপা ঙম্নবদি হায়না .....।

ঐগী ইপুরোয়বগী অশীকপা ওফিস কা অদু ফাওরগা ঐগী তুম্ফম কা তাম্না লাকপদা, থোঙ অদুসু লোনশীন্দুনা লৈরমলে। উবদা খঙবা ঙমখি মদুদি য়ুমথক্কী শরুক খরদি অচৌবা নোংমৈ মরু পোকখায়বদা তেকথদুনা লৈমায়দা তাশিনম্রে

হায়বসু। মফম অদুদা ঐগী পোখাফম লৈত্রে, ব্রাখল অদু থাদোক্রে। ঐ অমুক মাঙ্গোন্দা থোরক্রে।

মাঙ্গোন্দগী, শিরিদা কুমথরক্লুনা ঐহাক মিনিট খরদি মপান্দা থাবলগী মঙান্দা লেপ্তুনা লৈখি। অহিং অদু য়েংবদা নুংশিরবা, ফজরবা অহিং অমা ওইখি, নুংথিলগী মতৌগুম্না য়াম্না শেংনা, পূমঙান ঙাম্না ... ! অসিদগী হেন্না ইঙনা ফজরবা দৃশ্যদি কনাগুম্বনসু খনবদা পাক থোক্রোই। য়ুম অদুবুদি য়াম্না অকায়-অতোয় থোকহনগ্রে অদুবু থাবলগী মঙাল অদুদদি পূন্নমক অদু উথিদ্রে। য়ুমগী মমাঙথংবা শরুকশিংদি নোংমৈ মরুনা শোকখিদে, য়ুমথক অদুদা ফাওদোক্লুনা চৎখ্রগা য়ুমগী মনিঙদা পোকথায়রুবা ঙাক্তনি। অমরোমদা, শাৎলিবা আতরগুলাব অমসুং নুমিৎলৈগী লৈনম পুরবা নুংশিৎনা অহিং অদুদা হুমলম্মী। ফক্লাঙদা য়েত্তুনা কারিবা উরিশিং অদুগী মরক্তা কৌজেং-হারৌ খরসু মহৌশাগুম্না অদুম হরাওনা খোংবদু তারম্মী।

হৌখিবা অহিং অদুগী ব্রাখল অমসু ঐগী পূক্লিংসিদা ফাওরকলে, ঐগী ইপুরোয়বগা ঐখোয় অনি থাবলগী মঙান্দা হঙ্গৎ-হন্দা চৎমীন্নখিবা, করি থোক্লগবা হায়না নুমিত্তুদা ব্রারী শামিন্নখীবা অমসুং পোলোইদা অকীবা ফংনা ব্রাগনি হায়বদি মহাক্না করিসু ইখন খনজখিদবা। মথংদা অমুক নিংশীংলকখি, তোল্লবা পাখং মচা অমা শোক্লদুনা লৈমায় মখাগী কাদা লৈহৌবদো .... পুং কুনমরিগী মমাঙদদি মহাকসু কাঙবু অদুগী মরক্তা থব্রায় হকচাং য়াওনা মহাক্কী বাঞ্জো খোংদুনা হরাও নুংঙাইগী ইঁশে কয়া শকখিবনি, অমসুং নোংঙাল্লকপদা মহাক মশাগী থবক অমা ওইনা লাম্থেংনবগী তাঞ্জা অদু খৌরাংনা ঙাইজরকখিবনি।

ঐগী ইপুরোয়বা কদায়দা লৈখ্রবনো হায়বদু ঐ করিমত্তা খঙখিদ্রে, অমসুং করিগী অসুক কুইনা চৎখ্রিবনো হায়বদু খল্লুবদা ঐঙোন্দা অঙকপা পোকখি। ঐনা খনখী, মখোয় য়াম্না ব্রারম্রগনি, চোকথরম্রগনি, চাক লামলম্রগনি, অদুসু শান্তি হঞ্জিনবগী মতাঙদা হাইরপ মহৈ য়ানবগী মওংদা লৈখ্রবনিনা, মথং নুমিৎ ফাওবগীদমক্তি করিগুম্বা খুজিল খৌরাঙ অমা তৌননবা ঙাইদুনা

লৈনরম্বসু য়াই।

খোঙ্গাল ফাওবদং চংলগা, মখোয় কাঙবুদুবু উবা ঙম্না হায়না য়েংলুনবসু খনখী, অদুবু অমুক হন্না খন্থরুবা মতমদদি, ঐ মাঙ্গোন্দা অদুম চঙশীল্লে, অদুগা ঐগী ইপুরোয়বা হল্লক্লিব-ফাওবদি মফম অদুদা ঙাইরগে হায়না পূক্লিং লেপ্লে। মতম অসিদা ঐগী ইনাক নক্লা লৈবা চৌকি অমদা ওফিসর অমদি তূমদুনা লৈ। ঐহাকসু মাগী মতৌ তম্নগে হায়না খল্লকপা মতমদা কেপ্তেন বোয়লা অদু মপান্দা থোরক্লমই। মনাক্তা চঙশীন্দুনা হায়জখি, "খোঙ্গাল ফাওবদং থোকপীরগা চিফ কম্মিসনারগী কাঙবু অদু করিগুম্বদা উব-লাকপা, নত্রগা পাউ তাবা ফংব্রা হায়না অমুক্তা য়েংবীয়ুবা.....।" অসিমসু হায়জখী মদুদি কনাগুম্বশিং মহাক্লা থেংনখোংনবা য়াওরবসু ঐগী ইপুরোয়ববু ঐনা য়াম্না খৌরাংনা ঙাইহৌই হায়না তন্বীরুনবগীদমক.....। কেপ্তেন বোয়লা খুদক্তা চংপীখি, অদুগা ঐহাকসু ঙাইহাক্কী ওইনা চৌকিদা উইদুনা লৈহৌই।

মতম অদু চাউরাক্লা পুং তরানিথোইরোম তারম্লগনি, কয়াম কুইনা তূম্লুরবনো হায়বদু ঐ খঙদ্রে। ইখঙ খঙহৌদনা মিকপ থোবকখি, অচৌবা নোংমৈ অমুক হন্না কাপলকপগী না য়ৈশিনবমখৈ হৌরবা মখোল অদু তাবদা! অদুম খঙলে শান্তিগী ৱাফম লৈত্রে হায়বদু ......।

সেকেন্দ খরদি ঐহাক লেঙবা ঙমখিদে, অকীবনা ঐবু লাকশীন্দুনা থমখ্রবগুম তৌরম্মী, খোঙ থাংদুনা চংপা ঙমখিদে। মিনিট অমরোমগী মতুংদা ঐ জ্ঞান তারক্লে, য়ুম মনুংদা চেনশীল্লগা লৈমায় মখাগী কা অদুদা কুমথবম্মী।

মফম অদুদা লৈরম্বা মীপূম খুদিংমক্লা চপ মান্নন খনখিবদি ঐখোয় পূম্নমক লোইরে হায়বসিনি। ঐগী ইপুরোয়বনা কদাইদা লৈপ্রবা ....? মখোয়শিং অদুদা করি থোকপ্রবা ....? ৱাখল অসি খল্লুবদা ঐহাক লাঙতক্লবনা ঙাওরম্মী। মখোয়গী মরায়বক করি ওইপ্রবনো হায়বদু ঐ খনবা ঙমখিদে, অদুবু ঐগী ইপুরোয়বগী পূক্লিংদা ৱারমগদবা অমসুং মানা, নোংমৈ মখোলশিং অদু তারগা ঐখোয়দা কাপশীল্লবনি হায়বদু খঙবদা মহাক্লা খাঙলমগদবা অৱাবা অদুদি ঐসু খঙই।

ঐখোয়গী নোংমৈ মরু ৱাৎলি, অমসুং মায়োক্নবগী শক্তি ঐখোয়দা লৈতে হায়বদু মহাক্না ফজনা খঙবনি।

খোঙকম হন্দোক্নুনা চৎখীবনা ঐখোয়গী খুদোং চাবনি হায়বদু ঐখোয়গী ৱাখল ওইরক্লে। কোলনেল স্কীন-নসু ৱাফম অসিমদি হান্না য়াচঙলকপা মতমদুদা পুথোকপ্রবনি, শান্তীগী ৱাফম অদু ওইরক্লিঙৈগী মমাঙদা ....। অসুম্না পুং অমরোম হৌপ্রবগী মতুংদা, ডাক্তরনা অশোকপা মীশিং অদু লৈখাগী কাদগী পুথোরকপা হৌরম্মী, মরমদি ঐখোয় পূম্নমক খুদক্তা হন্দোক্নুনা চৎখীবগী ৱা লেপ্লরে।

মতম অদুফাওবা, মিষ্টর ক্রিস্টন, ঐগী ইপুরোয়বা অমসুং মখোয়গা লোয়নখিবা অতৈ ওফিসরশিং অদুগী মরমদা করিগুম্বা পাউ অমত্তা তাবা ফংখিদে, ঐখোয়না মখোয়গী মরমদা লাঙতক্নবদি পুঙজা খুদিংগী হেল্লক্লে।

অশোকপা মী পূম্নমক্তু মপানগী নাপী হৌবা লম্পাক্তু তান্না পুথোরকপদা মতম শাংনা চঙখি। মিষ্টর ব্রাকনবরীদি ইহান হান্না পুথোরকই। লাইবক থীরবা, তোল্লবনি, ঐখোয়না মহাকপু মফম অদুদা তপ্পা ইঙনা থম্বীরিবদুবু য়াম্না ৱারে হায়জখি। মহাকপু পুবা মতমদা মশা অদু লেঙথোক লেঙশীন তৌবনিনা মাগী মফমদা অমুক্তা হেন্না ৱাখিবনি।

তোল্লবা, উপাই লৈত্রবা অশোকপা মীশিং অদু অমমমতা ওইনা মপান্দা পুথোকপীরমই, খরদমক ঙায়হৌরে মনুঙদা লৈহৌরিবা। ঐ ইশামকসু ইখুৎ তিংথোকচদুনা মখোয় খরগী মতেং পাংজখি। অসুম্না ঐখোয়, লৈখাগী থোঙ অদু ফাওদোক্নুনা মপান্দা থোরকপা মতমদা, অনাশঙদা (হোসপিতাল) মতেং পাংবা কাহার মরিনা কনাগুম্বা অমা অমুক হোসপিতাল অদুদা পুশিল্লক্লে। থাবলগী মঙাল অদুদা মখোয়গী মমায়শিং অদু উরম্মী অমসুং মখোয়না পুরক্লিবা মী অদুগী অঙৌবা মমায় অদু হেক উবমক্তদা, মদু মিষ্টর ব্রাকনবরীনি হায়বা খঙলে। ঙাইহাক লৈতনা মহাক্কী মশা অদু পুথোক পুশিন তৌবদুনা মাগী অরোইবা ওইহনখ্রে। মহাক লৈখাগী কা অদুদগী পুথোরক্লগা মপানগী নাপী মথক্তা থম্বীবগা মিনিট খরগী মতুংদা অদুম শিপ্রবা ওইরমানে। পুং খর অমুক শাংথনা লৈরম্লগা অকীবা ফংলবা খোঙচৎ অমগী অৱা-অনা কয়া অদু খাঙগদবগী শরুক্তি শিখিবা অদুনা

হেন্না ফরে মঙোন্দা, অদুবু অমম্বা কা অদুগী মনুংদা শিরবনি হায়দুনা নহা ওইরিবা পাখং অদুবু মথন্তা হুন্দোকপীরম্বদুদি কনাগী থম্মোয় শোক্তনিংঙাই লৈতে। ঐখোয়না মফম অদু থাদোক্নুনা চৎলমদাই মতম ঙাইহাক্কী মনুংদা ঐ অমুক হন্না মফম অদুদা চঙশীল্লুই, অপাকপা ফি অমনা, লৈবাক্তা তাদুনা লৈরিবা মহাক্তো তপ্না কুপশীনবীরম্মী। মহাক্না খাঙলম্বা অৱা-অনা পূন্নমক লৌথোকখ্রগা অশিবগী তম্পাক্তা ইঙনা য়াতাদুনা লৈরিবা মহাক্কী মওংদু ঐনা কল্লকচখিবনি।

ঐখোয় মফম অদুদগী নাহ্লোক্নুনা চৎপা ঙমগনি হায়বদি ঐ করিমত্তা খনখিদ্রে। মদুগীদমক হোৎনরবসু ওইথোক্নরোইদবা মাল্লম্মী। অদুন্নদি ওইরগা, ঐখোয়গী খোঙশান্নবগীদমক্তি পূন্নমক থৌরাঙ তৌনরে।

ঐ মপান্দা অমুক থোরকই, থীন্দনা মণিপুরিশিংনা ঐখোয়গী য়ুম অদু মৈ থাদোকপীরগদ্রা হায়না খনবদগী; অমরোমদসু মৈ থাদোকপা অদুনা হেন্নদুম ফরগনি - মরমদি মায় পাকহৌরবা য়েক্লবশিংনা লৈহৌরিবা অশীবশিং অদুগী মথক্তা থীনা, নুংশিঁহৈতনা লোয়নবীবগী মওং করিসু লৈররোই।

মপান্দগী না য়ৈশীল্লবা নোংমৈ মখোল লেপ্তুনা তারী। মরুশিংনা ঐখোয়গী অকোয়বা মফম পূন্নমক্তা তারক্লগা পোকখায়রী। উ কয়াদা পাল্লি, উশা কয়া থুদেক্লি। হৌজিক্তি, ঐগী ইমুঙ অদুদা অমুক হন্না চঙলুবগী ৱাখলদু থাদোক্লে। চৎকদৌরিবা খোঙচৎ অদুগী ওইনা, ঐগী তুপী, ফুরিৎ অচোনবা, করিগুম্বা অমত্তসু লৌথোক্লুবা ঙমদ্রে, ঐনা ওইরিবা মওং অদুদা অদুম খোঙশানবা তারে। হৌখিবা চাকচারমদাই মতমমক্তদা ঐনা অয়ুক্তা লীৎপা নিংথমথাগী হকচাং নপ্না ফুরিৎ অচোনবা অদু লৌথোক্লগা, অঙৌবা শিঙ্ককী ব্লাউজ ফুরিৎ মকক অমগা হিগোক মচুগী থারপ তৌবা স্কার্ট অমা .... মদুনা লোইরে, মদুনা হোসপিতালদা থবক তৌবদসু ঐঙোন্দা খরা কোমজনবা হায়দুনা। খোঙনা চৎপদা চুনগদবা, খরা ফবা ফিজোল অমত্তা ঐ খন্দোকচবা ঙমখিদে। মপান্দা চৎপদা চানবা ফিজোল, খুদম ওইনা তুপী, ফুরিৎ অচোনবা, বুটনচিংবা করিগুম্বা খরদং লৌশিনজহৌবা ঙম্নবদি পূন্নমক অসি ফরমগদবনি। থোক্লরিবা অসিগী মতুং ইন্না হৌজিক ঐগী খোঙদা য়াওরিবদি, অপাবা অমসুং অথোৎপা শঙনগী খুদোল খোঙউপনি। মসিগুম্বা মখল অসিদি লম লাপ্না মপান্দা চৎপগীদি কৈদৌনুঙদসু

চানদ্রবনি। ঐগী খোঙ মোজাসু নুপিশিংনা উপ্লবা চুম্নগী ইচম চম্বা, কন্দবা মখল অদুনি। হান্নদগী হোসপিতালদা নৈশিন্নরকপদা, ঐঙোন্দা শেংলিবা ফিশিংসু লোয়না মোংলবনি, মার্চ থা ফাওবসিদা করিসু শু-চাম্বা তৌদ্রবনি। অদুবু ঐখোয়না লাক্রুবা মতুং বৃটিশ লৈবা লম য়ৌরকপদদি ঐহাক্না ফিশিং অদু শুদোকহনখি অমসুং ওসি ফাওবদসু মখোয় ঐগী ইনাক্তা লৈরি। পূক্লিং লুপ্পীংঙাই ওইরবা মতম অমগী মাঙ-তাকপ্রবা কন্নাগী খুদম ওইনা মখোয়শিং অসি চেকশিন্না থম্লগনি।

# ১৬শুবা পন্দুপ

বাখল লৈতাফম অমত্তা খণ্ডনদনা মপান্দদি য়াম্না লাউ খোংনবা চরাওনবা হেনগংলকখি। সিফায়শিং চংপা হৌনবগী থৌরাঙদা পুল্লপ পরেং লেপ্তুনা লৈনরে, মখোয়গী অকোয়বদা লৈবা মফমশিংদুদা, মী কয়া চেন্নরী, মফম অদুদগী নাছোকহৌনবা হোৎনবদা অমগা অমগা থেঙ্গায়নরী মখোয় অয়াম্বনা ঐখোয়গীদা থবক তৌরম্বা মীনায়শিং, হুব্রাই-চেংব্রাই, মরু-মরাং য়োনবা, শম্না হায়রবদা সিফায়শিংনা লৈরু-লৈরুবা মফমদা মশানা লৈফম থোক্লবা মীওইশিংদু ঙাক্তনি।

ঐবু ময়াম্না কাউথোকপিদুনা ইথন্তা হুন্দোকপিরম্লে হায়বগী অকীবা ব্রাখল অমা ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা ঐঙোন্দা লাক্ত্রিফাওবদি মীয়াম অদুনা মাগী মাগী মফম থাদোক্তুনা চেন্নবদু য়েংথোক্তুনা লৈরুরে। ঐসু ইথন্তা চংননবা ব্রাখল তৌরুই, অদুবু খছুরুবদা নীংশীংলক্লে, ঐনা ওফিসর খরগী মফমদা ব্রাশকখিবদো - "ঐদি ঐনা লৈরুবা মফমদুদা অদুম লৈগনি" হায়না। মখোয়নদি,ঐগী নাক্ত ঐগীদমক্তা লাক্কনি হায়খীবনি। হায়রিবা মতম অসিমক্তদা ওফিসর অমনা ঐগী নাক্তা লাক্লগা হায়ররে - "ঐখোয় চংননবা থৌরাঙ তৌবা তারে"।

চঙজফম লৌদুনা লৈরম্বা য়ুম অদুদগী থব্রায় খুবাক্তা হাপ্তুনা মপান্দা হেক থোরকপদা, ঐ ঙাইহাক্তি জ্ঞান মাঙলম্মী। লাঙলিবা খোঞ্জেল অদু অকীবগী মশক্লি, পোকখায়রীবা নোংমৈ মরুশিং অদুতা নত্তনা, কাপনরীবা অদুসু হান্নদগী কনশীনবা হেল্লমই। ঐখোয়গী য়ুম অদুদগী গজ তরুকফানা চংত্রিঁঙদা নোংমৈ অচৌবদগী কাপলকপা মরু অমা ঐগী খোঙ মনাকমক্তদা পোকখায়খী, অনকপদা হৌবা উ অমগী মশা কয়া থুদেকখী অমসুং লাইবক ফবদগী ঐদি পাম্বোমদা হাইরপ খজিক্তং শোকখী। ঐ উপাম্বী অদুগী মরুমদা চোংশিল্লি, অরেম্বা ব্রাখলদি ওইবা য়াই, উ অদুগী অচৌবা মউ অদুনা ঐবু মখাতানা শোক পনবদগী

ঙাকথোকপিগদ্রা খন্দুনা ....। অসুম্না সেকেন্দ খরদি মফম অদুদা লৈখি। মীয়াম অদুনা তুরেল অদু য়ৌনবা হাথু-হাথু চেন্নবদু উবদা, ঐসু অমুক হন্না ৱাখল লাক্লদুনা, মফম অদু য়ৌনবা চেন্নবদুদা য়াওরম্মী, ঐহাক্না লোয়নগদবা মী অমত্তা লীংলীংখিদ্রে, মীয়াম অদুদগী ঐ তোঙান্না অদুম লাক্লে।

ঐখোয়না লৈরম্বা রেসিদেন্সি অদুগী মনীং মায়কৈদা, কাছার লম্বী য়ৌরকপা ফাওবদু অরায়বা ওইরমদে। লম্বীদা খোঙলৌবা, অপনবা কয়ামরুম লৈরম্মী। মপালথংবা কমপাউন্দ অদুদগী মনুংথংবা ইংখোল অদুদি, তিংখং পাল্লবা শম্বুক্লেগী পরেংনা ৱাংনা শম্বল খাজীল্লগা তোঙান্না লৈবনি। হায়রীবা শম্বুক্লেগী শম্বল অসি শেম্বদসু ঐনা য়েংশিন খোৎচীঙখিবনি । ঐখোয়গী ওইনা শন কয়াসু লোইজরম্মী, অমসুং শনশিং অদুনা তোয়না লৈ শাৎলিবা ইংখোল অদুদা চঙশীন্দুনা আতরগুলাপ পাম্বীনচিংবা ময়ামরুম মাঙহনখিবসু য়াওই। ঐখোয়না শম্বল অদু খাজীন্দ্রিনৈঙেগী মমাঙদদি করিগুম্বা অমত্তনা মখোয়বু ঙাকথোকপা য়াগদবা মাল্লমদে। অসুম্না নোংমা ঐগী ইপুরোয়ববু পুশিল্লগা ফিভম অদু উহনবা মতমদা, ৱাফম অমসু ঐনা মঙোন্দা থমজখি, মদুদি শম্বলগী ৱাফম অসি মরুওইবা অমা ওইবা তারবদি মী শঙ্গু অমা ঙাকহন্দ্রবসু য়ারগনি হায়না।

লাইবক ফবদগী ঐনা মফম অদু য়ৌরকপদদি, মীয়াম কয়া অমনা, নমখায়দুনা চৎখিবদগী শম্বল অদু তেকথরম্রে। খুদোংচানা, শম্বল অদুদা অহোবা অমসু লৈরম্বদগী, ঐগী শেৎলিবা ফিরোলদা করিসু তৎপা খোৎপা থোক্তনা লিৎথোকপা ঙমলম্মী। অদুবু ঐগী খুৎ অসিদদি য়াম্না খোগায়খি অমসুং ঐগী অশোনবা খোঙমোজাশিংদুসু তৎলম্মী। অদুম ওইদুনসু ঐ অদুম চৎলে, ঐগা কনাগা লোয়নরিবগে হায়বনচিংবদু করিসু খল্লুবা লৈতনা ......। মথং অমুক অপনবা ওইরিবদি অচৌবা লৈপল অদুনি। ঐখোয়রোম থংবা নাকন্দদি য়াম্না নেম্রগা, নাকল অমদনা ফুট তরুক লুথনা মখাদা চোংথবা তারম্মী। ঐদি লৈপল অদুগী মথক্তা ফমদুনা লৈরে, করম তৌনা অতোপ্পা নাকল অদুদা কুমথনবা হোৎনসিগে হায়বদু খন্না। মতাঙ অসিমক্তদা কনাগুম্বা অমনা ঐঙোন্দা তপ্না ইল্লক্লম্মী, মদুগী মরমদি, ময়ামগী লম্বী অদুদা ঐনা থিংদুনা লৈরে হায়বগী খঙহল্লকপা মওং অমা ওইনা। ঐহাক, অতোপ্পা নাকল অদুগী মখা ফাওবা নিংথীজনা নাছুরে,

ঐগা খঙনবা হৱাই-চেঙৱাই য়োনবা নিপা অমগী পাম্বোম পায়দুনা। লৈখোম হেন্নবা, নাল্লবা তুরেল অমা কুথরকপদসু নিপা অসিনা ঐগী ইতেঙ পাংবিখী। ঐগী হান্নদগী মোংলবা ফিজোল অসিদা অমুক হেনজিন্না তংহনবা, চুহনবা থোকপমখৈ ঐহাক অনি অহুমলকসু তুশিনখি। মমৈথঙদা ঈশিংগী মপাল য়ৌরক্লবদা থৌনাফনা তুরেল অদু লাম্ভোক্লবা হোংনখি।

ঐখোয় পুম্নমক্কী লাইবকফবা ওইনা, মতম অদু মার্চ থানি। এপ্রিল-মেগী মতম নত্তে। চহি অসিগী মতুং, হায়বদি মার্চ থাদগী থেঙথনা থৌদোকশিং অসি থোক্লম্বা তারবদি, হায়রিবা তুরেল অদুসু মতৌ করম্না লানগদগে হায়বদু ঐ খঙদ্রে। মতম অদুদি, অইঙবা মতমসু লোইখিবা, নোং চুবসু হৌরক্ত্রিবা মরম্না, ঈশিং ইচেল অদু য়াম্না থেল্লী খোঙনা জোম জোম চংপা য়ানা ....। তুরেল অদু কয়াম লুবগে হায়বসু খঙলমদে, মরমদি মমাঙগী মতমদসু নোংমতা শগোল তোংদুনা, অতৈ মণিপুরগী তুরেল লানবগুম্বা মফম অদুদা লানখিদ্রি।

হান্নগী মতমদসু, তুরেল অসি লাম্ভোক্লবা ঐখোয়না মরক মরক্তদি খন্নখীবনি, অদুবু তুবেলগী লৈরায় অসি য়াম্না ঙম্বা অমসুং নানবদগী, ঐগী ইপুরোয়বনা - শগোলশিংনা কুমথবদা অফবা ওইরোই, অমসুং ঈশিং অসিসু লাম্ভোকপা ঙমদনা লুরম্বা য়াই হায়খিবনি।

মতৌ অসুম্না, তশেংনা খঙদবা পোৎকী মরমদা নুংঙাইথোকপগুম্না ঐ ঈশিং অদুদা ইহান হান্না কুমথরগা খোঙ থাংবা হৌখি। ঈঙবদি চিংশিনবমখৈ ঈঙই। ঐনা ঈচেল অদুগী ময়ায় য়ৌরকপা মতমদা, ঐহাক্কা খঙনবা ডাক্তর অদু ঐঙোন্দগী মাঙ থাগৎলম্মী। মফম অদুদা, ঐ ইথম্ভা লৈরম্বদুদা মহাকসু ঙক্কুরমানে। ঐহাক য়াম্না কিজরকপদগী অমসুং মী ময়াম চেন্নবা উবদগী য়ুম অদুদা লৈবা ঙমলক্তবনি হায়না মঙোন্দা শন্দোক্লা তমজরম্মী। নিংথীজনা মফম অদু ফাওবা য়ৌরক্লবা হোৎনবদি ঙমজরে অদুবু তুরেল অদুদি ওম্ভোক্লা হৈনদ্রে হায়বসু মঙোন্দা হায়রম্মী।

থৌদোক অসিদা মহাক্তি, অৱাবা তারবা মীশক অদুবু য়াম্না, মিনুংশিগা লোয়ননা মতেং পাংবীবা মীশক অমনি হায়বসু য়াই। ঈশিং অদুগী লাম্ভোক্লদবা

ৱাৎলিবা মফমশিং অদুবু লাম্বোকপদা মহাক্কা ঐবু পুৰীরমই অমসুং ঐহাকপু থাঙ্গৎপীদুনা পুরক্লগা কংফালদা কংনা থম্বীরগে তৌবমক্তদা মহাক লৈখোম মরক্কুদা মখোঙ অদু নাম্বুরে, ঐখোয় অনিমক তাশিল্লে। অদুম ওইনমক, ঐখোয় অনি থীন্দনা চিংখৎনরমই অদুগা য়াম্না ৱানা লৈরায় মথক য়ৌনবা কারক্লমই। মতম অসিদা খঙলকই, ঐগী খোঙউপকী খুনিঙসু নাম্বোক্কুনা ঈশিং মনুংদা লৈহৌরে হায়বা। ঐগী ইশা পূম্না লৈখোম্না পূর্মতে তৈরম্মী, ইঙবনসু থক-থক নীক্লে, ঐনা শেৎলিবা স্কার্ট অদুসু ঈশিং পূমচোৎ চোৎলে, য়াম্নসু লূপ্লে। হৌজিক, মতম মাঙহনবা য়াবদি নৎলমদে। তুরেল মপাল অদু কাখৎলক্লগা লৈরম্রিবা লম্বী অমুক লাম্বোকপদদি, য়াম্না লুরবা খোংবাল (নালা) অমসু লৈরমলে। খোংবাল অদুগী মনুংদা চঙশীল্লগা ঐ পাকথরম্মী, মরমদি মতম অদু ফাওবা নোংমৈ কাপ্পরী, কদোমদগীনো হায়বা ঐ খঙলমদে, ঐখোয়গী মীওইশিংদি মতম অসিদা ঐহাক্কা উনদুনসু লৈরবনি। মতুংদা হেক হেক তাবা নোংমৈ মখোলশিংনা ঐহাকপু কিহল্লমই, মরমদি করম্না মতমদা ঐখোয়গী মীশিংনা কাপলিবনো হায়বদু ঐ হায়বা খক ঙমলমদে। ঐনা সিফায়শিংগী মরক্তমক য়াওরমদ্রবদি, য়াম্না শাথীবা থোকলমগদ্রা হায়নসু কিজখি। হৌজিক্তি, ইমিৎমক্লা, মখোয়না নোংমৈ কাপ্পা অদুসু উবা ঙমলে।

সিফায় পূম্নমক্লা তুরেল অদু লাম্বোক্কুনা লাক্লিবফাওবদি ঐখোয় মতম খরগী ওইনা খোংবাল অদুগী মনুংদা লৈবা তাখি। অদুগী মতুংদদি, ঐখোয় কাছার য়ৌবা লম্বী অদুদা খোঙশানবা হৌরক্লে। অহানবদা, লম্বী খরদি মায়য়োক্লবা মায়কৈ অদোমদা চৎলগা হল্লিন্না অমুক লাকই, কোন্নদি য়েৎলোমদা লৈবা লম্বী অদুদা লৈশীল্লগা থঙ্গৈমক শেংনা চৎপা হায়বদু হৌরে। অহিং অদু থাবল ফবনা, মফম খুদিং শেংনা উবা ঙমলম্মী। করিগুম্না মমলম্না থোক্লবদি, ঐখোয়গী অৱাবা অদু শরুক চাম্মা হেল্লমগদবনি। ঐখোয় য়াঙনা চৎপদি ঙমলমদে মরমদি অশোকপা মীশিং অদু ঐখোয়গা লোয়ননা চৎপা তাবনিনা, অমরোমদা মখোয়বু পুরিবা কাহারশিং অদুস খরদমক ওইবা মরমনা। পুং কয়া চাদ-থক্তনা অমসুং পোত্থাবা লৈতনা, খংচোং-চোং, খঙইন-ইন তৌনা চৎপা অদুদা মখোয় কয়াম ৱানা খাঙলমগদবা হায়বদু, ঐখোয় কনানসু খল্লুবা ঙমদ্রে। ঐখোয়না চৎলিবা লম্বী অদুগী মরমদি ঐহাক লোয়না খঙলম্মী, মরমদি শগোল তোংদুনা ঐদি হন্দোক

হঙিন য়াম্না তোয়না কাছারদগী অমসুং কাছারফাওবা চৎখ্রবনি; অসুম্না ঐনা খঙজবা অদুনা চৎমীন্নরিবা মীশিং অদুদা য়াম্না কান্নবা ফংহনখি।

মাইল খরা কাওবদি ঐখোয় তুমিন্না চীক্লা চৎলম্মী। বুরি বাজার কৌবা মফম অমা য়ৌবদদি, ঐখোয়দা নোংমৈ কাপশীল্লকখি, ঐখোয়না ফজনা খনবদদি, কোনুংদগী ঐখোয়বু কনানসু তুং ইল্লকখিদবনি। ঐখোয় নাহোকখ্রে হায়বসি মখোয়না খঙখীদব্রা নত্রগা থৌনা ফবা হায়বদুগী হেন্না ফবা শরুক্তি, রাখল লৈবা, অশিঙবনি হায়না খনখীবরা, অদুগা য়েক্লবগী রাখলদা, ঐখোয়গী ইতুং ইনগদবগী শরুক, মখোয়গী নুঙগী চেকপল অদুগী মরুমদা লৈহৌবনা হেন্না পামজখিবরা ..... ঐদি হায়বা ঙমজদে। ঐখোয়গীদি লাইবক ফবনি হায়বা তাই, মরমদি মখোয়না ঐখোয়বু অসুম্না লাকহনখি অমসুং মখোয়না তান্নরক্লবা হোৎনদ্রিঙৈদা ঐখোয় খরা লাপ্পসু চৎহৌবা ঙমখিবনি।

## ১৭শুবা পন্দুপ

ঐখোয়না রেসিদেন্সি থাদোক্তুনা লাকপদু, নোংয়াই মতুং পুং অনিরোম তারক্কবা মতমদনি। নোংঙান্দ্রিফাওবদি, ঐখোয় ইংনা তপ্না লাকই। ঐখোয়গী লৈফমদগী মাইল মরী ফানা লাপ্না লাক্ত্রিঙৈদা, ঐনা মায় লৈথোক্লগা, তুং হন্না য়েংলুবদা উবা ফংখি - মাইল কয়াগী অকোয়বদা লৈখিবা অতিয়াগী শরুক্তো, অঙাঙবা মচুনা পুমঙান ঙান্না উখি; অদুগা ঐখোয়গী য়ুম অদুগী অকোয়বদা হৌহৌবা উপালশিং অদুগী মরক্তা, মৈরী কয়ানা ব্রং ব্রং কাপখৎলকপদো ইমিৎ অসিনা উজখি। মতাঙ অসিদা ঐঙোন্দা ফাওরকখিবা ব্রাখলদি - মীওইবনা লৈনরিবা মফম, য়ুম হায়নসু ঐখোয়না খঙনবা - অদুগী মরমদা নুংশিবা ব্রাখল পোকপা মীওইশিং অদুখক্তনদি খঙবীবা ঙমগনি - চাক্লীবা য়ুম অদু উবদা ঐঙোন্দা করি ওইখিবগে হায়বদু .....।

ঐখোয়গী ওইনা লৈজবা পূম্নমক মফম অদুদা লৈহৌরবনি, লুহোংলকপা মতমগী খুদোলপোৎনচিংবা কয়া, য়ুম অমা ওইননবা হোৎনরকপদা চঙখিবা মচাক খুদিং, লৈবদা নুংঙাইনবগী পোৎ মখল কয়ানচিংবা পূম্নমক লোয়না মাঙ-তাকহৌরবনি ঐগী মিৎয়েংগী মায়কৈদা। অদুগা ঐহাক্তি - থায়নগী, লাইবক্তা তমথ্রবনি খন্দোকপা অদুগুম্বী নুপীশিংগী মতৌগুম, ইমায় অসি ওন্ন-তৈনবা মায়কৈদা লৈথোক্তুনা লৈবা তাখি, করিসু তৌজরুবা ঙমদনা ....। মমল য়াম্না, ঐনা খঞ্জবীবা পোৎ-চৈ কয়া অদুবু অকীবা ফংলবা মাঙ-তাকহনবা কয়ানা খুদুম চনশিল্লকপা মতমদা, করি অমত্তা ঙাকথোকচবা ঙম্বগী পাঙ্গলসু লৈতনা।

ঐহাক ইপুরোয়ববু নিংশীংলকখি, পূক্লিং অসিদা থাজখী মদুদি য়েক্লবশিংনা পূমকোয় কোয়শিন্দুনা ঙাক্লগা, মহাক্তি কোনুংদা বন্দি ওইনা লৈরম্লগনি হায়না। মহাক শোয়দনা উরমগনি ঐখোয়গী য়ুম অদুদগী কীম্বরকপা, কায়থরকপা পূম্নমক। অমরোমদা, ঐহাক কদাইদা লৈম্রবা, করি ওইম্রবা হায়বদু মহাক্তি

করিসু খঙলম্নরোই। চাকলকপা মৈরিশিং অদু মহাকসু উরমগনি, মিকুপ খুদিংগী কাপলকপা অকীবা ফংলবা নোংমৈশিংগী মখোল অদু তাবদা মহাক্কী পূক্নিংদা খল্লমগনি মদুদি ঐহাক থবায় হিংননবা চেনখিরম্বা অমা নত্রগা শিখিরম্বা হায়না। অমরোমদা ঐনা অমুক খঙ্জবনা - মহাক্তি ঐখোয়না ওইরিবা মওং অসিদগী হেন্না ফবা মওং অমদা লৈরমগনি অসিনি। পূম্নমক্না নীংনখি - মিষ্টর ক্লিন্টন অমসুং মহাক্কী কাঙবুদি করিসু অশোয় অঙাম য়াওরম্লোই অমসুং, করিগুম্বদা মখোয় বন্দি ওইরম্বা থেক্লবসু ঐখোয়দগী হেন্না ফিভম ফরমগনি হায়না। যুবরাজ অদুসু ঐনা মুন্না খঙজবনিনা অসুম্নসু থাজখি - মদুদি, করিগুম্বদা ঐগী ইপুরোয়বগা লৈনখিবা মরুপ-মপাঙ ওইবগী ব্রাখল অদুনা মহাক্কী পূক্নিংদা করিগুম্বা অমত্তা ফাওহন্দ্রবসু, য়াম্না শিংনা মশাগী খুদোংচানবগীদমক্তা কাঙবুশিং অদুবু ব্রাখল অমগী মখাদা ঙাকলৌ ওইহন্দুনা জামিনগী ফাজিন্দুনা থম্নমগনি হায়বসি। পূক্নিংদা ফাওরকপা ব্রাখল অসিগা লোযননা, ঐনা খল্লুরিবা শেরান্নবা ব্রাখল কয়া অদু অমুক ইঙথহনবা তারম্মী। অদুবু অব্রাবশিং অদু ফোংদোকফম খঙদনা, নুংদা অসুম ওমশিল্লগা তুমিন্না চৎপদুদি অমুক্কা হেন্না অব্রাবগী মশক্লি। কোন্নদি, অমুক হন্না তুং ওহোক্লুনা য়েংলবোয় হায়বসি পূক্নিংদা লেপ্লগা ঐগী ব্রাখল অদু লাকশীন্নবা হোৎনরম্মী।

নোংঙাল্লক্লে - নোংঙাল্লকপগা লোয়ননা পূক্নিংদসু হরাওবা খরদি ফাওরম্মী। লাইবকথীবা, অব্রাবা খুদিংমক অহিংগী মতমদনা, খাঙবদা খরা হেন্না ব্রাবগুম থোকপনি, অদুগা (নুংথিলগী) নুমিৎকী মঙান্দদি, ঐখোয়দা পাঙ্গল থৌনা হাপ্নীবা করিগুম্বা খরদি য়াওই। ঐখোয়গী হকচাং নারকপা মতমদসু, নুংদাংগী মতমদনা হেন্না ফৎচিল্লক্তবগুম তৌবনি; অব্রাবমক্ত ওইরবসু, তাইবং মীওইবনা তুম্নথ্রবা মতমদা, ঐখোয়না মিৎ উইশিনবা ঙমদনা অমম্মা অহিংদা খাঙদুনা লৈবদুনা অমুক্কা হেন্না ব্রাবনি॥ অসিগা চপ মান্ননা ওইখিবনি মতম অদুদা ঐহাকসু ....। ফিভম অদুদা ওইরকখিবা অব্রাবা অকীবা পূম্নমক অদু, খরমখৈদি ময়েং তাহনখিবগুম তৌবনি নুমিৎকী মঙাল লাকপদা ....। নোংঙানবগী, কাপখৎলকপা ঙাঙলৈনবা মচু অদুদা, ঐখোয়গী চাকহৌরবা য়ুমদগী কারকপা অঙাংবা মৈরী অদুসু তিনশিনখিবগা লোয়ননা .... অসুম অসুম, থোরক্লিবা নুমিৎকী মপুং ফারবা মঙাল অদুদা পূম্নমক অমত্তা ওইনা পূনশিনখ্রে।

মতুংদা ঐখোয়, মফম অমদা ঙাইহাক পল্লগা, করম্বা লম্বীদা চংকদবনো হায়বদু ময়াম খন্নরম্মী। মাইল তরুক নত্রগা তরেৎ, চুমম্রিঙনা অসুম চৎলম্বা থোক্লবদি, সিফায়না কন্না ঙাকপা অচৌবা থানা মফম অমা ফাওনা চৎপা তাবনি হায়বসি ঐখোয় খঙলম্মী। অমরোমদা, মরুওইবা লম্বী অদু থাদোক্লগা চীঙ কাখতুনা চৎপা তারবসু, ঐখোয়গী লম্বী পূম্নাঙ মাঙবা য়াবগী মতাঙ অমসু ওইরম্মী। ঐখোয়গী অচৌবা আশাদি, মহাক্কী সিফায় চনি পুদুনা লাক্লিবা কেপ্টেন কাওলিগা লম্বীদা উনবা অসিনি। ঐখোয়না খঙবদা, মহাক কাছারদগী খোঙশাল্লক্লবনি। থোকস্লিবা লালহৌ অসিগী নুমিৎ খরনিগী মমাঙদগী মহাক মণিপুর তম্না লাকপা হৌরমলগনি, অমসুং অসিগুম্লবা মখল অসি থোকপা য়াই হায়বা করিগুম্বা অমত্তা খঙলমলোই। ঐখোয়না খঙই-মদুদি কোনুং ময়োলদগী মাইল কুম্রাগুম্বা চৎলগা লৈবা লৈমতাক কৌবা মফম অমদা মখোয়, তারিখ কুনমঙাদদি থুংফম থোকপনি হায়বসি। হায়রীবা তারিখ অসিদা মখোয়না কায়দনা লাকপা তারবদি, মতম অদুদা মখোয়গা ঐখোয়গা লাপ্পবসি মাইল কুন ফারম্নরোই হায়না ...... । লম্বীগী মরমদা য়েৎনদুনা লৈখিবদু, তারিখ কুনমঙাগী অয়ুক অঙনবদনি, মণিপুর ময়োলদগী মাইল তরানিথোইদমক চৎলি। মমৈথংদা লৌবুক অমা শমদুনা চৎপা লেপ্পরে, মদুদগী অমুক চীঙ অমা কারক্লগা, অৱাঙবা মফমদা কাছার লম্বী অমুক ফংলুনবা। অদুম তৌরবদি, বিশেনপুর থানা য়ৌদনা, হেনগৎনা লাকপা য়ারে।

অসুম তৌদুনা ঐখোয়, অমুক হন্না চৎপা হৌরে। মতম অদুদা, ঐহাক য়াম্না চোকথরম্মী। চানিংঙাইসু য়াওদ্রে, মফম মফমদা থেংনরুবা ঈশিংসু অমোৎপা, অনৈবা ঙাক্তনি। লৈতেম মান্নদবা, কুদ্রুক কাদ্রাকপা লম্বীশিংদা লাকপদগী ঐগী খোঙ অনিমক শোক্লে, খোবাৎলে অমসুং শেৎলিবা ফি-রোল অদুসু অদুম চোৎলিবনা লূমসু লূমলে। মতম অসিদা নুমিৎসু হাইরপ ৱাংনা কারক্লবনি অমসুং ঐগী করিসু কুপত্রবা কোকথক অসিদা মাগী মৈশানা য়ৈথরকপদা ঐহাক কোক চীকপনসু লোইরে, লোয়ননা নুংশাগী মৈশাদা ৱাম্বরকপা য়াবগী ফিভমদা লাক্লে। করিগুম্বা মখল অমনা কোকথক্তা কূপশিন খনজিনবা হায়বসি অচুম্বমক ওইরম্মী। অসুম্না কোয়েৎ অমা য়েৎশিন্দুনা য়েংলুবদা, মদুসু খাঙবা ঙমদনা শাগৎলম্মী, লূমসু লূমলম্মী। ওফিসরশিংগী মরক্তগী কনানো অমনা মাগী তুপী

অদু ঐঙোন্দা পীরে অদুগা মানা কোয়েংং অদু মকোক্তা হাপচীল্লম্মী। খরা লাগ্না ফাওবদি ঐখোয়গী লম্বী অদু ফৌগী লৌবুক অমদা শমদুনা চৎপা তাখি। অহিংদা লিক্লা য়াম্না তাখিবা মরমনা লৌবুকশিংদু য়াম্না চোৎলে, অদুবু অহানবা চীঙখোঙ অদু হেক য়ৌবদা ঐখোয় লোয়না হৱাওনখি, ঐখোয় কাখৎপা হৌরে।

পুং খরগী ওইনা, মতম অদু ফাওবদি ঐখোয়দা অয়েৎপা য়ৈখায় থিঙ্গাইবা অমত্তা লৈরক্রবনি, অদুবু অচৌ-অচৌবা নোংমৈ কাপলকপগী অমসুং নোংমৈ মরুশিংনা ঐখোয়গী য়ুম অদুগী ফক্লাঙদা হুমজিল্লক্লুনা পানবগী মখোল অদুদি ঐগী পূক্লিং অসিদা অদুম নিন্দুনা লৈখিবা মরমনা মতম অদুফাওবসু নোংমৈ কাপ্নরীবোইতা খল্লি। মী অতৈশিং অদুনা ঐঙোন্দা, "হৌজিক্তি অদুগুম্বা মখলশিং অদু করীসু লৈত্রে, কাপ্নদ্রে" হায়বফাওবদসু, ঐহাক মখোযনা হায়বদু পাক থাজবা ঙমলমদে মরমদি ঐগী নাকোং অসিদা য়ৈশীনখিবা খোঞ্জেল মযামদু অকীবগী মশক্নি।

অহানবা, কাখৎপা হৌবা চীঙ অদু য়াম্না ঙমলম্মী। অদুবু কোন্না থেংনরক্নদবা ইশানা খঙলগদবা কয়াগী অহানবা শরুক অমনি হায়রবসু য়ারে। চীঙ অদু চোইজাইননা হৌবা অশাঙবা-অনেম্বা নাপীনা কূপশীল্লি। মরক মবক্তসু হৌম্রবা চহিদগী মৈ চাকপদগী চোংখৎলকপা অতৎপা মানবা নাপীগী মখোকশিং চবুল চবুল হৌই। মশাগীদি, মখোয় অদু ফুট কযামরুম ৱাংফম থোকপনি অদুবু লমদম অদুগী চৎনবী মতুংইন্না চহি খুদিংগী মৈ থাদোকই। কবি করিগুম্বা মফমশিংদা, মৈ চাকপদা য়াওহৌদবা অশাংবা নাপীশিংসু হৌরম্মী। মখোয়গী অরোয়বা মতোলশিং অদুনা কনাগুম্বগী মমায় মমিত্তা থেংলকপা থোক্লবদি, মমায় অদু হেক্তা চুরে অমসুং থেংলু থেংলুবা মফমদা অমুবা ঙাক্তা পক্লে। অসুম তৌবসিদগী, ঐখোয় পূম্নমক, অচৌবা চিমনিদগী তানথি কহোকপা মীওই লোয়না মানবনি।

কারীবা চীঙ অদুগী শরুক মরী থোকপগী অহুমলোম কাখৎলগা অপীকপা লৈতেম মান্নবা লম মচা অমা লৈ। পূক্লিংদা কুইনা পনবা য়াগনি অমসুং ঈশিং ফংগনি খন্দুনা ঐখোয়সু মফম অদু য়ৌনবা তানবনি। মফম অদু, উরুম লাংলবা অপীকপা মফম অমা ওইবম্মী। হায়রীবা মফম অদু য়ৌবদা ঐখোয় পূম্নমক

হয়াওনরম্মী, মরমদি য়াম্না য়ানা খুদোংথীনা লাক্লবা মতুংদা ঐখোয় লোয়না হিংপথবা অমসুং পোখাবা ফংলে। মফম অদুদগী য়েংথংবদা, পাক শন্না লৈপ্লবা তম্পাক্কী লমদম অমসুং ঐখোয়না লাকপ্লিবা লম্বী অদু উবা ফংই। করিগুম্বা য়েক্লবশিংনা ঐখোয়গী ইতুং ইল্লকম্বা থোক্লবসু খুদক্তা ঐখোয়না মফম অদুদগী খণ্ডবা য়ারে অমসুং ইশা ইশাগী শ্বর হোন্দোকফম অমা ফংজরে। ঐখোয়না, লৈরম্লবদি হায়না খন্নখিবা ঈশিংসু লৈরম্লে, য়াম্না নক্লবা অমসুং চীঙখাগী লৌবুক লমহাংদা থেংনরকপশিং অদুদগীসু হেন্না নুনা। মীপুম খুদিং য়াম্না য়াম্না থকচীন্নরমই, সিফায়শিং অদুসু মখোয়গী লীক্লিশিংদা পিক পিক থন্না হাঞ্জিন্নরমই।

মফম অদু হেক য়ৌবগা, ঐদি তুমথখিবা মরমনা, কয়াম কুইনা ঐখোয় অদুদা লৈখিবগে হায়বদু ঐদি খণ্ডবা ঙমদ্রে। কোম্বুংদা ঐনা হৌগৎলকপা মতমদদি, অতৈ মীশিং অদু চীঙ কাখৎনদুনা চৎপা হৌরমলে অমসুং ঐসু মখোয়গা চৎমীন্নবা তাবনিনা হৌগত্তুনা অমুক লাক্লে। ঐখোয়গী তুংদা খরা লাপ্পা, লমদম অদুগী মীওয় খরা ঐখোয়গী ইতুং ইল্লকম্মী। মখোয় মণিপুরিশিংলা নাগারা খণ্ডদোকপা লুরম্মী, অদুবু মখোয় অদু থাঙ-তাগা লোয়ননা চৎপা মরমনা, নাগানি হায়না অদুম লৌরে। মণিপুরিশিং ওইরবদি রাইফল পুগদবনি।

মখোয় অদু ঐখোয়গী নাক্তা শুক্লক নকশীল্লকখিদে, মখোয়দা নোংমৈ কাপশীল্লকনি হায়না কিবদগী ওইরমানে। অদুবু, মখোয় অদু ঐখোয়না উবদা মতম চুপ্পা ঐখোয়গী তুংদা অদুম জগোয় শাদুনা লাউ খোংদুনা অমসুং তা-শিং অদু হাইদুনা চৎলি। অমুক অনিরক্তি মখোয়দা নোংমৈ কাপশীনবা য়াবগী তাঞ্জা লৈখি। মখোয় খরবুদি ঐখোয়না কাপলম্বসু ঙম্বনি, অদুবু মতিকচানা অদুক হাক্লা কান্নবদি ওইরোয় মরমদি ঐখোয়গী নোংমৈ মরু অদুসু য়াম্নমক মরাঙ কায়বদি নংলমদে। ঐখোয়গী ইরক্তগী, কনাগুম্বা তুং ইথং-থংনা শোথনা চৎলহৌবা মীদি, মশাবু ঙাকথোকচনবা উপায়গা অমত্তা লৈতনা য়াম্না খুদোংথীবা নংলম্বা য়াবনি। য়াম্না লেমজনিংঙাই পোৎশক্কী মনা অমা ওইনা, হিংনা হিংনা মাগী মকোক অদু কক্লুনা হেক্তা লৌখিগদবনি। হায়রীবা মী কাঙবুশিং অসিদি মখোয়গী মখুৎ চল্লবা মী অমা হাৎপদা করিসু হালেংবা লৈবা নত্তে। ফারীবা মীশক অদুনা

য়াম্লমক অয়েংপা পীদ্রবদি, মাগী মকোক রুক্লিংউগী মমাওদা মহাক মশাদু হান্না হাপ্তোকপনি।

মতম অসিদা ঐখোয় সমুদ্র ইমায়দগী ফুট ৪০০০ (লিশিং মরী) ৱাংবা মফম অমদা য়ৌরক্লে, অমসুং নাপোম অদুগী মতোল অদু য়ৌদ্রিংউদা, য়ামদ্রবদা ফুট লিশিং অনি হেনবা অমসু কাগদবা ৱাংলি হায়বদি খঙলমই। লৈমতাক হায়না খঙনবা, ঐখোয়না য়ৌবা তাল্লিবা চীঙ অদু ফুট ৬৭০০ (লিশিং তরুক চাতরেৎ) ৱাংবনি অমসুং ঐখোয়গা কাছারগগী মরক্তা লৈপ্রিবা চীঙ পরেং অদুগী মরক্তা মদুনা খ্বাইদগী হেন্না ৱাংবা চীঙথক্লি।

ঐখোয়গী খুং য়াওনা, শন শাদুনা তপ্পা তপ্পা কাখৎলম্মী। ঐদি, খোঙ অমগী মথংদা খোঙ অমা থাংবা ঙমদবমখৈ চোকথরে অমসুং জঙ্গল অদুদা হেক্তা তাশিন্দুনা হিপথনিংলম্মী, চৎপগী শরুক অদুবুদি তূম্মীংবনা হেল্লম্মী। ঐখোয় পূম্নমক চাক লাম্নবনসু লোইরে, অদুবু নূপাশিং অদুদগীদি ঐনা খরা হন্থনা চাক লাম্বদু খাঙবা ঙমজবরা হায়না খল্লি, মবমদি চানিংঙাই করিসু ফংদ্রবা মতমদুদা করিগুম্বা চানিংঙাই য়াওরম্বা থোক্লবসু, মখোয় অতৈগুম্না ঐহাকসু অদুম থৱায় তানা চাগদবনি। অদুনা ঐদি মদুগী মরমদা অদুক হাক্না খল্লুদ্রে, তুম্বনদুম হেন্না ফরবগুম খল্লম্মী।

ঐখোয় তারিখ ২৫দা রেসিদেন্সি থাদোক্তুনা লাকখিবদু নোংয়াই মতুং পুং অনি তারকপদনি। হৌজিক নুমিৎয়ুংবা মতুং পুং মরী তারক্কদৌরে। অনৌবা কাখৎলকপা চীঙ খুদিংমক হান্না কারকপশিং অদুদগী হেন্না অৱাবগী মশক ওইরম্মী। মমৈথঙদদি, কাবদা ওইথোক্লরোইদবা মানবা চীঙ অমা ঐখোয়না কাখৎপা হৌরক্লম্মী। নাকলশিং অদু চপ ঙম্মী, নুঙগী নুঙ ঙাক্তনি। অমবু ওইরে, অমবু ওইরে, ফিভম অসিদা য়াম্না চম্না ঐখোয়গী লম্বীনি হায়বা য়াবা অমত্তংদি লৈ। মদুদদি ঐখোয়না খুকউ শৌ-শৌরগা খুৎকা লোয়ননা কাখৎনবা হোৎনখিবদু, চীঙ মতোল অদু য়ৌরক্কদবা শুকমান মানখিদবনি। পুং খরা মতৌ অসুম্না য়াম্না ৱানা হোৎনরবা তুংদা, ঐখোয় মথক অদুদা য়ৌরে - মতম অদুদা ঐদি, অমুক হন্না খোঙথাঙ অমগী মথংদা অতোপ্পা খোঙথাঙ অমা থাংদোকপা ঙম্নরোইদবগুম্না ইশাদা ফাওখিরম্মী।

ঙাইহাক মতম খরদি, মফম অসিদা পন্দুনা লৈরে। পন্নরিঙে মতম অসিদা ঐগী থম্মোয় শোক্লবা থৌদোক অমগা থোকখি। থৌদোক অদুদি - মতম অমদা থা কয়া চুপ্পা ঐখোয়গীদা সৈস (শগোল শেন্নবা) ওইনা থবক তৌখিবা নাগা পাখংমচা অমা, য়াম্না ৱানা মাগী থব্বায় খুবাক্তা হাপ্তুনা (য়েক্রুবনা উরম্লবদি শিরম্বা য়ানা) ঐখোয়না থুংলিবা মফম অদু য়ৌরকখি। য়েরুম অহুম পুরক্তুনা ঐঙোন্দা পীরে অমসুং মহাক্তা ঐগীদমক্তা করিসু হেন্না তৌজবা ঙমদবা অদুগী অৱাবা নুংঙাইজদবদু ঐঙোন্দা ফোঙদোকচখি। মহাক নুমিৎতাবফাওবদি ঐখোয়গী নাক্তা লৈরগা, মমশীল্লক্রবা মতমদা মহাক্কী খুঙ্গং য়ৌনবা তুমিন্না পাকথদুনা অমুক চংখি। অসিগুম্লবা অচম্বা থৌজাল, মিনুংশিগী থবক অসিনা ঐগী থম্মোয় শোকহনখি, হৌজিকফাওবদসু মরক মরক্তা নীংশিংই অমসুং থৌনাফরবা পাখং অদুগীদমক ঐগী শক্তিনা করিগুম্বা খরদং তৌবীবা ঙমলম্লবদিকো হায়না পূক্নিং অসিদা নীংঙমদবা পোকই। অদুবু লাইবক থীবদগী হায়বা তারে, মহাক্কী মমিং অমসুং মানা লৈবা খুঙ্গং অদু নীংশিংবদা থোক্তরে।

সিফায়শিং অদু য়াওদ্রবসু চাক লাম্লবা মীওই নিপানগী মফমদদি য়েরুম অহুমনা করিসু ওইদ্রে। ঐনা হন্না হন্না হায়জরবসু, মখোয় কনা অমত্তনা ঐগা য়েন্নদুনা চামীন্নসি হায়বা য়ারমদে। অমরোমদা ঐদি, ফুত্তবা য়েরুম চাবসু হৈতবনি, অদুবু অমদি পাঙ্গল থোক্পা হোৎনরগা য়োৎশীনবা ঙমগ্রে। মমৈথংদদি লেমহৌরিবা য়েরুম অনিদু করিসু কান্নবা ওইখিদ্রে - চেকশিন্না থমলিবনি হায়না কনানো অমগী ফুরিংখাউদা হাপ্পীখিবনি অদুবু কোন্নদি য়েরুম অনিদু কায়রম্লে। অসুম্না নাগা নুপামচা অদুনা য়াম্না ফজবা ৱাখলগা লোয়ননা পুরকখিবা খুদোল অদু কনাদসু থোইনা কান্নবা ওইখিদ্রে।

মতম খরা চীঙথক অদুদা পন্নিঙেগী মতম অসিদা, ওফিসরশিংগী মরক্তগী অমদি মীওই খরগা লোয়ননা ঐখোয়না লৈরুরিবা মফম অদুগী মরমদা খঙদোক্লবগীদমক অকোয়বা মফম অদু চত্তুনা য়েংখি। ইরাপ লাপ্পা চৎত্রিঙেদা মহাক, মণিপুরিশিংনা পুবা থানা শঙ অমা য়ৌরুবদা মফম অদুদা লৈরম্বা মণিপুরি ওফিসর অদুনা মহাকপু কৌশিন্দুনা করিগুম্বা হায়নীংবা ৱা খরা লৈ হায়রক্লবদা ঐখোয়গী ওফিসর অদুসু ৱারী শান্নবা য়াবগী অরাপ্পদা চঙশীল্লগা মায়কৈ অনিগী

ওইবা থাকম থরা খল্লখী। মণিপুরি ওফিসর অদুনা হায়রকখিবদি -"মেম সাহেবকা সিফায়গদি চংখিবা য়াগনি অদুগা অতৈ অতোপ্পা ওফিসরশিংদি মণিপুরদা অমুক হল্লগদবনি" হায়বসিনি।

ঐখোয়গী লাক্লিবা কাওবু অসিদ্দি অমুক খাইদোক্লদনা চংখিবা পাম্মী হায়না মণিপুরি ওফিসর অদুদা হেক হায়বগা, মণিপুরি অদুনা মাগী মীশিং অদুবু নোংমৈ কাপশীন্নবা য়াথং তৌখি। থুনমক ঐখোয়দা নোংমৈ কাপ্পকপা হৌরকদা, ঐখোয় চীঙগী নাপোম অদুগী নাকন্দা অমুক হল্লা কুমথবা, কাখৎপা হৌরে। ঙাইহাক্কী মতম অদুদি নাকল অনিমক্তগী নোংমৈ কাপ্পখী, মমৈথঙদা ঐখোযনা, থংনবদা লৈবা চীঙদোল অদু য়ৌরদুনা মখোয়বু উরক্লবা কান্দা কাপ্পবদু লেপখিবনি।

নুমিৎ তাখিরম্মী, অহিং ওইশিল্লকপা হৌরে। ঐনা অহানবা ওইনা খঙজবা শাংলবা নুমিৎ অদু লোইখ্রে। ঐখোয়না রেসিদেন্সিদগী খোঙ শান্দুনা লাকখিবদু থা কয়া ফারক্লবগুম্না খল্লী - অদুবু পুং কুনমরীগী মতমদমক ওইরি।

ঐহাক্কী ইপুরোয়বা অমসুং মখোয় অতৈশিং অদুবু ঐনা কযাম কল্লকচখিবা ..... ঐনা খনবদা, মখোয়দি ফিভম অমদবু ওইরবসু তুম্বা চাবা ফংনা করিসু অশোয় অঙাম য়াওরল্রোই অসিনি, বন্দি ওইনা লৈরম্বা তারবসু। ঐগী ইপুরোয়বগী মরমদা, লাংতক্লবা থাখলনা ঐবু থাহনখিদবদি নত্তে। মহাকপু করম তৌনা লোয়নবীরমগদগে হায়বদু খঙনীংবনা হেঞ্জিল্লকই, অমসুং ঐহাক্লা নাম্ভোরকপগী পাউ অসি কনাগুম্বনা মাগী মফমদা হায়বীরমগদ্রা অমসুং ঐগী লাইবক্তা করি তমথ্রবনো হায়বগী খঙনীংবা মৈচাক অদু কোকহল্লমগদ্রা ? ঐনা খঙজৈ মদুদি - করিগুম্বা মহাক্লা খঙলমদবা থোক্লবদি মহাক্কী পূক্লিংদা পোখাফম খঙদনা অৱাবগী মশক ওইরমগনি হায়বদু ....।

পূম্নমক অদুবু হন্দোক্লল্লগা ঐনা খোঙশান্দুনা লাক্লিবা অসিসু অসুক্কী মতিক অৱাবগী মশক্লি ঐগী ইফমদা। মরক মরক্তসু খল্লকই অমুক হাথু হাথু হন্দুনা চংলগা করি থোক্লিবগে হায়বদু ঐ ইশানা য়েংলুসিরা হায়দুনা ..... অদুগা অমুকসু খল্লকই ... কাছারবু য়ৌবা ঙম্লবদি, বন্দি ওইনা ফাহৌরবা মখোয়গীদমক্তা মতেঙ পাংনবা মী থাখিবা ঙম্লগনি হায়নসু .....।

ঐখোয়না তাং ২৪ দা তোকঙা অমগী মতুংইন্না অসুম্নসু খনখী, মদুদি মিষ্টর মেলভিল অদু বন্দি ওইনা অমুক ফাজিল্লগা পুরক্কুনা, হান্নন কোনুংদা বন্দি ওইনা লৈপ্লবা চিফ কম্মিস্নার অমদি মাগী কাঙবুগা পুল্লম্লগনি হায়না।

মতম অসিদা, ঐবু লাকশীনগদবগী তৌরক্লবা, ঐগী পূক্লিং হকচাঙদা কা-হেন্না ব্রাশিল্লকপা, চোকথরকপা অসিনা মরম ওইদুনা, ঐখোয়না মখোয়গী য়েক্লবশিংগী মখুত্তা হৃন্দোকপীরম্লবা, মখোয়শিং অদুগী ওইথোকপা য়াবা মরায়বক্কী মরমদা অমুক হন্না খনজীল্লুবা ঙমলক্তরে। ওইরম্বা য়াবা পূম্নমক অদো অফবা ঙাক্তা ওইরসনু।

অকীবগী মশক ওইরবা অহিং অদুদা ঐখোয় অদুম চৎলমই, ঐগীদি খোঙউপকা অমত্তা য়াওদ্রে - ঐগী অপাবা খোঙউপ অদুদি তৎখিবা কুইরে। কোন্না, নোংয়াই মতুং পুং অমরোম তারকপা মতমদা ঐখোয়, চীঙ অনিগী কারক্তা লৈবা, উপাম্বী য়াম্না হৌবা মফম অমদা পল্লম্মী। ঐখোয়, মাইল কুন্দগী হেন্না লাক্লবনিনা, মরুওইনা পোত্থাবা তারম্মী। মফম অসিদা ঐখোয়, হীপথনদুনা অদুম তূম্লে। ওফিসরশিং অদুনা মখোয়গী কোট অচোনবা খরা ঐঙোন্দা পীরকখি, অদুগা মখোয়দি অইংবা অদু অদুম খাঙলে। ঐদি য়ুমদসু, নুংঙাইবা ফমুংদা পংতূম তূমদে, অদুনা মফম অদুদা অদুম তুমথখিবদগী, কনানো অমনা পুং অহুম মখায় ব্রাইদা হৌদোরকপা অদুফাওবা মিকপ থোক্লমদে। মিকপ থোক্লবদা - অমুকহন্না চৎপগী চোকথরবা ব্রারীদু হৌদোরক্লে .... "ঐখোয় অমুক চৎপা তারে"।

ঐখোয় অমুক হন্না চৎপা হৌরকপগা লোয়ননা, নোংঙাল্লকপগী অহানবা মঙালসু উরকপা হৌরে। চাকসু য়াম্না লাম্লে, চোকথরে অমসুং পূক্লিংসু শোম্থরম্মী। ঐখোয়গী মরক্তগী কনাসু লম্বী খঙবা য়াওরমদে। মফম মফমদা লৈরম্বা, অতোং-অকুৎ নাইরবা জঙ্গলগী লম্বীশিংদুনা ঐখোয়গী লমজিং ওইদুনা অদুম চৎপা তারম্মী। থাঙ্গৈশেংনা চীঙগী নাপোম মথক্তা লাকখিবা অদুদি অসুক য়াম্না অব্রাবা, অরুবা ওইখিদবনি। মখোয় অদুদি, থোইদোক্লা অঙম্বদা কাখৎপা কুমথবা ইয়াও য়াওদে। মরক মরক্তসু, খরদি লাপ্পা লৈরিবা, লৈমতাক্কী চীঙদোল অদু উবা ফংই। ঐহাক্লা মফম অদু খঙবনিনা, খুদোনবী থিন্দুনা মফম অদু

তাকই । কাছার য়ৌবা লম্বীদু চীঙদোল অদুদা লৈবা উরক অমদা ফাওরগা চৎলি হায়বসি ঐনা খঙলমই । অসুম্না, মফম অদুনা ঐখোয়গী লমখৈ তাকপা মফম অমা ওইনা লেপ্লে ।

কেপ্টেন কাওলিগী কাঙবুগা উনবগী তানজাদি পুংজা খুদিংগী অসুম অসুম লৈরক্তবগুম তৌরকই । মখোয়, হনফম থোক্তুনা হনখ্রবরা ? ঐখোয় ঙক্লম্মী । মখোয়না মণিপুরয়োমদা চৎলম্বা তারবদি, ঐখোয়গা থেংনফম থোকপা লম্বীগী মফম অদু হেন্দোকখ্রবরা ....? ঐখোয় করিসু খঙবা ঙমখিদরে ।

ঐখোয় পূম্নমক খম থেংনা চোকথনরম্মী, চারক্তবা, তূম্নক্তবদগী পূক্লিংসু হম্থরক্লম্মী । তারিখ ২৬ কী অয়ুক য়ৌরে, ২৪ (কুনমরীদগী) ঐখোয় কনাসু করি অমত্তা চাবক্রবনি । ঐদি চোকথমনবদগী, শিখিবনা ফবে হায়নসু কয়ারক খনখ্রবনি । থবক মরম পূম্নমক আশা অমত্তা লৈরক্তবগুম তৌরম্মী; অদুবু ইখঙ-খঙহৌদনা ঐখোয়, লম্বী অচৌবা অদু থেংনরে ।

মিকুপ অসিদগী হৌনা, বিধীনা ঐখোয়গী লাইবক্তা খরদি ফনা তম্বীরক্লা হায়না খল্লী । লম্বেল অচৌবা অদু ফংগনি হায়বগী আশাদি শুকনৈ লৈরুদ্রবনি, ইখঙ-খঙহৌদনা লম্বী অদু হেক ফংবদা ঐখোয় পূম্নমক লাইবক খরদি ফরবনি খনজখী - করি অমুক হায়গনি, হৌজিকসু ঐখোয়না তৌগদবা থবক কয়া মাঙ অসিদা ঙাইদুনা লৈরবসু, ঐখোয় চাবা ফংজদ্রবসু .... ।

মথংদা থোকপা থৌদোক অদুদি, ঐখোয়গী হম্থদুনা লৈরবা বাখলদা করীসু পূক্লিং নুংঙাইহনবা ওইখিদে । ঐখোয়না লম্বী অদুগী চীঙগোল অমা লানশীল্লকপমক্তদা মণিপুরি সিফায় অহুম চাক থোংদুনা লম্বী মপাল অদুদা মখোয়গী খুৎশু-খুৎলাই, অতৈ পোৎ কয়া য়াওনা ফমদুনা লৈরম্বদু খংথেং থেংনরুরে । ইখঙ-খঙহৌদনা, ঐখোয়না শৎ ফাওদোরকপদুদা মখোয় পূমঙক ঙকখিবনি । অনি অমদি চেনখ্রে, অহুমশুবা অদুমদি অদুক হাক্লা মশা খিঙদবা মরমদগী, ঐখোয়গী খুত্তা বন্দি ওইরে । গুখাশিং অদুসু মখোয়গী থবক্তা ওহ্লোক্লা থুখ্রে - অফঙ অফঙবা মরী মরাংনা নিপা অদুবু পুন্সিল্লবদা, উপাই লৈত্রবা মীশক অদুনা, মাগী অরোইবা মিকুপ লাক্লে হায়না খল্লমানে, ঐগী খোঙদা তুদুনা

"য়ানি-য়ানি, ঐহাকপু কনবীয়ু" হায়না হায়জরম্মী। ঐহাকসু ঐনা খঙজবা মণিপুরি লোলদা মহাকপু করিসু তৌরোই হায়দুনা কিদনবা থেন্বীরমই।

মতাঙ অসিদা, মখোয়না থোংলম্বা চাক অদুদি কয়াদা পাম্নখিবগী মশক্রো। মসিদা থোইনা পূক্লিং চঙদবা মী অমনা য়েংদুনা লৈরম্বা থোক্লবদি ঐখোয়না চাক অদুবু চাগদবগী চেনশীন্নবদু উবদা মহাক ওম্বোক্লা নোক্লিওলমগনি। হাউবসু কয়াদা হাউখ্রবা .... ঐখোয় খুদিংমক্কি চখোম অনি ফানফাও ওক্লদ্রবসু। লৈরম্বা খর অদুদি ওম্বোক্লা নুংঙাইনা চানখ্রে। ঐনা করিগুম্বা অমা খঙলকপদা, ইশাগী ওইজবা পাম্বা মান্না ফাওখীবদি -ঐগীদমক্তা ৱাবীবদগী, ওফিসরশিং অদুনা থুমোক মচা অমা পীক থন্না ঐগীদমক খাকপীরম্বা অদুনি - মদুমদি কনানসু শোক্রে, ঐগীদমক্তা থন্নবনি হায়না মখোয়না হায়বীরমই।

চাক অদু চানরবা মতুংদা, ঐখোয়না, ফারবা মণিপুরিমচা অদুদা হংখিবদি কেপ্টেন কাওলিনা লাকপা খোংপগী মরমদা মহাক করিগুম্বা খরা খঙবা ঙমব্রা হায়বসিনি। মহাক্লা ঐখোয়দা খুমখিবদি - মহাক সাহেব অদুবু খঙই, তারিখ ২৫দা মহাক লৈমতাক য়ৌরকখ্রে অদুবু মণিপুর য়ৌনবা লম্বী অশোমদা হৌজিকফোওবা লাক্তি হায়বসিনি। পাউ অসি তাবদা ঐখোয় পুম্বা নুংঙাইনরম্মী। ঐখোয়না খঙলে মদুদি, থুনমক মহাক্কী কাঙবুশিংগা উনরগনি হায়বা, অমসুং মতম অদুদা কেপ্টেন কাওলিগা ঐখোয়গা লাপ্নরিৰসি মাইল নিপান্দগী হেল্লরোয় হায়বসু। মণিপুরি অদুনা মখাতানা হায়খীবদি, মফম অদুদগী মাইল অমা মখায়রোম চৎলগদি, য়েক্লবা মী কয়া অমনা ঐখোয়বু লম্বীদা লুমদুনা লৈরী হায়বসিনি। অসুম্না, ঐখোয়না জঙ্গললোমদা চৎলগা কেপ্টেন কাওলিগী মনাক য়ৌখিবা য়াবা লম্বী অমসু খঙহনগে হায়না ঐখোয়দা পাউতাক ওইনা মহাক্লা হায়খিবনি। ঐগী পূক্লিং অসিদা অমুক্কা হেন্না লান কাপ্পবগী ৱাখল অমনা অকীবা পীরম্মী। করিগুম্বা ঐনা ময়াম অদুবু য়াথং পীবা, লমজীংবামী অমা ওইরম্নবদি, য়াম্না পঙনা, নুপা অদুনা হায়রীবদু লৌরমগনি ....। অদুবু লাইবক ফবদগী, ময়াম অদুনা, হায়রীবা অদু অচুম্বনি হায়বা মখোয়না থাজখিদে।

ঐখোয় মাইল মখায় অমা ফানা চৎত্রি, লানবল মানবা অমা থেংনরে। মদু ঐখোয়না লম্বী অদুদগী হেক থেকচীল্লকপদা উবনি। ঐখোয়গী মথক্তা লৈখ্রবা

চীঙমায় অদুদগী নোংমৈ কাপথরক্রমই ।। লম্বীগী নাকন্দা লৈবা ঙমথখিবা শরুক অদুদা ইশা ভুাকথোকচনবা হায়দুনা ঐ পাকথদুনা লৈখি । অদুবু মফম অদুদা লৈবদি য়াদ্রে, মরমদি লানবল অদু য়ৌনবা চেনশীনবা তারম্মী, ঐহাক্তি ঙমজবা তৌদুনা মদুবু লাম্থোকহৌবা তাই । লাইবকফবনা কেপ্টেন কাওলিগী কাঙবুনা মফম অদু হেন্দোক্তুনা চৎখিবা য়াদনবা হায়দুনা শারম্বা লানবল অদুদি ঐখোয়না ওন্ন-তৈনবা মায়কৈদগী লাকপনিনা, কাখৎপদনা খরা লায়না থোক্লম্মী । অদুবু ঐনা মদু কাখৎলুনবা হোৎনবদি কান্নদবা ওইগনি হায়বা ঐ খঙলমই - মরমদি লানবল অদুদা য়াওরিবা মচিল তুম্র-তুম্রবা ৱাগী মতোলশিং অদুদা ঐগী শেৎলি-লিংলিবা ফি-রোলশিং শোয়দনা পনগনি । অসুম্না ঐহাক ৱা মতোলশিং অদুদা পল্লগা, য়াম্দুনা লৈরিঙৈদা হাইদোরকপা গুলিনা পানবগী ফরবা মফম অমা ওইরুবা তাবনি । অসুম তৌদুনা ঐহাক, শোবোক্কী অতোপ্পা নাকল অদোমদা চেনশীল্লুবদা খোঙনেৎফম চাদদুনা তুশিল্লমই, মখাদা লৈখিবা কোম (নালা) অদুদা ওম্বুরমই ।

লাইবক ফবনা নালা অদু ঙম্ফম থোকপা অদুমুক ঙমলমদবনা ঐহাক খুকউ খুদক কুম্দুনা লানবল অদুগী অকোয়বা অদোমদা কাখৎনবা হোৎনবিঙৈমক্তদা ঐনা মথক্তা পঞ্জখ্রবা, ঐগী হান্নগী মরুপ, হৱাই-চেঙৱাই য়োনবা বুনিয়া অদুনা য়াম্না ৱাখল লৈনা, শোয়রোয়দবা মফম অমদগী মাগী মখোঙ অমা য়াম্বুবীরকই, ঐহাক মাগী খোঙ অদু পায়না পায়না কাখৎলক্লগা য়াম্না চোকথনা, ৱাবনসু শ্বোর থবেৎ-থবেৎ হোম্দুনা চীঙমায় অদুদা হিপথদুনা লৈরে ।

মতম অসিদসু, নোংমৈদি অদুম কাপ্পরি ঐগী কোকথক অসিদা । হন্দুনা কাপ্লীবা ঐখোয়গী মীশিং অদুনা, য়েক্লবা অমা-অনিদি হাৎখিমানে । য়েক্লবা ওইরিবা মী-শিং অদুদি, হৌরিবা উপাম্বীশিং অদুনা ফজনা খঞ্জিনবদগী মখোয়না অতম্না কাপ্পদি য়াম্না অরুবা ওইখি । ঙাইহাক অদুদি, করম তৌনা লোইখিগদগে হায়বা ঐহাক খঙলমদে । ইখঙ খঙহৌদনা, কনানো অমনা চীঙথক অদুদা মী ময়াম অমা লাক্লে হায়দুনা লাউরকপা তাখি । য়াম্না অরাপ্পদা ওইখিবা মরমনা, মখোয় কনা কনা ওইরমগদবা হায়বদু কনানসু খঙলমদে; অমসুং মরক মরক্তা অরাপ্পদা উরীবা উপালশিং অদুদগী হেক হেক ফাওদোরকপদা উবা ঙম্বতনি ।

মখোয়, সিফায়দি ওইরে হায়বা খণ্ডলমই অদুবু মরুপ্পা য়েক্রুবরা হায়বদুদি খণ্ডদ্রে।

ঐদি চোকথমনবদগী, ময়াম্না তৌনরিবা অদুগুম্না হৌগত্নুনা মখোয়দা য়েংবা ঙমলমদে। কোম্নদি, কনানো অমনা অনৌবা লাক্লিবশিং অদু গুর্খা ঙাক্তনি হায়না লাউরক্লম্মী। ঐনা চপয়ুংনা খনখীবদি মখোয় শোয়দনমক মণিপুরি ওইরমদুনা ঐখোয়বু ঙাইহাক্তন্দা লোইশিল্লরনি, অসিনি। লাক্লিবা মীওইশিংদুগী মরমদা মানা মানা থোকপা পংঙাও ঙাঙনরকপা মতম অসিদা, ঐখোয় পূম্নমক্কী মকমদা লৈবা থবায় হিংনিংবগী খাখল অদু ঐঙোন্দসু কন্না ফাওরকখী ঐগী পূক্লিং অসিদা, মী কয়া অমা শিনখিবা, হাংনখিবগী খাখল অদুদগী ইপা পাখংনা ঙাওরকই।

হৌজিকসু ঐখোয় অদুম চিংনরী। খরা নকশীল্লকপদদি; মখোয় খাকি শেংলি হায়বদু উরে। তৌইগুম্বসুং যুবরাজগী মীওইশিংনা শেংপা ফিজোলসু গুর্খাশিংনা শেংপা ফিজোল অদুগা মান্নবনি। ঐখোয় বেংগুল খোংগংলম্মী - চঙশীল্লকলিবা কাঙবুশিং অদুনসু পাউখুম ওইনা অমুক খোংলকখি। মতম অদুফাওবদসু, ঐখোয়না নীংশিংবদি, কেপ্টেন কাওলিনা য়াওরিবা ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফল্‌সকী বেংগুল মরোল অদুদি মণিপুরিশিংগী বেংগুল মরোলগা চপ মান্নে হায়বসিনি। ঐখোয়গী ফুরিংখাউদগী রুমাল লৌথোক্লগা চৈ অমদা কিশিল্লগা হাইখিবনি অদুবু খুদম অদু অমুক হল্লকখিব্রা হল্লক্তব্রা হায়বদুদি উবা ঙমখিদে। মখোয়বু ইহান হান্না উবা ফংখিবদগী - মতম অদু ফাওবগী মনুংদা পুং কয়া ওইব্রবগুম খল্লম্মী, অশেংবমক্তি মিনিট খরদংগী খাফমনি।

চীঙথক অদুদা মখোয় ঙম্বমখৈ চেন্না-চেন্না অসুম নকশীল্লক্লে, মতম অদুদদি অয়াম্বা মীনা লাউনরক্লে মখোয় কাছারদগী গুর্খাশিংনি হায়না....। মখোয় চপচানা কনানো হায়বা খঙদবদগী, মখোয়দা য়েংজবফাওবা ঙমদনা ঐদি মিং উইশিন্দুনা লৈখি। অদুবু মমৈথংদদি মীয়াম অদুগী মরক্তা সাহেব অমা য়াওরি হায়নরক্লবদা, চিংনবা পূম্না কোকখ্রে, মখোয় গুর্খা ওইরমলে - ঐখোয় শিদ্রে।

চীঙখোঙ অদুদা চেহ্নদুনা, মীয়াম অদুবু উনরুনবা অমুক্তং হোংনবা ঙমগদ্রা হায়না কনানো অমনা হায়খীবসু নীংশিংই। মতম অদুফাওবা নোংমৈ কাপ্পরী

অমসুং হাইদোরকপা গুলি অমনা হেক্তা পান্দুনা খুদোংথীবা থোকপা য়ারি। মিংতা মশেন -মরাং কোক ইঙাও ঙাওনা ঐনা হৌগংপদু নীংশিংই, ঐনা অমুক্তসু চেনখীদ্রিবা মওংদা, ওফিসর অনিনা ইতেঙ পাংবীরগা চীঙখা অদুদা চেহ্নরকপদুসু নীংশিংই।

নুঙ অমদা খোঙ থম্মুবদা নুঙ অদু ওহ্নখিদুনা খোঙ লৈথেকপদা অনাবা ফাওখিবা অমসুং নাবনা কোক ঙাওরকপা, পূম্নমক অদুসু নীংশিংই - লোয়না-লোয়ননা কেপ্টেন কাওলিগা উন্নবা, মাগী মীওইশিংনা ঐঙোন্দগী হেনকৎনা চীঙ অদুদা চেনখৎখিবনচিংবশিং অদু নত্তনা অতৈ অমুক হেন্না মতম খরদি নীংশিংবা ঙমদ্রে। ঐহাক ব্রাহ্নবদি তৌখিদে, লম্বীগী নাকল অদুদা ফল্লগা কপখীবরা হায়না খল্লী, মরমদি নুমিৎ নিনি চুপ্পা অকীবা অব্রাবা কযাগী মতুংদা ওইরক্লিবা অব্রাবা অদুদি ঐনা খাঙবা ঙমজবগী ব্রাংমদা লৈখ্রে, অসুম্না কপ্লতনা ঐহাক্কী অব্রাবা কোক্লিংঙাই ওইরে।


SKETCH MAP OF MANIPUR.
Village
DRY DITCH
WALL BROKEN
DRY DITCH
The Jubraj
BUSTEES
DRY DITCH
WALL IN RUINS
Jungle
WET DITCH
Bustee
WET DITCH
MAIN
Gate
ROAD TO CACHAR
CITADEL
BUSTEE
WET DITCH
Polo Ground
Bustee
WET DITCH
THE RESIDENCY
N.
WET DITCH
Bustee
WET DITCH
Village
Village
River

## ১৮ শুবা পন্দুপ

ঐ অমুক হন্না জ্ঞান লাক্লদুনা, খছুজরকপা ঙন্বা মতমদদি "ঐখোয় শিদ্রেকো" হায়বসিনা ঐগী পূক্লিংদা লৈখিবা ৱাখলনি। চরা হেনবগী অৱাবা অমদি য়েক্লবগী মখুৎ চনখিগদ্রা হায়বগী অকীবা ৱাখলদগীসু কনবিরবনি। হৌখিবা নুমিৎ খরনি অদুগী মনুংদা ওইখিবা অৱা-অনা, পাঙ্গল চোকথনা ৱারবা কয়া, অদুবু খাঙজবা ঙম্নবগী পাঙ্গল পীবিখিবা ঈশ্বরবু ঐগী থম্মোয়না থাগৎচবনি। নুপা ওইবশিংগী মতেঙ ফংলক্রুবদা; ঈশ্বরনা ঐখোয়বু ঙাকপি-কনবিবা অসিগীদমক, মহাক্কী মফমদা লম্মন তোল্লি হায়বসি ঐখোয় মীওইবশিংদি য়াম্না কাউথোকল্লি, অমসুং তোয়না তোয়নসু নীংশিংগন্দে। ঐখোয়গীদমক্তা তৌবীখিবা মীওইশিং অদুগীদমক্তদি, ঐখোয়না চপচানা থাগৎচৈ, অতোপ্পা মীওইশিং অদুদি ঐখোয়না নীংশিংদে। হন্দক্কী মতাঙ অসিদদি, ঐগী থম্মোয়নুংদগী ঈশ্বরবু থাগৎচৈ হায়বসি, ঐনা পুকচেল শেংনা ফোঙদোকচরী।

ঐনা শেৎলিবা ফি-রোল অদুখক নত্তনা, তাইবঙপাল অসিদা ঐগীনি হায়বা করিসু য়াওদনা, লম্বী মপাল অদুদা ঐনা ফম্না-ফম্না, ঐগী মাঙজখ্রবা কয়া অদুবু ঐ করিসু খনখিদ্রে। ঐনা খঞ্জবদি, মতম অদুফাওবদা ঐগী ওইনা লৈজরিবা ঐগী পুন্সি অদুতা মঙাইরে। তাইবঙপাল অসি, হিংবদা নুংঙাইরবা, য়াম্না ফত্রবা মফমনি। মতম পূম্নমক্তা, মী অমগী মফমদদি, য়ুম অমসুং মরুপ-মপাঙ হায়বসি য়াম্না অতাঙবা মশক্লি। অদুবু, হায়রীবা পূম্নমকশিং অসে, ঐখোয়গী ইখুত্তগী নাম্বোক্তুনা মাঙশীল্লক্রবা মতমদদি, মখোয়তনা অতাঙবা পোৎশকনি হায়বসু য়ারক্তে। ঐখোয়না হোল্লিবা শ্বর অমদি শিংলিদা চেল্লিবা ঈগী ইচেল অসিসু ঐখোয়দগী চৎখিবা তারক্লবদা, ঐখোয় ঐখোয়গী ওইবা ইশাগী পাঙ্গল ফূদোকচরকই অমসুং নুংশিত্রবা থবায় অমদি পুন্সি অসিগীদমক্তা লাম্বেংনরকই।

ঐনা জ্ঞান মাঙলুবদগী অমুক নীংথিজনা ৱাখল লাক্লুনা মী অতৈশিংদুগা লোয়ননা চৎমীন্নরগা, ঐখোয়বু ইতেং পাংবিবা লাকপা ময়াম অদুগী মফমদা,

ঐখোয়না নাম্ভোরকপগী অণ্ডকপা ৱারী অদু অমুক মরিক চুম্না তন্না ঙমজখিবা অদু ফাওবদি মতম খরা চঙগ্রে। মতম অদুফাওবদা, কেপ্টেন কাওলিগী মীওইশিংনদি, হন্দোক্তুনা চৎথ্রবা য়েক্লবশিং অদুবু অদুম মতুং ইন্দুনা তান্নদুনা চৎখি, অদুগা ঐখোয়না য়েংখৎখিবদা লৈরিবা চীঙথক অদুদগী নোংমৈ কাপ্পবগী মখোলসু তাবা ফংখি। ঐখোয়সু, লৈরিবা মফম অদুদা অদুম পন্দুনা লৈরে। ইতেঙ পাংবিবা লাকপা মীশিংদুনা; বিস্কিট, পাত্রশিংদা হাপ্তুনা পুরকপা অথোংবা শা অমসুং সোদা ৱাটরনচিংবা পুথোরকলে। মখোয়দা হুইস্কীসু য়াওবক্লম্মী, অসুম্না ঐখোয়গী পূক্লিংদসু লাইবক ফরে, অৱাবা কোক্লে হায়না ফাওনখি। ঐদি চোকথমনবদগী য়াম্না চাশিনবসু ঙমদবে, চাক লাম্বসু ফাও্দরে অদুবু হুইস্কীগা সোদাগা থকচিনবদগী পূক্লিং হকচাংদা তেকখৎপা নুংঙাইবা অমদি ফাওরম্মী। ঐগী খোঙগী খুজেং অসি যাম্না নাবা ফাওবদগী, অনৌবা লাকপদা য়াওরকপা ডাক্তর অদুনা ফিজেত অমনা পুনশিনবীরম্মী। অসুম্না ঐহাক, ঙাইহাক্কী মতমদি লম্বীগী নাকল অদুদা তূমথদুনা লৈরে।

ঐখোয় হিংলে হায়বদি ঐনা হায়গ্রে, মদুমক্লা ঐখোয়দা মণিপুবিশিংনা নোংমৈ কাপশীল্লকপগী খুদোংথীবা অদু লৈত্রে হায়বদি নত্তে। মখোয়না কেপ্টেন কাওলিগী কাঙবু অদু লেম্না থাদোক্লমদে, ঐখোয়দগী মাইল কুন লাপ্পনা চৎলিবা কাঙবু অদুদা নুংঙাইতবা করিসু পীদ্রবসু ....। মহাক্কা ঐখোয়গা উনর্দ্রিঙে হৌখিবা মমাঙগী অহিং অদুদা, অনৌবা থুংফম ওইগদবা মফম অমা তান্না মখোয লাকখিবনি। মতম অদুদা করি কবি মণিপুরদা থোকখ্রবগে হায়বদু মখোয় কবি অমত্তা খঙখীদে। অসুম তৌবদগী, মঙোন্দা য়াম্না ঙক্লা নোংমৈ কাপশীল্লকখি। ইকুই কুইথদনা অমুক, ঐখোয়গী কাঙবুদগী চেনখীবা মীশক অমনা, মহাক্লা (কেপ্টেন কাওলি) লৈরিবা মফম অদু য়ৌরুবদা মঙোন্দা অসুম্না খঙহল্লুরে মদুদি ঐখোয় জঙ্গল অদুদা লম্মাঙনদুনা লৈরে, করিগুম্বা অৱাবা অসিদগী কনবীনবা উপায় লৈত্রবদি খুদোংথীবা থোক্লগনি হায়না। পাউ অসি তাবমক্তদা মহাক শ্বাই লাউবা অমগা লোয়ননা থুনমক ঐখোয়গী ইতেঙ পাংবা লাকখি। মাইল খরা লাপ্পা চৎলক্লবা মতমদা, চীঙথক্তগী নোংমৈ কাপ্লকপা মখোল তারবদা ঐখোয় পংলাপ লাপ্লম্লরোই হায়বসি মহাক্লা খনখী। থুনমক, মহাক্লা লানবল অদু উবদা

মতম চপ চানা চিঞ্জাক, নোংমৈমরু অমসুং মীশিংগী লোয়নননা ঐখোয়বু ইতেঙ পীবা লাকখিবনি।

ঐখোয়গী ব্রাংলীবা, চংকদবা খোঙচৎ অদুদি, অহানবগী হৌরকখিবা খোঙচৎ অদুগা পুমখেন খেন্নরম্মী। নুংঙাইতবা কয়া অমা অদুম থোক্রুবসু। চিঞ্জাকসু, সিফায়শিংগী ওইনদি য়াম্লমক মরাঙ কায়বা ওইরমদে। ঐখোয়গী ফিভমসু অদুক হাক্লা নুংঙাইরমদবা ওইরবসু নুমিৎ নিনি চরা হেল্লক্রবা মতুংদদি কনাগুম্বা অমত্তগী অব্রাবা ব্রাফম লৈরক্তরে। ৪৩ শুবা লাম্মীশিংগী ওইনা, বীয়ার, হুইস্কী অমসুং কোকোব্রা য়াওরিবশিং অদু শিজীন্নবা য়ারবা পোৎশক ঙাক্তনি। ঐহাক্তি, অতৈ অকে-অমৌগী পোৎ খরসু কাঙবু অদুদগী ফংবা ঙমলম্মী - পোৎশিং অদুদি শম হাৎতোক্রুবা ব্রশ, তকথোক্লবা স্পোঞ্জ, অচৌবা শামতুগী খোঙমোজা অশাঙবা জুরা অমা অমসুং সিফায়শিংগী খোঙউপ খরা অমসুনি। খোঙউপশিং অদুদি শাংখ্রে, ফুট অমা মখায়রোম অদুগা মরাকসু পাকই। অদুম ওইনমক চাকনিবশিংদি পোৎ খনবা য়াদে হায়বদুনি। ঐগী খোঙগী খুজেং অসিসু চাউনা পোন্নবা মরমনা, অরাওবা খোঙউপশিংদু ঐঙোন্দা চানদবা ওইরমদে।

পুং খরা, ঐখোয় পোখাদুনা লৈরবা মতুংদা লৈমতাক য়ৌনবা অমুক চীঙ অদুদগী কুথরক্রমই। নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা ঐখোয়, মফম অদু য়ৌখি। ঐগী খুজেং অসি য়াম্না নাবা মরমনা, ঐবুদি দোলাই অমদা পুথবীরকলে।

থুংফম, মফম অদুদা য়ৌরকপদদি, শামু অমসুং লোলা কয়া লৈরম্বদুসু থেংনরে। মখোয় অদু কেপ্টেন কাওলিনা লুচিংবা সিফায় কাঙবু অদুগা লোইনরকপনি, অমসুং ঐখোয়গী ওইখিবা ফিভম অদু কেপ্টেন কাওলিনা খঙলকপদা, হাথু হাথু ঐখোয়গী ইতেঙ পাঙবা লাকপা তাখিবদগী, মখোয়না শাশিং অদুবু মফম অদুদা লৈহলহৌবনি। হৌজিকসু ঐখোয় য়েক্রবনা কোয়শীল্লবা লম অমদা লৈরীবরা হায়বদু খনবদা খরা লুবগুম থোকলমই, মরমদি লৈরুরিবা মফম অদুদি খৎন-চৈন লৈত্রবা ইঙলবা মফম অমা মাল্লম্মী।

শোক ১৮৯০ গী নিংথমথাদা ঐহাক ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফল্‌সকা লোয়নননা শিলোংদগী মায়কৈ অশোমদা লাকখি অমসুং অদুগী মতুংইন্না সিফায় রেজিমেন্ট অমগা লোয়নননা নিল খোংনা লাঙনা চৎপসে অদুম হৈনখ্রে।

মতম অসিদদি, ঐখোয়গী খোঙচৎ অদু য়াম্না তন্দে-মান্দেনরে। ঐখোয় নোংমগুাল্লমদাই পুং অহুমদা হৌগৎলগা নুমিৎতাবা ফাওবা চৎলি, সিফায়গী পুরকপা চানবশিং অদুদগী ঐখোয়সু চারম্মী, অয়ুক্তা কোকোব্রা থকই, নুমিদাং ব্রাইরমদা অমুক চরা অমা বীয়ারগা লোয়ননা চায় অদুগী তুংদা ঐখোয় পুম্নমক, ওইরি ওইরিবা ফিভমদুদা অদুম তুম্নরে অমসুং অয়ুক্কী বেংগুল খোংলক্লিফাওবদি কনাসু হৌগৎনরমদে। চোকথবগী ব্রাদি, ঐখোয় পুম্নমক শিগদৌরবনি। চীঙশিং অদুসু য়াম্না ঙম্মী, অমসুং কাছারগী লম নকশীল্লকপগা লোয়ননা নুংশাগী মৈশাসু হকচীন্না শারে নুংথিলগী মতমদা, অমসুং নুংদাংগী মতমদদি অমুক ইঙবনা হকচাঙ অসি চিংশিল্লমই।

য়াম্না চেকশীন্না, তপ্পা তপ্পা চৎপতনি ঐখোয়, অমরোমদা, করম্বা মতমদা, ঐখোয় তম্না অমুক লান্দারক্কদগে হায়বদুসু খঙবা ঙমলমদে। অহিংদদি, চীঙ অদুগী অকোয়বদা য়েক্লবদগী ঙাকখোক্লবা মীওই খরা অদুম থাদোক্কুনা থম্বনি।

ঐখোয়না লাকপগী মতম অসিদা, কয়াবক হুন্না ঐখোয়দা নোংমৈ কাপলকখি। মণিপুরিশিংদি মী য়াম্না লাকপা মানবসিসু হৈনদে, অদুনা মখোয়দি অদুম ঐখোয়দগী লাপতক্লা লৈ। অসুম মরক মরক্তা মখোয়না য়াম্না অরাপ্পদগী নোংমৈ কাপলকপা অদুদি ঐখোয় থোইনা নাচুংঙুদ্রে, হন্দুনসু কাপখিদে। অদুম্নদি ওইরগা, ঐহাক্তি হান্না থেংনখ্রবা,থাঙ্গেশেংনা খুদোংথীবা ওইনা নোংমৈ গুলি কয়া পাইশিল্লকখিবা মতম অদুদগী অমুক্তা হেন্না পূক্লিং অসি ফাজীনবা ঙমদনা ইপা পাখৎলম্মী অপান্নমা কাপলকপা নত্তবা, চুম্নগী নোংমৈ মখোল অমা তাবদা কিজখিবনা ঐগী মিহুল অসি দং দং হেক্তা চোংবনি। মমৈথংদা, ঐনা পাখৎমনবা অসিদগী, করিগুম্বা নোংমৈ মখোল অমা হেক তাবা মতমদা ঐগী চৎমীন্নরিবা মী অদুনা ঐঙোন্দা হায়বদি - "মদু জঙ্গলদা ব্রা মৈ চাকপদা পোকখায়রকপগী মখোলনি" হায়বসিনি।

ঐখোয়না লাকপগী লম্বীদা লৈরম্বা থানা-শঙ পুম্নমক লোইনা মৈ থাদেক্লম্মী। শঙশিং অদুসু কনা অমত্তা লৈতনা লোইনা ইহাঙ হাঙলম্মী। মৌপুম হায়না খঙনবা মফম অমদদি, ঐখোয়না য়ৌরক্কদবা মিনিট খরগী মমাঙদা মফম অদুগী থানা শঙ অদুদা লৈরম্বা মণিপুরিশিং অদু চেনখিবা মাল্লম্মী। অদু

ওইরবসু, ঐখোয়বু, লম্বী অদুগী থেকচীল্লকপদা ফারগে হায়বগী ৱাখলদা অপিকপা নাপোম অমগী মথক্তা মখোয়না ঐখোয়বু লুমদুনা লৈরম্লা থেংনখী।

অদুবু মখোয় মশেল মশানা মশাবু ফাজরে হায়বদুনি - ঐখোয়গী গুখাশিংনা নাপোম অদুগী মথক অদুদা লাকপদা, মখোয়বু উরদুনা নোংমৈ কাপশীনবদা, থুনমক মখোয় হন্দোকখিরম্মী হাইরগুং মায়য়োক্লরম্লগা।

অসিগী তুংদা, ঐখোয় থানা শঙ অদুদা চঙশীল্লে। চেঙ খাউ-খাউ লৈরম্বা কয়াসু থেংনরে। থাগী চাননবা ওইনা মহারাজনা মাগী গুদামদগী থারকপদু য়ৌরকপদা ঙায়রিবা মাল্লি। লোইনমক অদু ঐখোয়না পুদুনা চৎপদি ঙমলমদে, অদুবু সিফায়শিং অদুদি মানা মানা পুবা ঙম্বা অদুম পুহল্লমই। পোৎশিং অদু লাইবক ফবদগী ফংলুবা হায়বদুনি। নুপাশিংগী ওইনা চাননবা চিঙাক ফংবসি মরক মরক্তদি লুনা থোকই, অমসুং অমুক অনিরক্তগী হেন্না অহিং য়ৌরক্লবা মতমদা মখোয় চাক চাদনা চৎপা য়াওই, নিয়ম অমা ওইনা মখোয়গী রাসন তংখায়দমক ফংলবসু। ঐখোয়না চাক ফংননবা থৌরাঙ অমসু তৌখি লম্বী মনাক্তুদা লৈরম্বা নাগা খুঙ্গং অমদগী।

অয়াম্বা শরুক্তা, নাগাশিংদি ঐখোয়গী ইফমদা মরুপ-মপাঙ ওইবগী মওং তৌই। অদুবু, মফম-মফম কয়া অমদা, মখোয়না ঙাইহাক্কী ওইনা হন্দোক্লবা খুঙ্গংশিং অদুগী ময়াদা পুল্লপ পুল্লপ লেপ্লগা, অপান্ননদি নত্তনা, ঐখোয়না চৎলিঙৈদা নোংমৈ কাপশীল্লকপা য়াওই। খুঙ্গংশিং অদুবুদি ঐখোয়না মৈ থক থাদোক্লমদে - অসুম্না খল্লুবদগী মদুদি ঐখোয়গী সিফায়শিংনা হন্দোরকপা তারবদি মখোয়দা, খুঙ্গংশিং অদু কান্নবসু ওইবা য়াই হায়না।

কেপ্টেন কাওলিগা উনরবা মতুংদা অহানবা লাকখিবগী খোঙচৎ অদু নত্তনা, লম্বীগী অয়াম্বা মশাঙদুদি ঐহাক খোঙনা চৎলবনি। মহাক্কী শগোল মচা অমা য়াওরকপদুসু ঐঙোন্দা পীথোক্লবনি অদুবু চীঙশিং অদু অয়াম্বা মতমদা শগোল তোংবা য়াদনা অঙম্বা ঙাক্তনি। মতাঙ অদুদা ঐহাক ইশামক তাদনবা হায়দুনা নুপানা তেংাগদবা শাবল মথক অদুদা ইশাগী অরুম-অয়াং খল য়ারিবমখৈ শেন্নজখি, খোঙ থমদ্রবা খোঙনেৎ অদু শগোলগী ঙকশম মথক্তা

কারন-কারন থল্লগা, য়েংবদদি শাবল মমায় মান্না। অসুম্না চীঙখাদা শগোল তোংদুনা কুমথরকপসে ওইথোক্তে, অদুনা ঐহাক ঙম্নবসু হোৎনদ্রে।

মরক মরক্তসু ঐগী খুজেং অসি য়াম্না নাবা ফাওরমই অদুবু অয়াম্বা মতমদা মদু করিসু খল্লুদবগুম তৌরে, য়েংলুবদদি য়াম্না নুংঙাইতনা চাউনা পোমখৎলবনি।

ঐখোয়না লমখৈ নকশীল্লকবগী লম্বীদা অহল ওইরবী মণিপুরি নুপী অমা অনি ওক্লখি। অৱা-অনা থোক্লরবা মতম অদুদা মখোয়দি য়াম্না ইঙথনা ময়ুম তম্না লাকচবদা উনরুবনি। মখোয়গা লাকমিন্নবা নুপাশিং অদুদি ঐখোয়না হেন্দোক্লুনা চৎখিদ্রিবফাওবা মখোয়বু হুন্দোক্লল্লগা অকোয়বদা লৈবা জঙ্গল অদুদা লোৎপ্রবনি। ওহ্ ! তোল্লবী অহল ওইরবী নুপীশিংদো ঐবু হেক উবমক্তা মখোয়, ইনাক্তা চেনশীল্লক্লুনা ঐগী ফিজি পায়রগা মিনিট অমত্তং ওইরবসু ঐবু চত্তনবা খামলম্মী। মখোয়শিং অদু ঐখোয়না কাছাব ফাওবা পুবীরক্লগা অমুক হন্না লৈবাক মরা তপত্রিবফাওবদি মফম অদুদা অদুম লৈননবা হায়খী।

নোংমা নোংমগী অদুম চপ মান্নবা নিতিগী থবক অদুনি - শাববা নুংশাদা চোকথনা ৱা-না লমশাং চৎপা অহিংগী মতমদনা হকচাং পুমতেক তেক্লা অমুক তুম্বা ..... অদুবু মমৈথঙদদি, লমখৈ লানথোক্লগা, বৃটিশনা লৈরিবা লম অদু অমুক হন্না উজবা ফংবগী ওইনা নোং ঙাল্লক্লে ঐখোয়বু ঈশ্বরনা কনবিরে।

ঐখোয়না জিরি তুরেল লাম্থোরকপা মতমদো মার্চ থাগী অবোয়বা নুমিৎকী য়াচঙলকপা মতমদনি। খুদোংথীরবা, অকীবা কযাগী মরক্তা ঐহাক য়াম্না ৱানা লাকপ্রবা তুংদা ৱারীশিং অদু অমুক লীজবা ঙম্নবা হিংবদি হিংহৌরে। হকচাঙ না-য়েকপদি ঐখোয় কনাদসু থোকহনবিখিদে। অৱাবা কয়া অদুগী মথক্তা, ঐখোয় কোলেরানা নারম্বসু য়াবনি - অদুবু, মদুদগী ঐখোয়বু ঙাকথোকপীখি। অদুক য়ামথ্রবা নুপাশিং অদুগী মরক্তা, নুপী অমা ওইনা ইথন্তা তরক তরক য়াওবদু ঐগী ইফমদদি শরুক অনিথোক্লা অৱাবা ওইখিবনি, অদুবু মখোয়শিং অদুগী মফমদা, ঐহাক অসে করিসু থোইদোকপা পোৎলুম অমা ওইদে হাযবা মখোয়গী ৱাহৈ তাবদা ঐনা ৱাজখিবা পূম্নমক অদু অরেম্বদি তাখিদবে।

ইকুই কুইদনা, মী খরনা অসুম্না হায়নখি মদুদি - কাছারদা ময়াম হন্দোক্লরকপগী মরুওইবা মরম অমদি, ঐনা মতম অদুমক্তদা মণিপুরদা লৈরুবা অমসুং ঐগী উপাই লৈজদ্রবা ইতৌ অদুমক্কী ফিভমদগীসু য়াম্না কনশীনবগী মওংদা ওফিসরশিং অদুনা কাছার ফাওবা চনেৎননা হন্দোরকপগী ৱাফম অমা লৌরকপদা লাগ্নীশিং, মরুওইনা গুখাশিংগী ফজবা মিংচৎপু চিংথবীখি হায়না ....। অদুবু ঐগী পূক্লিংদদি - মখোয়গী মরক্তা নুপী অমা য়াওরি অমসুং মঙোন্দা খুদোংথীবা লৈরে হায়দুনসু মখোয় মখোয়গী মথৌনি খন্নরীবা থবকশিং অদুদা মখোয়বু থিংগনি, পম্থহনগনি হায়বসিদি ঐহাক পাক খনজবা ঙমদে। করিগুম্বদা মখোয়না অহিং অদুমা রেসিদেন্সিদা লৈথনবা ৱারেপ তারম্বা থোক্লবসু, মখোয়গী তৌফম থোক্লবা অদুদা ঐগী ৱাফম করিসু লৈহল্লম্লোই, কাছারদা হন্দোরকপা অসিগী মরমদসু ইশাগী ওইনা ফৈ নত্রগা ফত্তে হায়বা করিগুম্বা ৱাফম অমত্তা হায়জদবা অসিগুম্না।

ঐনা খঙ্গে মদুদি - ইংলেন্দবু ইকাইখুম্নজবা অসি নুপা ওইবশিংগী মফমদতা নত্তনা ঐখোয় নুপী ওইবীশিংনসু লুনা খঙ্গবা অমনি হায়বসি, অমসুং ঐখোয়গী পুন্সিদা সিফায় ওইবা, অমদি লমদম অসিগীদমক্তা লাম্ছেংনবা হায়বসি ঐখোয়গী শিনফম নৎত্রবসু করিসু চিংনজদে, মদুদি তাঞ্জা অদুবু লাকপা থোক্লবদি, ঐখোয় ইংলেন্দগী নুপীশিংসু খ্বাইদগী থৌনা ফরবা সিফায় অমনা তৌবগুম্না, নুপাশিংগা চপ মান্ননা, মাগী মাগী পুন্সিবু করিসু থৌশারুবা তৌদনা, পুকচেল চাউথোক্লা, লেমজনা চোংথোরকপগী থৌনা অদু ঐখোয় পূম্নমক্কী মফমদা লৈ হায়বসি।

ঐ, খল্লুবদা নুংঙাইইজে মদুদি ঐনা পঞ্জরিবা অসিগুল্লবা ৱাফম অসিদি, মণিপুরগী ৱারীগা মরী লৈনরুবা মীওই কয়া অদুগী মফমদদি ফোঙদোক্লদবা ৱাফম অমা ওইখিদবনি। পুকচেল শেংনা ফজনা মিংচৎ ফংজবদা মিহৌবা, অমসুং ইংলেন্দনা থাগৎপিরবা নুপী অমবু খজিক্তং ফাওবা নুংশিবীবগী ৱাখল খন্নীংদবা, পুকচেল পীকপা মীওই খরগী ৱাফম নত্তনা, হায়নম্রিবা অদু করিসু নত্তে।

অমবু ওইরে, অমবু ওইরে, ঐহাকপু থাগৎপিরকখিবা অদুদি - মতিকচানা পীরবা মনা মথুম কয়াদগীসু হেল্লবনি অমসুং অতৈ ইংলিস নুপী কয়া অমসু চপ মান্নবা ঐহাক্কী ফিভম অদুগুম্বগী মখাদদি মশানা অদুম তৌরগদবা ঙাকনি।

## ১৯ শুবা পন্দুপ

মার্চ তাং ২৩ দগী এপ্রিল অমফাওবগী মনুংদা ওইখিবা, থৌদোক কয়ানা থল্লবা নুমিৎ কয়ানি অদুগী অকুপ্পা মরমশিংদি করি অমত্তা খঙনখিদ্রবনি ভারত্তা লৈবা অচৌবা থৌপুবশিংগী মফমদা - লোয়ননা মিষ্টর ক্লিন্টন্না চৎথখিবা থবক, অমসুং মহাক কদাই য়ৌগ্রবা কদাইদা লৈরিবা হায়বনচিংবা ...। শেংনা খঙনখিবা হায়ববু, মহাক মণিপুরদি য়ৌগ্রে অমসুং মদুগী মখাতাবা ওইনা, মহাক্না য়ৌরবগী মতুং, মথংগী নুমিৎমক্তদা অমুক হল্লকপগী থৌরাঙ অদুমদি, যুবরাজ অদুনা সরকারগী হুকুম ইন্দবনা মরম ওইদুনা ঙমখিদ্রে হায়বসিনি। মখা তারকপা ওইনা লান অদুগী পাউদি, লান হৌনরকপগা খুদক্তা টেলিগ্রাফ মরী ককথৎখিবগী মরমনা ভারত্তা লৈবা হেদ ক্বার্টরসদা থাবা শুকঙম ঙমখিদ্রে।

ঈ-পাউ থাননবগী মতাঙদা অপনবা পীরক্লিবা অসিগুম্বা অসিদি, ময়াম্না ফত্তবা মঙ্গলনি হায়না খন্নবা য়াবা অদুমকসু হেক ওইদে - মরমদি টেলিগ্রাফ মরী ককথৎপা হায়বসিদি মণিপুরিশিংনা পামজনা হৈনজবা থবক অমনি। শোক ১৮৯০ গী সেপ্টেম্বরদা থোকখিবা লালহৌ অদুদসু মখোয়না তোঙান-তোঙানবা মাইকৈদা অনি অহুম থোক্লা টেলিগ্রাফ মরী থদৎখিবনি।

অসুম্না নুমিৎ কয়ানি নোংম-নোংমগী হৌজীনখিবা অমসুং টেলিগ্রাফ মরীসু অদুম তত্তুনা লৈখিবনা, মণিপুরদা করি করম তৌরিবা হায়বনচিংবা করিগুম্বা মখলগী পাউ অমত্তসু থৌ পুরিবা অচৌবশিংদা য়ৌহনখিদ্রে। মী পুম্নমক মিপাইনবা হেল্লকখি।

পংঙাঙ ঙাঙনবা ব্রাফম কয়াসু লম অসিগী মীওইশিংদগী শন্দোকনরকখি, অমরোমদা কোহিমা য়ৌনা লাকপা ঙমখিবা লল্লোনবা মীওই খরনসু "মী পুম্নমক হাৎগ্রে" হায়বগী পাউনচিংবা পুরক্লখি। অসিগী তুংদদি পাখৎনবা হেল্লক্লে, নুমিৎ খুদিংগী ওইনা, ঙমখৈ ব্রাংমা লাল্লবা লমদুদা অনৌ-অনৌবা ঙাঙনবা

কয়াসু তাবা ফংলে, মদুদি ঐহাক্না লোয়ননা মী অমা অনিদি নাহোকখ্রে অদুগা অঁতে অদুনা হাৎখ্রে নত্রগা বন্দি ওইনা ফাহৌরে হায়বনচিংবা।

ইহান হানবা অশেঙবা পাউদি ঐখোয়গী কাঙবুদগী তাবা ফংখি। তারিখ ৩১ দা ওফিসর অমনা লাম্মীগী ওইবা অথুবা খোঙচত্তা মীচম অমদি সিফায়গী পাউ পুদুনা লাকখি; মানা লাকপগী মতুং নোংমগী মতমদা মণিপুরদগী নাহোক্নুনা চৎখিবা অমসুং মফম অদুদা বন্দি ওইনা ফাহৌরবা মীওই পূন্নমক অদুগী মমিং-মথা পূন্নমক ভারত শীন থুংনা খঙনখি, অমসুং পুং খরগী মনুংদা অমুক, পাউ অদুমক ইংলেন্দ য়ৌখ্রে।

মীওই খরগী মফমদদি, পাউ অদু তাবদা অৱাবা কোকলখ্রসু য়াই, অদুবু মীওই কয়া অমদি লৈরি - মখোয়না পাউ অদুবু পাবদা নত্রগা তাবদা, মানা মানা নুংশিজরবা, ফাহৌরবা মীওই কয়া অদুগী মরায়বক্তা করি তমলমগদগে হায়বদু খল্লুবদা, মাগী মাগী পূক্নিংদা অকীবগী ৱাখল কয়া লাক্লমগদবা ....।

ঐনা জিরিদা লৈবা পোত্থাশঙ অদু য়ৌরকপদা, ঐঙোন্দা ফাওরকখিবা ৱাখল অদুদি, নুপী ওইরবসু নুপা ওইরবসু নুমিৎ তরানি চুপ্পা শেৎলিবা ফি হোংদোক্লক্তবদা করি ওইবগে হায়বদু খঙদবশিংনদি পাক খঙবা ঙম্লরোয়। মফম অদুদা ঐগীদমক শেম-শারবা কা অমগা, ইরুজফম অমগা লৈরম্লে। ঐনা মদুদা নুংঙাইজখিবা অদুদি অঁতে নুংঙাইবা অমগসু মান্নবা য়ারোই, নুমিৎ তরানিগী মতুংদা ঐগী অহানবা ওইনা ইরুজফম খুদেং অদু ফংজবদা। পুং কয়া চুপ্পা ঐ তব অদুগী মনুংদা লৈনিংবা ফাওখিবনি। ঐনা লমশাঙ চৎলকপদা চুরবা, শেগায়রবা ফি-রোলশিংদু কোন্না অমুক লক্ষিপুর য়ৌদ্রিফাওবা শেৎচিন-চাশিনবা তারবসু অমুক ইনৌ নৌনা হকচাংদা ইশেঙ-শেংবগী ৱাখল অদুদি অচুম্বমক নুংঙাইবগী মশক্নি।

ঐগী হকচাঙদা কাকঁফে চিকফম ঙাক্তা লৈরমই, কাকঁফেশিংদুগী অমা অনিখক্তি ঐগী ফি লৌথোকপা মতম ফাওবদা ঐগী হকচাঙদা য়াওরম্বা থেংনৈ। নুমিৎ হুমনি মরিনিফাওবা হকচাংদা য়াওরক্লম্বগী মরমদি, ঐখোয়না লাকপগী খোঙচত্তা কাকঁফেঙাক্তা ঙায়রবা মফম অমদা নোংমা অহিং লেক্লককখিবা অদুননি। মদু,

তুরেল অমগী মপান্দনি য়াম্লসু চোৎপা, কাকফৈশিংদুদি হেক্তা শঙ্গু শঙ্গু থোরক্লুনা মীপূম খুদিং চীকখিবনি। অদুবু নুপাশিংদি, ঐনা চীক্তনবা হোৎনজবা অদুদগী হেন্না মখোয়গী মশাদা চীকহন্দবা ওন্মী। ঐসু জিরি তুরেল য়ৌরক্লিবফাওবদি অমসুং ফি-রোল লৌথোক্লুনা অরু-অনানগী মরমদা পূক্লিং হেক চঙবা ঙমদ্রিফাওবদি মখোয়না চীকপা, কয়া অমা খাঙবা তাখিবনি।

অহিং অদুমদি ঐ, ফমুংদা তূমজবা ফংলে। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরক্লবদা বেংগুন খোংলকপা অদুদি ঐ শুকহৌ হৌগৎনিংখিদে।

ঐখোয় অমুক চৎপা হৌরন্মী, মাইল তরা লাপনা লৈবা লক্ষিপুর কৌবা মফম অমা য়ৌনবা। মফম অদু য়ৌবদদি, মণিপুরদা অমুক চৎখিনবা সিফায় কাঙবু কাঙবুশিং পুল্লপ পুল্লপ লৈরম্বদুসু থেংনরে।

লক্ষিপুরদদি ঐগী দরকাব ওইবা পোৎ-চৈ ফি-রোলনচিংবা পূম্নমক ফংলে। মখোয়শিং অদু, ঐগীদমক্তনি হায়দুনা কাছারদা লৈবা নুপীশিংনা থাবিরকপা ঙাক্তনি। মখোয়গী অদুগুম্বা পূক্লিং ৱাখল অদুগীদমক্তা ঐনা মখোয়গীদমক্তা মঙ্গল নিংজে।

অরাবা ফি-রোল শেৎপগী নুংঙাইবা পোকপা অসিদি শুমহৎনিংঙাইগী মশক্লি। ঐখোয় নুপীওইবীশিংনা চীঙলেম্না ফজনা শেৎনিংবা অদুমক থোক্লা, ফি-রোলশিং অদুনা ঐঙোন্দা অচাবা ওইদ্রবসু, ঐগী ওইনা লৈজখিবা অতৈ ফিজেৎশিংদগীদি মখোয় অদুনা হেন্না ফজবগুম থোক্লমই। ফিশিং অদু লোইনা তক তরুই, অমসুং ঐগী মিৎতা শ্বাইদগী হেন্না শুমহৎচবা পেনজবসু মদুনি। অসিগী তুংদা ঐখোয় অয়ুক্কী চরা ৱানবসু ফংলে, মতম শাংনা চরা ৱাল্লক্রবনি, অদুনা পূম্নমক অদু পংহাওদ হাওশ্রে।

চরাৱানবা হেক লোইবগা ঐখোয় পূম্নমক য়ুম য়ুমদা চিঠি ইনবা ফমথনরমই। ঐঙোন্দদি, অৱাবা কয়া খাঙলক্লবগী তুংদা অকীবা ফংনা খুদোংথীগ্রবশিং অদুবু অমুক ৱাহৈনা ফোঙদোকপা হায়বসি অৱাবগী মশক অমা ওইরন্মী। অসিগা লোয়ননা, ঐখোয়না হুন্দোক্লম্লবা মখোয় অদুগীদমক্তসু পূক্লিং অসিদা য়াম্না লাঙতক্লরন্মী। কোন্না অমুক খল্লকই, ঐনা করিগুম্না ইদবা

তারবদি, মতুংদা অমুক পূম্নমক অদু যোঙদোকপগী থৌনা লৈরক্করোই। অসুম্না খনবদগী মমৈথঙদদি মরিক চুন্নবা পাউদম অমা মথংগী দাকতা থাখিনবগী থৌরাঙ তৌরে।

নুমিৎ অদুদি, ঐখোয় লক্ষ্মিপুরদা পন্দুনা লৈরগা, মথং নুমিৎকী এপ্রিল তারিখ অনিগী নুংদাংদা, তারিখ অহুমগী অয়ুক্তা হায়বসু য়ারে - কাছার য়ৌবফাওবা মাইল তরামরী লাপ্পা ইকোন কোনবগী ওইনা চৎপা হৌরে। ঐখোয়না চৎত্রিঙৈদা, অকোয়বদুদা লৈবা চা থাফমদা থবক তৌবা মীওই কয়ামরুমনা ঐখোয়বু উনবা লাকখি, অমসুং ঐখোয়গী ইচিনমক্তা লীখিবা নাম্ছোরকপগী ব্রারীশিংদু মখোয়সু খঙহৌরে। থুনমক ঐখোয়গী পাউ অসিদি ঐখোয়না কাছার য়ৌদ্রিঙৈদা হান্ননা কাছারগী মফম খুদিং য়ৌরম্লে।

ঐখোযবু থৌজানবীবগী থবক্তি মীপুম খুদিংমক্কী মফমদা লৈখি। ঐগীদমক্তা অততাই ওইনা নুংঙাইনবা হোৎনবিখিবশিং অদুদি পুকচেল চাউবগী মতিক, মশীং থীবসু ব্রাগনি। থৌদোকশিং অসিগা লোয়ননা, ঐনা কাছার য়ৌরক্কবা মতমদদি, ঐ অসে থৌনাফবী নুপী অমগা চপ মান্নরা খন্নরম্লে। অশোয় অঙাম লৈতনা, ঐবু অমুক মফম অদুদা উবদা কনাসু থম্মোয় অমদি পুকচেল শেংনা হরাওনদবা য়াওখিদে। ঐনা মখোয়দগী ফংজখিবা থৌজাল অদুদি, ঐনা হেক হিংলিবমখৈ কাউথোকপা শুকঙম ঙম্লোই।

পূম্নমক অদুগী মরক্তা ঐগী হান্নগী অরীবা মরুপ মপাঙ খরসু য়াওরী। মখোয়শিং অদুনা ঐবু মাগী মাগী ময়ুমদা পুশিনবীদুনা ওকপীখিবনি, অমসুং ঐগী নুংঙাইনবা হোৎনজবদা মখোয় মখোয়না হেক ঙমজবা পূম্বা পাওথোকপিখিবা মখোয় অদুগী মফম্দসু ঐনা লমন অদুম তোম্সিঞ্জরে। হোয় .... ঐনা মখোয় অদুগী মমিংদু মফম অসিদা লোইনা ইরুবদা, মখোয়না য়ানিংলমদবসু য়াই, অদুবু ঐনা ইজরীবা অকীবগী মশক ওইরবা খোঙচৎ অসিগী ব্রারীসিনা ভারত্তা লৈহৌরবা মখোয়গী অরাপ্পা য়ুম অদু য়ৌরকপদা, মখোয়না খঙবীগদবদি - মখোয়গী মফমদা লৈখিবা ঐহাক্কী নুংশিজবা অমসুং, লুরবা, চিরক্কবা মতমদা ঐঙোন্দা তৌবীখিবা থবকশিং অদুগী তৌবীমল খঙজবা ওইনা, ঐনা ইজরিবা

অসিদা পূন্নমক অদুবু পঞ্জবগী খুদোংচাবা অদুদি অমুক নানথোকহনখিদরে হায়বসিনি।

অমুক হন্না, ঐহাক্কা ব্লারী শামিন্নজবা য়াবা নুপী ওইবী অমা ইনাক্তা লৈবসিসু নুংঙাইবগী মশক্কি। হৌখিবা খোঙচৎ অদুদা লোয়নরকখিবা মীপুম খুদিংগী মফমদগী - ঐখোয়গী ইংলিস নুপাশিং অসে অরুবা চাংয়েংগী মতমদা কয়াগী মতিক মশাগী ওইজবা থিদবা অমদি কয়াম থৌজাল হৈখিবা হায়বদু ঐঙোন্দা উৎপীগ্রবসু....., ঐহাক অমা য়াওবদা, মখোয়দা পোৎলুম ওইরে হায়বদু, ঐগী ব্লাখলদা করিগুম্বদসু ফাওহনখিদবা অদুনি। মরক মবক্তা ঐগী পূক্লিং হকচাং য়াম্না শোষ্কহক্লবদা, ঐনা পণ্ডখন খল্লকপা ব্লাখলশিংদু মখোয়না ইংনা তপ্পা নেমথহনখি। অমসুং ঐনা তৌরিবা পূম্বদা ঐবু থাগৎপীদুনা, অব্রাবগী থবক কয়া অদুবু মখা চৎথবা ঙম্বগী থৌনা হাপ্পীখি, লোয়ননা অকীবা, অব্রাবা খোঙচৎ অদুবু খাঙবদা ঐগী ইতেং পাংবীখিবনি।

চয়োল অমরোমদি মরুপ মপাঙশিংগা লোয়ননা ঐহাক কাছারদা অদুম লৈরে, অদুবু ব্লাখল অসিদদি - ঐগী ইপুরোয়বগী খল্লুবদা পোখাফম শুকখঙ খঙলমদে। ময়াম্না হায়নবদি, মহাক অমদি মাগা লোয়নবা পূন্নমক করিসু অশোয়-অঙাম য়াওরম্লোই হায়বসিনি, অদুবু ঐগী পূক্লিং অসিদদি অকীবা ব্লাখলনা পীক থল্লি। হৌখ্রবা মতমদা থোকখিবা লালহৌ কয়াগী ব্লারী নীংশিংলকই, অমসুং বন্দি ওইরবা মীওই কয়াবু, কনবীনবা লাকখিবা মিকুপ অদুমক্তদা হাত্তোকপীখিবগী ব্লারীনচিংবসু ঐনা পাগ্রবনি।

পূক্লিং অসিদা অকীবা পোকখি - মদুদি সিফায়শিং অসিনা মণিপুরদা চৎখিবা মতমদা, যুবরাজ অদুনা মখোয়গা করিগুম্বা ব্লাফম অমত্তসু য়ানরোই অমসুং ঐখোয়গী সিফায়শিংনা মফম অদুদা চঙশীল্লুরবদি, বন্দিশিং অদুবু হাৎলগনি হায়না অকীবসু পীরকপা য়াই - অদু ওইরবদি মখোয় করি তৌগদগে হায়বদু খল্লুবদা ঙকই।

নিংথৌ খুভম পায়হৌরিবা মীশক অদুগী মমিংদা, মানা চেকশীন্না পীবিগনি হায়বগী থাজবগা লোয়ননা চিঠি অনিখক ঐগী ইপুরোয়বদা ঐনা নানথোরকপগী

পাউ অসি তম্মদুনা, মণিপুরিশিংগী মখুত্তা শিন্নদুনা থাখিবনি। চিঠি অদু, ক্লিন্তন অমগী মখাদা ঐনা ইজবা য়াবিখি মদুদি শোমদা তৌরিবা মিষ্টর ক্লিন্টন অমসুং মাগী কাঙবুবু কন্ননবা শেমশারিবা পূন্নমক অদু করিগুম্বা অমত্তা ৱাহৈনো পনবা য়াখিদে। অদুবু ৱাহৈগী অতেনবা পরেং খরদং ঐনা ইজবা ঙমখিবদু, ঐঙোন্দা অৱাবা খরা কোকচখি, মরমদি ঐগী অশোয় অঙাম লৈভবগী পাউ অসি হেক তাম্রিবর্মখৈ, ইপুরোয়বনা খাঙলমগদবা লাঙতক্কুবগী মৈশা অদু ঙাকথোকখিবা ঙম্রগনি খল্লুবদা।

ঐনা তৌরম্বা আশা অমসুং ঐঙোন্দা লৈখিবা অকীবা পূম্বা, অমত্তা ওইনা পুল্লগা লোইশিনখ্রে হায়বগী পাউ লাকখিবদু ঐনা কাছারদা লৈরকপা চয়োল অমা ফারক্কবা মতমদনি। থীন্দনা - সিফায় কাঙবু কাঙবু অমুক হন্না মণিপুরদা চঙশীনখি। রেজিমেন্ট কয়াগী সিফায়না ঐখোয়না লৈরিবা মফম অদুদা পীক থনখি। ঐহাক্কা মণিপুরদগী লাকমিন্নখিবা ওফিসর অমসুং সিফায় পূন্নমক হন্না অমুক লম্বী অদুগী মতেক খরা চঙশীল্লুই। অশোকপশিং থমলিবা কাছারগী লায়েংশঙ অদুদা ঐহাকসু অনি অহুমলক্তি চংলুবনি মখোয়শিং অদু উনবা ...। মরায়বক থীরবা মখোয়শিংদুনা ঐহাকপু উবদা কয়াদা হরাওজবা মানখিবা।

ঐখোয়না থুংখিবা চয়োল অমগী মতুংদা চপচানা, নোংমগী য়াচঙলকপা মতমদা শিলোংদগী তেলিগ্রাম অমা লাকখি, অশেঙবা পাউ খঙহল্লকপনি মণিপুরগী নিংথৌ খুভম পায়হৌবা মীশক অদুদগীনি। ৱারোলদি - বন্দি পূন্নমক হাৎখ্রে হায়বগী মতাঙদনি। তেলিগ্রাম থুংলবদুসু ঐ ইশামক্লা উজখি। তেলিগ্রাম অদু দিপুটি কম্মিস্নারগী মখুত্তা পীবা মতম অদুমক্তদা ঐহাক মাগী বাঙ্গলোদা লৈবনি। মতম অদুমক্তদা ঐনা ৱাফম অসি ফোঙদোকচখি - "অরঙবা নাপু মচুদা থারকপা তেলিগ্রামসে ঐদি শুকপাম পামজদে, মতম পূন্নমক্তা মখোয়দি ফত্তবা পাউ ঙাক্তা ওই"।

ভারতদি য়াম্না অথুবা পাউশিংসে, অরঙবা নাপু মচুগী চেখাওদা হপ্লে। মতম অদুদা ওফিসর অদুনা ঐঙোন্দা খুমখিবদি অদুগুম্বশিং অদু মহাক্তি নোংমগী মনুংদা য়াম্না য়াম্না ফংবনিনা, মদুগুম্বগী মরমদা করিসু খল্লুদ্রে হায়বসিনি। ঐহাকসু, অদুগী ওইনদি মতম অদুদা অদুক হাক্লা খনজীল্লুদ্রে।

ঙাইহাক লৈরগদি, ওফিসর অদু মহাক্কী ফম্ফমদগী হৌগত্তুনা থোকখিবদু ঐ খঙলে। ঐসু মপান্দা থোরকপমক্তদা ঐগী ইমান্নবী মরুপ অদুগা উনরে। মহাকসু করিগুম্বা অমগী মরমদা মথ্বায় য়াম্না নুংঙাইতনা উরম্মী। খুদক অদুমক্তদা মহাক ময়ুম চৎলগনি হায়খি - ঐখোয় অনি পুন্নপ লাকমিন্নরে।

মহাক্কী য়ুম য়ৌরগা, ইমুংদা হেক চঙবগা য়াম্না মপূক্লিং লাকশীন্না ইঙনা-তপ্না নুংশি হৈনা তমখি - ঐগী ইপুরোয়বা শিগ্রে হায়বগী পাউ অদু। পাউ অদু তম্বদা ওইখিবা মহাক্কী অরুবা অদু ঐহাক খঙখি। মমিত্তা তনিক তনিক লৈখিবা মিংকী পি মরিকশিংদো মহাক্কী ঙমজবী থৌনা পুথোক্তুনা তারক্তনবা হোৎনখি খ্বাইদগী নুংঙাইত্রবা পাউ অদু তমথোক্ত্রিঙৈগী মমাঙদা। মহাক্না হায়রকখিবা মতম অদুমক্তদদি ঐ ভাব তাবা ঙমখিদে। অদুক্কী মতিক পুবা ঙমদনা লূমখ্রবা, পাউ অদুগী শাফুনি। ঐহাক ব্রাহ্মদুনা তাবগা চপ মান্নখি, অমসুং হায়বীবশিং অদু করিনো হায়বা চপ চানা খঙবা ঙমখিদে। অমরোমদা অমুক তগ্রিবা পাউ অদু অচুম্বনি হায়বসু থাজবা ঙমখিদে, মরমদি শোয়দবা, অশেঙবা পাউ ফংবা ঙমগনি হায়বদু ওইথোক্তবগুম্না ঐনা লৌখি।

অব্রাবগী অহিং অমা লেনবদু - খাঙবদা হেন্না ব্রাখিবগী মবমদি পাউ অদু লাল্লমগনি হায়বগী ব্রাখলদা, আশাগী শেংফাত্তবা মঙাল অমা মতম অদুফাওবদা অদুম পূক্লিং অসিদা লৈরম্মী। নোংঙাল্লকপদদি - অকুপ্পা পাউ ফংলে, শোয়দ্রে হায়বা খঙলে, অকুপ্পা পাউ অদুদগী হান্নদি শেংদবনি, অরানবনি খঞ্জরম্বা পূম্নমক অদু লোইশিনখ্রে। বন্দি পূম্নমক হাংখ্রে হায়বগী চিঠি অমা, নিংথৌগী মহুৎ শিনহৌবা নুপা অদুনা থারকখি। অহানবা শোক্লবা লানফমদা মখোয় মাযথীবা ফংখি হায়বসি মানা হায়রকপ্রা হায়না ঐহাক থাজখি, অদুবু মহাক্না হায়রীবা অদুগী অমুক ওন্ন-তৈনবদা মমৈদা হায়রকপদি, মহাক শুকখঙ খঙদনা, মহাক্কী অয়াবা য়াওদনা মখোয় পূম্নমকপু মহাক্কী মনাওনুপা যুবরাজ অদুনা হাংতোকপিখি হায়বা অদুনি।

ব্রারী অসিগী - অসিগুম্বা মতাঙ অসিদা ঐ অমুক শাংথনা খন্দুনা লৈবা ঙমজদে। য়াম্না কুইখিদ্রিবনি, হৌজিকসু অব্রাবগী মশক ওইরিবনি, খন্থরুবদা থোইদোক্লা ময়েক শেংজিবনি। অসিগুম্নবা অব্রাবনা পম্থুং ওইখ্রবা ব্রারীসে

ফোঙদোকচবা ওন্না ৱাহৈ লৈতরে। অমরোমদা, মীখুৎ চনস্ত্রবা মখোয় অদুগী মরায়বক্তা করি ওইবা হায়বদুদি খঙনরবা ৱারী অমনি। পূন্নমক্না খঙই - মদুদি লৌনমগী লাংদা ইখঙ খঙহৌদনা মখোয়বু য়েক্লবনা কোয়শীন্দুনা থমখিবদা মখোয়বু মতেং পাংবীবগী আশা অমত্তসু লৈতনা, মশা মশাবু ঙাকথোকচবা ওন্নগী উপাইসু য়াওদনা ওহ্! লোইশিল্লকপগী মতমদো .....। মখুত্তা য়োৎহুিং চনবগী শাউনিংবা অদু খাঙহল্লবা মতুংদা, অমমমতা ওইনা থাবল মঙাল অদুদা হাৎতোকপিবগী চৈনা খাঙহনবা ওইনা পুথোকপিরমগদবা ....। করি ওইরমগনি - মখোয়গী কাঙবুদি মশিংসু খজিক্তনি। মীয়াম মরক্তগী, নুপা অমনা তা-ন থিনবিবগী অমসু শিদুনা তারবনি লৈমায়দা। অমসু য়াম্না থীনা শোক্লনা মাগী অশিবা মরুপকী মনাক্তা তাশিন্দুনা লৈরবনি। অতৈশিং অদুনা মখোয়গী মরাইবক্তা তমস্ত্রবা অরোইবা মতম অদুগী ওইনা মপান্দা পুথোকপিরকপদা অশোকপা অদুমসু মতম অদুগী ওইনা য়েক্লবশিংনা শৌগত্তুনা চৎহল্লমগনি।

অকি তুজুংনা থল্লবা ৱারী অদুদা, ঐঙোন্দা খরা নুংঙাইজবগী মঙাল অমা লাকখিবদি - অতোপ্পা মীওইশিং অদুনা ফংখিবা অৱাবা অদুমক্তি ঐগী ইপুরোয়বনা ফংখিদে হায়বসিনি। খল্লুবদা নুংঙাইজে - মহাক্না মীওৎ মীনৈ, অৱা অনা নুংঙাইতবা কয়াদু অমুক শাংথনা খাঙখিদবা অদুদা। কাপ্পকখিবা অচৌবা নোংমৈ মখোলশিংদু মহাক্তি তারম্ব্ররোয়, মহাক্না নুংশিজবা ময়ুম অদুদা মাঙ-তাকহনবগী থবক তৌরে হায়বদুসু খঙলম্ব্ররোয় অমসুং ঐখোয়গী ফজরবা য়ুম অদু, নুংশি হৈত্রবা মৈরিনা চাকপদা, মৈখুঙাক্তা ঙায়রবা মপৈ অমা ওইনা লৈহৌবদুসু মহাক্তি উখিদ্রবনি। অমরোমদা ঐহাক ইথক্তা তরক-তরক য়াম্না ৱানা চাদ-থক্তনা খুদোংথীবা কয়া মায়য়োক্লনা থৱায় হিংননবা লাকখিবদুসু মহাক্তি খঙখিদ্রবনি।

মহাক্তি পূন্নমক অদুদগী কোমথোক্লনা চৎস্ত্রে। ঐনা ঈশ্বরবু থাগৎচৈ - পূন্নমক অদুবু মঙোন্দা খঙহনবিখিদবা অদুগীদমক্তা ....... মরমদি অকীবনা খুদুম চনস্ত্রবা অহিং অদুগী, ঐখোয়দা অমুক হন্না নোংমৈ কাপশিল্লক্রিঙৈগী মতম অদুদা, হান্নমা কোনুং মনুংদদি, অৱাবনা থল্লবা অকীবা থৌদোক অদু মখোয়গী মফমদা থোকহনস্ত্রে হায়বা খঙলে।

ঐগী ওইনসু অফবনি হায়না লৌজবা তারে - মরমদি ইপুরোয়বগী মরায়বক্তা তমখিবা থৌদোকশিং অদু থোকপা মতমদা ঐ করিসু খঙখীদরে,

করিসু তাৰীদরে। রেসিদেন্সি থাদোকুনা লাকপা অহিং অদুদা, মা-ঐ ঈশ্বরগী মালেম অসিদা অমুক হন্না উনররোয় হায়বসি খঙলম্বা থোক্লবদি - ঐনা লাকখিবা থোঙচৎ অদুবু থৌনাফনা মায়য়োক্লবা খক ঙমজররোই। ঐনা মহাকপু হন্দোক্লগা চৎপা হায়বসিদি অৱাবগী মশক্কি, লাকপদা ফংখিবা অৱাবদুগা পাংথক্কি, অদুবু মহাক করিসু অশোয় অঙাম য়াওরগ্রোই হায়না খল্লুবা ঐগী ৱাখলনা ঐ ইশাগী পুন্সিসে মহাক্কিদমক্তা ঙাক শেঞ্জনা লাকচখি অমসুং ৱাখল অদুমক্না ঐগী ইতেঙ ওইজখি।

হৌজিক্তি, ঐনা লীজরিবা খঙজহৌবা খরগী ৱারীসে - লোইশিনবগী মতম য়ৌরক্লে। অকীবগী মশক ওইরবা পাউ অদু হেক ফংখিবা মতুংদগীদি, ঐগী ইফমদা লোইনমক মথক মথা ওনখ্রে, পৃমওন ওনখ্রে, অদুবু মার্চ থা ফাওবগী মনুংদা থোকপা থৌদোকশিংদুগা মরী লৈনবা মরমশিং অদুদি, ঐনা অতোপ্পা থৌদোক খরগা অমুক পঞ্জরমদ্রবদি মপুং ফাবা ৱারী অমদি পাক ওইরোই। হায়রীবা থৌদোকশিং অদুসু মতম অদুদা ওইখিবা মণিপুরি লালহৌ অদুগা মরী লৈননা তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা থোকখিবা থৌদোক ঙাক্তনি।

ঐনা হান্নসু মমিং পঞ্জখ্রবা মিষ্টর গ্রান্ট হায়বা নুপা অদুনা তৌখিবা অচৌবা থৌদাং অদু, ৱারী অসিদা ঐনা অমুক হাপচীঞ্জরী। থবক অদুমক্তি, মহাক্না মণিপুরদা ইরাঙ থোক্লে হায়বা পাউ হেক ফংবগা থুনমক লৌখৎলকখিবা ঙাক্তনি। মহাক্না তৌখিবা শরুক অদুবু ঐ ইশাগী ৱাহৈতদা ফোঙদোকপা তারবদি, অপেনবা হায়বদুমদি থোক্লরোইদবা মরম্না মহাক্না ইরকপা, মণিপুরদা থোকখিবশিং অদুগী অকুপ্পা ৱা য়াওবা চিঠি অদুমক ঐনা ইজরিবা অসিদা হাপচিনবনা হেন্না ফগদবোই খঞ্জরে।

মার্চ ২৭ কী অয়ুক্তা পাউ অদু মহাক্না ফংখি, অমসুং মহাক্না ময়ুমদা ইরকপা চিঠিদা - মথং মথং থৌদোক কয়াদু মখাগী অসুম্না শন্দোক্না হায়রকইঃ

# মেজর গ্রান্টনা পী-বা ৱারী

## (মহাক্কী দায়রী)

মার্চ তাং ২৭, অয়ুক - ৪৩ শুবা গুর্খা লাম্মীগী খোঙমী কুম্ভ্রামঙা তুমুদা লাক্লগা তাং ২৫ দা, মণিপুরদা অকনবা লান শোক্লখ্রে হায়না পাউ পীরবা । চিফ কম্মিস্নার, গ্রিমউদ (মণিপুরদা লৈবা, মাগী নুপীগা লোয়ননা ঐগীদসু নোংমা লাকখিবা) কোলনেল স্কিন অমসুং অঁতে কয়া শিরবা, গুর্খা চামঙাসু শিরবা, বন্দি ওইনসু ফারবা নত্রগা আসামদা চেনখ্রবা; ৪৩ শুবা খোঙমীগী মী কুম্ভ্রামঙানা, মণিপুর ময়োলদগী মাইল মরি লাপ্পা লৈবা লাংথবালদা লৈহৌরবা, অমসুং অঁতে নাম্থোরকপা কয়ানা পূং নিফুনিপালগী মনুংদা তুমুরোমদা হন্দোকখ্রবা পূং মরিদমক পল্লম্রগা লান থেংন থেংননা লাকপদা কয়ামরুমসু শিহৌরবা । ঐনা বম্মগী মফম পূম্নমক য়ৌনবা তারদা পাউ থাখি, অমসুং ঐবু ছুটি পীবিদুনা মিসিজ গ্রিমউদ অমসুং অঁতে নাম্থোকখিবশিং অদুবু মতেঙ পীরুবা ঙম্নবা হায়জখি। অসুম্না তাং ২৭ কী নুংদাং পূং তরামাথোই তাবদা হুকুম ফংখি।

তাং ২৮গী অয়ুক পূং মঙা তাবদা ঐগী মী য়াঙ্খ্রেগা নোংমৈ মরু চাম্মহুম্ফু মী খুদিংমক্তা য়াওনা, গুর্খা লাম্মী কুম্ভ্রা, মার্তিনি রাইফল্‌স, মরু হুম্ফু অমসুং শামু অহুমগা লোয়ননা নুংথিল পূং ৫ তাবফাওবা খোঙশাল্লক্লগা নোংয়াই মতুং পূং অমা তাবফাওবা অমুক তৃম্মী। তাং ২৯ নুংথিল পূং ২ ফাওবা অমুক লাকই - নোংয়াই য়ৌরমদাই পূং ১১ ফাওবা তৃম্মী। অমুক খোঙশাল্লকই - পলেল ফাওবদি লাক্ল-লাক্ল লান থেংনরে।

তাং ৩০ অয়ুক পূং ৭ তা চীঙগী লানবল অমদা লৈরম্না মী চাম্ময়াঙ্খ্রে তাম্থোকখিবা। অশোক অপন অমত্তা ঐখোয়দা থোক্তনা পলেলদা লৈবা চীঙখোঙ অমদগীসু মী ২০০ তাম্থোকখিবা। চীঙশিং অসিদা শামুদি মাইল অমা অনিদমক চৎপা ঙম্মী পূং অমগী মনুংদা। তুমু অমসুং লম অসিগী মরক্তদি চীঙশিং অদু ফুট ৬০০০ ৱাংই - লম্বীদি য়াম্না ফৈ।

পলেলদা ফাবা বন্দিশিংনা হায় - সাহেব পূম্নমক শিগ্রে নত্রগা নাম্থোকখ্রে; মিসিজ গ্রিমউদ আসামদা চেনখ্রে। তেলিগ্রাফ সুপরিনতেন্দেন্ট ওইবা, ঐগীদা লাক্নুনা চয়োল অমরোমসু লৈখিবা, তোল্লবা মেলভিল অদু হাত্তোকপিখ্রবা।

তাং ৩০ গী নুংদাং পূং তরামাথোই তাবদা ঐ খোঙশাল্লকই, অয়ুক পূং তরেৎতা থৌবাল য়ৌগদৌরো হাইরপ্পা মায়োক্লবা অমদি থেংনৈ তুরেল অদু য়ৌগদবা গজ ৩০০ গুম্বগী মনুংদা। তুরেল অদু ফুট অহুমদগী তরুক ফাওবা লুই, গজ য়াঙ্খ্রে পাকই। থোং অমা মৈ চাকপা উদুনা, ঐগী শগোল ক্রিকংর তোংদুনা থৌজিল্লি (ঐগী হান্নগী অষ্ট্রেলিয়ান মেয়ার য়োম্থোক্লগা হন্দক্তা লৈরকপা শাদানবদা তোংনবা শগোল 'বর্মন তাল') অমসুং লৈপাক্লা ব্রাংনা পল খাবা ইংখোল অমদগী কন্না নোংমৈ কাপশীল্লকখি। মফম অদু থোং অদুগী ওইবোমদনি, য়েৎলোমগী অহাঙবা মফম অদুদি তুবেল অদুগী অকোযবা মফমশিং অদু খোংবাল ঙাক্ত লৈরমই। লৈপল মরুমদা লৈবা মীশিংদু তম্না ঐগী রিভোলভরগী মরুশিংদু লোইনা কাপশীল্লগা থুনমক ঐগী মীওইশিংগী মফম তান্না হন্দুনা চৎলম্মী।

ঐগী মীশিংসু লান চঙবগী শেম শানা লৈরম্লে। ঐগী মী তরা, পঞ্জাব ইনফেন্ট্রিগী ২ শুবা বর্মন বেতালিয়ন (অনৌবা মিং) নোংমৈ কাপ্লগী পরেংদা গুর্খা তরা, খোঙকাপ তরুক লন্না লন্না মসিদা তেংবাংবা ওইনা ঐগী মী কুন, পবেং অমত্তা ওইনা নাকন অদুদগী গজ ১০০ গী মনুংদা। ঐগী মী কুন, গুর্খা কুন রিজার্বকী ওইনা। গজ ৩০০ গী মনুংদা পোৎয়োম শেন্নবশিং, শামু অমদি গুর্খাশিংগী তুংইনবা ওইনা শিলোংদগী পুরকপা খাসিয়াশিং। মী তরা তবানা শাবা কাঙবুনা নোংমৈ কাপশীনবা, অদুদগী অমুক চঙশীনবা, কাঙবু অমনা কুঙনা কাপশীল্লিবঁদা কাঙবু অমনা খোঙথাং কুম্ভা চেনশীল্লগা লৈমায়দা পাকথরগা অমুক নোংমৈ কুঙনা কাপশীনবা, অতোপ্পা কাঙবু অদুনা হান্নগী অদুগুম্না অমুক তৌবা। অসুম্না ঐখোয় য়েক্লবশিং অদুদগী গজ ১০০ য়ৌনা চঙশীল্লমই। মফম অদুদা ঐখোয় মিনিট মঙারোম পাকথদুনা লৈ,ঐখোয়না অউ অউবা মফমদুদা নোংমৈ কাপশীল্লি, য়েক্লবনা ঐখোয়বু য়েংলক্লবা ফাৎপা মখুলশিং অদু মৈখুঙাক্তা কারকই। মখোয়গী নোংমৈ গুলিনা লৈমায়দা য়ৈরকপদা ঐখোয়গী হকচাঙদা উফুল ঙাক্তা ঙায়রে। ঐগী ইনাকমক্তদা নুপা অমা শিবা উখি, ঐগী পাম্বোম

মখাদা তপ্লপ্লা ফুরকখি। ঐখোয় ঙমজবর্মখে হোৎনবা য়ানা লৈরে হায়বসি খল্লমই। ঐগী মীশিংসু নিংথীনা থবক পাঙথোক্লম্মী, নোংমৈ মপা চুম্না চেকশীন্না কাপ্লী। ঐখোয়গী তেংবাঙবা মীশিংদু নাকল অনিমক্তা শন্দোক্না চঙশীল্লক্লবা ঐনা খুদম তৌখি। মখোয়, নোংমৈ কাপ্লিবা পরেংদু ফাওবা কন্না চেনশীল্লকই লেপ্তুনা; য়েক্লবা য়ৌগদবা গজ ৬০ রোমগী মনুংদা, তুরেল মপান্দা চঙশীল্লি। পাকথরগা য়েক্লবশিং মকোক তম্না তম্না কাপশীল্লি। মকোকশিংদু মখোয়না নোংমৈ কাপ্লা মতমদা থাঙ্গৎলকপদা উবা অদুম ঙম্মী। হান্না নোংমৈ কাপলম্বা ঐখোয়গী পরেংদু চেম্ফুনা তুরেল অদুদা চোংথে। ঐনা ইহান হান্না চোংথে অদুবু কাখৎপদি হান্দ্রে। ঐ ঈশিংদা ঙক ফাওবা য়ৌখিবনা ঐবু ইতেঙ পীবা তাখি। ব্রাংমা লাম্থোক্তুনা থোং মনাক নকশীনখি। ঐগী মীয়াম্না শঙ্গিন য়াওবা নোংমৈ মতোলশিং অদু ঈশিং মনুংদা নমশীল্লগা লাল্লকই।

য়েক্লবশিংদু মতমদুদা থাদোক্তুনা চেনখি। নিপাল অমদি য়েৎলোমগী খোংবাল মনুংদা শঙ্গিন্না থিন্দুনা হাৎখি, তরুক অমনা মকোক্তা পান্দুনা শিখি মখোয়গী লৈপন ব্রাংমদুদা। অনিশুবা লৈপল পরেং অদুদা মখোয় অমুক পূনশীন্নবা হোৎনখি, অদুবু য়েৎলোমদা লৈবা ঐখোয়গী মীশিংনা মখোয়না নীঙবদু থুগায়খি, মখোয় অদুম চেনখিবনা মেপকী মতোলদা য়াওরীবা চীঙ অদুগী মরুম য়ৌখি। ঐখোয়না চঙশীনবা, মখোয়না হন্দোকখিবা অদুদি মেপ য়াওবা চেনা অদুগী মথক্তা রুলর (পথাপ মপুম) অমগী মতুংদা রুলর অমনা থরো থরো ওনশীনবগুম্বনি।

(A) হায়না খঙনবা মকম অদু য়ৌবদা ঐ, অঙকপগা লোয়নননা পম্থরমই। য়েক্লবা মী-গী পরেংদু মাইল অমা হেনগনি, ঐনা খনবদা মী চানিপালগুম্বা শুরমগদবা মাল্লি। মী লিশিং অমগা চনিগী সুবেদার অমনি। কোন্নদি খঙলে মখোয়শিংদু ওফিসার অমত্তা য়াওদনা মী চনিপালনি হায়বা। মখোয় অয়াম্বনা অঙৌবা ফুরীৎ মকক লিংলি, কোয়েৎ অঙৌবা য়েৎলি, ফৈজোমসু ঙৌই। মখোয়না পায়বা খুৎলাইদি - অশাঙবা নোংমৈ ইনফিল্ড অমসুং স্নাইদর রাইফল্সনি। মী চনিরোমদি অঙাংবা মচুগী ফুরীৎ মকক লিংলগা কোয়েৎতি ঙৌই। অদুগা ঐখোয়গী স্নাইদসগী শরুক অনি লাপ্লা কাপ্লা য়াবা মার্তিনি রাইফল্স পায়।

ঐ (A) পোজিসন অদুদগী হেনজিন্না চঙশীনবগী থৌনা লৈরমদে, ঐগী পোৎচৈসু তুংলোমদা লৈহৌবনা। (A) পোজিসনগী ব্রাংমদা ঐগী য়েংথংবা নাকলগী মমাঙলোমদা সিফায়-চনি-চহুম উখি মাইল মখায় অমবোম লাপ্পদা।

অয়ুক পুং নিপান তাবদা, শুমাঙ অহুম পরেং লৈবা ইংখোল অমদা ঐখোয় য়ৌই। শুমাঙ খুদিংগী য়ুম অমমম লৈ চাউরাক্লা ফুট ৩০ x ২০ গী। কা অমমমসু লৈ। শঙ অহুমদগী মঙাফাওবা লৈনৈ, ফৌ থস্ফমসু য়াওই। পোজিসন (A) দা ঐখোয়গী মীয়াম অমা থনম্লগা ঐখোয়গী পোৎশিংদু কোকথক্তা পুদুনা লাকই। ঐখোয় ফিভম চেৎনবা শেম শাবা হৌই। মী অমমমদা পীবা নোংমৈ মরু চাম্মহুম্ফুশিংদুগী মরিফু (৮০) মরিফুদমক শিজিন্নখি। ঐঙোন্দা নোংমৈ মরুনা হাইরপ খেৎখি-শোক্তি শোকখিদে। নুমিৎ তকল্লি চানগদবা চিঙ্গাক্কি শরুক্তু অহুমদমক ঙাইবে। ঐ মণিপুর (মযোল) য়ৌবগী আশা লৈবমদে, চেকশীন্না লৈবা তারম্মী, বর্ম্মাদগী সিফায় থোমজিল্লক্ত্রিফাওবদি নত্রগা কাছাবরোমদগী গুর্খা খোঙমী লাক্তুনা য়াওরদ্রিবফাওবদি।

ফৌ থস্ফম অদুদা ঐখোয়না ফৌ টন অমরোম হাপচীল্লি। চুদগী লৌবা চিনি অঙাংবা, চেঙ, হৱাই অশংবা খরা অমসুং হৱাই থরাক্লচিংবা থংনবা য়ুমশিংদগী খোমজীন্দুনা থম্লে। ঐ, মৈ থাবগী থবক পায়খৎলে - শম্বনশিং অদু য়ানথৎলগা অকোয়বদা লৈবা য়ুম নাপীনচিংবা পূম্নমক। ঐগী লৈপলশিং অদুদি ফুট ২ দগী মরী ফাওবা ব্রাংই, ফুট ১ দগী অহুমফাওবা পাকই, ঐ চপচানা ফবে খল্লি।

মী পূম্নমক অতা তল তম্মায় অমগা হৱাইগা পীজে। তুরেলদা লৈবা লমঙানু অমা কাপ্লগা অহিং অদুমদি তপথনা লেল্লে মপান্দা অকনবা ঙাক শেনবগী থৌরাঙগা লোয়ননা।

এপ্রিল তাং ১গী অয়ুক পূং তরুক তাবদা পেট্রোল চৎপা কাঙবুনা য়েক্লবা চঙশীল্লকপগী পাউ পীরবা ..... । ঐ পোজিসন (A) দা চৎলগা গজ ৭০০ লোম লাপ্পা লৈবা মী তরামাথোই-নিথোইরোমদা গুর্খা মার্তিনি রাইফল্‌স, অমদগী নোংমৈ কাপশীনখি। মী কাঙবু অদু (B) পোজিসন্দা লৈবা লৈপল মরুমদুদা চেনখি, গুখাশিংনা হরাওনা লাউশিল্লি অঙৌবা মী মপৈ অদুদা।

মখোয়শিং অদু অমুক হৌগৎলি অমুক তুই মী খরদুনা মখোয়গী করিসু মতেং পীবা ঙমখিদে।

মী কাঙবু অমা অমুক হন্না চীঙথক অদুদা পূল্লরে গজ ১০০০ দগীনা ১১০০ রোম লাপ্পা। গুর্খা জমাদার অদুনা নোংমৈ কাপখী অমদি চীঙখাদা ওল্লুখি। ঐসু কাপখী অদুবু ফল অমত্তা উখিদে। য়েক্লবশিংদু মখোয়গী লোৎফমদা চঙব্রে, নুংথিল পূং অহুমদা মখোয় চপচাবা থৌরাঙদা অমুক চঙশীল্লকখি। ঐ (A) পোজিসনগী লৈপল অদুদা মী ৫০ পরেং লেপহল্লি, খরনা তুংগী লানবলদা ঙাক্তুনা লৈহল্লে।

গজ ৬০০ ফাওবা য়েক্লবশিং চঙশীল্লকখি। ঐখোয় পূন্না নোংমৈ খপ্তুনা কাপশীল্লি। মখোয়সু মথোঙ মরম খঙদনা ঐখোয়রোমদা পূং অমা মখায়রোম নোংমৈ কাপলম্লগা গজ ৮০০ লাপ্পা অমুক হন্দোকখ্রে। ইখঙ খঙহৌদনা অমুক চীঙথক অদুদগী য়াম্না হৌনা কাপলকপা মখোল অমনা পূমনিল নিনখি। ফুট ৫০ রোম ৱাংনা ঐখোয়গী কোকথক্তা অঙৌবা মৈখু চবুল অমা উখি, পাউন্দ ৯-১০ লূমগদবা শাংলপ তৌবা পোকখায়রকপগী মচেৎ কয়া ঐখোয়গী লানবল মরক্তুদা তাখি। অমুকসু কাপলকই অতোপ্পা নোংমৈ অমদগী, ঐখোয়গী য়েৎলোমদা পোকখায়। অমনা অমুক লৈপাক্তা শুজিল্লগা মাগী অকনবা শক্তিগা লোয়ননা ঐখোয়গী মাঙমক্তদা পোকখায়খি নাপীগী অচৌবা চবুল অমা চাকখি। অসুম্না য়োৎতেক থাংতেক কয়া হাপচিল্লগা পোকখায়হন্নবা কাপলকপা বোম ঙাক্তনি।

ঐ য়াম্না অকীবা পোকখি হায়বসি ঐ ইশানা য়াই। করিগুম্বা অমগী মরমদা শন্দোক্লা লৈবা লাম্মী মরক্তদি হায়রীবা খুৎলায় অদুনা করিসু থোইদোকপা তৌবা ঙম্রোয় হায়বা খঙলবসু। অমরোমদা ঐগী সিফায়শিংগী ৱাখলসু হল্লবরা হায়বসি খল্লুবদা ঐ ৱাজরমই। মখোয়সু হেনজিন্না খল্লম্বা য়াই, নোংমৈ অদুগী মগুন খল্লুবদা, অদুবু মখোয় ইচঙদি চপচানা থৌখি। থুনমক ঐনা খঙদোকপা ঙম্লে, নোংমৈ অদুগী মখোন অমসুং মৈখু অদু উবদা গজ ৯০০ দগী ৯৭০ ফাওবদমক শাম্না চৎলি হায়বসি। পূং অমা মখায়রোম মখোয়গী নোংমৈশিংদু কন্না কাপলম্লবা তুংদা নোংমৈ অনিদি উখিদ্রে। অমনা পোজিসন (A) দগী গজ ১৪০০ লাপ্পা চীঙ অমদা লৈপ্রে। মফম অদুদগী মখোয় শোল্লুনা হোৎনরকপনি

ঐখোয়গী গুর্খানা কাপ্পা গুলিশিংনদি মখোয়গী মফমদু য়ৌবা ঙমলি। মখোয়, নোংমৈদু পুদুনা চেনখি কাপননবা...। মফম চানা খিনবদা মখোয় অকীবা লৈখি। মতম অসি ফাওবদা য়েক্লবগী রাইফলশিং অদুদি লেপ্তুনা কাপলি গজ ৬০০-৮০০ লাপ্পদগী। ঐদি মখোয়না নকশীল্লক্লবা হোৎনরকপা মতমদতমক কাপশীল্লে।

মমশীল্লক্লবা মতমনি, য়েক্লবা কনা অমত্তসু উখিদ্রে, ঐখোয়সু লানবলদা পূনশীন্দুনা লৈরে। ঐখোয়গী ওইরোম থংবা অকোয়বা লমদম অদোমদা য়েক্লবশিং মাগী মাগী থবক তৌনদুনা লৈখি। শম্বল অদুগী মশাঙদা পরেং শানা ঐগী মীশিং পূম্নমক অমমমতা ওইনা থাদোকখি। মী পূম্নমক্তা হায়খি করম্বা মতমদা, কদাইদা চৎকদগে হায়বদু, মখোয় কনাসু নীংহন্নখিদে।

ঐনা য়ুম য়ৌরকপা মতমদদি পূম্মম মমলে। লৈপলগী অকোয়বদা মখোয় পূম্নমক লৈহল্লি। অয়ুক্তা য়াম্না কল্লম্বা মফম অদু, খিন্দুনা লৈখ্রবা অচৌবা তোপকী মমাঙদদি চেনা শাবগা চপ মান্নখ্রে। ঐহাক কা হেন্না পূক্লিংদা নুংঙাইখিদে।

খল্লকপা থা ৮ দা ঙায়রিবা ঐগী অঙাংশিংদা, ঐনা পীখিবা নোংমৈ কাপ্পগী ট্রেনিং অদু ঐনা চাউথোকচখি। অরীবা সিফায় ১০-২০ নত্তনা মখোয়দি য়াম্না ফজবা, অঙকপা থবক পাঙথোকপা ঙমখি, মখোয়না রারী শানখি "মণিপুরিশিংসে কয়াদ তুক্কচবা মীশক্লো, অরাং অমেরিকাদা লৈবা হাৎকে তৌবদা মনম নমথীবা থাদোরকপা মমৈ জোম জোম লাউবা খৈরোয় হেক মাল্লদনা!" আফগানিস্তান অমসুং অরাং নোংচুপ লমখৈদা মখোয়গা লান শোক্লরকপা মীশিং অদুগা চাংদম্নবদা মণিপুরিশিং অসিদি মখোয়দা য়াম্না হৈনদবা তোপ্পা তাবা মীশক্লি হায়না মখোয় পূম্নমক্লা হায়নৈ। নুমিৎ অদুদা ঐখোয়গী মাঙখিবগী অপূনবা ..... শগোল অম্না শিবা নুপা অমা খরা শোকপনবা থোকখিবা।

অহিংদা য়েক্লবশিংনা অরাপ্পদগী নোংমৈ অদুম কাপশীল্লকখি করিসু কান্নদবদা। ঐখোয়দি হল্লমদে। ঐনা নোংমৈগী য়েংফম অকোয়বদুদা অঙৌবা ফিজেৎ কিশিল্লি অহিং নোংমৈ কাপ্পগী।

নোংপোক থংবা কাচিন অদুদা ঐ, পূং অনিরোম তূম্মী, পু ৩ তাবদা হৌগত্তুনা

ঐখোয়গী লৈপল অদুগী মফম মরীদা চেৎনা ঙাকই নোংমৈ অচৌবা কাপ্পরুবসু হায়না। ঈশিং য়ৌখিবা য়ানবা লম্বী অমসু শেমই, তুং ইল্লকপশিংনা খণ্ডনবা লোৎফম কোমনচিংবা তৌথোকই। লাইবকফবনা, মফম অদু শম্পোং খোইদোকখিবা ওইবনা, চেং পুরকপগী খাউ, থুমোকশিং , চিঙ্গাক হাপ্পগী বোরাখাউ, অতৈ পাত্র, মোনখাউ অমসুং চিঠি হাপফম খাউনচিংবা অফঙ-অফঙবা পূম্নমক অদু লৈপাক মতুম ঙাক্তা হাপচীল্লগা থুনমক ঐখোয়গী মাঙদা অমসুং নাকলদা পল মঙা খাগত্তুনা থমখি। লাংখোং খুদিংদা মী ৮ দগী ১০ ফাওবা উহন্দনা লৈবা য়াখি। য়েক্লবশিং চীঙ অদুগী মরুমদা তুমিন্না লৈখ্রে।

নুংথিল নুং ৩ তাবদা ঐখোয়দা ফিরাল হাইরক্লে হায়না পেট্রোল চৎপা (লানজাবা) নুপা অমনা পাউ পীরে। অঙৌবা ফিরালগা লোয়ননা ঐনা থোক্লুবদা ৪৪শুবা গুর্খাগী বন্দি অমা উনরে। মহাক মণিপুরিশিংগী মখুত্তা বন্দি ওইবনি। মহাক্লা চিঠি অমা পুরকই, চিঠি অদুদা, বন্দি ওইরবা বাবু তরুক নত্রগা নিপান্না সহি তৌই। মখোয় কেরানি ওইবা, লাইরিক ইবা অমসুং দাক অমদি তেলিগ্রাফকী মীওই ঙাক্তনি। চিঠি অদুদা হায়রকই - গুর্খা ৫০, চুম্নগী থবক তৌবা মী ৫৮ বন্দি ওইনা ফাজিন্দুনা লৈরে অমসুং ঐবু হন্দোকখ্রো হায়না। করিগুম্বা ঐনা চঙশীল্লরুবদি বন্দিশিং অদু হাৎলগনি, ঐনা হন্দোকখিবা তারবদি দরবারনা মখোয়বু থাদোকপিগনি অমসুং কাছারদা থাবিখিগনি হায়না। ঐনা হায়খি কাছার চৎনিংবশিংদি চৎখিবা য়াগনি অদুগা ঐদি তুমুদা হল্লনি, লাক্লিংবা মী লাকপা য়াগনি হায়না।

ঐনসু মহারাজদা চিঠি ইখি। তারিখ ২-৩-৪ অমসুং ৫ দসু ঐঙোন্দগী পাউ থাখিবনি মহারাজ অমদি মাগী মনাও অনি যুবরাজ অমদি সেনাপতিনচিংবা মখোয়গী কমান্দর-ইন-চিফতা।

মহারাজনা ইরকখি - লালহৌ অদু মাগী দায়িত্ব নত্তে হায়না। সেনাপতি অদুনা পাউ পুরকপা মী অদুদা হায়রকখি - মহাক্কী মী লিশিং অহুম ঐগী মায়োক্তা লৈ, মখোয়শিং অদুনা ঐখোয় পূম্নমক কত্তুনা হাৎকনি।

য়ামদ্রবদা গুর্খা বন্দিশিং অদু থাদোরক্ত্রবদি ঐ চৎলোয় হায়না চিঠি অমুক

ইখি - মশিমসু হায়খি মণিপুরি বাবু লিশিং ৫ (মঙা) গী ওইনদি ঐ করিসু খৌশাবা লৈতে।

মমৈথঙদা যুবরাজনা হায়রকখি - বন্দিশিং অদু আসামদা থাদোকপ্রে, অদুগা ঐনা হুনখিবদা শিজিন্নবা য়াম পাউন্দ ৫০০ গা লোয়ননা হৱাই পাউন্দ ৫০ গা যীগা ঐগীদমক্তা থাপ্রবনি হায়না। ঐ, চিঙ্গাকশিং অদু হন্না অমুক থাখি, অদুগা হায়খি মদুদি ফাহৌরবা বন্দি পুম্নমক অদুনা কাছার অমসুং কোহিমা য়ৌখিদ্রিবকাওবদি মণিপুরগী দরবার মেম্বর অমা জামিন য়াবা মীশক অমা ওইনা তুমুদা লৈগদবনি হায়না। মখোয়না ঐঙোন্দা সুবেদার অমা শিন্নরকপা অদুদি ঐনা করিসু ওইনা লৌদে। ঐগা লোয়নরকপা লাম্মী মশিং, শক্তি অমদি মরুওইবা কয়াদু খঙহন্নবগীদমক্তা, চিঠি পুম্নমক অদু ঐনা কোলনেল এ হাওলেট কম্মান্দর সেকেন্দ বি. রেজিমেন্ট হায়না সহি তৌখি সুবেদাব অমদগী য়াম্না হেন্না।

তারিখ তরুক মথংগী অয়ুক্তা মখোয়না অমুক লান্দারকখি। ঐগীদি, শ্নাইদর নোংমৈ পায়বা মী অমমমগী মরু রাউন্দ (খুৎকাপ) হুস্ফুতরা অমসুং মার্তিনি পায়বশিংগীনা রাউন্দ কুন্থ্রাদমক ঙায়রবনা, ঐখোয় লানবলদা চঙশীন্দুনা লৈরে। অহানবা মিনিট নিফুরোমদি নোংমৈ অদুম কাপশীল্লকখি। মতুংদা অমুক ঐখোয়গী মাঙ অমসুং ওইরোমদা লৈরিবা লৈপলশিং অদু লাম্থোরক্লবা কন্না হোৎনরকখি। লৈপল কারক্লবা হোৎনরকপা অয়াম্বা মীদি গুলিনা পানখি। অসিগী তুংদা মখা তানা অমুক লৈপল মরুমদগী মখোয নোংমৈ কাপশীল্লক্তুনা লৈখি।

পুং নিপান তারকপা মতমদা, ঐগী ওয়থংবা নাকন্দগী গজ ২০০ রোম চৎলগা লৈপলগী ব্রাংমদা মী কয়ারোম পূনশিন্দুনা লৈরম্বা থেংনখি। গুর্খা ১০-১২ রোমগা লোয়ননা ঐহাক শম্বল অদুগী মখাদা উপ্রাক্লা শিত্তুনা চৎলগা মখোয়শিং অদু তাম্থোকখি। মখোয়গী য়েৎথংবা নাকন্দা কাপ্পবা অদুদা মখোয়গী অশোক-অপন খরা য়াওরে, ঐখোয়সু লানবলদা অমুক হন্না চেনশীল্লমই।

অসিগী মতুং পুং ১১ তারকপা মতমদা শম্বলগী ব্রাংমরোমদগী ঐখোয় তম্না নোংমৈ কাপশীল্লকখি। মখোয়গী রাইফলসদগী হেন্না হৌবা খুৎলাইগী মখোল তাখি। শম্বল মখোং অদুদা লৈবা খোংবাল অদুদা পাকথদুনা, ঐহাক হাবিলদার

অমগা গুর্খা ৬কা লোয়ননা, ঐখোয়না লৈরিবা মফম অদুগী য়েৎথংবদা লৈবা লম অদুদা থোরক্লে - গজ ১০ রোমদমক লাপ্লরে। মখোয় অওকপদা কাপশীল্লকখি অদুবু ঐখোয়না মখোয়গী ওইরোমদা লাকশীন্নবা হোৎনবদগী, মখোয় চেনখ্রে। অদুগী তুংদা ঐখোয় মফম অদুদা লৈরম্বা অকুৎপা লৈখুল অমা ফংলে। মী ৩০-৪০ দি ফুট ৬ থাংবা লৈপল অদুগী চিথেক্তা লৈরম্বনি, মফম অদুদগীনি মখোয়না ঐখোয়দা নোংমৈ কাপলকখিবা।

ঐগী ওইনা মখুল ১৬ হুৎপা দি-বিগী নোংমৈ মচা অমা য়াওরি, শক্তি কাপ্পা য়াবা বকশোত মরু ৬ লোয়ননা গুলি মতুম ৬ অমসু। লৈপল মথক অদুদা য়েক্লবশিংনা মকোক হেক থিঙ্গৎলকপদা গজ কুন লাপ্পা মফমদগী মখোয় মখোয়গী লাইবক্তা হেক্তা কাপশীল্লে।

ঐনা মরু তরানিথোইরোম কাপ্লবা মতম অদুদা, গুর্খাশিংনসু মখোয়না ওমজবী তৌদুনা অমাও-অতা কয়া থোকহনখি। ঐখোয় লৈপল অদু তান্না চেনশীল্লগা, অমদি ঐগী রিভোলভরনা মকোক্তা কাপশিন্দুনা অদুম তুহল্লে, অতৈ খরা অমদি চেল্লিঙৈদুদা কাপশীনখিবনি।

মখোয় লোইনা তানথোকখ্রবা মতুংদা, ঐখোয় অমুক খোংবাল মশাং অদুদা চৎলগা লানবল য়ৌরকখি। মিনিট অহুমদি ইশিন্দুনা থম্বা য়ানা মৈ-হৌনা শোক্লখি। গুর্খা হাবিলদার অদুতদি মখুত্তা নোংমৈনা পানখি, ঐখোয়গী ফি-রোল খরা তৎখি। য়ামদ্রবদা মী তরাদি ঐখোয়না হাৎখি।

মথংগী নুমিত্তা চিথেক অদুদা চত্তুনা য়েংলুবদা, ঈ য়াম্না তারমখি, শ্নাইদর মরু কুম্না অমসুং মার্তিনি গুলি তরামওা লৈরমই। ইনচি মরী শাংবা ইক্সপ্রেস গুলি ৫০০ সু তারমই, মদুগী মখোলনি ঐনা মশিং থীবা ওমদনা তাখিবদু।

মথংগী নুমিত্তা বুদ্ধা (হনুবা) অদু ঐনা হাৎখ্রে হায়বা পাও তাই। হৌজিক্কী কোনুংগী চরাওনরিবা ময়াম অদুগী মপারা, থায়নগী মহারাজ অদুগী সেনাপতিরা কম্মান্দর ইন-চিফ লা খংদে। জেনরেল অনিসু শিবগী পাউ তায় অদুবু অশেংবদি খওদ্রি।

ফরে, ঐনা হায়খিবা অদুনি, ঐখোয়গী লানবল-অদুদা চেল্লক্লে। ঐগী

লানবল অদুগী অকোয়বদা চংতুনা য়েংশিনবগী অহাণ্ডবা মতম মিনিট কুম্না ফংখি। মী খুদিংগী মরু ৫০-৫০ দমক য়াওরী হায়বসু খঙলে। পূং অমা কন্না কাপনবগীদি চপ চানা ওকই। মার্তিনি নোংমৈগীদি মরু রাউন্দ কুনমণ্ডাদমক ঙায়রে। মী পুম্নমক লৈপল অদুগী মরুমদা হিপথদুনা লৈনবা ঐনা হুকুম তৌখি। পূংখায় অমমমগী ওইনা মী ৬ কী মনুংদা অমমমনা শত্রি পুনবা হায়খি। থংননা লৈবা ইংখোলগী লম্পাক অদুদা য়েক্লবশিংনা তংখায় অমফাওবা চংশিল্লক্রিবা ফাওবদি নোংমৈ কাপ্তনবা হুকুম তৌখি। য়েক্লবশিংদি লম্পাক অদু শুকচঙ চঙলকখিদে। নুমিৎ অদুমদি ঐখোয়সু নোংমৈ অমত্তা কাপখিদে। ঐনা নুমিৎ চুপ্পা লেল্লুবা মফম, নোংপোক থংবা কাচিন অদুদদি মী খরা মকোক থিঙ্গৎলকপদা অপান্নবা কাপশীনখি। মীশিং অদু মৈখু থক্কুনা লৈ, ৱারী চবেং চবেং শানৈ ........ মখোয়গী কোকথক্তা লৈবা উ পান্দীশিংদা নোংমৈ গুলিনা ফুট অমা নত্রগা ইঞ্চি তরুকলোম ককশীল্লিবদু মখোয় করিসু খঙলমদে।

অসুম্না, নুমিৎ অদুমদি হৌখ্রে য়েক্লবশিংসু অমম্বদুদা পোংথানখ্রে। ঐখোয়গী অশোক অপন, অমাঙ-অতা মশিং থিদোকখি। নুপা অনিগা, তুংইনবা অমগা শোকখি অমনা নোংমৈ মচেংনা - শগোল অমা শিখি, অনিনা শোকখি। শামু অনি শোকখি, অমদি য়াম্না শাথিনা.........।

ঐগী অয়ুক্কী ব্রেকফাষ্ট অদু পোকখায়রকপা তোপ গুলি মচেংনা পুমচায় চাইহনখি। ঐগী লোয়নবা নুপামচা অদু অকীবা পোকখিদে, য়োংতেক থাংতেক য়োমশিল্লগা কাপলকপা অমাঙ-অতা থোকহনখিবা বোমগী মকোক মহাক্লা ঐঙোন্দা পুরকপনি। হায়রীবা পোৎ অদু ঐনা য়ূমদা থাখিনি, মুকফূ ওইনা শিজিন্নবা, ৱাহৈ খরসু হক্কুনা ইগনি "য়ূম তংখায় অমদি থুগায়বনি হায়না।

তারিখ ৭ মথংগী নুমিত্তুদি ইঙনা লৈরে। লৈরিবা মফম অদু ফননবা শেমজিল্লি। চেং ফংননবা ফৌসু তকখায়রে।

তারিখ ৮ থাংজ নুমিৎ অমসু হান্নগুম্না চপ মান্ননা লৈরে। মনিপুরি কয়ামরুম ঐগী মাঙলোমদা লৈবা য়েৎথংবা মায়কৈদা য়াম্না লাপনা চংপা উই।

তাং ৭ কী পূং মঙা তাবদা বর্ম্মাগী নুপা অনিনা, মহারাজনা ভাইসরোয়দা

থাবা চিঠিনি হায়দুনা পুরকই উপাই লৈতনা শিগ্রবা চিফ কম্মিস্নার অদুদা সরকারগী মী অঁৈত্তনা ইরকপা চিঠী অমসু।

হাংদোক্কুনা য়েংলুবদা খঙলে সিফায় কয়ামরুম বর্ম্মাদগী খুদক্তা লাক্লগনি। হায়না। নুমিৎ হুম্নি মরীনিগী মমাঙদগী হৌনা কাংবু খরসু হান্ননা শিজিন্নরম্লগনি হায়না.....। মহারাজাগী চিঠী অদুদি ওইদবা ঙাক্তনা শেমজীনবনি, অপঙবগী ৱাফম ঙাক্তনি।

তাং ৮ গী নুমিৎয়ুংবা মতমদা ফিরাল অঙৌবা অমা উরে। নুপা অমা থোরক্লগা সোরোক্কী লৈমাইদা চিঠি অমা নপশীল্লম্লগা চৎখি। চৎলগা য়েংলুবদা প্রিসগ্রেভনা থারকপা চিঠী অমা য়াওরম্বা থেঙনৈ। বর্ম্মাদগী তৌরকপা হুকুমনি, অহানবা তানজা হেক ফংবমক্তা ঐবু হন্দোকখো হায়বগীনি। ঐনা হন্দোকখিবদা ইতেং-পাংনবসু, ঐগীদমক সিফায় থারক্লরোই হায়রকপনি।

ঐ,পূক্লিং নুংঙাইতবা পোকখি, অদুবু হুকুম অদুদি ইন্দবা য়াদবগী মওংদা ইরকখি। অসুম্না নোংসু কন্না চুরবা, পুম্নম মস্বা অহিংগী পূং ৭-৩০ তারকপদা ঐখোয় হন্দোরক্লে। অস! হন্দোরকপদা য়ৌন-ৱাপ্রবা অহিংনি, য়াম্নসু ৱাখীবা থবক্নি।

ঐখোয়না লোয়নরকপসি, খুৎলায়না শোক্লবা শামু অনিশুনি, অদুনা পূং অমগী মনুংদা মাইল অমত্তমক চৎপা ঙম্মী। নোংথাং কুপ্লকপা মতমদা ঐখোয়গী মায় মপাদা লৈবা খুৎ অসিদনি উবা ফংবা। ঐদি করী অমত্তা উবা ঙমদবনা, সিফায় অমগী কোট-তা অদুম পায়দুনা চৎপা তাখি। মখোয়দি ঐখোয়দগী খরা হেন্না উবা ঙম্মী। নোংনসু হকচাং ফাওনা চোৎলে, ঙইহাক ঙাইহাকসু পল্লি, নোংথাঙ অমুমুক কুপ্লকপদা খোংকাপ তরা-তরা চৎলহৌই। ঐখোয়গী লাক্লিবা পরেংদু করিগুম্বা মতমদা পূংখায় অমরোমসু পনবা য়াওই।তশেংনা হায়রবদা মণিপুরগী অশোনবা মী-শিং অসিদি অসিগুম্বা অহিংদা মপান থোরকপগী ৱাককাদি লৈতে। ঐখোয় শুঙ্গং অহুম মরিদি ফাওদুনা লাকপনি, মখোয়গী লানমী কাংবুসু লৈবা, অদুবু নুপা অমত্তা মশক উদে।

তাং ৯ গী নোংয়াই মতুং পূং ২ তাবা মতমদা নুপা অমনা তূমনিং তূমনিং হায়রকখি – "কাঙবু অদু লাকলে"। অদুদগীদি, য়াম্না থুনা প্রিসগ্রেভনা ঐগী ইতেঙ পাংবিররে। মহাক্না তাখিবা পাউদি - ঐসু ফাগ্রে মী পূম্নমকসু হাংগ্রে, নত্রগা মফম অনিদা পুগ্রে হায়বসিনি। মহাকসু তুমুদা হল্লগে তৌবমক্তদা মহারাজাগী চিঠি পূরকপা বর্ম্মাগী নুপা অনিদুনা ঐহাক কদাইদা লৈহৌবগে হায়বদু মঙোন্দা খঙহনখিদগী, পূং কুম্লাতরুক চূপ্পা মহাক, পোৎচৈ অমসুং চান-থক্লবা অমত্তা য়াওদনা খোঙশাল্লকখিবনি। লমখাঙদা পূং ৮ দমক পল্লগা, মহাক তুমুদা লাকখি, অদুগী তুংদা চান-থক্লবা খরা থিজিল্লরগা, অহিং অদুমদি নাগা খুঙ্গং অমদা লেক্লবা তুংদা পলেল তান্না লাক্লগা মফম অসি য়ৌবকপনি। মানা লাকপদা মী ১৮০ য়াওরকখি, নোংমৈ মরুনচিংবা পোকখাযহনবা যাবা পোৎকী উপু ১১ গসু য়াওনা মী-শিং অদুগী ৪০ অমদি ঐখোয়গী শগোল তোংবা লাম্মীনি।

ঐখোয় লাক্কনি হায়বা করিসু খল্লমদনা, মণিপুবি সিফায চামবী পলেলদা লৈবমই। ঐখোয়বু মাইল অমবোম লাপ্পা মফমদগী উবমক্ত মখোয় চেনখিবম্মী, অহানবদা নোংমৈ খবদি কাপলম্মী। ঐদি শগোল লানমীশিংদুগা চৎমিন্নে। হন্দোরকপা লাম্মীশিং অদুদগী গজ ৩০০ বোম চৎথোবক্লবা মতমদা, ঐখোয় লমহাঙ অদুদা পরেং শেম্নগা চঙশীল্লি।

ছাতিন খল্লগা দোলাই তোংদুনা চৎপা অমা ঐনা উখি, মদু তম্না ঐহাক শগোল থৌজিল্লি। ঐগী লম্বী অদুদা লৈরম্বা মীশক অমা-অনি কাপ্লগা ঐহাক নকশীল্লকখি। মী চাম্মবোম হেনবা অমদি য়েৎলোমদা লৈবা চীঙ অদু তম্না চৎনখি অদুগা ঙাইহাক্তংসু পনখি। ঐগী শগোল ক্লিংকর অদু মকোক শুজিন্দুনা তুখি, ঐসু মঙোন্দগী লংথোকখি।

ঐ ফুক হৌগৎলি। ঐগী শগোলগী লেংজুমদগী হাইথরকপা খুমাঙদা গুল্লিনা পানবদগী থোরকপা ঈ-না ঐঙোন্দা পুমৈতে তৈরম্মী। নুপা অনি চঙশীল্লকখি। শোকফম অদুগী মথক্তা ককত্রবা মরুওইবা শিংলি অদুদগী ঈ থোরকপা থিংনবা রুমাল অমা য়েৎশিল্লগা চৈ অমনা লৈশিনবীরম্মী। অসিগী তুংদা ঐগী রিভোলভর অদু অমুক মরু হাপচিল্লগা চেল্লে।

মতাঙ অসিদা ঐগী মীশিং অদুসু শগোলদগী চোংথদুনা চীঙ অদুগী মথক্তা

য়েক্লবশিংগা লান য়াল্লখি। দোলাই অদুসু লৈপাক্তা তারে, অতোওবা মীশক অদু নানথোকস্রবরা হায়না ঐ চিংনখি। ঐখোয়গী কনাসু মাঙ-তাকপা য়াওদনা মখোয় নিফুদি হাংখি ঐগী তোল্লবা শগোল ক্লিংকরগা অতোপ্পা শগোল মচা অমগা, অনিদনি শিখিবা ........। মাইল অহুমলোম তান্নরবা তুংদা ঐখোয় লেপলে, অদুগা ঐখোয়গী খোঙমী ময়াম লৈফমদুদা হুক্লক্লে। তোল্লবা শগোল ক্লিংকরগী অচৌবা শরু অমা তেক্লস্লনা খুদক্তা মহাকপু অদুম কাপথুবীবা তাখি।

চাইখাইদুনা লৈবা পোৎশিং খোমজীন্নরগা, লৈফমদা হনজিন্নরক্লনা অহিং অদুমদি ইঙনা লেল্লম্মী। ইকায় খুম্নরবা মেজর চার্লস লেজলিগা মাগী ২বা ১দি - ৪বা গুর্খা কাংবুগী মী ৪০০ গসু ঐখোয়গীদা পুল্লরে। অচৌবা নোংমৈ অনিসু য়াওরকই। ঐখোয় পুন্না হি হোনমিন্নবগুম্বনি। পুল্লপ্পা ঐখোয় বৃটিস ওফিসর্স নিপান, লোয়নবদা নুঙায়বা ফাগী জুগাই হৈনবা ঙাক্তনি, অদুবু ঐখোয়গী পুক্লিংদা খরদং হৈনিংদবা পোকখিবদি ঐখোয় অতৈ খরগা গুর্খা অতোপ্পা খরগদি জেনেরেল গ্রাহামগা লোয়ননা অহেনবা নোংমৈ ২ খক্কা মফম অসিদা পঙ্খবা তাখি।

ঐনা তৌজবা থবক্তুদা থাগৎপিরকপগী তেলিগ্রাম অমা কোক্লনা পুরকই। তেলিগ্রাম অদু, বর্ম্মা কম্মান্দ তৌরীবা সার ফ্রেদরিক রোবার্টস, জেনেরেল ভিব্রার্ট অমসুং চিফ কম্মিস্নারদগীনি। ফজ-ফজবা রাহৈ অমদি থৌজাল পূমমক হায়বীরকই। মথংগী নুমিত্তুদা ঐগীসু অমুক থাখি। অসুম্না মনিপুর লান্দাবগী অহানবা তাঙ্ককতি লোইশিল্লে।

ঐগী মীশিং ফজনা মখৌ পাঙথোকখি, লানজংবদসু লৌশিনবদসু অমসং হন্দোরকপদসু। ঐনসু মখোয় পূম্নমক অথৌবা-থৌনাফবা ঙাকনি হায়না ফজ ফজনা হায়খিবনি।

পূম্নমক অসি ওইরকপদা ঐগী লাইবক অসি অঙকপা ওইখি। পূম্নমক তেক্ত কাইদনা লাকখি মশিমদি খরা শোয়খি হায়বা করীসু য়াওখিদে। অদুবু ঐগী শগোল ক্লিংকরদি ওহ্লোকপা হায়বদুনি। মিনিট ২০ লোম রাইফল চানিপালনা কাপশীল্লকপা মতমদুনা মহাক গজ ৩০০ লাপ্পা লৈখিবনি, করী অমত্তা শোকখিদবনি অদুবু

মানা কয়া চেন্নকপা মতমদা গুলি অমনা পানখি। ফরে হৌজিক্তি ঐনা ইখিবা চিঠিশিংদগী হন্দক ঐনা ইরিবসিনা ইশাঙ-শাংবসু ওইরে।

মণিপুর লানবল এপ্রিল ২৮

ঐখোয় মফম অসিদা ঙরাং য়ৌই ইহাঙ হাঙনা লৈরমই। তারিখ ২৫ দা অকীবা ফংনা মখোয়বু লাক্লখিবনি অদুবু ঐনা লৈরকপা মফম থৌবাল নত্রগা মফম অসিদসু মখোয় করীসু তৌরকখিদ্রে। তারিখ ২৪ দা ঐহাক ঐগী মী ৫০ গা সিখশিংসু য়াওনা কোক্সনা লুচিংবা শগোল লানমীশিং, ২বা-৪বা গুর্খাশিংগী ৫০ মখোয়গী লুচিংবা (Drury) দ্রুরী য়াওনা পালেলদগী লাকখি। য়েক্লবগী লৈফম খঙদোক্লবগীতা ওইনা ঐখোয়দা হুকুম তৌখিবনি, লান্দাবগী নত্তে মবমদি অতৈ লেমহৌবশিংসু অয়ুক অদুদা থুংলগদবা মরমনা।

লম্বী অদু চুমথ্রিং অৱাং পাংনা মণিপুর তম্না লাকই। ওইরোমদা লমহাঙ য়ান্না লৈ য়েংলোমদদি চীঙ ঙাক্তনি। চীঙথক্তা য়েক্লবা লৈবা উই। চীঙ অদুদগী গজ ১০০০ রোম চংথোক্লগা লমহাঙ অমদা লৈপাক্না শাবা লানবল অমসু উই। ঐখোয়সু চীঙশাং অদুগী মথক্তা লাক্লবনিনা য়েক্লবশিংদু অদুম তানথোক্লে। লান শোক্লদনবা হুকুম লৈখ্রবসু, লাকপদা খংথেং থেংনবা ওইবনিনা অদুম মায়য়োক্লবা তাখি। ঐখোয়না মখোয়শিং অদু লাংদা ফাববনি হায়না দ্রুরীনা জেনেরেলদা পাউ থাখি, মী কয়া নোংমৈ কয়া পুরক্লগনি হায়না। মহাক্না শগোল লানমীশিং অদু য়েক্লবগী অৱাং নোংচুপ থংবদা লৈবা ওইথংবা নাকল অদোমদা থাদোকখি, ঐখোয়না অৱাং নোংপোক থংবা চীঙ অদুগী মরুমদা লৈহৌই। অসুম্না মখোয় য়েক্লবশিংদু মণিপুরদগী তোঙান্না হন্দোকলমখি অদুগা চীঙ অমগী মরুমদা চংলগা ঐখোয় অমুক ঙাইদুনা লৈখি।

পূং ১১.৩০ তাবদা, ঐখোয়না লৈরীবা চীঙথক অদুদগী য়েংথরকপদা পলেলদগী সিফায় পরেং পরেং মাউন্টেন গন (অচৌবা নোংমৈ) ২ য়াওনা অমসুং ২বা-৪বা গুর্খা কাংবু ১০০ লোয়ননা লাকপদু উরম্মী য়েক্লবগী লানবল অদুদগী নোংপোকলোমদা গজ ১০০০ চংলগা লৈবা চীঙ অমদা নোংমৈশিংদু পুখৎলমই। য়েংবদসু নুঙাইববা কুম্মৈনি। অহানবা কাপ্পা মক অদু মপাঙ্গল

য়াওনা লানবল অদুদা তাশিনখি। পোকখায়রকপদা, মচেৎ কয়া অদুনা থোকহনবা য়াবা অম্রাঙ-অতা থোকহনখি য়েকনবশিংগী নোংমৈ মচা অনি অমসুং রাইফলশিংনা হন্দুনা ঐখোয়দা কাপলকখি। লাংতক্লনা ঐখোয় চঙশীল্লি, মখোয়গী নোংচুপ থংবা নাকল অদুদা তৌবা য়াবা তৌই। নোংমৈশিং অদুনা কয়া অমা কাপশীল্লি, কয়া অমসু লানবল অদুদা পোকখায়হল্লি, ঐখোয়রোমদা মখোয়না হেক কাপশীল্লকপা ঙমদ্রিবফাওবা। কারনেগীগী মথাদা গুর্খাশিংসু পলেলগী খা-থংবা মাইকৈদগী চঙশীল্লকই। ঐখোয়গী মী-দা পাল্লুগদ্রা হায়বগী কিবনা, গজ ১০০ গী মনুংদ নত্রবদি ঐখোয় মরু অমত্তা কাপলমদে। ঐখোয়গী কাংবুনা চেনশীনবা মতমদা, মখোয়গী লৈপল মনাক্তা লৈরম্বা অরুবা খোংবাল অমনা থংলম্মী। মনুং অদুদা তাশিল্লে কাখংলক্লগা মখোয়গী লৈপল অদুগী মনাক খোংকাপ তরাগী মনুংদা ঐখোয়গী মী পুম্নমক পুনশিল্লে। মকোক হেক থাঙ্গংলকপা য়েক্লবা মীওইশিংদা নোংমৈ কাপশীনখি। য়েক্লবশিংনা অঙৌবা ফিরাল অমা হাইরকপদা, ঐ খুদক্তা নোংমৈ কাপ্পা লেপখি। মখোয় অমুক চোংশিল্লক্লুনা ঐখোয়দা কাপশীল্লকখি। ঐগী ঙকশমদা য়াম্না কন্না য়ৈরকপা ফাওখি। ঐ হাইরং-হাইরং চংলম্বদগী তুরে, লাইবক ফবনা খোংবাল অদুগী মপান্দা, য়েংলকপদসু উদবা মফম অমদা। অশোকপা মফম অদু খুদোম্বীনা মেনশিল্লি, বা ঙাংবদি ঙম্মী। ঈ য়াম্নদি থোক্লে খঙবদা, ঐ শিররোয় হায়বা খঙলে। রিভোলভর মরু হাপচিল্লগা অমুক হৌগংলম্মী।

খুদক অসিদা ঐগী শিখ কাংবুসু লৈপল অদুদা য়োমদুনা কাখংনরমই। ঐহাক চেনশীল্লে অদুবু নোংপোকলোমদা য়েক্লবশিং অদুনা মনিপুর তম্না (ময়োল) চেনখিবদু উরে। গুর্খা কাংবু ২গী মমাঙদা ঐগী মীনা হান্না মাঙ থানা চঙশীনখি।

লানবল মনাক অদুদা লৈরম্বা মণিপুরি পুম্নমক তাম্লোকখ্রে হায়বা উরবা তুংদা, ঐগী অশোকপা মফমদু চামথোক-খোঙ্তক্লগা হিদাক-লাংথক তৌহন্নবা মী অমা কৌহল্লুরে। লানবল অদুদা লৈরম্বা শঙমচা ১দা ঐহাক হিপথরমই। ঐগী ফি-রোল লৌথোক্লগা য়েংবদা; গুলি অদু ঐগী লেংজুম মথক মত্তুদা, ঙকশমগী

মখোঙ অসিদা চঙশিন্দুনা লৈগ্রে হায়বা খঙলে। ঐগী ফুরীৎ কোলারগী মচেৎ খরসু অশোকপা মনুং অদুদা চঙশীনগ্রে। মী-শিং অদুনা ঐবু থুনা পুনশিনবীরম্মী শেংনা চামথোক্লবা তুংদা পঙথরম্বদু খরা ফরে। য়াম্না শাথিনা শোকখিবনি, অদুবু নুংদাংখ্রাইরম য়ৌরকপদা ঐ ফগৎলকপদা নুঙাইরকপা ফাওরমই।

য়েক্লবনা লানবল অদুদগী চৎথ্রবা তুংদা, চীঙথক্তা লৈবা ঐখোয়গী তোপ নোংমৈ অদু মখোয়দা কাপশীনখি, মখোয় লানথোকখ্রবা মতমদা কোক্সনা মাগী শগোল লাম্নীগা লোয়ননা মখোয় তম্না শমজীল্লকখি মখোয় মঙা-তরুক্তমক নানথোকখ্রে অদুবু লাইবকথীবদগী কোক্সতি মরেংজুমদা নোংমৈনা পাল্লে অদুবু করিসুদি তৌদ্রি।

২ শুবা ১ দি ৪ শুবা গুর্খাশিংগী লুচিংবা গ্রান্ট অমসুং কারনেগীনা লানবল অদুগী কাচিন্দা লৈবা অকুৎপা মফম ১ দা, ঐখোয়গী মীওইশিংদগী নানথোক্তুনা লৈহৌবা য়েক্লবা কুন কুম্রারোম থেংনখি। মখোয়শিং অদুগী ফিভম অমা খন্নরীঙেদা, কারনেগীগী ফৈগন্দা গুলিনা পাল্লে - দ্রুরীনা নোংমৈগী বটনা ফুরকপদগী মথুৎ তেক্লে। ঐখোয়গী মী অনি শোকখি, ২ বা-৪ বা গুর্খাগী মী অনি শিখি ৫-৬ না শোকখি। ঐনা খনবদা মখোয় হেনজিন্না নকশীল্লুবদগীনি।

লানবল অদুগী মনাক্তা-মনুংদা অশিবা হকচাং ৭০ থেংনখি। ঐখোয়গী কাপথ্রগা পোকখায়বা নোংমৈনা অমসুং শগোল লানমীনা মী ১০০ গী মথক্তা হাৎখি। মতাঙ অসিদা মনিপুরিশিংনা হায়বদি ঐখোয়না মী চামরী হাৎখি হায়বনি। অসুম্না - মখোয়না তৌখিবা লৌনম লৌথুপ অদুগীদমক ঐখোয়গী মীওই কয়াগী পুন্সি কত্তুনা লম্মনগী শরুক খরদি শিংলে। অহিং অদুমদি মফম অদুদা লেনখি।

পলেলদা শোক্লখিবা লানফম অসিগী পাউ তাবদা মখোয় য়াম্না ঙকলমগনি - পুক্লিংসু হল্লমগনি। মশিগী অচুম্বা মরমদি মখোয়গী নানথোকফম অমত্তা পীখিদবনি। মখোয়না খনবদা, মণিপুরদা মখোয়না ইংলিসকী মীওই মঙা অদু হাৎথ্রবা তুংদদি, ঐখোয়না মখোয়গী নানথোকফম মফম অমত্তা পীররোয় হায়বসিনি, অদুনা মখোয়সু শিগ্রিবফাওবা লানথেংনখিবনি।

মথংগী অয়ুক্তদি, ঐখোয় পূম্নমক থৌবালদা লৈবা ঐগী লানবল অদুদা চঙশীল্লমই। মফম অদুদা মী কনাসু লৈরমদ্রে। তারিখ ২৫ গী পাও অদু হেক তাবগা, নিংথৌগী ইমুং মনুং অমসুং লাম্নীশিং পূম্নমক মণিপুরদগী (ময়োল) চেন্নখ্রে। মতৌ অসুম্না, ঙরাং তাং ২৭ তা মফম অসি য়ৌনবা খোঙশাল্লকপনি ঐগী থৌবাল কাংবুগা, জেনরেলগী হুকুম মতুংইন্না। ঐখোয়গী মাইকৈদগীদি, ঐনা ইহান হানবদু ওইরে কোনুংদা চঙলকপা - মথংদা থুংলখি কাছার কাংবুনা নোংচুপলোমদগী, কোহিমা কাংবুনা অৱাংলোমদগী।

ওন্থোকপনি ঐদি। নোংসু কননা চুবা মরুক্তুদা দোলাইদা লাকপনি, পূং অনি ফাওবদি হৌগৎখিদ্রে। অঙকপা ফংনা লম্বীদুসু লৈখোম থোকই, অদুবু ঐদি, ঙরাং অহিং অদুমদি অদুম তুমখ্রে। ঙসিদি হকচাং তেকখৎলে, নুংঙাইরে।

লাম্নীগী লুচিংবা ওইরিবা জেনরেল কোলেট-না ঙসি ঐবু উনবা লাকই, ফজবা থাগৎ ৱাহৈ কয়া ঐঙোন্দা হায়বীরমই। মাগী মখা থোংবা A-G না ঐবু কৈদৌঙৈ কেপ্তেন ওইগদগে হংবীখি, হায়সু হায়খি - কুইররোই হায়না মদুগী অর্থদি, ঐগী ফমথোন কাবা য়াবগী মতিকচানা প্রমান তৌবা য়াবা চে-চাং কয়া মবাঙ কায়না ফংলগনি হায়বসিনি। মীওইশিং অসিনা ঐগীদমক্তা পুক্লিং মকারাম্না নুঙাইবীখি ঐনা ফমথোল কারকপগী ৱারী শানখি - ভি-সি অমসুং দি-এস-ও নচিংবা ফংবগী। ঐগী ইফমদদি, ওইগদবা অদু ওইরবা মতমদা, ঐনা ফংজগদবা খরা অদু, ঐগীদি পেনজবা ওইগনি। অমসুং ঐনা ফংফম থোকপসু মদুনি হায়না খনজগনি। থৌবালদা ঐগী মীশিংনা ঐগা য়ানখিবা অদুক্কী মতিক, ঐহাকসু মখোয়না হায়বা ৱা ইনজনা ছুতি পীবিনবা হায়জখি। ঐহাক লাইবক ফখিবনি, ঐগী লাম্নী কাঙবু অসিদি ঐগীদমক্তা তৌবা য়াবা পূম্নমক মখোয়না তৌখিবনি, তৌসু তৌগনি, অদুনা ঐহাক অতোপ্পা লানমী কাংবু অমদা অমুক হোংদোকচবা পামজদে, অসুম্না করিগুম্বা অহাঙবা ফম অমা লাক্লবসু ঐহাক অসুম লৈজনি।

ঙসি নুংদাংৱাইরমদি, ঐগী দোলাইদা তোংলগা অসুম কোয়থোকপা য়াবা মফমশিংদা চৎলি, থোইদোকপা করিসু য়াওদ্রবা, য়াম্না হুম্বা মফমনি।

## ২০ শুবা পন্দুপ

মণিপুরদা ঐনা চহি অহুম লৈরকপগী অমসুং লালহৌ অদুদগী নাম্বোক্কুনা লাকখিবগী মরমদা ইজরিবা ৱারী অসি করিসু মখাতানা হাপচিন্নিংঙাই ইঁরে লৈরক্তরে হৌজিক্তি। মিষ্টর গ্রান্ট অদুসু ভিক্তোরিয়া ক্রোস (V-C) ফংলবা মেজর অমা ওইখ্রে। থৌনাফবগীদমক্তা ফংনবা, হেন্না অমুক ইকায়খুম্নবগী মনাদি, মশিদগী হেনবসু লৈতে। ঐহাকপুসু ইংলেন্দনা করিগুম্বা অখাকপা, অরেম্বা অমত্তা লৈহৌদনা থাগৎপিখ্রে, অমরোমদা খ্বায়গী মবেম্মা মহারানিনসু মশাগী অপাম্বগা লোয়ননা ঐহাকপু রেদ ক্রোস ফংলবী অমনি হায়না ইকায়খুম্নবিখি। অসিগুম্নবা মিংচৎ অসিবু ঐঙোন্দা পীনবীবদা ঐ ইশামক চাউথোকচবা পোকচৈ।

ঐহাক্না, জুন-থাদ, ইংলেন্দা থুংলরবগী মতুং ইকুই কুইদনা ঐহাকপু ৱীন্দসর (Windsor) দা লাক্লুবা মহারানি ইবেম্মনা বার্তন তৌবিরকখি, অমসুং মফম অদুদা তিনখিবা ইবেম্মগী চাউরবা সভা অমদা, ঐগী ৱাখলদা মমি তাখ্রবা, থেংনরকখিবা থৌদোক খর অদু পাওদমজখিবনি। ঐনা থাজজবদা, ঐগী ৱারী, ঐগী পাউদম অদুদা মহারানি ইবেম্মনা থোইদোক্লা পূক্লিং চঙবীখি হায়বসিনি। ঐনা ফংজরিবা রেদ ক্রোস অসি ঐগী ইফমদদি অনিথোক্লা ইকায়খুম্নজবগী মশক্তি। মরম অমদি - মহারানি ইবেম্মা মশামক্লা ঐগী ইফমদা খুদোল অসি লানথোকপিখি, অমনা ঐনা তমজবা ৱারীশিং অদুদা, ইবেম্মগী পূক্লিং পেনবিবগা লোয়ননা যাম্না পূক্লিং চঙবীখিবা অদুবু থোইদোক্লা ইকায় খুম্নবিবা মশক ওইনা ঐনা লৌজে । অসুম্না ৱীন্দসরদা ঐহাক্লা মহারানিগা উনরুবা নুমিৎ অসিমদি মতম পূম্নমক্কী ওইনা, ঐনা হিংলিঙৈগী পুন্সি অসিদা কাউররোইদবা অঙাঙবা ময়েকনা ইপ্রবা নুমিৎ অমা ওইনা অদুম নিংশিংদুনা লৈরনি।

ঐনা ইংলেন্দদা লাকখিবা নুমিৎ কয়ানিরোম ফার্ব্রিণ্ডেগী মমাওদসু বেল্‌সকী রাজকুমারীনা (Princess of Wales) য়াম্না থৌজাল হৈবগা লোয়নননা ঐহাকপু উনবিনিংবগী ৱাফম ফোংদোকপিরকখি। মচা ইবেম্মা অসিনসু ঐহাকপু ইকায়খুম্নবিবগা লোয়নননা, হিরম কয়াদা খোইদোক্না পুক্নিং চঙবীখি। পূম্নমকশিং অসিদগী ঐনা হায়জনিংবদি, ঐহাকী ওইনা য়াম্না মাঙজখিবা ওইরবসু, মিনুংশিগী শরুক অদুমদি য়াম্না চাউনা ফংজখ্রে হায়বসিনি। অৱাবা তাপ্রবা ঐগী মরমদা থম্মোয় শোক্লখিদবা মীগী মশিংদি ইংলেন্দদা ইঁরে লৈখিদে হায়বদুমদি ঐ খঙজরে।

পূম্নমক অসি ওইদুনসু, করি করিগুম্বা মতমদদি, ঐগী তুংদা লাক্কদবা মতমগী ৱাখলদা, অমসুং ঐগী লাইবক্তা করি তম্লিবগে হায়বদু খল্লুবদা, পুক্নিং শোক্নরকপগা লোয়নননা অৱাবা ৱাখলনা পুম্মম মম্বগুম তৌই। ঐখোয় মীওইবশিংদি আশা লৈনবা ঙাক্তনি, লৈনদবা ইয়াও য়াওদে। হৌখ্রবা মতম অদুদদি, ঐগীসু আশা লৈজরমখি, অদুবু খুৎথা অমনা পূম্নমক অদুবু লোইনা মাঙহনবীখ্রবদা-কুইখ্রবা মতম অদুগী মহুৎশিন্না অনৌবা আশা অমুক য়োকখৎপদি অরুবগী মশক্কি, অমরোমদসু তপথবা লৈতনা চেল্লীবা অনীংবা অপাম্বগী তাইবংপাল অসিদা কনাগুম্বা অমনা মশা মথন্তগীদমক্তা মরোমদোম লাচ্ছেংনজবা অসিসু অৱাবা, অরুবগী মশক্কি। মফম মতম পূম্নমক্তা কনাগুম্বা মীশক অমনা অতোপ্পা কনাগুম্বা নত্রগা মীশক অমবু মাগী ওইনা লৈজবগী, অমসুং মহাক অদুগীদমক্তা মশানা য়ানীংনা পুন্সিগী অৱাবা কয়া মায়রোং য়াবগী চৎনবী লৈখ্রবা তাইবং অসিদা, ঐদি ....... ঐগী পুন্সিবু নুংঙাইনবা হোৎনবিবনা মাগী নীংজবা ওইখ্রবা মহাক অদুগা নুংশি চান্নবা চহি মরীগী মতম লৈমিন্নরক্লগা ..... ইতোম্‌তা তরক তরক হৌজিক অমুক ইঁচীক চীক্লা হিংহৌবদি ..... অরায়বা থবক ওইররোই।

অদুবু ফরে। পুন্সিনি, মতম চুপ্পা হিংগদবসু নত্তে। ওইবা য়াই নোংমদি ঐখোয়সু তাইবংপাল অসি নত্তবা অতোপ্পা মালং অমদা অমুক মিকপ থোক্লুবা........। মতম অদুদদি ঐখোয়গী মাঙপ্রবা আশা পূম্নমকি অশেঙবা মশক খঙবসু য়াই লোয়নননা মফম অদুদদি পুন্সি অসিদা ওইরিবা নীংবা কায়রবা

হায়বা অসিগা, অশিবা হায়বা অদুগসু অমুক খাইদোক্লবা লৈবরোই।

শিগ্লবা নত্রগা হিংলিবা মীবু ওইরবসু ঐগী লাইরিক অসিদা কনাগুম্বা মীশক অমত্তবু ঐনা করিগুম্বদা মরাল শীবগী মওংদা ইননবা হোৎনজদে, অমদি নুংঙাইতবা ৱাফম ফোঙদোকচবা য়াওজদে। মীঙোন্দা মরাল শীবা নত্রগা মীশক অমত্তদা মহাক্কী দায়িনি হায়বা ৱাঙাং অদুদি, ঐগী ইফমদগী লাপ্পা লৈখিবা ওইরসনু ...। মওং অদুগুম্না ফোঙদোকচবদি, ঐগী শক্তি লৈজদে, ঐ চিংনজে, করিগুম্বা য়াওরম্বা থোক্লবসু মদু ঐগী ইরালনি।

ঐখোয়না খঙই, থৌনা ফরবা ইংলিস নুপা মঙা মদুদি, মখোয়বু খুদুম চল্লবা য়েক্লবশিংনা উশিত্তনা পুখৎলকপা ইকায়বা পীবগী ৱাঙাং কয়া অদু তাগদৌবগী শরুক মখোয় মশাগী থৱায় থাখিবনা হেন্না ফৈ খন্দুনা, মখোযগী পুন্সি লোইখিবনি হায়বসি ...। পুকচেল পীক্লা, থৌজাল য়াওদ্রবা ৱাফম অমা পুখৎলকপদা খুমখিবা মখোয়গী থম্মোয় শোক্লবা পাউখুম অদুনা তাকপদি, মখোয় কনাসু মশাগী তৌফম থোকপা থবক্তগী খোঙফম হন্দোক্লনা লেপখিদে হায়বনি। মখোয়না হাযখি "ঐখোয় খুৎলায় থাদোকপা ঙমলোয়, খুৎলায়শিং অসি গবর্নমেন্টকিনি"। অসুম্না মখোয়, ইংলিস নুপা মঙাদু, অমমমতা ওইনা ইংলেন্দগী ইকায়খুম্নবা ঙাক্লবগীদমক্তা অশিবগা মায়য়োক্লখিবনি।

মতুং অদুদদি, ঐখোয়গীদা থবক তৌরম্বা অযাম্বা মীনায়শিংসু নাম্ভোক্লনা চেনখীবগী পাউ তারে। মতম খরদি মখোয়বু যুববাজ অদুনা ফাবগা কৈশুমশঙদা থম্লবা তুংদা, ঐখোয়গী সিফায় ময়াম থুংলদ্রিঙৈদা অমুক থাদোকপিখি হায়না তায়। অৱাবনা থল্লবা মিষ্টর মেলভিলগী মরায়বক্তি তাবদা অকীবগী মশক্কি। শোক ১৮৯১ অসিগী মমাঙদা মহাক্তি মনিপুরগা করিসু মরি অমত্তা লৈনজদবনি, করিসু খঙজদবনি অদুবু থৌদোক থোকপা মতম অদুদা, মফম অদুদা ইচম চম্না লৈরুবদগী খুদোংথীখিবনি হায়বসি খল্লুবদা অমুক্কসু হেন্না নুংঙাইতবা পোকই।

ইতোপ তোম্পা মওংদা হৌজিক্তি, অনৌবা নিংথৌ (রাজা) অমসু হাপখ্রে। মহাক অদু, চহি মঙাদ শুরিবা পিক্লিবা অঙাং অমনি, মমাঙদা হান্না পানখিবা নিংথৌ অমগী (ধারা) চাদা নাওদা-নি। মহাক্না লমদম অদুবু, মীয়াম অদুবু ঙাক্লগা, হান্নগী মতৌগুম ঐখোয়গী সরকারগা মণিপুরগগী মরক্তা লৈনখিবা ইরাঙ থোক্তবা, শান্তিগী ৱাখল অদু পুরকপা ঙমগদবা মতমদি চহি কয়ামকম চঙখীগনি।

অমরোমদা, ইংলেন্দগী ইমুং কয়াদদি, শিব্রবা মখোয়শিং অদুগীদমক্তা অব্রাবদি লৈহৌরী। মখোয়না হুন্দোক্লম্লবা অহাঙবা মফমশিং অদুদি কৈদৌনুংদা মেনশিনবা ঙম্লরোই, করি অমুক হায়গনি, মতমগী খোংচত্তা, অশঙবা নাপীনা মখোয়গী মোংফমথক্তা হৌরক্লবসু.... ঐখোয়না খনবা তাই - মখোয় লৈরী হায়না মফম মতম পুম্নমক্তা, হেন্না শেংনা হেন্না অচুম্বা চংনা, হেন্নসু কোমজরবা পুন্সি অমদা, তাইবংপাল অসিগী নুংনাংবা অব্রাবনচিংবা কয়ানা মখোয়বু অমুক অপনবা পীবা লৈতনা .....।

ওইবা য়াই, মতমনা অসিগুম্বশিং অসিসু ঐখোয়গী ইফমদা থোকহনবা ..... থম্মোয় অসিনদি অব্রাবা চৈনা অদু খাঙগনি, অদুবু শোক্লকরোয়দবা মাঙপ্রবা খুৎ অমনা শোক্লকপগী ব্রাখল, তাখীদ্রবা, চিকমাঙনপ্রবা খোঞ্জেল অমনা কৌরকপা মখোল অদুবু তানীংবগী খৌরাংবদি পুক্লিং অসিদা ফাওরক্কনি। পুম্নমক অসি ওইদুনসু, হৌজিক্তি অব্রাবগী মশক ওইরবা পারা অমদি ফাবা তারে - মদুদি তাইবং অসিদা ঐখোয়গীনি হায়বদা করিসু অরেপ্লা অমত্তা লৈতে হায়বসে, ..... অমত্তসু নত্তে; করি অমুক হায়গনি, ঐখোয়গী পুন্সিগী শরুক্তি হায়না খনজবা মখোয় অদু ফাওবা অমসুং মখোয়শিং অদুগী মফমদা ঐখোয়গী খ্বাইদগী থোংলবা ব্রাখল অমদি ব্রাংলবা আশানা তাংজদুনা লৈরিবা মখোয়শিং অদুফাওবা ঐখোয়গী করিসু নত্তে হায়বসে ......।

ফরে....... হৌজিক্তি ঐখোয়না পারা অসিবু ফাননবা, খঙননবা হোৎনবদা, ঐখোয়গী থাজবা অচেৎপা ব্রাখলদি, তাইবং শেম্বা-ইবুঙো মহাক্কী মফমদা থম্বা তাই। মহাক্কী পেন্নবগী, হরাওনবগীদমক্তনি ঐখোয়বু শেম্বীরকপসু। ঐখোয়না খ্বাইদগী হেন্না, মমল য়াম্না লুনা খনজবা মীশক অমবু পীদবা য়াদে হায়না তাল্লকপসু মহাক্কী মনিঙনি। ঐখোয়গীসু, মতম অদু লাক্লবদা, নীংবা কায়রবা অব্রাবনা থল্লবা পুন্সিগী নুংঙাইবা শরুক কয়াদগী, নীংবা কায়প্রবা অব্রাবগী খল অদুনা লুমথবা হেল্লি হায়বসে.....। মতম অদুদা হায়গনি "ওইপ্রবা হৌপ্রবশিং পুম্নমক অদুদি, খ্বাইদগী হেন্না ফরবা শরুক অদুগীদমক্তনি" হায়না। অদু ওইরবদি পারা অদু ফাবদা লেম্না মাঙদ্রবা হায়বদু ওইরে — অমসুং মদুতনা ঐখোয়গী ইফমদদি অফবা হায়বদু ওইরে হায়না খন্দোকপা তাই।

লোইরবা





শ্রী খুরাইজম নিমাইচরন সিংহ

**মহাক্কী ফোঙথ্রবা অমদি ফোঙলগদবা লাইরিক খরা ঃ**

**ফোঙথ্রবা ঃ-**

১. "মণিপুরদা পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাও অমসুং ঐনা অঙাং ওইরিঙে" — ১৯৯৭

২. "মণিপুরদা ঐগী চহি অহুম"
Mrs. Grimwood না ইরম্বা
My three years in Manipur গী
মণিপুরিদা হন্দোকপা — ১৯৯৯

৩. "শৈরেং চবুল লৈখল লৈচু" — ১৯৯৯

৪. "নুংশিত্তি পাবা হৈতে"
Richard Mason গী
"The wind can not read"
মণিপুরিদা হন্দোকপা — ২০০৩

**ফোঙলগদবা খরাঃ**

১. "লমহাওগী মালং মহাক্কী [illegible]"
(ঈশৈ ময়েক ঙাক্তগী লিক্লাং শরেং)

২. "নুংশিবা-অমসুং পৃথিবীগী শক্লায়রবা মীওই খরগী নুংশি ৱারী"